NATHEI-RURA-BA-ECHEL

A Collection of Manipuri Short Stories

by Rajamani Ayeekpam



অফাঙবী ঃ ইরুংবম নিংথৌজা অয়েকপম ওংবী পুর্নিমা
থৌরো কৈথেল, ইম্ফাল

খুৎনম ঃ অহানবা, ইং ২০০৩ (জুন)

কোপি ঃ ১০০০ (লিশিং অমা)

মমল ঃ লু ঃ ৬০/-

মখুম ঃ রাহেংবম মিত্রচান্দ

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টরস, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুরী ৱারীমচাগী খোঙচৎ অসি পঙশাং শাংদ্রি - চহি য়াংখৈ-হুমফুরোমখক্তা ঙায়রি। অদুবু মসিগী থাক অসি ভারতকী লোন অতৈগী ৱারীমচাগী থাক্কা চাংদম্নবদা পঙনোপ নোপত্রে, থোইদোক্লা মগুণলোমদা য়েংলগদি। ভারতকী মশক নাইরবা সাহিত্যগী সংস্থান কয়ানা লোন কয়ামুক্কী ৱারীমচা খঙ্গৎলগা ফোঙবা লাইরিকশিংদা মণিপুরী অইবা কয়াগী ৱারীমচা কয়ানা মশক নাইবা লৈচন ওইনা য়াওরিবসিনা মদুগী প্রমান্নি। নুংঙাইবা অমগনা, চহী খরা অসিদা মণিপুরী ৱারীমচাগী খোঙচৎ অসি শীংথানীংঙাই ওইবা মওংদা কনখৎলকপা অসিনি। মশক-মমিং লৈরবা অইবশিংনা অনৌ-অনৌবা ৱারী কয়া তত্তনা ইনরকপতা নত্তনা থোইনা খঙনদ্রিবা অইবশিংসু য়াম্না থৱায় য়াওনা খোঙচৎ অসিদা য়াওরক্লি, অনৌবা অইবা কয়াসু চোংথোরক্লি।

রাজমনি অয়েকপম অনৌবা অইবশিংগী মরক্তা অমনি। তৌবগী কলমনিস্ট অমা ওইনবুদি হান্ননা খঙনরবা মীশক অমনি। রাজমনিগী 'নাথেরুরবা ঈচেল' হায়বা লাইরিক অসিদা য়াওরিবসি ৱারীমচা ১৫ নি, অতেনবসু য়াওরি খরা শাংবসু য়াওরি। ৱারীমচা পুন্নমক লোইনা ফজরেনা হায়বদুমক্তি য়াদে, অদুবু পাবা য়াবা ঙাক্তনি। থোইদোক্লা ৱারীমচা খরদি য়াম্না ফজে, মশক নাইনা মতম কুইনা নীংশিংদুনা লৈগনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। মসি অইবনা ৱারী লীবা হৈবগী মগুণ লৈবননি। তশেংনমক রাজমনি ৱারী লীবা হৈবগী বিদ্যা খরমখৈদি হৈরে হায়বা য়ারে। ৱারী লীবা হৈবননি করিসু লৈতবা ইচম-চম্বা থৌদোক-ৱাথোক্কী মরী লৈননা লীবা বারী ফাওবা তাবদা নুংঙাইরিবা, তানীংলিবা।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শীংথাবা য়াবা ৱারীমচা খরগী মনুংদা 'নোং নংলুরবী লৈরাং' হায়বসি অমনি। ইচম-চম্না লৈজবা নোদিয়াচান্দনা নোংমা থেংনরুই ইনশাং -নাপী য়োনবী কৈন্যাহনবীবু। নুপা কয়াগী পূক্লিং চিংশিনবা ঙম্বী অসিগুম্বা নুপীদগী লাপথোক্লবা তৌখি নোদিয়াচান্দ। অদুবু তশেংনা লাপথোকপদি ঙমখিদে। মতম কুইনগী মতুংদা নোংমদি বস পার্কিংদা থেংনদুনা চা থকমিন্নে। ৱারী শান্নবদা খঙহৌদনা নোদিয়ানা কন্যাহনবীনা চৎলিবা লীচৎ-শাজৎ অদো পামদে হায়খি। মপূবোইবনা লৈখিদ্রবা মতুংদা অদুগুম্বা ৱাহৈ অদু কন্নামতনা হায়বিখিদে খল্লুবদা কন্যাহনবী মপূক্লিং

নুংশিরকখি। খঙহৌদনা নোদিয়ানা কন্যাহনবীগী মখুৎ পায়শিল্লুই। কন্যাহনবীসু নোদিয়াগী মখুৎ পায়শিল্লকই।

নুপীগী পুন্সি হায়বসি তম্বা ঙমদে। মিংকুপ অমগী অশোনবা মতাং অমদা চেকশিলহৌদবদগী লোকখাদা তাখিবা পুন্সি কয়ানি। নোংলৈ-নুংশিৎ কয়াগী শাফুদা নুপী কয়ানা পামদ-পামদনা ওক্তবী ওইরকখি। 'এইদস' হায়বা ৱারীমচাগী কুসুমসু অদুগুম্বা লাইবক-চাউবী নুপী অমনি। নুপা কয়াগী শান্নপোৎকুম্না লেনবা পুন্সি মরেন অদুদগী কুসুম্না নাম্থোক্লবা ফনা কন্না হোৎনখি। অদুবু ঙমখিদে। কাইনথংদদি এইদস পল্লকখি। মতম ইকুই কুইদনা শিরগনিদি খঙই, অদুবু এইদস্না মহাকপু পামদবা লম্বী অদুদগী নাম্থোকহল্লকপগীদমক্তি কুসুম নুংঙাইজে।

'থাজদনা মঙফাওনরকখিবা মঙ' হায়বা ৱারীমচাসিদা ওফিসার ওইবী নলিনী মাগী মশা-মঊ ফবা গ্রেড ফোর বিজয়গা নক্করুবদগী পুন্সি মরুপ ওইগে হায়না মঙ মঙলুই। মঙ অদু করম্না মঙফাওনখিবগে হায়বদো ৱারীসিদা উৎলি।

অসুম হায়না রাজমনিগী ৱারী অয়াম্বা নুপীগী ৱাখল থম্মোয় লীচৎ-শাজৎ উৎপা পল্লেপফম নাইদবা পুন্সিগী শক্তম য়েকপনি। 'মমি অমসুং বিন্দু' হায়বা ৱারীমচা অসিদসু নুপীগী সমস্যা উৎলি। নুপীগী অশোনবা অমদি অচেংবা য়েংদুনা নুপাশিংনা মখোয়বু শান্নপোৎ ওইনা শীজিন্নবগী ৱারীনি।

অয়াম্বা মতমদা মীনুংশিগা লোয়ননা অইবনা নুপীগী চরিত্রশিং উৎলি। 'নাথৈরুরবা ঈচেল' হায়বা ৱারীমচাসিগী কমলানা মপুরোইববু মচা অমা ফাওবা খুদোল তম্বা ঙমদবগী নুংঙাইতবদু খরদং ওইরসু কোক্লনবা মহাক মশামক্কী ছাত্রী শিল্লাদা মপুরোইববু শিন্নরল্লগা আশ্রম অমা লিংখৎতুনা মদু পান্নদুনা লৈখি। চহী কয়াগী মতুংদা ময়ুম অদো কমদৌরিগে হায়না য়েংবা লাকখি। অদুবু কমলাগী থম্মোয় কায়খি। করিগী কায়খি হায়বদো ৱারী অসিদা উবিগনি।

অসুম হায়না রাজমনিনা মহাক্কী ৱারী অয়াম্বদা নৈনরিবসি নুপীগী সমস্যানি। মথক্তসু পঞ্জখ্রে, মীনুংশিগা লোয়ননা লীবা ৱারীশিংনি। ৱাহৈ-ৱাতা চন্নবসু ফজৈ, পাবদা নুংঙাই, জিরি জিরি চৎলি। ৱারেম নৎত্রগা ৱাফৈ য়াওদে। করি করিগুম্বা মতাংদা ড্রামাটিক টুইস্ট এন্দ টর্ন য়াওরকতুনা ৱারী নুংঙাইহল্লি, করিগুম্বদা ফ্ল্যাশ বেক শীজিন্নদুনা হৌখ্রবা মতমগী থৌদোক-ৱাথোক নীংশিং-ফীজংদা উৎলি। য়াম্না মওং তানা উৎলি হায়বা তাই। অদুগা ৱারী অয়াম্বগী লোইশিল্লকপদা পাউখোং ওই পাউজেল ওই নাকোইননা করিনো অমদি হায়রম্মী। অদুনা অপাবদা ৱাখল খন্থহল্লি, কাউবা ঙমহন্দে।

রাজমনি মণিপুরী ৱারীমচা ইবশিংগী মনুংদা শীংথাবা য়াবা অইবা অমদি ওইরে হায়না লৌবা য়ারে।

১৫/৫/২০০৩

এন. কুঞ্জোমোহন সিংহ

# অইবগী হায়জনিংবা খরদং

অঙাং ওইরিঙৈদা ইথক থোংবা অহন-লমন্না ৱারী লীবীবা তাবসি য়াম্না পামজরকই অদুবু লাইবক থীবদি ৱারী লীবীনবা মীসি অসুক্কী মতিক তাংলকখি। মচাগী ৱারীদি লীজনিংবী, লাইরিক লাইশুদি হৈজহৌদ্রবী, ইমানা মচাগীদমক হৈতা হৈতা শাজিন-শাজিন্দুনা লীবীখিবা ৱারীশিংদুদা কয়াদা নুংঙাইজখিবা! স্কুলদা কোমিক পারগা ৱারী য়াম্না লীগনবা ওজা ইবোয়াইমাগী ক্লাসতু ঐনা কয়াদা খৌরাংনা ঙাইজখিবা! বেড়ী মচৈ অনি-অহুম পীরগা ৱারী য়াম লীগনবা লৈকাইগী ইয়াম্বা অমদা ৱারি লীবীনবা হায়দুনা ইমান্নবা অমগা ঐখোয় অনিনা ইমান্নবদুনা মখোয়গী মপানা থক্লবা থমজবা বেড়ী মপুন্দগী অদুগা ঐনা ইমানা থক্লবা লৈজবা বেড়ী মপুন্দগী মচৈ অনি-অহুম হুরান্দুনা ইয়াম্বগী মনাক্তা পুখি। ইয়াম্বদুনা অওইবা অমসুং ওইদবা ৱারী কয়া শাজিন্দুনা লীবীখি, মদুদা ঐনা কয়াদা নুংঙাইজখিবা!

লাইবক থীবা হায়গদ্রা লাইবক ফবা হায়গদ্রা, ঙসিদি ৱারী লীবীনবা অহলশিংদুগী মহুৎ টি. ভি না, ভিদিও ,গেমস কয়ানা মহুৎ শিনখ্রে। মশু কনানসু মবেন কনাগী মফমদসু ৱারী লীবীয়ু হায়দুনা নিংঙাই তৌরদ্রে. মদুগী মহুৎ টি ভি মমাংদা ফমদুনা কার্টুন নেটৱার্ক য়েংবনা হেন্না পাম্নখ্রে। মতৌ অসুম তৌনা মশু-মবেন, মশু-মপুগী মরিসু তপ্না-তপ্না থাপ্নরক্লি। মতম অমা মবেন্না মশুশিংদা লীবীখিবা চাকঙাই ৱারীশিংদু অমুক হন্না লীবীরগদি ঙসিগী শান্তি লৈত্রবা সমাজ অসি শান্তিগী ঈরিক মরিক অমত্তা ওইরবসু খিকপিবা ঙমগনি।

থম্মোইদা ফাওরকখিবা শক্তম কয়া অমসুং থেংনরুবা কয়ানা ৱারীমচা অমমম শাগৎতুনা ৱারী অমমম লীজিনিংবসি ঐগী কুইনা মঙলক্লবা মঙলান অমনি। লীচিং অসিনা মরম ওইদুনা ঐনা মণিপুর ইউনিভর্সিটিদা নহা ওইনা ঐশাগী জীবীকা হিংনবা শিনফম অমা পাইবা মতমদুদা হৈতা-হৈতা ৱারীমচা কয়া ইজখি। ফোংবগী ৱাদি নোংমফাও খল্লুদে। অদুবু হন্দক ঐগী মরুপ এ.সি নেত্রজিৎনা কন্না হেক ঈথিল পীবদগী ৱারীমচাগী লাইরিক অসি ফোংনবা ৱারেপ লৌরে। ৱারীমচা খরদি নৌহৌননা অমুক পারুবদা ফোঙদোক্লিংদবসু য়াওরে অদুগা, খর অমনা পুরা ওইনা অমুক হন্না ইথোক্লিংবসু য়াওরে। অদুবু মরুপ খরগী পাওতাক্তগী মতম অমদা অসুম্না

তৌরম্বোইরে হায়বসি ঐ ঐশাগী মশক অমনি খঞ্জদুনা বনান খরা নত্তনা অতৈদি শেমদোক্তনা ফোঙদোক্লবা ৱারেপ অসি লৌজরে।

লাইরিক অসিগী অরোইবা ৱারি মচা 'অতোম্বী' হায়বা অসি নত্তনা অতৈদি চৎথরবা মিলিনিয়মগী মরিফুতরাগী অঙনবা শরুক্তা ইখিবনা অয়াম্বনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারি মচা খরা - খুটি পোষ্ট, অখুইবা উনশা, অমসুং অউনপোৎ তি মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী ছাত্রশিংগী মেগজিনদা ফোংখ্রে। অমুক হন্না মীয়ামগীদমক পুথোকচরি। ববানগী মতাংদদি লমদমসিগী ওজাশিংগী তোঙান-তোঙানবা মত লৈনবনা ঐগীসু ইশাগী ওইবা নিংতম্বা খজিক লৌজরে।

লাইরিক অসিদা অয়েকপা লাই খরা হাপচিন্দুনা চাংয়েং অমখক্তং তৌজরি। হৈরে শিঙলে হায়দুনা চাংয়েং তৌজবদি নত্তে। ঠিয়েটরগা খরা নক্লা তীন্নবা তঞ্জা অমখক ফংজবদগী ঠিয়েটরদা মেদিয়ম কয়া শীজিন্নদুনা ভাবোকসিংদা ৱারী অমা, ৱাফম খরা হায়বদুগী মওংদুদা ৱারী অমা লীবসি ৱাহৈ অমসুং অয়েকপা লাই অনিমক্লা লীবা য়ারোইদ্রা হায়বগী চাংয়েং অমখক তৌজনিংখি। তঞ্জা অসিদা ঐগী ওজা আর কে জয়কুমারনা অয়েকপা লাইগী ৱাফম অসি হৌদোরকপীদুনা ঐনা তৌজনিংলিবা চাংয়েং অসি মপুঙ ফানবা মরম অমা ওইখি।

লাইরিক অসিগী মখুম য়েকপীবতা নত্তনা য়াওরিবা লাইশিং য়েকপীখিবা ঐগী মরুপ ৱাহেংবম মিত্রচান্দগী লমন অমা চাওনা তোনশিঞ্জরে। মখুমগী স্ক্রিন প্রিন্টিংগী অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা ইনাও দেবীদকুমার (বুংচা) গী মফমদসু লমন তোনসিজরবনি।

অচিনবা কয়া কাইথোকপীদুনা লাইরিক অসিনা প্রেসতা নল্লিঙৈদা পাবীদুনা লাইরিক অসিগী মরমদা মমল য়াল্লবা ৱাহৈ খরদং ফোংদোকপীরিবা ওজা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন, সভাপতি, মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী মফমদসু লমন অমা তোঞ্জশিনজরনি।

তঞ্জা কয়াদা ৱাখল অমসুং জ্ঞানগী পাওতাক কয়া পীখিবা ওজা লোকেন্দ্র অরাম্বম, য়াম্বুং আর কে বীদুরবসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিনা ঙসি উরিবা ফীবমসি ওইহনবা হোৎনবদা নম্বগী অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা লময়ানবা প্রিন্টরসগী মেনেজর তা মঙ্গি অমসুং ষ্টাফশিংগী মফমদসু থাগৎপা ফোংদোকচরি।

**রাজমনি অয়েকপম**
তেরা কৈথেল, ইম্ফাল

# হিরম লমায়

# য়াচংবগী বসন্ত

-- ইমা, ঐখোয় বাবা লাক্লে।

মঙ্গোন্দা শান্নরম্বা অঙাংশিংদুনা ইমুংদা চেনশিনখিদুনা থবক তৌদুনা লৈরিবা মমাদা মখোয়গী বাবা লাকই হায়বা তাক্লুই। মশিবু থাজনিংঙাই ওইব্রনে? লাকপু লাকপাজাৎলনে। মপুক্লিংদু ইথা থাজদনা খোইরাংবা অমসু পোক্লকই। বোবোচাহোয়গী বাবা নোংমা ফাও ঙন্না থক হল্লকখিদ্রবনি। মপূক্লিংদা থাজবা পোক্তদুনা থোঙজিন ময়া ফাওবা থোক্তুনা য়েংলুই। শোয়দি শোয়রমদ্রে, কোম্থোংলোমদগী বোবোচাহোয়গী বাবাদু চঙলকপা উই। গৌরচান্দ চঙশিল্লক্লে মঙ্গোল কাখৎলক্লে, থোঙজিন মরুম ওইরপ্পা লেপ্তুনা লৈরিবা ইবেমহলদু উদবগুম তৌই। বোবোচাদা হংই

-- নখোয় ইমাদি বোবোচা?

-- ঐখোয় ইমাদি অসিদা লৈরিসিদি হায়দুনা মখুৎ থিন্দুনা থোঙজিন মরুম ওইরপ্পা লেপ্তুনা লৈরিবা মমাদু অসিদা লৈরে হায়দুনা তাকই। গৌরচান্দ ইবেমহলদা ফল্লপ য়েংলকই, মীয়েং অনিদু চপ মান্ননা পুঙফম অমত্তদা থেংগাইনৈ। মপূক্লিংদা খঙহৌদনা খক্লুরবা ঈচেল অমা ঈহৌরকপগুম তৌই, কুইনা উন্নরুদ্রবা মীগুম মিকৃপ অমা অনি চোম্থনা লৈনৈ। মরক অদুদা মমাংঙৈগী ব্রা ময়াম অমসু নিংশিঙলকপগুমসু তৌই। গৌরচান্দ জ্ঞান তাদনা অঙাংশিংদা লাউরুই,

— বোবোচা, নাওবী, ননাও নখোয় লাইরিক পারব্রা?

কীনা খুম্লকই,

-- পাদ্রি বাবা।

ইবেমহলসু ইঙক ঙকই। বোবোচাহোয়গী বাবা নোংমা নুংতি অমা ঙন্না হল্লক্তুনা সেগা মাইগা তাথোক তাশিন তৌনদবা কুইরবনি। থেংনা থেংনা হিদাক থকচিল্লগা য়ুম য়ৌরকপনি। য়ৌরক্লগসু ঙাংন শরুবা য়াদনা হেক হেক তূমখিবনি। নোংঙাল্লগনা

হাথু হাথু চাক চারগা ওফিস কাখিবনি। মবা-মপুরোইবদা ওইনজবাকাইদু লুহোংবা নৌরিঙৈদা খরা তৌরম্লা অদুবু হৌজিক্তি কাওখিবা কুইরে। ঙসিদি য়েনিংথা লোইশিল্লকপদা শাৎপা লৈরাংনা কালেন থা য়ৌরক্লবসু ইনৌ নৌদুনা লৈবগুম মপুক্লিংদু ইনৌ নৌথোকপগুম তৌই।

-- বাবা লাইরিক তাক্কে, লাইরিক পুথোরকউ।

অঙাংশিংদু ইঙক ঙকই, নোং মঙদবা নুমিত্তা নোংথাঙ খাক্লকপগুমই। মখোয়গী মপাগা লাইরিক্তা য়েমৌনখিবা কুইরবনি। উনবা ফাওবা মরক মরক্তা নত্তনা তোইনা উন্নদ্রবনি। নোংমা ফাওবা মখোয়গী মপানা লাইরিক তাকপীবদি লায়রদনা লাইরিক্কী রা পনফাও পনখিদ্রিবনি। অঙাংশিংদু তৌফম খঙদনা মপাদা মুন্না য়েংই। খোন কল্লপ্না হায়রকই,

— হায়মা! নখোয়বুনে ঐনা হায়রিবসি। ননাদু অমত্তা তাদ্রা?

ঙসাইমখৈ তুমিন্না শংত্রিক য়েংদুনা লৈরম্বা পৃথিবী মাতাদু হন্দক্তি রা ঙাংলকই,

— বোবোচা, নাওবী চৎলো, লাইরিক পুথোকউরো। বাবানা লাইরিক তাক্কে হাইয়ে।

অঙাংশিংদু কীনা, তুমিন্না ইমুংদা লাইরিক লৌথোকপা চংখি। ইবেমহল মপুরোইব্না মচাশিংদা লাওখিবদু নাকোংদা অকন্নবা খোঞ্জেল ওইজরগসু মথম্মোইদদি মোমোন নোকচৈ, মপুক্লিংদা মাগী পুর্নিমা নুমিত্তু লাক্লবোই নিংজৈ। গৌরচান্দ মথন্তা মরুম মুরুম শোল্লি 'ঐনা হায়বদি অমত্তা য়াদবনি, মমানা হেক হায়রবদি রা ওইনা হেক লৌবা'। গৌরচান্দু মফি মরোল হোংদোক্লবা ইমুংদা চঙখ্রে। ইবেমহলসু ইমুংগী থবক ইনখাং লোইশিল্লুখিগে হায়রগা তুমিন্না চঙখ্রে।

চাকশঙদা চাক থোংনা থোংনা ইবেমহল মপান থংবা কাদা মচাশিংদুগা মপাগা লাইরিক পারিবদু হৌনা তাই। ইবেমহল ঙসিদি থোংলিবা চাক্তু ওম্মোক্লা হৈনিংনা থোংঙি। চাক থোংনা থোংনা মমাংঙৈগী চীংয়াগী লৈকোল, পাৎ-তুরেল পুম্নমক উরকপগুম তৌরকই। করিগুম্বা কান্দা চীংয়াগী অইংবা নুশিৎনা হকচাংদা য়ৈরকপগুম্নসু তৌরকই।

মা মালা লা। ইমানা লৈ পরেং পুরকই। য়হা কমল হৈ। মসি থম্বালনি। মা মালা লা ...।

ইবেমহল মপূক্লিংদা সিমতং খল্লি 'ঙসি মখোয় বাবানা ঙস্তা হল্লক্লিবসি করিগীনো, নহারোল লালহৌবশিংনা নিশা শিজিন্নবা থিংলে হায়বদুদগী তৌরিব্রা। নৎত্রগনা করি লাই ওক্লরক্লবা জাৎনো? ✍

৩/১২/৯০

# নোংজু নংলুরবী লৈরাং

— ইনশাং মথাসিবু কয়াগীনো ?

-- মঙাগীনি, খরা হাপকে লৌখ্রো। ঙসাইমখে নোঙ্ছদুনা লৈরম্বা নুপীদু খোঞ্জেলদু তাবদা মপাঙ্গল খংলাক লাকপদৌনা খংয়েং য়েংখৎলকই, নোদিয়াচান্দগী মীৎকা মপা চান্নে।

-- য়াম্না তাংঙীনা, কবিগীনো ?

ইনশাং য়োনলল্লিবা নুপীদু মশক মতৌ ফজে, রাশি লৈ। য়াম্নবদা চহি কুম্থা মরি মঙাদগী পংহেন হেনলমখিরোই, নহানি। নুপীদু নোদিয়াচান্দদা হাইফেৎ য়েংলগা ঈরাং য়াম্না চঙবা, শুমহৎপা য়াবা মীনোক অমা পীক্তক তৌবা মচিনবান্দুদা নোকলকই।

-- করিনো তাদা, হৌজিক্কী মতমদবু তাংদবা পোৎপু করি লৈরিবগেনে? নোদিয়াচান্দ নুপীদুগী মীনোক্কু ভাব তাই। নুপীদুনা ঙাঙথোরক্লিবা ৱাহৈ ৱাতাশিংদু কদাইদনো অমা অসুক্কী মতিক চেকশিন্দবগুম তৌখিবদুদা নোদিয়াচান্দদু মমায় ইচপমুকঙাংই। অদুবু নুপীদুদি করিসু তৌবীদে। নুপীদুগী মওং মতৌদুনা নোদিয়াচান্দ মপাঙ্গল খজিক কনখৎলকই। হায়নিংবা ৱা অমা অনিসু লৈতোন্দা ফাওরকই,

— ঐখোয়সু ইচল ফজবীহোইনা য়োনবদুদা লৈবগী ৱানি, নৎলমদ্রবদি লৈরমদবসু য়াবনি, সে, কদাইনোনে, খরা হাপনে হায়বদু হাপ্লক্লোনে, লৌরগেনে সে। হায়রগা লুপা মঙা চৎপী অহনবা অমা থাদরকই। ইনশাং য়োনবীদু নাকন্দগী লৈরিবা ইনশাং মপুনদুদগী অমা অনি শৎ শৎ শৎতোরকই অদুগা হাপচিল্লকই। নুপীদু য়াম্না হৈ-শিংনা উই, মরক মরক্তা নোক্লিবা মোমোন নোকপা মীনোক্কুনা ইনশাং লৈবা লাকপা নুপা নুপী কয়াবু মাগী য়োনলিবা ইনশাংদু লৈননবা চীংশিল্লি, য়োৎচাবীগুম মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি। নোদিয়াচান্দ মথন্ত খঞ্জে, 'মসিগী নুপীসি কয়াদি লাইরোইদৌরি হায়'। মহাক্না পায়রকপা পাইতু খাওদুদা ইনশাংদু হাপচিল্লি। মরক অদুদা নুপীদুগী ঈরাং চেনবা মেংতক তৌবা খোঞ্জেলদু অমুক তারকই,

— তাদা সোমদা লেংশিল্লকখোও, ইনশাং অনৌবা য়াম্না লৈরে, খরসু মহাও য়েংবীরুচো, ঙসিদি নচল য়াম্না হেক হাপচগে।

য়েংথোকখিবদা চহি খজিক্তং লৈশিল্লবা চহি য়াংখৈ মরি মঙাগী মশা নাল্লবা নুপা অমা অদোমদা লাক্লি। নুপাদু শেল থুম পাইরমগদবা মাল্লি, শেৎলি চারিবা পূন্নমক মমল য়াম্বা ফুরিৎ ফিরোল মক্তনি। কুচু কুমেন থোকই, মশক মতৌ ফজে।

— খংদেদা ইচলগী মপাসি হেক য়ৌরকপগা ইনশাং নাপীগা অমৎতা লৈররোই খল্লম্বসি হেক্তা লৈনিংলকই, করি মন্ত্রবু পাইবনো খংদে ইচলসে। ঙাংন ঙাংনা নুপাদু চংশিল্লকই। নোদিয়াচান্দ মাগী ইনশাংদু পাইরগা তূমিন্না থোরক্লে। অদুবু মতুং লোমদা লাক্লিবা নুপাদুগা ইনশাং য়োনবীদুগা রারি রাতাই শাবা অমসুং নোক খেবগী খোঞ্জেল ফনা থাপ্লবা ফাওবা ময়েক শেংনা তায়।

নোদিয়াচান্দ কৈথেল পোৎলক্তগী থোরক্লগা লম্বী য়ৌরকপদা জ্ঞান খংতা তাবোই নিঙই। ঙসাইমখৈদি ইনশাং য়োনবীদুগী ঈরাং পুবা মীনোক মৈশা মরক অদুদা স্বর মতেক অমা ফুনগৎলুরবনি। মহাক্কী লৈখিদ্রবী নুপী ইবেচাওবীদুদি ওম্লোক্লা ঈং-তপখ্রবনিদা, অতৈ অতৈ মফম কয়া চৎলুবদা ফুনগৎতুনা লাক্লবসু মাগী মশক হেক উবদা অরা-অনা পূন্নমক হেক্তা কাওথোকপা ঙম্মি। হৌজিক্কী মতমসিদদি মাগুম্বী অমা মুক ফংবদা রানা থোক্লগনি খল্লুরগা ইবেচাওবীবু হেন্না নুংশিরক্লে। মহাক্লা লৈখিদ্রবা মতুং অসুক কুইরবা চহি মরি মঙাসি অমুক হন্না য়ুম পানবগী রাখল খল্লুদ্রে। মরমদি ইবেচাওবীগুম্বী নুপী অমামুক থেংনদ্রে। ঙসাইগী ইনশাং য়োনবীদুগী লমচৎ-শাজৎ, রাঙাং শঙাং ময়ামদু অম-মমতা ওইনা মমিৎতা শং-শং উবকই। খঞ্জিল্লুরগা নারুম ময়াদা হুমাং কাংলকই। করিগুম্বদা ইনশাং য়োনবী নুপীদুগী কা-হেনবা রাঙাংদুদা ইকাইবা, অচোপ্পা নংবা য়াওরকপা য়াই হায়দুনা মপুক্লিংদা অকিবসু ফাওরকই।

ঙসিসু নোদিয়াচান্দ ইনশাং লৈবা লাকই, অদুবু নহানগী ইনশাং য়োনবীদুদগীদি লৈররোই খল্লে। অদুবু কৈথেল পোৎফম ফম্বী ময়ামদুগী মরক্তা ইনশাং য়েংদুনা অসুম লাকপদা নহানগী ইনশাং য়োনবীদুগী মপা য়ৌখিবদু মহাক খঙহৌদরে। খোঞ্জেলদু তারকপদা মহাক খংপ্রেক খংবগুম তৌই,

— তাদা, লেংশিল্লকখোও, নহানগীগুম্না ইনশাং মহাও খরা য়েংবীরুসে।

মীনোক চেনবী নুপীদুগী ব্রাদুদা নোদিয়াচান্দ লীৎথোকপা ঙমদ্রদুনা মনাক্তা চঙশিল্লক্লে। নোং খরা তারকপগী চোংলকপা উয়েনদু লৌ হায়দুনা খাউদা হাপচিল্লে। পৈশা থাদবদা ঙায়রি, তুংলোমদগী খোঞ্জেল অমখক্লা,

– ইবেম্মা কৈন্যাহনবী, ঐগীদুবু য়ারগদ্রা? নোদিয়াচান্দ য়েংথোকলুবদা তুংদা মীয়াই চল্লবা নুপা অমা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মখুৎতা বয় মচা অমা পায়, ফুরিৎখাওদা বলপেন কলম অমা থেৎলি, অনোক উপই। খঙবদা লুনা থোক্তে মসিগুম্বা মীগী কাঙলুপসি। কৈথেল ফম্বী নুপী ময়ামদা পৈশা শানবা মীওইনি, মখোয়সি কৈথেলগী পোৎফম ফম্বী নুপীশিংদা তাংদুনা হিংবা জীব মখল অমনি। নোদিয়াচান্দ নুপাদুনা হায়রকপদগী ইনশাং য়োনবীদুগী মমিং কৈন্যাহনবী কৌই হায়বা খঙই। কৈন্যাহনবী নুপাদুদা মোমোন নোক্লকই, অদুগা তপ্না হায়রকই,

– তাদা ঙসিদি ফবক অমা তাদুনা কৈথেলসু থেংনা য়ৌরক্লে, হোরেল হনবীবকপদা ওইনা লেংশনবীরক্লো।

নুপাদুসু কৈন্যাহনবীগী মোমোন নোকপা মীনোক্কী লাংদা থুবা মরক্তা য়াওরমান্নে, হোয়, হোয়, য়ানিদা– হায়রগা তুমিন্না অতোপ্পা অমগীদা চৎখ্রে। নোদিয়াচান্দ মথন্তা খঞ্জে কৈন্যাহনবীগী মীনোকসি মপাঙ্গল কনখ্রেদা। হৌজিক্তা মপান য়ৌরক্লবা কানসিদা মশাগী অশোনবদুগী মশা মতোমদা চৈজরকই। অসিগুম্বা নুপীসিগা অমুক হন্না থেংনজররোই। অদুবু ঙসিসু ইনশাং য়োনবীদুগী মফমদা মায়থীবা নংলক্লবতদা মহাক মায়থীরে হায়বা খংলকখি।

তশেংনা ফাগি ফাগিদগী নোদিয়াচান্দ ইনশাং য়োনবীদুগা তশেংনা খঙনরে। মরক মরক্তসু শোৎতোক শোৎচিন খরসু তৌনরে। অদুবু নোদিয়াচান্দ ইনশাং য়োনবী নুপীদুগা খরা নকশিন্না তিন্নবদি কীতক তৌরি। নুপীদুগী হৈ-শিংবা মওংদুনা নোদিয়াচান্দ কৈদৌঙৈদসু নানথোক্তুনা চৎপা ঙমদ্রে। নোদিয়াচান্দ মহাক মশামক পূন্নমক অসি ভাব তাই, অদুবু মহাক মশামক নানথোকচবা ঙমনবা হোৎনবা ফাওবদি ঙমজরমদে। অহানবা খঙনরবা মতুং থা মরি-মঙামুক লৈরবা কান্দা,

নোদিয়াচান্দ অরৈবা ইনশাংদু পায়রকপা খাউদুদা হাপচিল্লগা চৎলগে হেকতৌবগা কুমগী নোং জম জম তাথরকই। ঙৈহাক লৈথদবা য়াদ্রদুনা নোং হাংবা ঙাই। কৈন্যাহনবীনা মাগী মতুংদা লৈরিবা মোরাদু থাদুনা 'তাদা ফম্বীয়ু' হায়দুনা ফমহল্লি। নোদিয়াচান্দ থোইদোকপা ব্রা-নুং ঙাংলুদে, কৈন্যাহনবীসু ব্রা-লাং ঙাংলক্তে, তুমিন

ফম্মী পোৎ লৈবা মীসু লাকতে। মখোয় অনিমক তাথবক্লিবা নোংজুগী নোংলিকশিংদুবু যেংদুনা তুমিন তুমিন লৈনৈ। মিকপ থোক্লকপ গুম কৈন্যাহনবীদু ইখং খংনা হায়বকই,

ইহে তাদা, ঐদি ইকাউ কাকপে তাদদা হায়জগদৌবা অমা লৈবে।

কবিনো?

সিনি তাদা, ময়াম্না দি আই সিগী লোন তান্নৌ হায়দুনা খবা হৌজিল্লুবে। চংথোক খোংতোকপা শংদবগা ওফিসকী অদু অদা ময়ামদু ভাব তাদবগা । অদো, তাদনা নচলবু নুংশিবীব্বদি ফোর্মাসিমতা হয়েংসি খবা মতেং পাংবীয়ু, হয়েংসি অবোইবা নুমিৎনি হায়ব্রা কবিনোমা হায়। ঐসু যাবনি অদুদা অঙাং মশা ঙমদবগা কবিগা । তাদনা মসিমতা নচলবু উপায় তৌবীয়ু। অসি হায়বগা খাও মনুংদগী দি আই সিগা ফোমদু পুথোবকই।

কবি তৌবগীনো?

ফি শাবগীনি।

নো জুগী মবক্তা কুপ্লকপা নোংথাং গুম্মি কৈন্যাহনবীগী বাহৈশিংদু। অমুকসু মহাক্কী বাহৈগী লাং মবক্তা নোদিয়াচান্দ মিবাংদা থুববা তীলগুমখ্রে। ঙৈহাক লৈবগা নোং হাংলক্লে নোদিয়াচান্দ ঙসিসু কৈন্যাহনবীগী মফমদা মাযথিবা ফংলদুনা 'হোয় ইচলগীব্ব কবিগা তৌদদগে হায়বগা অবৈবা ইনশাংদুনে ফোর্মদুনে পায়দুনা পোংলক্তগী থোক্লক্লে। মপূক্লিংদা সিমতং খল্লি, 'লাইবিক লাইগু খবদি তমজহৌমানে । অদুবু অমুকসু জ্ঞান তাদবা বাফম অমদা মশা মতোমতা বাবেপচৈ 'অদুনবু কৈথেলদা থোক্লক্তুনা হিংনবা হোৎনবিবনিদনা, কদাইদগী চমগদগে'।

কৈন্যাহনবী দি আই সি গী লোন থাববা মতুং থা অহুম মবি লৈবগা যাম্না কেন্বা হেনগৎলকই, কোসমেটিক্কা শীজিন্নদুনা শেম শাবসু হৌবে। হন্দক্তি মাগী শুমহৎপী মীনোকসু যাম্না তাংনা শীজিন্নবা হৌবে। মবক মবক্তা কৈথেল যৌবক্তবা নুমিৎ নীনি হুম্গনিসু যাওবক্লে। নোদিয়াচান্দ কৈন্যাহনবীগী হোংলক্লিবা মওং মতৌসি তূমিন্না যেংদুনা লাক্লি। মাগী শোন্থকব্বা পূক্লিং অদুগীদমক মহাক মশা মতোমতা চৈজে। মদুগী মবমসু মহাক খঙজদে। অনৈবা ঈচেল অমনা মাগী পুন্সি তোর্ব্বান তম্না চেনশিল্লকপ গুম তৌবদুদা মহাক মীপাইজবসু পোক্লম্মী। মদুদগী থৈদোক্লবা উপাইদুসু মহাক খঙজবমদে। কদাইদনো, কবিদনো মাগী পুন্সি খোঙথাং অমা শোযখ্রে হায়বদুদি মহাক তনিক্লা যাজনিংলম্মী।

নিনি খরা লেপ হুমনি খরা লেপ তৌবদগী হন্দক্তি পুরা কৈথেল ফম্বা তোকখ্রে কৈন্যহনবী। হৌজিক্তি নোদিয়াচান্দসু কৈন্যহনবীগী মরমদা হেন্না পুক্নিং চঙশিল্লক্রে। তশেংনমক নোদিয়াচান্দ কৈন্যহনবীদগী লাপথোকপা ঙমদ্রে, পুন্সিদা নোংলৈ অমনা হুমবা হৌরক্রে। নহানমখৈ মাগা পোৎফম থংননা ফম্মীন্নবী নুপী অমা অনিদা হংলুবসু মখোয়না ইরাই লাইনা খুমদোরকই,

— করিনো তাকপীরিবদুবু, কৈন্যহনবী মশক মতৌ ফজে, মশা নহানি, কৈদৌনা কৈথেলদা নুংশিৎ নুংশা মরক্তা ৱানা লেঞ্জরুগদগে। ঐদি মাগী অসিগুম্না তৌরম্লবদি নহান্না তোকখ্রগনি, ঐদি মাবু পঙমল্লি, শিংদে হায়দুনা চৈরির্বনি। নত্ত্রে, করিবু থোক্লবগেনে মাগা?

নোদিয়াচান্দ নুপীশিংদুগী করেম্নরকপা অমদি অধিকার তাল্লকপা পাউখুমদুদা মমায় ইচপমুকই ঙাংই। মশামকসু মীনা হায়নবা কৈন্যহনবী নুপা নহাশিংগা জীপ কারদা তোংদুনা তোয়না চৎমিন্নরে হায়বসি অমুক অনিরক শুরে থেংনবা।

নিনি খরা, হুমনি খরা থেংনদবদগী কৈন্যহনবীগী শক্তম নোদিয়াচান্দগী থম্মোইদগী মুৎশ্লিকপা হৌরক্রে। অদুবু ইখং খঙহৌদনা নোং মংদবা নুংথিল অমদা কুপলকপা নোংথাংগুম কৈন্যহনবী নোদিয়াচান্দগা বস পার্কিং ময়াসিদা ঙসিদি গোং হেক থেংনরে। অহানবদা কৈন্যহনবী নোদিয়াচান্দ উবদা ৱাহৈ খরদি হায়নিংলম্মী, হায়গে হায়না হোৎনরম্মী। অদুবু থংনবা মীকুপ্তা মশা মতোমতা শোম্থজরকপা পোক্তুনা ইকাইজবা ফাওরক্লম্মী। থুনমক উশিন্নদনা চৎখিগে তৌরম্মী। লাপ্তক্না নোদিয়াচান্দ কৈন্যহনবীগী মীকুপ মরি মঙাদা ওনখ্রিবা মওং মতৌদু উরম্মী, নোদিয়াচান্দ থুনমক চঙশিল্লক্তুনা কৈন্যহনবীগী মমাংমক্তাদা,

— কৈন্যহনবী করম করম পাল্লি, নুংঙাইরিদনা? হৌজিক্তি কৈন্যহনবী কেদৌনুংদসু নাম্থোক্তুনা হিংদ্রে হায়বা খঙলে। থাইনগী মপাঙ্গল কনবা মীনোক্তু ঙসিসু অদুম তৌরকই, থোইদোকপা অহোংবা লৈতে। অদুবু থম্মোইদি যম্না নিংথিজনা হোংলে হায়বা য়ারে।

— তাদা, সুম পংলেন লেনবা হায়বদুনি ঐখোয়না হিংলিবসিদি, করিসু কান্নবা লাৎ নৎতে।

নোদিয়াচান্দ কৈন্যহনবীগী ৱাদুদা খজিক্তং ঙকপা ফাওই, কৈন্যহনবীগী হোংলক্লিবা পুন্সিগী শক্তম কয়াসিগা মাগী ঙাংথোরক্লিবা ৱাশিংদুগা অসুক্কী মতিক

থাপ্নরম্মী। হোটেলদা চা থকখিসি হায়দুনা নমদুনা অনকপা হোটেল অমদা কৈন্যহনবীবু পুশিল্লে। চা থক্না থক্না নোদিয়াচান্দনা,

-- কৈন্যহনবী নঙগী হোংলক্লিবা মওংসি কয়া পামদে।

কৈন্যহনবী ঙাংলক্লিবা নুপা অসিগা মাগা করিসু থোক্লবা নৎতে অদুবু মহাক নুপাসিগী মমাঙদা মরাল লৈরবা মীগুম করিসু হায়দোকপা ঙমদ্রে। নহানখৈ মাগী লৈরম্বা হৈ-শিংবা পূন্নমক মাঙখিবদৌনা তৌরে। পাউখুম অমফাওবা পীদনা কৈন্যহনবী কপথোরক্লে।

-- কৈদৌরে, কপ্লবদি, ঐগী ৱাসিনা নঙঙোন্দা য়াম্না কায়রবরা ?

হন্দক্তি কৈন্যহনবী মাগী লৈজবা শক্তি পূন্নমক শীজিন্নদুনা ৱা থরা হায়নবা হোৎনরে।

-- কাইদে, পূক্লিং নুংশিরক্কুনা কপ্লিবনি। অসিগুম্বা ৱাসি কনাগুম্বা মী অমৎতগী মফমদগী ঐগী ইপুরোইবদুনা লৈখিদবা নুমিৎতগী তাদ্রি! তাদনা ঐবু উরিবা মওংদুসু ঐ খঙই। অদুবু উপাই লৈতে, মসি ঐগী হীংনবা খুৎলাইনি। মী খুদিংমক্না মশাগী ওইজবা য়াওদনা ঐঙোন্দা পোৎশক অমফাওবা পীনিংদে। ঐবু মী অমা ওইনা বব্যহার উৎপীবগী মন্থৎতা অহোংবা কৈথেলদা থোকপা থরায় পান্দবা চাগী লাইধিবীগুম লৌবী। মসিনি ঐনা খ্বাইদগী চাক্লিবদি। অদুবু ঐ হিংদবদি য়াদে অদুগা মায়থীবসু য়াদে। ঐ নুপী অমা ওইবগী অহেনবা অকায়বা অমফাওবা তৌদ্রি হায়না খল্লি। কৈন্যহনবী হান্নদগী হেন্না মখোল নিকখৎলক্লে। ঐ হৌজিক হিংবদা চঙবা পোৎশকখৈদি হাইফেৎ অমা লৈরে হায়বা য়ারে অদুবু পম্সিগী অশেংবা মরুপ্তুদি ফংদ্রি। তাদসু অমুক্তা হায়বীয়ু ঐগী হিংনবা লানফমদা ঈরাং পুবা মীনোক অমতং নোকপসিবু লমচৎ ফজদবী ওইরগদরনে? ৱাহৈশিংসি হায়রগা কৈন্যহনবী মমায় লুকথদুনা কপ্পুনা লৈখ্রে। নোদিয়াচান্দসু কৈন্যহনবীগী হিংবা অমসুং হিংদবা হায়বা অনিসিগী লাঞ্জাওদুদা মাসু য়াওশিল্লম্মী। নহানমখৈ কৈন্যহনবীবু লান্না খল্লুরে খনবদা মথন্তা ইকাইবা পোকচরকই। ফনা কুইনা খল্লবা তুংদা কৈন্যহনবীগী মখুৎতু তপ্না পায়রগা হায়রকই,

-- কৈন্যহনবী নঙগী পুম্সিগী ওইবা অশেংবা মরুপ অমা ৱাৎলি হায়বদু ঙসিদগী ঐ নঙগী ৱাৎলিবা মরুপ্তু ওইরগে, মসিদা করি কায় ?

মীকুপ অসিদা কৈন্যহনবীগী মপাঙ্গল পুন্নমক মাঙখিবদৌনা তৌরম্মী। নোদিয়াচান্দনা মাগী মখুৎতা চেৎনা পায়শিল্লক্লিবদু চিংথোক্লবা হোৎনবসু তৌরমদে। করিগুম্বা খরদি হায়নিংই অদুবু ফুনগৎতুনা ৱাহৈ অমৎতসু ঙাংথোকপা ঙমদ্রে। নোদিয়াচান্দগী পায়শিল্লীবা খুৎতুগী মথক্তা অশাবা পিরাং অমা অনি পোপ পোপ তারক্লম্মী। নোদিয়াচান্দ লুকথদুনা তুমিন্না লৈরম্বদগী তপ্পা কৈন্যহনবীগী মমায়দা য়েংখৎলুবদা মাগী মমায়দু শুন্তংদা তরং অমদা য়েংদুনা লৈরম্মী, করি খল্লীবনো খঙদে। অদুবু কৈন্যহনবীদি মা তন্না খোংজেল য়াংনা হুমজিল্লক্লিনা অকনবা নুংশিৎতুগী মরক্তা পুন্সিগী অচৌবা ৱাখলগী লান অমা শোক্লরি। নহানমখৈ মহাক্লা তৌরম্বা ঈরাং, শুমহৎপী মীনোক, নুংশিবা খোঞ্জেল পুন্নমক মীকুপসিদা পুংচম চমখিরম্মী। খঞ্জিল্লুরগা মপুক্লিং নুংশিরক্তুনা নোদিয়াচান্দনা পায়রিবা খুৎতুগী মথক্তা মাগী লেমহৌরিবা অতোপ্পা খুৎতুনা চেৎনা পায়শিল্লক্লম্মী অদুগা মখোল থোক্লা হীক হীক কপ্লক্লম্মী।

# এইদস

বস থাবা ঙাইনা ঙাইনা ঐনা থল্লক্লিবা চুরুপ মচৈসি অহুমদি শুজিল্লক্লে। নিংথম থাগী ঈংলবা অয়ুকসিদা চুরুপ মচৈ অমা করিমা থকপসি অঙ্গীংবা খজিক্তং ফম্বদৌনা তৌই। অঙাং ওইরিবৈদা খুরাতোন্দুনা মপান্দগী ট্রেনিং হল্লক্লগা চুরুপকা থকপদু য়াম্না নুংঙাইরমগদবদৌনা উখি, থকসু য়াম্না থক্লিংখি। হয়েংবাই চাউরগা খুরাতোনগুম্না চুরুপ থক্কে খনখি। হৌজিক্তি ডাক্তরনা চুরুপ থক্লবদি লংস কেনসর থুংই, অদু তৌই হায়রবসু থাদোকপা ঙমদ্রে। করিগুম্বা শিরবসু ইচিনসি পেল্লগা শিজনিংই। চীন্দগী কামথোকখিবা মৈখুশিংদুনা থারবা লৈচিল মরক্তা মওং মওংগী শক্তম পুথোক্লুনা তিনখিবদু য়েংবদা মফম খঙদনা নুংঙাইবা পোক্লকই। মতম অমদা খুরাতোনগী মচিন্দগী মৈখু চবুন চবুন কামথোকপদু ঐনা খৌরাংনা য়েংখি। অহুমদগী মরি, মথং মথং মচৈ তরুক্তি শুজিল্লক্লে ঐনা থক্লিবসি। কাইনথংদা বস থাগদবগী শুইশেল খোংলক্লে। ঐসু ইশাগী ফমফমদা মফম চানা ফল্লে। ঙসাইমখৈ ঐগী ইনাক্তা কনা কনা লৈবগে হায়দুনা য়েংবু য়েংলুদে, ঐঙোন্দগী ফমফম সৌত অনি হেনগৎলগা ফল্লিবা মৌ নহাদু হৌজিক্তদা উরকই। মানা ঐবু খঙলমখিগদরা হায়বদুদি ভাব তাদ্রে, অদুবু ঐনদি মহাকপু মশক ফজনা খংলি। ঐবুদি মহাক্কী কষ্টমর ময়ামদুগী মনুংদা অমা ওইনা থোইদোক্লা মখা তানা নিংশিংলমদবসু য়াই, অদুবু ঐগীদি থৌদোক্তু পুন্সিগী খ্বাইদগী মরুওইবা থৌদোক অমা ওইখি। মহাক্লা ইহান হানখি, নুপী অমনা মশাদা ফী মচেৎ অমত্তা পক্তনা ইমাংদা লেপখিবদু। অসিগুম্বা থৌদোক অমবু নুপা অমগী ইতিহাসকী লামায়দগী ইরাই হেক লাইনা মুথৎপা য়াগদগে। ঐসু খনবদা ঙকই, মতম অমদা অরোনবা ফীজংগী মরুমদা পুন্সিগী অয়াম্বা শরুক লোইশিল্লগে হায়না খল্লুরবী অমনা ঙসিনা করি অমুক তৌদুনা অরোনবা ফীজংদু অমুক হাইদোক্তুনা মপান থোকরক্লবা! মীৎতা শংশং উরকই, মহাক্লা করিগুম্বা মীকুপ অমদা হেক্তা পোখাইবা য়াবা মৈগী চীং অমা থম্মোই মনুংদা ওমশিন্দুনা থল্লগা বাদবা শাশিন্নদুনা হায়খিবা ময়ামদু, "দাদা, ঐগী পুন্সিসি করিসু ৱাদে, য়াম্না নুংঙাই। দাদানা খঙইদনা, ঐনা হিংনবা হোৎনবদা য়াম্না ৱায়। অদুবু ঐ করিসু নুংঙাইতবা তৌদে, ঐ নোংমদি

মহারানি অমগুম নুংঙাইহনকখিগনি। পুক্নিংসিদা নোক্নিংবা অমসু ফাওখি, তৈথোকপা য়াদনা মোৎলবী নুপী অসিসু মহারানি ওইবগী মঙগা মংলিবা জাৎনিনে। নোংমসু ঐখোয়না, মানা লৈবা ভারাগী য়ুমদুদগী হীদাক থক্লগা থোকরকপদা মানা ইকাইনা, নোকশিন্নদুনা হায়রকখিবদু, 'দাদা, পৈশা য়াওরবদি খিত্তা পীরম্মু, ঙসিগী চেং লৈত্রি। নচলনা মতেং পাংবা য়াবা মতেং লৈরবসু হেক হায়বীরকউ'। হীদাক থক্লুবদগী লেম্লকপা পৈশা খরদু লোইনা পীথোক্লমখি। মদুদগী মানা হরাওদুনা করি করিনো য়াম্না হায়হৌখি, ঐ অমফাও তারকখিদে, তানিংবসু ফাওখিদে। মচৎ ফজদ্রবী অমগী মফমদগী করম্বা অনৌবা ফজবা আশা অমমুক ....। অদুবু ফনমক হায়দুনসু মা মীওইবা অমনি খল্লুবদা মীনুংশি মচেৎ অমদি ফাওখি।

মাগী মমিংদুবু ... 'কুসুম' ও ! নিংশিংলক্লে। ঐখোয়না হেক হেক ফম্বা সনাশাবা তাদা ধনঞ্জয়দুগা মাগা পুন্না ভারাদা লৈমিন্নবনি। নুংথিল নুংথিল তাদদুগী মনাক্তা ফমদুনা ৱারি শাবা, অদুগা নুমিদাংদনা হীদাক থকপা। মতমদুদা কুসুম্না মাগী নুমিৎতুগী কষ্টমরদুগা অমুক থোকখিবা, অমুক চঙলকপা নৎত্রগনা য়ুমদুমক্তদা জলকেলি শান্নবা, মদুদগী মথং মথং . .। নোংমসু খল্লুরগা য়াম্না নোক্লিংখি, 'মসিগী নুপীসিনা পাম্লিবসি করিনো ? মাগী হকচাংসিনা করি করম্বা পোৎশক্লা শাবনো ? অসুক য়াম্না সেনসুয়েল ওইরিবা হকচাং ! মী অতৈগী হকচাংগা করম করম্বা শরুক খেন্নরিবা ?' নোংমা নুমিদাং অমা নৎত্রনে ... তাদদুগা ঐগা, ইমান্নবা অমগা, ঐখোয় অহুম হীদাক থক্রিঙৈদা মৈ খংমুৎ মুৎখিদুনা মোমবতি কোইথি থিন্নরিঙৈদা মহাক্লা 'তাদা মোমবতিগা মৈখেৎকা লৈরবদি ঙৈহাক্তা ৱায়গে' হায়দুনা ঐখোয়না ফম্লিবা অদোমদা চঙলকখি। অমম্বদুদা মা মাদুনা কনা কনা লৈবগে হায়বদু খঙদবমখৈ চঙলকখি। মাগী মওং মতৌদু অমম্বদুদা নোক্নিংবা অমসু ফাওখি। অদুদগী অমম্বদুদা করিনোমদা খুদি থাদুনা 'ইমা ..' লাউদুনা ইথক্তা তুথরকখি। ঐগী ফৈগল মথক্তা মাগী নোই পেল্লবা হকচাংগী মথক থংবা শকক্তু তাশিল্লকখি। ইকাই হঙ্গোইনা থুনা হৌগৎখিবগী মহুত্তা 'কনানো ? তাদারা ?' হায়রগা মাগী ফোং ফোং শানা ময়াই কাববা হকচাংদুনা ঐঙোন্দা খংকোন কোনশিল্লকখিবদু। মীকুপ অদুদা করি করম তৌগদবনো ? হায়ফম খঙখিদে। সুপ্নগী ঐনা খঙবা হায়ববু থোৎ নৌরবা হকচাংগী ফোং ফোং শাববা ঈথক ইপোম মবক্তা ঈরাক্লবদৌনা তৌখি। মথংগী মীকুপ অনি অহুম অদুমনা লৈখি। 'হৈমা ... মী য়াম্না লৈরিবা জাৎনিনা' হায়রগা অমুক হৌগৎখি। তাদুদনা অমম্বদুদা মৈখেৎকা মোমবতিগা থিরগা পীখি, অদুদগী মহাক থোকখ্রে। মৈ অমুক লাক্লবকান্দা ৱারিদু

মখোয় অনিদা লীবদা, ঐখোয় অহুম পুন্না হৌনা নোকখি। নোকপা হন্থরকপদা তাদদুনা নুংঙাইতনা শোনখি 'তশেংনমক নুপীমচাসি মরাইবক থীরবীনি। লাইবক থীবগী লমদা হায়রুরবদি অতোপ্পা কনাগুম্বা নুপী অমনা মঙোন্দগী হেন্না লাইবক থীরমগনি হায়বা ঐ থাজদে।' তাদগী ৱাদুদা ঐখোয় অনি নোক্কদবগা দাই পুমহল হল্লি। খঙনিংনা তাদদুদা হংলুই,

— তাদা, মহাকসিবু কমদৌবা জাৎনো ?

তাদদু ঐগী ৱাহংগী পাউখুম থুনা হেকপীরক্তে। ঙৈহাক্তং ৎুমিন্না লৈ, ঐনা তাদদুগী মমায়দা খৌরাংনা য়েংই,

— নোংমা মৈতৈসু খরা মানগুম তৌবা মুসলিমসু খরা মানগুম তৌবা নুপা অমনা মাগী নুপীনি হায়দুনা মাবু পুদুনা লাকখি। মঙানি তরানিদং লৈজগে হায়দুনা ভারাসিদা লৈ। অদুদগী থা অমা মথাইরোম ৱা-নুং ঙাংনদনা মথা তানা লৈ। য়ুম্বদু বা-নুং অমত্তা ঙাংদে, মাগীদি ভারা শোইদ্রি। নোংমা নুংথিল অমা নুপাদুগী ময়ুমদা লৈহৌবা নুপীদু লাক্তুনা লান তৌরে। নুপীমচা অসিগা লাক্লিবা নুপীদুগা মশম ফোয়নখি। নুপীদুনা কুসুম্বু কয়ারক হন্না শীবাপ তৌখি। মদুগী মথংদা কবি করিনো যাম্না হায়রমখি। মীগী নুপা হুরানবী, হীংচাবী নঙদা শিজখ্রো ...। নঙগুম্বী ওক্তবী ময়ামসি লৈদুনা লৈবাকসে মাঙলবনি ...। মথং মথং কলোক পোকপগুম ঙাংখি। অদুদগী লাক্লিবা নুপীদুনা নুপাদু পুদুনা চৎখ্রে। অদুদগী ঙসি ফাওবা মশক উখিদ্রে। অদুদগীদি ভারাসিদা কুসুম মথন্তা কপ্পুনা লৈহৌরে।

ৱারি লীরম্বা তাদদু ৱারি লীবা ঙৈহাক্তং লেপ্পি। অকোয়বদা কন্না কন্না লৈবগে হায়দুনা কোইরুপ কোইরুপ য়েংলুই। মখোল পীক্না,

— য়ুম্বুসিসু পংফা ফবা নৎতে। নোংমা নুংথিল অমা বা ঙাঙনসি হায়না কৌশিল্লগা কুসুম্বু নুংথিল চুপ্পা মাগী কাদা থোঙ লোনশিন্দুনা থমখি। অদুদগী মথং মথং য়ুম্বদুগী মমান্নবা ময়াম অমা কুসুমগী লৈহি থরুবা লাকখি। ঐনা নোংমা কুশুমদা নুংঙাইতদুনা হায়, 'ইরেম্মা নঙসু খল্লু, নঙনা তৌরিবা শিনফমসি অফবসু নৎতে। অদুগা পংকুই কুইবসু য়াগোই। নশা নহা ওইরি য়ুমদা হন্দুনা জান তানা অমুক্তা লৈরু'। মদুদা মানা কবি খুন্নকখি, 'তাদনা তাকপীরিবা পুম্বদু ঐসু ভাব তাজৈ, নচলবু ফনবা ঙাক্তনি। অদুবু তাদা, য়াম্না লুরিবদি নচলনা য়ুমদু থাদোকপা মতমদা লৈহৌরিবা ইবুং-ইপ্পা ময়ামদুনা ঐবু য়ুমদুদা অমুক চঙহনবদি লাইরদনা,

শিববসু মৈ থাবীবরোই হাযহৌখি। মদুদা ঐনা কবন্না যুমদুদা হল্লুগনি। ঐদি লৌখৎপা যাদনা লৈখা তানা মাঙলবীনি। মখা তানা অমুক মাঙথবকপদা ঐ কবিসু নুংঙাইতবা পোকত্রে।' মদুদগী ঙসি ফাওবা নোংমনা অমগা নোংমনা অমগা হিংনবা হোৎনবিবনি। মতুংদদি মশিগী মতাংদা ঐসু মাগা ৱা ঙাংনদ্রে, ঐনা মতেং পাংবা ঙম্বসু নত্তবনিনা।

ঐগা ইমান্নবা অদুগা তাদদুগী ৱাবিদুদা হীদাক থক্লিংবগী নিশাগা মাঙখ্রবগুম তৌই। বাউন্দ অনি অহুম চৎশিল্লবগী হীদাক্কী নিশাগা কুসুমগী অবাবা বাবিদুগা ইযান যানশিন্নদুনা কোক চীকলি চীকলি তৌবকই। পুক্লিংসিদা খনখি, অহেনবদা তাননবা মত মাসদা সুপ্নগী হিংবগীদমক অসুক যান্না ৱাববা মীওইবশিংসু লৈবি। জ্ঞান তাদনা পুক্লিংসিদা ইশা ইতোমতা বাহং কযা হংজদুনা যুমলোমদা লাকখি।

মথংদগীদি তাদগীদা চৎপা খুদিংগী তাদদা ঐগা কুসুমগা অহিং অমতংগী প্রোগ্রাম শিনবীযু হাযদুনা হেক হেক হাযখি। ঐনা হাযবা খুদিংগী তাদদুনা হেক হেক খুম্লকখি 'কাবনো ইবোচৌবা নহাক্কা অমোৎপী নুপী অসিগা অসুক যান্না তিন্ননিংলিবা। ফববসু ফত্রবসু নহাক যুমকৈ পান্দ্রিবা পাখংনি, অফবা তানখৎলক্লিবা অমনি। ফৎতবা অমোৎপা মীনা তৌগদবা থবক অদুবু নহাক্কা অসুক যান্না থবাই যাওবিবা অসিনা কবিগীনো? দবকাব যাম ওইবে হাযবগনা যুম কৈ পানশিন্নবা তৌবসিদনা ?' তাদগী পাউখুমদুদা মায ফজনা ঙাংখি, মখা তানবা বা ইবৈ লৈখিদে। কবি কবিগুম্বা কান্দা অখংবা অহৈবা শাদুনা খুম্লুবসু যাওই, 'কবিনো তাদা। ঐখোযবু নুপা নৎত্রদৌনা। পুন্সিসিদি মখল মথেল কযা থেংনগদৌবিবনি। ঘড়ী চৎপীনা, পৃথিবীনা নুংতিগী মাগী খোংচৎ কাযবা যাদে হাযদুনা কটিন নাইনা চৎতুনা লৈবদৌনা পুন্সিসিসু কটিন নাইনা চৎতুনা লৈববদি কদাইদগী নুংঙাইগদগে। নোং ফাদোকসু লমহেনবা ষণ লামচাদৌনা ষণঙ্গোন্দগী থৌবি থদৎতুনা চেনবসু অদুম খবা নুংঙাইবা জাৎনি। মসিমক্তা ঐবু পুম্নাংহেক মাঙগদবদি নৎতেনা।' ঐনা অদুম হাযনা হেক হেক হাযবদগী ইকোন কোনবদা তাদদুনা শানবীদুনা অহিং অমগী প্রোগ্রাম শীল্লে।

ঐনা চঙশিনখিবদা কুসুমদু হকচাংগী মনুং থংবা শরুকশিংদু মযেক শেংনা উবা ফংবা অমুবা মচুগী অকোম্বা ফীবোলশিং শেৎতুনা কবিনোমা তৌদুনা লৈবম্মী। ঐ চঙলকপা উবদা হান্না তৌবম্বা থবক্তু থাদোক্তুনা ঐবু তবাম্না ওকই, ঐবু চৌক্রি অমনবা অমদা ফমহল্লি। চৌক্রিদুগা মাইযোক্লনা থাবিবা ফমুংদুদা মহাক ফম্মী। হকচাংগী শরুকশিংদু অমমমতা ওইনা যেংখি। ফুবিৎথাউদা হাপলকপা গোলড

ফ্রেক উপুদু লৌথোক্তুনা মচৈ অমা থকপা হৌই। মিনিট তরামুক রা ঙাংনদনা তুমিন তুমিন লৈনৈ। ঐগী তুমিন লৈবদুদা কুসুমদু খাঙবা ঙমদ্রমানে,

— নঙনা অপাম্বা পুন্নমক্তু শৎ শৎ পাঙথোকপা হৌরো। অসুন্না তুমিন তুমিন লৈনবসি ঐ কয়া হৈনদে। মমাংঙৈদসু অসুন্না খক তৌখিদ্রি।

নুপীদুগী অকিবা লৈতনা দং দং হায়থরক্লিবা ময়ামদুনা ঐবু ঙাইহাক্তং চমন্নহল্লি। তশেংনমক হায়রবদা মহাক্কী ইথক ইপোম হৌরবা হকচাংগী শাথেক কয়াদা নিশা কাদুনা পঙথরুগে হায়দুনা লাকখিবদি নৎতে। নোংমা তাদদুনা মহাক্কী বারি লীরকপদুদা মহাক্কী থম্মোই মনুংদা পোখাইরক্কদৌবগী ঙাইদুনা লৈরবা অৱাবা ৱারি কয়ানা পুশিন্দুনা শারবা অতুম্বা মৈগী চীংদু য়েংলুগে হায়দুনা লাকপনি। খুমফম খঙদনা তুমিন্না অদুম লৈ অদুবু মীৎতি মীৎফম হোংদনা মঙোন্দা অদুম য়েংই।

-- করিগীনো? অদুম্না তুমিন্না য়েংদুনা লৈরিবা। নহাকসি অঙকপা মীনি। অসিগুম্বা নুপী অমগা অহিং অমা লেনমিন্নরুনি হায়দুনা লাক্লিবা নহাক্না অসিগুম্বা অহিংসিদা করি তৌফম থোকপগে হায়বা নহাক খঙলবা নৎত্রা? ... অতৈ লাকখিবা মাশিংদগী নহাক্না ইতোঙ তোঙাল্লি।

মচৎ ফজদবী নুপীসিনা অপনবা লৈতনা মরি মরি ঙাংথরক্লিবা ফি শেৎতবা ৱা ময়ামদু তাবদা খাঙফম খঙদবা চৈনা অমা ফাওবগুম তৌরকই। ঐসু অঙকপনি অসিগুম্বা নুপী অমদগী করম্বা অনৌবা আশা অমমুক। অমুকসু খল্লকই, ঐবু মচৎ ফজদবী নুপীসিগী মনাক্তা কৈদৌবা লাক্লিবা ... অমুকসু নোক্লিংবা ফাওরকই, অমুকসু কপ্লিংবা ফাওরকই।

— ঐ নঙোন্দগী করিসু অপাম্বা লৈতে। অদুবু ... ঐ নহাক্কী ফীবম অসি ওইরকপগী অৱাবা ৱারিদুদি তাবা পামই।

ঐগী শেম শাদনা দোং-দোং হায়খিবা ৱাদুদা মাংদা লেপ্লিবা মচৎ ফজদবী নুপীদুনা অকংবা, মী উশিৎতবা মীনোক অমা নোকখি। মাগী অকংবা মীনোক্তুনা ঐগী হকচাংদা অতুম্বা তিংখং অমনা থীনবদৌনা থোক্লম্মী। অদুবু তুমিন্না মাগী মমিৎ অনিদুদা মুন্না য়েংলম্মী। মীকুপ অদুদা কুসুম মতু পানবা, মখোং অনি পানবা শা মাল্লকলম্মী।

— ঐনা করিগুম্বদসু ঐগী ৱারি লীররোই। করিগুম্বদা ঐনা লীরবদি, নহাক্না ঐগী ৱারি তারগা ঐবু নোক্লগনি, তিল শিৎচিল্লমগনি অদুগা তুকৎচনিংঙাই ওইরবা ঐগী ৱারিশিং নহাক্না মীপুম খুদিংমক্তা তম্লুগনি, লীরুগনি।

অদুদগী কুসুমদু মখোল থোক্লা হীক হীক কপ্লকই। হান্নগী অকংবা মীনোক্ত অমুক মাঙখ্রবগুম তৌই। খজাই অনিদা অশাবা পিবাংশিং মতুম মতুম যাম্বদুনা লৈ। পুক্লিংদা নোক্লিংবা ফাওবকই, 'অসিগুম্বা চাগী লাইগুম্লবা নুপীসিসু মপুক্লিং নুংশিনগা কপ্পা হৈবা জাৎলা।" ঐগী থবক্তা মায পাক্লবা চপ যুংনা লেপ্লম্মী।

— নহাক্কী বাবিদু লীববোইদ্রা ?

— লীববোই কনামতগী মফমদা ঐগী অসিগুম্বা বাবিশিং কৈদৌঙৈদসু লীববোই।

মচেৎ অমফাও লৌখৎপা যাদ্রবা নুপী অসিগী মপুক্লিংদা ফাওবিবা লম যৌনা মা থাজদবা হঞ্জন হঞ্জন নৈহৎপীবগী খাববা মহাও, পূম্নমক অসিনা হৌজিক ফাওবা খাঙবা ঙমদবা চৈনা অমা পীবিবগুম তৌই।

— নহাক্লা পাপ্লিবসি কবিনো ? পৈশাবা নৎত্রগা মযাই কাববা হকচাং (নুপীদু বা মচেৎ অমফাওবা ঙাংলক্তে, তূমিন্না অদুম লৈ) হিংনবা হোৎনবিবনি হাযবদাইনে অদুদি পেশা নৎত্রা ?

বাশিংদু হাযবা লোইবগা কুসুমগী মমিত্তা মুন্না যেংলুই। মতম অদুফাওবা মহাক্কী যাবম ইহোং হোংলমদে। খল্লিবা বাফমদুদা হেন্না চেৎশিনখিবগুম তৌই। পূক্লিংদা শাউনিংবা অমসু ফাওবকই, 'হিংনবগী দমক হাযদুনা মশা ফাওবা লুকমাই মথক্তা হাপ্তুনা যোনথোক্লে অদুগা সুপ্লগী মহাক্কী অণাবা বাবিদু লিননবগী লুপা চম্মঙা। মসিদগী হেন্না মবাইবক ফবা নুমিৎ কেদৌঙৈ অমুক লাক্কদগে ? নৎত্রগনা মহাক্লা পাপ্লিবসি সুপ্লগী লুপা চনিখক পীবগা হকচাংগী শীংলি নাউবি পুম্নমক নৈখাইবম্বদুবা ?' ফাবিৎখাউদগী অতোপ্পা চামঙা চৎপী অমা অমুক লৌথোক্তুনা মমাঙদা থাদৈ।

সে লুপা চামঙা অমগা, হৌজিক ফাওবা বাবিদু লীববোইদ্রা ? অদুগা সিমগা তাউ ঐ নহাক্কী বাবিদু তাবগা নহাকপু নোক্লগে কবেম্লগে হাযনা লাকপদি নৎতে। সুপ্লগী নহাক্কী অৱাবা ৱাবিদুদা ঐসু শকক খজিত্তা ওইনবসু যাবা ঙমব্রা যেংগে হাযদুনা লাকপনি।

এগী বাদুদা কুসুমদু থৌনা খজিক ফগাৎলকপগুম তৌই। খজাই অনিদা পক্লম্বা শা শা পাণা ঈনিকশিংদু তেথোকপা হৌববই হান্নণা মী উশিংতবা কপশিন্নবা পম্নমক অমগা ইন্দাক্তি উদ্রে। ইচম চম্বা নুপী অমা ওইবক্লম্মী। কুসুমগী অবাবা বাবিশিংগা নাক যেৎকী মযেক শেংদবা অবাউবা নুংশিৎশিংগা অমগা অমগা যেৎশিন্নবা হৌবকই।

ঐখোয় ইচিল ইনাও মরি পোকপগী মনুংদা ঐনা ইতোন তোনবীনি। ইথক্কী অহুমদু নুপা ঙাক্তনি, ইবুংশিংনি। শেল থুমগী ফীবম নাতে চাদবনা মরম ওইদুনা লাইরিক খরা খরা তম্নগা হিংননবা থবক ইনখাং শূবা নোম্বা অদুম হৌরে। ঐবুদি ইবুংশিংদুনা মখোয়গী অমত্তা ঙাইরবা মচননুপীনি হায়দুনা অকনবা থবক শূহন্দে। মীনা হায়নবদা হাইফেৎ খঙবা হায়ববু ঐ শক য়াম্না ফজবী অমা নৎত্রগসু খরদি ফজরকই হায়। ঐসু মীনগা অসুমনগা হায়নবা তাবদা চাউথোকচবা অমসু পোক্লম্মী।

ইশাগী চহি ১২ রোম শুরকপা মতমদা ঐখোয় খুলগী চহি ১৫ রোম শুরবা ইবুং অমগা ইহান হানবা ওইনা নুংশিনখি। তশেংনমক ঐনা ইবুংদুবু য়াম্না নুংশিজখি অদুগা মানসু য়াম্না নুংশিখি হায়না খল্লি। মহাক লাইরিক লাইশু ফবা, মরম ওকপা মীনি। ইমুংসু ময়াই ওইনা লিংবা ইমুংনি। মহাক্না ইবানি তুংগী পুন্সিগী নুংঙাই নুংঙাইবা মঙ মঙখি। খরা লৈরগা মহাক মদ্রাজদা লাইরিক তম্বা চৎখি। চৎলমদাইদসু ৱা কয়া পাউমেল্লমখি। ঐনা য়ূমদা পুন্সিগী মচু কয়াগী মঙ মঙদুনা মহাকপু শাংলবা চহি মঙা চুপ্পা ঙাইখি।

চহি মঙারোমগী মতুংদা মহাক মণিপুরদা থোরকখি। মহাক অসুক হোংলকখি মদুদি মহাক হান্নগী মশক অমা ফাওবা লৈহৌদ্রে। ইথা থাজদনা ঐবু মখোয়দা চৎলসি হায়না তকপা হৌরকখি। লাইরিক তম্বা লোইবব্রা হায়বস্ লোইদ্রি হায়, ঐগী থম্মোইদদি চিংনবা অমদি ফাওখি। মহাক্কী থাইনগী থোং-নৌবদ্ অমত্তা য়াওবমদ্রে, ওম্থোক্না চগন্নরম্লে। অদুবু ঐগী নুংশিবদি লেঙদনা অদুম লৈখি। মহাক্না তকমনবদুদা খাঙ্বা ঙমদ্রদদুনা ঐ মখোয়দা লাকখি। মখোয়গী মমা মপানা ঐবুসু য়াম্না শাউখি, মখোয়গী মমল য়াম্লবা মচানুপা অদুবু ঐনা মনুং মতম চাদনা মাংহল্লবনি হায়দুনা। ঐবু ইমা, ইপা, ইবুংশিংনা অওঙ অউন চাউনা তমদুনা লুহোংবীখি।

লুহোংলবা মতুংদদি মহাক অঙকপা ফীবমদা লৈরম্লে। মহাকতি দ্রক্তা লাইচুরবা মীওই অমা ওইরম্লে। ঐগী ইমা, ইপা, ইবুংশিংনা তম্বীরকপা সনা লুপা পূম্নমক য়োনথোক্তুনা দ্রক চাবা হৌগৎলক্লম্মী। ঐনা ৱাহে অমা অনিদং হায়জরম্ববসু ঐবু মহাক্না থীনা চৈবীখি, য়ুৱীখি। ইকুবোক, ইনেমবোক্সু ঐখোযবু তোঙান্না পীজরকথোকখি। ঐদি মতমদুদা ইশাগী চহি তরা তরেৎতমক ঙায়রি। লুহোংলবা মতুংদা নুংঙাইরবা মচু মমেল থোক্লবা পুন্সি অমদা চংশিল্লকপগী মহুত্তা শুক্না মম্লবা অকিবনা থল্লবা লোক্লুং অমদা অসুম অসুম কূমথরকপগুম তৌরম্মী। হীংনবা হোৎনবদা ঐখোয়না লৈরিবা খুঙ্গংদুগী কৈথেল মচাদুদা পান দুকান ফম্লম্মী। মদুগী মতুংদগীদি ঐগী পুন্সিদা অমুক হন্না মঙাল উবা ফংলরোইরদবা অমম্বগী অহিঙদু হৌরক্লম্মী।

চহি নৌরিবী, মশক মতৌ ফজবী অমনা পান দুকান ফম্বা মণিপুরগুম্বা মনিং হন্দুনা চৎলিবা লৈবাক অমদা, মায়পাকপা হায়বসি থোইদোক্না অরুবা ৱাফম নত্তে। পোৎ-চৈ য়াম্না য়াওদ্রবসু কাবক কাবক চৎনবা য়ানা অদুম শিৎলি। মদুদগী ফংলকপা খরা অদুনা ঐ অমসুং ইপুরোইবা ঐখোয় অনি হিংলম্মী। নোংমসু খল্লুবদা নোক্লিংবা ফাওরম্মী 'ঐনা পুন্সিগী থোক্করবা থৌদোক্নি হায়দুনা পান দুকান ফমদুনা হিংনবা হোৎনবা অদুগা ঐগী ইপুরোইবদুনা শেমদোক শাদোকপা য়াদবমখৈ দ্রক চাদুনা লৈবা' অমুকসু মীৎ উইশিন্দুনা ঐনা তৌরিবসিবু করিনো হায়দুনা খল্লুবদা পুক্নিংদা অকিবা ফাওরম্মী। মাঙলোমদা লোইবা নাইদনা অমম্বনা মরোল মরোল লৈখ্রি। য়ুমলোমদা হন্দুনা ইমা ইপা ইবুংশিংগী মনাক্তা হন্দুনা লৈরুবসু ইকাইবা পোক্লম্মী।

ঐগী পান দুকান্দুদা লাকপা মীওইশিংগী মনুংদা কাছারদগী মৈতৈ মুসলিম অমসু য়াওই। য়াম্না তোইনা ইঞ্জিন পানবা স্কুটরগুম্বা তোংদুনা লাকই মশা নাল্লি, চহি কুম্থা মঙা তরুক্কী মীওইনি। ময়ুম অশেংবদি খংদে, ইম্ফালদা গবরমেন্টকী অফিস অমদা কেরানি ওই হায়। মহাক্না লাকপা খুদিংগী 'ঐবু কমদৌরি', 'করম, কবম পাল্লি' হেক হেক হংবী। ঐখোয় ইমুংগী অৱা অনা কয়াগী মরমদসু হেক হেক হংবীখি। ঐগী অৱাবা ৱারিশিংসু মহাক্না থৱাই য়াওনা তাবী। ঐসু মহাক লাক্লবদি খরা খরা নুংঙাইবগুম তৌরম্মী। মহাক্না খঙনরবা মতুংদা চহি অমা মখাইরোমগী মতুংদা নোংমা ফীগা করি করি পোৎ য়াউবা খাউ অমখক ঙৈহাক্তা থনমগে হায়না থনম্নগা পুখিদনা চৎখি। মতুং খরনি লৈরগা অমুক লাকপদা পোৎতু অমুক পুথোক্তুনা পীরুবদা মহাক্না য়াম্না ইকাইনা হায়রকখি, ইচলগীদমক পুরকপনি, ফোংনা পীবা ইকাইদুনা পুদনা চৎলবনি। নঙঙোন্দা অদুম থম্মো হায়রকখি। ঐনা ফনা য়াম্না লৌজরোই হায়রবসু মানা নমদুনা থল্লমখি। মদুগী মতুংদগী মাগা ঐগা নকশিন্নরকপা অসুম অসুম হেনগৎলকখি। ঐনসু মাবু থাজবা অসুম অসুম হেনগৎলকখি। অমরোমদা ঐগী ইপুরোইববু থম্মোইদা শাউনিংবা নোংমা নোংমগী হেনগৎলকখি।

নোংমা ইথা থাজদনা মহাক্না ঐবু মহাক্না লোয়ননা চৎলসি হায়রকখি। মতমদুদা ঐ, ঐগী ইপুরোইববু থাদোক্তুনা চৎপগী ৱাদি করিগুম্বদসু খনখিবা লৈখিদে। অদুবু মহাক্কী ৱাদুনা ঐবু লৈতানা লৈবা ঙমহন্নখিদে। মতমদুদা ঐ 'হোয়' সু হায়বা ঙমখিদে, 'মাই' সু হায়বা ঙমদনা ফুম্বংনদুনা লৈখি। মখা তানা হংলুবদসু ইম্ফালদা ভারাদা লৈগদবনি, য়াম্না নুংঙাইনা লৈগদবনি হায়না খুম্নকখি। মহাক্কী ৱাদুনা নুমিৎ কয়ানিমরোম ঐগী ৱাখলগী চক্র মনুংদা নৈশিন্দুনা লৈখি। ঐগী ইপুরোইববু থাদোক্তুনা

অতোপ্পা নুপা অমগা চৎখিবা করিগুম্বদসু অরাইবা সুকনৎ নৎতে অদুবু পাওদ্রবা নিশাগী মওলান্দা তাউদুনা লৈরবা মহাক্কী মফমদদি মসিমক লমন ওইনা শিংবদা করিসু লৈবা নৎতে। অমুকসু শেমদোক শাদোকপা য়াদ্রবা ইপুরোইবা অদুবু নুংশিবসু পোক্লম্মী, মহাক কমদৌরি, চারিব্রা, থক্লিব্রা ? নৎত্রগনা হীংলিব্রা হায়না য়েংশিল্লিবদি মতমদুদা মহাক্কীদি ঐখক্তমক ওইরম্মী অদুবু পাওদ্রবা মীথিবোং অমগীদমক ঐগী পুন্সিসু মফম খওদনা লেনবসু পাল্লমদে। অদুবু মহাক্কদি নুংতিগী মহাক্কা লোয়ননা চৎলসি হায়না কন্না তকশিল্লকখি। নোংমা নুংথিল, নুমিদা... অমা মহাক্কা লোয়ননা মফম ইখং খওহৌদনা ইম্ফালদা অনৌবা পুন্সিগী অনৌবা নুমিৎ অমমুক থোক্লককদৌরিব্রা হায়দুনা লাকখি। মতমদুদা পুক্লিংসু ইরাং লাওখি, পোৎশক অমফাও মমুৎ তানা য়েংবা ঙমখিদে।

থা অমরোম হৌজিক লৈরিবা ভারাগী য়ুমশিদা নুংঙাইনা মচু মচুগী মঙ মঙখি। পুন্সিসিদা হরাও নুংঙাইবগী মীকুপশিং হুন্দোক্লুনা মফম খওদনা চৎলুরবগুম পুক্লিংসিদা খনলকখি। মথংগী মীকুপ্তা পুন্সিগী নুংঙাইরবা মীকুপশিংদু অবাবগী লোইবা নাইদ্রবা ফীজংশিংনা কুপশিন্দুনা থমখিনি হায়না নোংমা ফাও খনখিবা লৈখিদে। ঙসি ওইরিবা লুখাক কোমগী লুখাকলাগুম লৌখৎপা যাদনা মাঙলক্কনি হায়না নোংমা ফাও নিংশিংলুদে।

নোংমা অয়ুক অমা, য়াহৌবদা ঙাইরিঙৈদা পুন্সিসিদা তাখিবা খোঞ্জেলশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মপাঙ্গল কল্লবা থম্মোইবু লিশিংলক হন্না থুগাইবা ঙল্লবা খোঞ্জেল অমখক্তা ঐবু তুম্বা হৌদোক্লকখি। থোং হাংদোকলুবদা ঐগী মীৎকী মপা চানা মহাক লেপ্পমখি। মহাক ঐগী শিরাজগী নুপীনি, অদুগা ঐনা মরুম্বী। ঐনা মহাক্কী মমিৎ অনিদুদা মুন্না য়েংলম্মী। মহাক্কী মমিৎ অনিদুনা ঐবু তমথীনা, চাথোক্কদবদৌনা মুন্না য়েংলক্লম্মী। মমিৎ অনিদুদা কুইনা, মুন্না য়েংশল্লবদি অঙাংবা মৈরিকশিং কাপথোরক্কদৌবগুম তৌরম্মী। খওহৌদনা পুক্লিংদা অকিবা পোক্লকখি। 'নঙলা কুসুম হায়বদু' হায়না হংলকখি। ঐ মাগী পাউখুম পীবা নংহৌদে, চেনশিল্লক্লুনা কোক্কী শম পায়দুনা খকচিং চিংখি। মানা ঐগী শম হেক পায়খিবা মীকুপ্তুদা ঐ জ্ঞান মাঙলম্মী। জ্ঞান খরা খরা লাকপা মতমদুদা মশেন মরাং ওইনা তাহৌবা হায়ববু মানা ঐবু কয়ারক হন্না শীরাপ তৌখি। মতমদুদা ঐ অসুক্কী মতিক শোম্বুখিবগুম তৌরম্মী মদুদি মানা ঙাংলিবা তৌরিবা পুন্নমক তুমিন্না তারম্মী, করিসু তৌরুবা ঙমলমদে। মদু পুন্নক্তগী পুমহেন হেল্লবা ঐগী সিরাজবু মহাক্না পুদুনা চৎখি। মতুংদা সিরাজ ঐগীসিদা খোঙ্গুল অমুক হন্না তারকখিদ্রে। মতমদুদা ঐ করি তৌগদবনো

খঙখিদে। য়ুমলোমদা অমুক হনগে হায়রবসু ঐনা সিরাজগা য়ুমদগী থোক্লকপা মতমদা ঐবু মখোয়গী য়ুমদা চঙহনবদি লায়রদনা শিরবসু করিগুম্বদা মৈ ফাওবা থাররোই, হায়হৌরবনি। মফম খঙদনা নুমিৎ মঙানি তরুকনি লেল্লবা মতুংদা নোংমা য়ুম্বুরেনবসিনা ঐবু বা অমা তান্নসি হায়না মাগী কাদা কৌশিল্লগা ঐবু নুমিৎ চুপ্পা অমা মাগী লাইফদীবী ওইহনখি। মতুংদা মানা পুরকপা অহাওবা চাবা পাম্বা ময়াম অমা, মথং মথং ...। মতমদুদা ঐ থবকসি তৌবা মতমদা ইশানা য়ানিংনা তৌখিব্রা নৎত্রগনা য়ানিংদনা তৌখিব্রা, ঐ অমফাওবা ভাব তাবা ঙমখিদে। শুপ্নগী ঐনা খঙবা হায়ববু মতমদুদা মসি নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমা লৈতবদৌনা তৌরম্মী। মতুং চহি অমা মখাই লৈরগনি, ঙসি দাদাগা ঐগা অমুক থেংনরিবসি।

কুসুম্না মাগী শাংলবা পুন্সিগী ইতিহাসতু লীরম্লগা তুমিন্না লুকথদুনা লৈ, মখা তারকতে। মাগী থম্মোইদু করম তৌরমগদগে, ৱারমগদ্রা, নৎত্রগনা নুংঙাইরমগদ্রা? ঐ খল্লুবদা অকিবা পোকই। ঐসু তৌফম খঙদনা অঙকপা অমগা লোয়ননা মাগী মমায়দা মুন্না য়েংদুনা লৈখি। ইখং খঙহৌদনা

-- তাদা, ৱা অমতা হায়জগেনা ...।

ইঙক ঙক্না,

-- কবিনো ...? হায়ু, নঙগী ৱা খুদিংমক তাগে হায়দুনা লাক্লিবনি।

কুসুম্না থুনা পাক হেক হায়রক্তে, ঙাইহাক্তং উংদুনা লৈ। করি হায়রকদগে হায়দুনা ঐসু খৌরাংনো ঙাই,

-- তাদনা ঐঙোন্দা পীবিরিবা, মীনুংশি, পৈশা অসিগুম্না কনানসু মমাঙদা পীবিখিবা লৈত্রি। তাদদা নচননা চাম্মরক হন্না লমন তোল্লবনি। নচলগী মফমদগী অপাম্বা অমতংদি হায়বীয়ু নৎত্রগদি করিগুম্বদা নচলনা নুংঙাইনিংঙাই মওং করিসু ওইদ্রে।

— ঐ নঙগী নফমদগী অপাম্বা করিসু লৈতে।

কুসুমদু ঐগী ৱাদু তাবদগী হান্না লুকথদুনা লৈরম্বদু হেন্না অমুক্কা লুকথখ্রে। মমিৎ অনিদা অশাবা পিরাং অমা অনি ঈহৌরকপা উখি। জ্ঞান তাদনা হায়দোকখি,

— নঙগী ফি অমফাও পকতবা হকচাংদু অমুক্তং য়েংগে। মদুগী মতুংদা থাজবা পোকত্রবা দৃশ্যশিং মীৎমাঙদা মথং মথং উরকখি। কুসুম্না মশাদা পক্লম্বা ফীজোলশিং অমমমতা ওইনা লৌথোকখিদুনা ফিৎ মচেৎ অমা পক্তবা অশাবা মূর্তিগুম ইমাংদা লেপখি। ঐনা জ্ঞান তাদনা অঙাওবগুম ফি মচেৎ অমফাও পক্তবা হকচাংদুদা মীৎ কুপ্তনা য়েংখি।

খঙহৌদনা গাড়ীদু ব্রেক ফারমদাইগী মাঙলোমদা খজিক্তং হকচাং ঈনবা মতমদুদা স্থান খঙতা তারকই। ফনা কুইনা মঙ মঙলুরবা জাৎনি, গাড়ী খাল্লিবদু পলেনগী চাক চানবা খাম্বা ওইরল্লে। সীত থংননা ফল্লিবা অতোপ্পা পেশেঞ্জরদুদা হাইফেৎ য়েংলুবদা ঐগী মওংদুদা ঙকলপ্পা য়েংলকই। অদুবু ব্না মচেৎ অমফাওবা ঙাংনদে। মমাঙগী সীৎতা ফল্লিবা কুসুমদু লৈরিব্রা নৎত্রগনা মখাদা চাক চাননবা কুমথখ্রবা গায়দুনা য়েংলুই। কূর্মদি কুমথরমদ্রি, কুমথগদবগী কন্না হোৎনরি ঐসু পরপ পরপ হোৎনদুনা মহাক্কী মতুং ওইরপ্পা লেপ্তুনা কূমথনবা ঙাই। মরি মার কমখিদুনা ঐসু মখা য়ৌরে। কুসুমদু অনকপা হোটেল অমদা চঙখি। ঐসু মাগী মতুং অদুম ইন্নরে। ঐনা হোটেল মনুং য়ৌবদা কুসুমদু নাতৈ চাবা ফমফম য়েংদুনা লৈরম্মী।বস তোংলকপা মীশিংদু চাক চাগদবগী মরাং মরাং তৌদুনা লৈ, নাতৈ চাবা মফম থোইদোকপা লেতে। ফমফম খুদিংমক মী অনি অনি, অহুম অহুম লোইনা লৈ। মখোয়শিংদুগী মাকন্দা অমমম অনি লেম্বদু কুসুম্না ফম্নিংলমদবসু য়াই। মতুং ওইরপ্পা নক্না চঙশিল্লগা,

— কুসুম, নঙবু কুসুম, নৎত্রো ...?

ইখং খঙবদৌনা, মমাই ওস্থোরক্লগা ঐ উবদুদা,

— এ! তাদা, উদবা কুইরেদা ...। হৌজিক্কী বসতুদা য়াওরকপরা ...?

— হোয়। নঙসু চাক চাগদৌরিবা নৎত্রা ...? ফরে ঐগা চামিন্নবা য়াবা নৎত্রো।

অহানবদা মহাক হঙ্গোইরপ তৌই অদুবু ঐনা মরি মরি ঙাংবদগী মহাক্না কোইনা তৌবদুদি তৌদ্রে। কাচিন ওইরপ্পা মী অহুম ফম্বা য়াবা সীত অমদা অমখক্তমক গাদুনা ফম্লম্বা সীত অমদা ঐখোয় অনিসু চংশিন্দুনা ফম্লে। হোটেলগী অঙাং অমদা চাক শেম্লক্লবা হায়খ্রে। ঙৈহাক লৈরগা হান্না চারম্বা মীদুসু লোইদুনা হৌগৎখ্রে।

ঐসু খনবদা ঙকই মদুদি 'কুসুম্না মোরেদা কদৌবা চৎলিবা?' নৎত্রগনা নহানরাইগী মহাক্কী কারবারদু ইম্ফালদা চৎথবা য়ারক্তুনা মোরেদা অমুক চৎথনবা চৎলিবা জাৎলা?' 'মসি পূম্নমক অসি নৎত্রগনা লালোন ইতিক তৌবা, শেল থুম তানবা চৎলিবা জাৎলা?' রাহং কয়ানা থম্মোইসি পীক থনখি। ঐবু মঙোন্দা হেক্তা হংলসিরা? মপুক্লিং মাংদুনা মাদুদা মানা করিগুম্বা লান্না লৌখিবা থোক্লবদি কমদৌবা? করিগুম্বদা মপুক্লিং নুংঙাইখিরোইদরা? অদুবু ইহংমক হংদৌদ্রবদি পুক্লিংসি ইশেং শেংলোইদৌরি।

— কুসুম, নঙ ব্না অমা হংগে ...?

লুকথখিবা মমাইদু হাইগৎলক্তে, চারিবা চাক্তু ঙাইহাক্তং লেপ্লগা,

— করি ব্নানো তাদা। নচলনা অখঙবা ওইরবদি অদুম খুমজগে।

— নহাক্কা মোরেদা চৎলিবসি ঐদি য়াম্না ঙক্কা থোকই ...?

ঐগী ৱাদু খজিক কনখিবগুম তৌই অদুবু কুসুমদি মপূক্নিংদা করিসু ফাওদবগুম তৌই। হাইফেৎতং নোক্লগা,

— মোরেদা কারবার তৌবা চৎলিবা। নুং (লকি ষ্টোন) কারবার তৌরি। কুসুমগী মমাইদা হাইফেৎতং য়েংলুই, ফনা য়াম্না হোংলম্লে। নহানৱাইগী থোৎ-নৌবা, ঈরাং পুবা মওং মতৌদুদি অমফাও য়াওরমদ্রে, মদুগী মগুত্তা কংশিল্লক্লবা চাইরুং, কুৎশিল্লক্লবা মীৎ অনি, পুন্না য়েংবদা অৱাবা পুবা মাইথোং। মুন্না অসুম য়েংশল্লক্লগা মহাক মী মাল্লক্লমদে, মী নৎতবা অতোপ্পা জীব অমা মাল্লক্লম্মী। ফল তাদ্রবা, ময়েক শেংদ্রবা ৱাহং কয়ানা ঐগী কোক মনুংদা কেকু লোৎপী শান্নবগুম তৌরি। জ্ঞান তাদনা মাগী মমাইদুদা কুইনা য়েংলুই। ঐঙোন্দা ফাওরিবা ৱাখলগী শরুক খরদং মঙোন্দসু ফাওবগুম উরম্মী, মহাক হাইফেৎতং নোক্লকই। মহাক্কী মমায়দু ঐঙোন্দা পুরা ওইনা ওনশিল্লক্লগা,

- তাদা, ঐনা ফীবমসি করম্না ওইরক্লিবনো হায়না খনবদা ঙক্লমগনি, খঙসু খঙনিঙলমগনি। মহৌশাদি তাদদি অসিগুম্বসি য়াম্না খঙনিংবদাই।

বা ঙাংবা ঙাইহাক্তং লেপ্লি। হন্দক্তি মোমোন নোকপা মাইথোংদুদগী পুন্সিগী অৱাবা ৱারি কয়ানা নৈশিন্দুনা মোৎহল্লবা পীরাংশিঙনা তম্পাক মথক্তা তপ তপ তারকই। ঐগী থম্মোইসু মীকুপ অমা অনিগী মনুংদা মচেৎ মচেৎ তানা কাইখিগদ্রা হায়না নুংশা শ্বর পীক্লা হোল্লি। করিনো খঙদনা ইপং পংশিনবগুম তৌরম্মী, ব মচেৎ অমফাও ঙাংবা ঙম্বগী থৌনা নৈতবদৌনা তৌরম্মী।

— তাদা, ঐদি তাদদা লমন চাউনা তোল্লবনি। মী কয়াগী মফমদা ঐগী হঙ্গোইনিংঙাই ওইরবা ৱারিসি লীথোকপদা ইকাইবা ফাওরবসু তাদগী মফমদি ইকাইবা করিসু ফাওদে। মরমদি তাদদি ঐগী পুন্সিবু য়েংশিন খোৎচিনবীরিবা মীওই অমনি। তাদনা ৱা মচেৎ অমফাও হায়দ্রবসু ঐগী অঙকপা ৱারিসি তানিংলমগনি হায়না খল্লি।

— এইদস লায়ননা মীওই কয়াগী মফমদা এনজিও তৌদুনা অচৌবা শেন্দা লম্বী ওইখ্রগসু ঐগী ইফমদদি লায়না অসিনা ঐগী চাকখাওগী লম্বী অ ককথৎপীখি। ঐগুম্বা মরাইবক থীরবা নুপী কয়া অমদনা অশিবগী থোঙ হায়বা হিংলিঙৈ পুন্সিদা মমিৎনা শঙ-শঙ উহল্লি। হৌজিক্তি রেদিওদা, টি ভিদা, খবরদ মীয়াম তিনবা মফম পুন্নমক্তা এইদসনা পুংচাই চাইখ্রেদনা। লমদমসিগী মীয়াম অকিবা ফংলবা এইদসকী ৱারি খরা খরা তাননবা হৌরকপা মতমদুদা ঐগী মম

অসুক হোংখি মদুদি ইশাগী চখাউ ফাওবা থকপা ঙমখিদে। মীপুম খুদিংমক্কী মমিত্তা ঐসি এইদসকী মহিক পুবী অমগুম উখি। ঐগী তোংশাগী মহাও অখাবা অশিনবনা পীক থমখি, কনানসু ঐঙোন্দা মীতানা য়েংলকখিদ্রে। মতুংদা ঐ শিবা ঙাইখি, অদুবু মদুমক্তি থোক্তে। ঐ অসুক শোনখি মদুদি ইশা ইতোমতা শীজবসু ঙমলমদে। কাইনথংদা নুং কারবার তৌবী অমগা থেংনদুনা কান্নদ্রবা হকচাংসি লেং-ওৎনা ঙম্নবা শেল তানবা, কারবার তৌবা চৎলিবসিনি। পুন্সিসিবু সংসারগী অতোপ্পা কাচিন অমদগী অতোপ্পা কাচিন অমা তান্না পুবা ঙন্নিবসি এইদস খক্তা ওইরম্লে। চেষ্টরিবা পুন্সিগী ইচেলসি মাইকৈ হোংদোক্নবা কয়ারক হোংনখ্রবনি, অদুবু মায় পাকখিদে। কাইনথংদা এইদসনা ঐনা হৌজিক চৎলিবা লম্বেলসিদা পুরকখিবনি। শাংলবা পুন্সিগী লম্বেলসিদা অসিগুম্বসিবু থোক্লকনি হায়না নোংমা ফাওবা নিংশিঙলুব্রনে? শুক্লিং নিংশিঙখিদে। তুং হন্দুনা অমুক্তং য়েংলুবদা ঐ, ঐগী পুন্সিসি অকিবা ফাওই। পুন্সিগী করম্বা হীদেন্দনো ঐনা করম্বা পুংফমদা কদাইদা অমুক থুংলগদৌরিবা। ওইনিংবা অমা ওইরসনু মদুদা করিসু নুংঙাইতবা লৈত্রে।

শাংলবা পুন্সিগী শরুক অমগী ইতিহাস লীরম্লগা কুসুমদু তুমিন্না লৈখি। মায়থোংদুদা হেন্না বাশিনবগী মমিসু তাদে অদুগা নুংঙাইবগী মমিসু তাদে। পুন্সিগী থৌদোক কয়ানা চেৎনা নুংগুম্না কনশিনহনখিদুনা করিগুম্বা পোৎশক অমনা খজিক্তং শোক্লবদি শোক্লক্তবদৌনা তৌখ্রে। ঐনা মহাক্কী মমায়দা অঙকপা অমগা লোয়নননা য়েংই। অদুবু মমিৎ অনিদুদা ঙেহাক্কী মমাংদা হৌবক্লম্বা পিরাংশিংনা কংশিনখিবগী মমিশিং লৈ। কুসুমগী অরাবা বারিশিংদু অরাবনা থন্না য়াওরবা ফীলম অমা য়েংলুবদৌনা মীত্তা শংশঙ উরম্মী। ঐনা নহানগৈ নুপানি ঙাওশিন্নরিবনি হায়দুনা তৌরিবা ময়ামসিবু কুসুন্না তৌরিবা ময়ামসিগী তংখাই য়ৌরব্রা হায়না হংবদা ইকাইবা পোকই, খুম্নিংঙাই করিসু লৈতে। কুসুমদা ঐ রা থরদি হায়নিংলি অদুবু ইপং পংশিনবগুম তৌরে। চাক চাবা লোইশিল্লক্লবসু খুৎ হামদোকপা কাউদুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈরি। বসকী ড্রাইভরনা চৎলসি হায়বগী হোরোল শাংনা খোংলকপা মতমদা জ্ঞান খজিক লাকপগুম তৌই। 'থোকঅসি কুসুম' হায়দুনা খুৎ হামদোক্লুনা অতাবা পৈশা পীরম্নবা মেনেজরগী মনাক্তা চঙলকই। তুং হন্না অমুক্তং য়েংথোকলুবদা কুসুমদু মোলি মোলি, তন্দে মান্দে মখুৎ হাম্লুবগী অচোৎপদু তৈথোক তৈথোক্লা থোকলকই।

৯/৯/১৯৯১

# থাজদনা মঙফাওনরকখিবা মঙ

নলিনী মীকপ থোরকপদা নোং ঙানগদৌবা পুঙ অমমুক ৱাংলম্মী। অদুবু মখা তানা তূন্নিংবদি ফাওদ্রে। মমিৎ পাঙথোক্কুনা ৱাখল খল্লম্মী। অমুক লৈথোক্কুনা য়েংলুবদদি মাগী নাকন্দা মাগী মপুরোইবা ওইরবা বিজয়না অশিবগুম তূল্লিবদু উরকই। পুঙ অমা অনিগী মমাংদা মাগী মপুরোইবনা মাবু নুংশিনা কোনবীখিবদুগী ইনিলদু হৌজিক অমুক কন্না ফাওরকপগুম তৌরকই। মাগী মপুরোইবগী ৱাং-চাউরবা ফজরবা হকচাং পোলাংসিবু কন্নাগুম্বনা মুনখিগদ্রা হায়দুনা মরক মরক্তা মিপাইজবসু ফাওরকই। অসিগুম্বা মীকুপসি মহাক্কা মতম কয়াগী মমাংদগী যৌরাংদুনা লাক্লুবনি। অদুবু ঙসিদি নীংবদু থুংজরে। হৌজিক্তগী পুং খরগী মমাংদনি মহাক্কা য়ুম অসিদা য়ুমগী মৌ অনৌবী ওইনা খোঙ থাংজিল্লকখিবদু। মতম খরগী মমাঙদা অসিগুম্বা অহিং অসিগীদমক ভাবনা কয়ারক শাগৎলুরবনি অদুবু ফল খজিক্তদসু তাখিদ্রবনি। ঙসিদি মাগী থম্মোই মনুংদা অনৌবা ঈথক ইপোম হৌরকপগুম তৌরকই। হৌখ্রবা পুন্সিগী মমিনা কুফেৎ কাফেৎ ঙানবগুম তৌরম্মী।

মমাঙঙৈগী পুন্সিগী থৌদোকশিং খরা নিংশিঙলুবদা মপুক্লিংদু নুংঙাইরম্মী। হৌজিক্তা থোকখিবদৌনা মদুগী ইনিলনা হকচাংদু ফোং ফোং শারম্মী। মানা মাগী মপুরোইবা বিজয়না পীয়ন ওইরিবা ওফিসতুদা মহাক্কা প্রোবেসন ট্রেনিং লোইদুনা ওফিসার ওইনা থবক পায়বা চঙলকপদু নিংশিঙলুরগা মথন্তা মোমোন নোকচে। তৌববুদি বিজয়বু লক্কনিংদুনা, ফাগি তৌনিংদুনা মতমদুদা ওফিসকী অতৈ ষ্টাফ মেম্বরশিংনা বিজয় নহাকসু পাখংনি, হন্দক লাক্লিবা ওফিসার অনৌবা অসিসু লৈশাবীনি, নরাইবক য়েংজরু, হায়দুনা মহাক্কী পীয়ন ওইনা থাজিল্লকপনি। মানা ইহান হান্না, 'মেদাম ঐ অমুক্তা চঙজরক্কে' হায়রগা চংলক্কুনা মমাঙদা লেপ্পবদু ...। কা-হেন্না হকচাং ফবা, ফুট তরুক ইঞ্চি অনিমুক ৱাংবা, নাতোন শূমাংদা কোই অপাকপা চোম্বা, মশম তেন্না ককপা, থোৎ নৌবগী শরুক থোইনা য়াওদবা চগন্নবা মাইথোং, ষ্টোন ৱাটচ (জীন মখল অমা) কী ফুরিৎ অচৌবা লিৎপা, জীন খোংগ্রাউ

শেৎপা, নম্বর নাইনগী কেনভাস শু তোংবা, পুন্না য়েংবদা তমথিবা নুপা মানবা, মহাক্না মমাংদা লেপ্লবদু, ওফিসকী কনাগুম্বা অমা, নৎত্রগনা ওফিসতা লাকপা কনাগুম্বা অমা ওইনা খল্লুবগী মহুত্তা কনাগুম্বা তমথীবা নুপা অমনা মনাক্তা লেপ্লবগী নুংশা থীবদু ফাওরম্মী। মীকুপ খরদি নুংশা শ্বর থিংলম্মী। মহাক্না বা ঙাংলকপা মতমদুদনি মহাক্না জ্ঞান খজিক তাখিবদু,

-- মেদাম, থবক লৈরবদি ঐঙোন্দা অদুম তাকপীরকউ। ঐ ইবেম্মগী পীয়ন ওইনা লৈজবনি।

নুংশা থীবা খজিক্কুং হৈষ্টে, পুরা কোকপদি নৎতে।

— লৈরবা কান্দা হায়রক্কে তাদা ...। অসুব্রাইদা ঙৈহাক লৈরুরবসু য়াগনি।

অদুদগী মহাক কাদুদগী মপান থোকখ্রে। নুংশা থীবদু পুংফ ফবোই নিংই। চহিদসু মঙোন্দগী খরা অদুম হল্লমগদবা মাল্লে। অদুনা মহাক্না 'তা বিজয়' হায়না অদুম কৌরে। নিংশিঙলুরগা ইনৌ নৌথোরক্ই ঙরাং নহান্দা থোকখিবদৌনা।

হিংচাবা মানবা, তমথিবা মানবা নুপা অসিগী পুকচেলদি তরু-তরুবা ঈশিংগী মতৌগুন্না শেংই। মপুক তপ্লবী তুরেলগী ঈচেলগুন্না মহাক্কী মপুক্লিংসু ঈং তপ্লী। করিগুম্বদা মপুক তপ্লবী ঈচেলসু ঈচাউ লাক্লবদি মরৈ লৌশিং অমা পানবী ভৈরিবীগী শক্তম লৌরকই। মদুগী অকীবদু হিংচাবা মানবা নুপা অসিদা লৈতবসু নৎতে। নলিনী ঙসিগী তৈথোকপা চামথোকপা য়াদনা মোংলবা সমাজসিদা বিজয় গুম্বা অরুবা ঈশিংগুন্না শেংলবা মীওই অমা থেংনবগী নুংঙাইজবদু মঙোন্দা ফাওরম্মী। করিগুম্বদা মহাক তরু তরুবা ঈশিংনা পীক থন্না নীক নীক লাউনা লৈরবা অচৌবা পুখ্রি অমদা শারবা নুংথিল অমদা ঈরুজবদা ফাওবা নুংঙাইবদু ফাওবগুম তৌরম্মী। করিগুম্বদনা শিংবা খজিক্কুং ব্রাৎপা নুপাসিনা ঙাংলকপদু তাবদা নুংঙাইবা পোক্রম্মী।

অশেংবদু হায়ববদি অসিনি অহানবদা মহাক মহাক্কী পীয়ন অদুগী মরমদা করিসু শল্লমদবনি। অদুবু করিগুম্বা থবক লৈতবা মতমদা পীয়ন অদুগী মরমদা খল্লুবদি, থাইনগী গ্রীককী, মুগোলগী মশা মউ ফবা লাম্মীশিংদু মহাকুন্না মশা মউ ফরম্বা য়াই নৎত্রগনা মঙোন্দগী খজিক ফাওবা হস্থরম্বা য়াই। কনাগুম্বা লাই য়েকপা নুপা অমনা মশা-মউ ফবা নুপা অমগী পীকচর য়েক্কে হায়রবদি মহাকসি অফবা মোদেল অমা ওইবা য়াই। অসিগুম্বা মরক অসিদনি নোংমা মহাক্না থবক হায়নবা

থিবকপদা মহাক লৈবমদবনি। ঙৈহাক কোইথী থিনববা মতুংদা মহাক্না ক্না ঙাংশঙ ঙাংনা চাবদুনা চঙলকখি। মদুদনি মহাক্না শাউনা হাযখিবদু,

— তা বিজয, কদাই চৎলুই? থবক অমতা হাযগে হায়দুনা ঙসাইদগী ঙাইখিবনি।

তুমিন্না মবাল লৈববা মীদৌনা লুকথদুনা লৈ। থোইদোকপা ব্রা-লান খুন্নক খোৎপা তৌদে। ব্রা ঙাংনদনা মীকুপ খবদং লৈনৈ। তপ্না খুন্নকই,

মেদাম, ক্বা চাবা থোক্লুবনি। মদুদা ঙৈহাক্তং ব্রাবি ব্রাতাই ন্নদুনা লৈবকপানি।

নলিনী মাগী থৌববা বুধিনা ভাব ফজনা তাই। কমিসনগী পবিক্ষা ঙমদুনা ওফিসাব অমা ওইবক্লবা মঙোন্দদি অসিগুম্বা মওংসি খঙবদা থোইদোক্না অকুবা নৎতে। পান দুকান ফম্বী, মচিন মখা ফবী নুপীদুনা মশা মউ ফবা, শিংবা খজিক্তং বাংপা নুপাসিনা ক্বা চাবা লাকপদা মানা কবি কবিনো ঙাংদুনা কুইথনবা হোৎনবমগনি। ক্বা যোনবীদুসু থথাগী নুপী নৎতে মযুম অমুক পাল্লুবদগী হল্লক্লুনা লৈবিবনি। অদুগা অমুক ওফিস অসিগী মনাক্তা পান দুকান ফমদুনা ঈবাং তৌবিবনি। মফম মখাং খঙদনা মপুক্লিংদা নুপীদুবু শাউনিংবা ফাওবকই। খঙহৌদনা মাগীনি হাযদুনা লেববা পোৎ অমদা কনাগুম্বা অমনা মুনগে হাযনা হোৎনবকপদৌনসু তৌবম্মী। নহান মখে ফাওবমদবা কল্লকপা খনবনবগী মওং অমসু ফাওবক্লম্মী। মপুক্লিংদা নুপা অসিবু মাগী খক্তং ওইনিংলকই।

তা বিজয ওফিসতা থবক তৌববদি পান দুকান ফম্বী অসিগা ওনশিন্নদুনা বাবি বাতাই শাদুনা কুইনা খক লৈথোক্লোইদবনি। মসি মীনা উবগা ফজবসু নৎতে।

ফনি ইবেম্মা, মতুংদা অমুক তৌজববোই।

অদুদগী মহাক থোকখ্রে। নলিনীদি মফম খঙদবা ঈপাক অমদা অসুম অসুম কুমথবকপগুম তৌবম্মী। মথন্তা ঙকচবম্মী, মমাংঙৈ মাগী হৌখিবা পুন্সিদসু ঈজিকসু অতোপ্পা কনাগুম্বগীদমক অসুক নুংশা থীবা, মীপাইবা পোকপা তৌখিদ্রি। নহানখৈ ফাওবমদবা কল্লকপা খনবনবগী মওং অমসু মপাঙ্গল কন্না মশা মবেং পান্না কনখৎলকপগুম তৌবম্মী।

অসিগুম্বা নুংশা থীবা মিকুপ অসিখক্তনসু লোইবা নৎত্রি। নোংমা নিংথৌকাব নুমিৎ অমদনি ওফিসকী চে চাং খবা লোইশিন্দবা যাদে হাযদুনা কন্না লোইশিন্নবা হোৎনবিঙৈ মতমদনি বিজযনা চঙলক্লুনা,

— ইবেম্মা, ঐ অসুবাই ফাওবদা থোকচকগে।

— কদাইদনো . তাদা?

— লুনা ব্রার্কশোপ ফাওবদা চৎলুগদবনি। ইবেম্মা বেবীকাগী লুনাদু টযাব যাদ্রে, অমুক্তা ফোৎপীয়ু হায়বিযে। থুনা হল্লকনি, থনল্লগা অদুম লাক্কদবনি।

নলিনী বেবীকাগী মমিং তাবদা হকচাংগী ঈ তপ্না তপ্না শাগৎপা হৌবক্লম্মী। মাগী থম্মোইদু লৈতাফম খণ্ডদনা থক থক নিকপগুম তৌবম্মী। অদুবু মাওম্বা থাক ব্রাংলবা নুপী অমদদি অসিগুম্বা থম্মোইগী ঈথক ইপোমসি ফাথবা কবিবুদি লৈবা নৎতে। তপ্না ফাথবগা,

থুনা হল্লকউ, থবক যাম্না লৈ।

বিজয কাদুদগী থোকখ্রে। অদুবু মহাক্কী থম্মোইদুদি তপথবা ঙমদ্রে, মপূক্লিংদু ঈপাং লাঙই। মহাক খঙই, জেনেরেল সেক্সন্দা ফম্বী লৈশাবী অবিবী কেবানি নুপীদুনা, কেবদা পকই খঙদে, পকতে খঙদবমখৈ তপ তানা কেশন্দুনা লাক্লগা মমিৎ মনাদু ইঙাও ঙাওনা মশা মউ ফবা, শিংবা খজিক্তং ব্রাৎপা নুপা অসিদা 'তাদা শিমতা তৌবীবম্মু, তাদা নৎত্রবদি অতৈ কনা লৈত্রে। তাদহোযদি নচলনা লুনা খঞ্জবিবনি'। মদুদগী মযাই কল্লবা পঙথবা যাবা বাহৈ মযাম অমা মথং মথং । অদুদগীদি মপুক মপাউ ফববা নুপা অসিনা পঙথবদুনা নুপীনবু হাযবনদি 'হোয' হাযদুনা অদুম চৎলমগনি। তৌবগীদি মহাক্কীসু অচুম্বা খবদি অদুম মরৈবি। মদুদি মহাকসু লৈশাবীনি, ঐসু লৈশাবীনি। লিশল্লক্রবনিনা কনাগুম্বা তানা চাবা অমা যেংবসু ওইবম্বসু যাই। অদুবু লোক অমদা কৈ অনি কুনবদি যাদবনিনা মীগী কাদা হেক যেৎলববনিনা। লুনা শেম্বা চৎখিবা বিজযদু হল্লক্কুনা অমুক মাগী মনাক্তা চঙলকই।

— কবি কবি তৌজৌ হাযবগে ইবেম্মা ?

নলিনীনা বেক তগী চে-চাং মযামদু মফম চানা লোইশিন্নবা তাকই। চে-চাংদু লোইশিন লোইশিন্না বিজযনা ব্রাবি শাবা হৌবকই,

ঙবাং নোংমাইজিং নুমিৎতি ইবেম্মা, ইবেম্মা বেবীকাহোয় মযাম্না হৌদুনা ওফিসকী নুপী মযামগা ঐগা সেনিমা যেংবা চৎলুই। সেনিমাসু যাম্না নুংঙাই। ইবেম্মসু মবক মবক্তা সেনিমা য়েংদ্রা ?

বিজয়গী ৱাদুনা নলিনীবু পীং লাউবা ফাওহল্লি, মাগী খোইদৌ শীকপীদু য়ৌই। শকফম খঙহন হল্লি। অদুবু পংতক তৌবা নুপাশিগী তশেং তশেংবা মপুকচেল অসিবু নিন্দা তৌরুবগী মহুত্তা হেন্না অপাম্বা খৌরাংবা পোকহনবগুম তৌই। অদুবু তপ্না ফাথরগা,

— নহানৱাইদি খরা খরা য়েংলম্মী। হৌজিক্তি ইয়েং য়েংদ্রে। তা বিজয়, ঐখোয়স্ অমুক য়েংলুসিদনা ...। তা বিজয়দু থবক তৌরম্বদগী মমায় লৈথোরকই, হাইফেৎতং নোক্লগা,

-- ইবেম্মা, মেম সাহেবহোয়না ঐখোয়গা চৎমিন্নবা নুংঙাইগদ্রা... ?

-- করি তৌই হায়বগে। মীগী মীগী অমহানি।

বিজয়দু মপুক্লিংদা হাইফেৎতং নোকচৈ। ৱা মখা য়াম তারক্তে। সুপ্নগী 'অদুদি লাইবক য়াম্না ফবগী ৱানি' সিদং খুল্লকই। অদুদগী মশা মশাগী থবক্তা মপুক্লিং চঙনখি।

সেনিমা য়েংলুরগা হল্লকপদা লম্বীদা রেষ্টুরেন্ট অমদা অইংবা থক্লবা চঙই। বাইটরদা হায়খিদুনা গোলড স্পোট মরিখক পুরকই। ৱাইটবদুনা মখোয়গী মনাক্তা লেপ্লগা কোইয়েং য়েংলগা,

— মী কয়াগীনো ... ?

নলিনী মাগী মওংদু ভাব তারদুনা,

— মীবুদি অনিখক্তনি। মাগী অহুমনি, ঐগী অমনি। পোৎ পুরকপা ৱাইটরদুনা কা-হেন্না মশা মউ ফৰবা বিজয়গী ফীবম মূর্তিদু হাইফেৎ য়েংলগা নলিনীদা হাইফেৎতং মোমোন নোক্লকই। 'মঙ্গল ওইবীয়ু, মেম সাহেব' হায়রগা সলাম তৌরকই। গোলড স্পোট লিক্লি মরিদু টেবল মথক্তা থনম্লগা ৱাইটরদু চৎখি। মশা মউ ফৰবা নুপাদুনা লিক্লি অনি অমদি থুনা থক্তোকখি। অদুগা অকোনবগী অমদুদি তপ্না-তপ্না চীংই। নলিনীনা মশা মউ ফরবা নুপাদুগী খৌরি মনুংদা লিক্লি অনিগী অইংবা মহীশিংনা থুনা থুনা চঙখিবদু শুমহৎপা অমগা লোয়ননা য়েংই। অহানবদা চাউ শাংলবা খৌরি মনুংদা অইংবা মহীদুনা চঙখিবা, অদুদগী হকচাংগী অতোপ্পা মফম কয়াদা অমুক য়ৌখিবা। নলিনী নুংশা ফুইনা হোল্লকই, মশাদা মফম খঙদনা মথুম মরাং হৌরকপগুম

তৌরক্লম্মী। মীকুপ খরদং অতোপ্পা সংসার অমদা লৈরুবগুম তৌই, বিজয়না ব্রা ঙাংলক্লবা মতমদুদা জ্ঞান খংলাক লাকপগুম তৌই।

— কৈদৌরে ইবেম্মা, হকচাং নুংঙাইবীদ্রবরা ... ?

ইখং খংনা,

— কৈস্ন তৌদেদা, সুম ৱাখল অমা খল্লুবনি।

অদুদগী মখোয় অনি জ্ঞান ইতাহেক তান্নদনা পুকচেল মাংনদুনা মমায ঙাংনবগা ময়ুমদা হল্লরুখি।

মমাংগী থৌদোকশিং নিংশিঙলুরগা নলিনী মাগী মশাদু কন্না অমুক শাগৎলকপগুম তৌরে। মাগী নাকন্দা তুপ্লিবা মপুরোইববু অমুক চেৎনা কোনশিঞ্জে। থৌদোক অমসু অমুক নিংশিঙলক্লে। মতমদু বিজয়গা মাগা ৱাবি ৱাতাই ফজনা শান্নববা মতমনি।

- ঙা বিজয, তাদগী হকচাংসি কবি চাদুনা অসুক ফবিবনো? ঐদি তাদগী হকচাংসি ওস্থোক্লা কল্লকচত্ত্রে। মশা মউ ফবা নুপাসিনা নোক্লদুনা খুল্লকখি,

অঙাং ওইবিঙৈদগী হকচাংসি মশাগী ওইনা অদুম ফরকই। মযাম্না ঐব্ জীমদা চৎতুনা হকচাং শাজেল শান্নরবদি মিষ্টর ফাওবা থোকপা য়াগনি হায়বদগী জীমদা চৎতুনা হকচাং শাজেল কন্না শান্নরকই। মিষ্টরদি থোক্লকখিদ্রে। বোকসিং তৌবা ইমান্নবা খরা অমুক থেংনদুনা বোকসিং অমুক শান্নে। বোকসিংদদি মায ফজনা পাক্লকই, নেসনেল চেম্পীয়নশিপতা হেভী ৱেটতা সেমি ফাইনেল ফাওবা যৌরকই। এসিয়ান চেম্পীয়নশিপকী ট্রাইয়েল ফংলকই, ফাইনেল সেলেক্সনদদি যাওবক্তে। বোকসিংদগীনি ঐগী মায়সিসু অসুক য়াম্না শোকচিনখ্রিবসি, হান্নদি খনা ফবম্বনি। নলিনীনা বীজয়গী মমাইদা মুন্না য়েংই। নহানগৈ উবমদবা দাগ খবা ময়েক শেংনা উবকপগুম তৌই। বোকসিং থীন্নবদা শোকখিবা ওইরম্বা য়াই। মহাকপু অহানবা উন্নবা মী অযাম্বনা মহাকপু 'তমথিবা, মী ফাওবা শেৎতুনা চাবা ঙমগদবা মাল্লি' হেক হেক হায়। অদুবু নকশিন্নরগদি নুপাসিগী অঙকপা ফংনা মপুকচেল শেংবা ইচম চম্বা মতৌ, মীনুংশি হৈবা। অদুবু নুপাসিগী থম্মোই মনুংদা হিংচাবগী মচিং মশোন অমদি তুমদুনা লৈ।

— ইবেম্মা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা ঐখোয়গুম্বা লায়রবনা শান্ন-খোৎনবা তৌবদি তশেংনমক অপংবগী থবকনি। থৱাই মাঙবা য়াবমখৈ বোকসিং থীন্নরুবা ঐ করি কান্নে। করিসু কান্নদে। পৈশা তান্নবা হোৎনরম্বনা চাম্মরক হেন্না ফৈ। ঙসি ঐনা তৌরিবা পীয়নগী থবক অসিসু ফংনবা হোৎনবদা ঈখেং তাদে হায়দবদা মঙাইখি তশেংনমক অঙকপা ফংনা ৱাখ্রবনি।

বিজয়গী ৱারিদু নলিনীনা থৱাই য়াওনা তায়, নিংবা কাইরবা নুপা অসিগী অৱাবদুদা মহাকসু শরুক য়াজনিংলম্মী। নুপা অসিদা থোকপা খুদিংমক মঙোন্দা থোকপগুম খঞ্জরম্মী। অশেংবদু হায়বদি অসিনি মদুদি মশা মউ ফবা নুপা অসিগা মাগা খন্দোকফম খঙদনা য়েৎশিন্নদুনা অমত্তা ওইখ্রবগুম তৌরম্মী।

কুইরক কুইরক্লগদি নলিনী বিজয়গা নকশিন্নরকপা হেল্লক্লে। লাপথোক্লনবা হোৎনরুবগী মতুংতা নকশিনখিবদুনা মঙোন্দা অপেনবা ফাওবগুমসু তৌরম্মী। করিগুম্বা বিজয়না করিগুম্বা মরম অমগী থবক নুমিৎ নিনি হুমনি কারক্তুবদি মহাক্না ময়ুমদা চৎতুনা হংলুই। অমদুসু মহারানি ইবেম্মদুনা ময়ুমদা লাক্তুনা হংলরবদুদদি মথুম মরাং হৌদুনা থবক করিসু লৈবজাৎ নৎতেদা 'য়ানি' হায়দুনা নোংঙানবা ঙাইঙমদনা চেল্লক্কনি।

নিংশিঙলক্লে নুমিৎতু, বিজয়গা মাগা বাজারদা মার্কেটটিং চৎপনি। ৱারি শাদুনা খোংনা বাজার মনুংদা চৎলিঙৈদা মোটোর সাইকল অমনা শোকপোই শোক্তবোই হাইফেৎ থেংলম্বদা মহাক জ্ঞান তাদনা তুখি। মীকুপ থরদং জ্ঞান মাঙলুরগা অমুক জ্ঞান লাকপদা বিজয়না মহাকপু গাড়ী মথক্তগী পম্বোই থাংবোই তৌদুনা হোসপীটাল মনুং তান্না পুশিল্লম্মী। মীকুপ অদুদা মহাক চৈনাখোল পুন্নমক কাউথোক্তুনা পাংথোক্লম্বা মমিৎতু অমুক উইশিন্দুনা মহাকপু থাংলিবা বিজয়বু চেৎনা কোনশিনখি। মহাক্কী মওংদু বিজয়সু হাইফেৎ খঙবদৌনা তৌখি, হকচাংগী হুল্লম্বা মীহুল পুন্নমক খংথু থুগৎলকপদৌনা তৌখি। হোসপীটালদগী ফাষ্ট এইদ খরা লৌরগা য়ুমদা হল্লকখি। নুমিৎ নিনি হুমনি ওসিফস কাখিদে। নুমিৎ খুদিংগী বিজয়না ওফিসতগী হল্লকপদা মহাক্কী ময়ুমদা চংলক্তুনা হংলৈ, ৱারি ৱাতাই শারে। করিগুম্বা নুমিৎ অমদনা, 'ইবেম্মগী হকচাংদু খজিক্তুং কনখৎনবা হায়দুনা ঙা মচা অমদং লৈজরক্লি' হায়দুনা ঙা লৈদুনা পুরকই। মরক মরক্তা কৈথেলদগী লৈ চরোং ফজবা লৈরকপসু য়াওই।

অনাবা ফদুনা ওফিস কাবকপদদি হান্নদগী হেন্না অমুক্কা নকশিন্নখ্রে। নলিনীন চৎপা খুদিং বিজযগা লোযনদুনা চৎলম্মী, মমিগুম্না ইন্নবম্মী। ওফিসকী মী অতৈন বিজযবু, 'বিজয নহাক্তি হন্দক্তি মনি খুল্লবনি, চেৎনা পাইশিল্লু, অমুক তাজহৌনি হাযদুনা হেক হেক মাবু লক্কবী। মীনা অসুম্না হাযবক্রুবদি মাগী থম্মোইসু মফম খঙদনা নুংঙাইবা পোক্রম্মী। পুন্সিগী থৌদোক কযানা কনশিল্লুববা মাগী থম্মোইদু অমুক পেৎথোবক্তুনা অনৌবা লৈশাৎ তন্নকপদৌনা তৌবম্মী। থোৎ মেঙবা যাওদ্রবা নুংগুম্নবা থম্মোই ঙসিদি খঙহৌদনা নৌহৌননা ঈশৈ শক্লিংলকপগুম তৌবি।

মমা মপা, ইমুং মনুং, খঙনা চান্নবা মীওইশিং পুম্নমকনা নলিনীবু মযুম পানবগী মতম হেন্দোকখিদৌবে হায়দুনা মাবু মযুম পান্নবা কন্না হেক হাযবে। মহাক মশাসু অদুম ভাব তাই মদুদি মহাক তনৌ তনৌবী, তগৎ তগৎ তেকপা লৈহী চোন্না যাওবীবী নুপীমচা অমা নৎতে, যুম পানবগী মতম লিৎখিদৌবিবী মপুং মবৈ ফাববী লৈশাবী অমনি। খঙনা চান্নবা মীওইশিংনা মতিক চাববা ইনাক কৈবাক খুল্লবা নুপা কয়া মাগী বব ওইনবা পুবকই। অদুবু মানা অপাম্বা মীশক্তুদি যাওদ্রি। মশক মতৌ ফজে লাইবিক লাইগু হৈ, ইনাক খুল্লি, থবক ইনখাং চাউনা তৌই হাযদুনা বব ওইহনবা মীওই কয়া লাকখি। অদুবু অমদা নৎএগা অমদা অমোৎপা তৈবা মপাম্বোংদদমক অফবা মানবা মনুংদি অমোৎপা তৈবা ঙাক ওইবম্মী। ঙসিদি মথম্তা নোক্লি বা ফাওবকই, লম্বীদা চৎলিবা ফজবা ফীবোল শেৎ চাদুনা চৎলিবা, মশক মতৌ ফজবা ফজবী মীযামসিগী মনুংদা সুপ্নদগী মীওই অনি অহুমদমক অমোৎপা পক্লম্মোই। মঙোন্দা হাযববা নুপাশিংগী মনুংদা খৃইদগী মতিক চায খল্লিবা ডাক্তব অব ন মশক মতৌ ফজে, ইনাক কৈবাক খুল্লি, মহৈ মশিং মতিক চানা হৈ ডাক্তবনি, শাগি জাৎ ফৈ। অদুবু মহাক্কী অবোনবা ৱাবি, মীনা ইখং খঙনখিদ্রবা, অমখক্তি লৈখি। মদুদি মহাক্না তম্লম্বা মেডিকেল কলেজদুগী মনাক অদুৱাইগী মশক মতৌ কাবক কাবক ফজবা নুপীমচা অমগা মাগা মবি লৈনবম্মী। অশেংববা, শেংদববা হাযবদুদি খঙদ্রে নুপীমচাদু খবা লৈবগা এর্বোসিন তৌখি হায। মাগী কোর্স লোযবগা নুপীমচাদু মাগা অদুম কাইনবে। নুপীমচাদু মীনা ফজদনা মুসুক মুসুক যান্না ঙাঙনখি, অদুদগী নুপীমচাদুগী পুন্সিদু অমুক হন্না মওং মবিল তাবকখিদ্রে। ঙসিনা মশক মতৌ ফজবা, মমিং চৎপা, লৈবাক্লা শক খংনববা ডাক্তব অকন। পুম্নমক অসিগা যোংনকপাদি মাগী বিজযনা চাম্মাবক হন্না মখোযদগীদি ফৈ। লম অমদদি মহাক

নেসনেল লেবেলগী মীওইনি, অমোৎ অকাই পকএবা হীংচাবগুম্না ফরবা মশা মউ, ভগীরিথি গঙ্গাগুম শেংলবা মপুকচেল। নলিনী ফীবমসি চাম্মরক হন্না খল্লে অদুবু ফল করিসু তাখিদ্রে। মহাক্না ডাক্তর অরুন্দা লৈরবদি মহাক্না জ্ঞান হেক তারকঁঙেদ্গী হৌজিক ফাওবা তল্লক্লিবা মহৈ মশিং, ফংলক্লিবা লৌশিং জ্ঞান পুন্নমকপু মীনম্লম্লগা মশাগী কান্নবখক য়েংদুনা পুন্সিবু অর্থ লান্না হনগদৌরি। বিজয়গী দোষ হায়ববু মহাক শেল পাইদে, থবক ইনখাং অচৌবা তৌরমদে। অদুবু মীওইবগী লাইবক কনানা হায়বা ঙমগনি ঙসি ওইরিবা ফীবমসিমক পুন্সিসিমা অদুম ওইরগনি হায়না ...।

নুমিৎতু ইরাই নুমিৎনি। মতমদু ওফিস মনুংসু করিসু নলিনীগী হায়না শিংনবগী ৱারিনা মীপুম খুদিংগী ৱারিগী টোপিকনি। কনানা হায়, 'নলিনী ডাক্তর অরুনদা লৈজরবদি তশেংনমক মরাইবক ফৱবনি। মখোয় অনিসু মপা মপাসু চান্নরে'। অমুকসু কনানা করেম্নদুনা তুমিন্না শোনবসু য়াওই, 'বিজয়না মাগী মহারানিসিবু থৱাই য়াওনা সেবা তৌরুবদি ফোরসা চৎলেদনা। মাগী অসুম্না তৌরবদি ঐদি হূ চাদুনা ইথন্তা শীজখিগনি'। বারি ময়ামসিনা মহাকপু লক্লবগুম তৌরম্মী, মাগী হকচাংগী ঈদু তপ্পা তপ্পা শাগৎপা হৌরক্লম্মী। মাগী তুমদুনা লৈরিবা হিংচাবগী মচিং মশোন্দু তূম্বা হৌদোকপদৌনা তৌরম্মী। নুমিৎতু য়ু খৱা ফজনা থকচিন্দুনা লাক্লগা নলিনীগী কাদা চংলক্লগা তৌফম খঙদনা অমুক থোক অমুক চঙদুনা লৈ। হীদাক মনম নম্বদুদা নলিনীনা,

-- তা বিজয়, নহাক য়ু থক্লকপরা ...?

মশা মউ ফৱা নুপাদুনা করিসু খন্দনা,

— থক্লকই, ইথন্তনা লিক্লি অমা মখাই থক্লকই।

নলিনীনা মমিৎ লাউথোক্লদুনা,

— নহাকপু য়ু থক্কে হায়বদাইনে ...?

— ঙসিদি থৱাই নুংঙাইতে। অদুনা য়ু থক্লিবনি। নলিনী ৱা মখা তারক্কে, তুমিন্না লুকথদুনা লৈ। হিংচাবা মানবা নুপাদুনা য়ুনম ৱা ৱা নম্বমখৈ করিসু থৌশাদনা হায়রকই,

— নলিনী নহাক ঐগা থবক অমা চৎলুবা য়াবরা ...?

ঙসিদি বিজয নলিনীবু মমিং নমকৌ কৌশিল্লকই, ব্যবহার মতেক অমফাও থমদ্রে। নহানগৈদি 'ইবেম্মা' নৎত্রগনা 'মেদাম' হায়দুনা হেক হেক ব্যবহার মতেক অমদি থম্বনি, মরমদি মহাক মঙোন্দগী মথক থোংবা ওফিসারনি, মমিংদি খক পন্দবনি। ঙসিদি থোৎ নৌবা অমফাও য়াওবমদ্রে, ওঘোক্লা চগুনরল্লে। অদুদগী মথোয় অনি ওফিসতগী থোরক্লে। থবক চৎত্রিঙৈদা অইংবা অমমদং থকখিসি হাযদুনা মী খবা চীকপা কেবিন য়াওবা রেষ্টুরেন্ট অমদা চঙলক্লে।

অলকোহোল পর্সেন্টেজ চাং য়াম্না য়াওবা অইংবা অমমম পাইদুনা থকপা হৌরে। অনিমক ফম্না কুইনা ব্বা ঙাংনদে। মপুক্লিংদা হায়নিংবা ৱানা পীক থন্না লৈবগুম তৌই, কবিগুম্বা মফম চাদনা ব্বা হৌদোক্লুরগা পীক থন্না য়াওববা পাত্রদু নিকথোকখিগদবা হায়দুনা অকিবা ফাওবম্মী। ইখং খংহৌদনা শেম শাহৌদনা নোং নুংশিৎকুপ্পা বিজযনা নলিনীগী মখুৎতু কন্না পাইশিল্লক্লম্মী। নলিনীসু তৌফম খংদনা লৈবম্মী।

- নলিনী নং ঐবু নুংশিব্রা . . ?

নলিনী পাউখুম অমফাও পীরমদে মদুগী মহুত্তা নুংশা থীনা নিংশা শ্বব পিক্লা হোল্লম্মী। মপুক্লিংদা মহাক্লা ইহান হান্না লাকপা নুমিত্তা থেংনবদা ফাওবা নুংশা থিবদু অমুক হন্না ফাওরকপগুম তৌরম্মী। খঙহৌদনা ইশোন শোম্থখিবগুম্নসু তৌবম্মী। হিংচাবা মানবা নুপাদুদি পায়শিল্লক্লিবা খুৎতু থাদোক্লকপগী মহুত্তা হেন্না কন্না পাযশিল্লম্মী। নলিনী বিজয়না পায়রক্লিবা খুৎতু অনাবা ফাওরম্মী। অদুবু মাগী 'খুৎতু থাদোকপীযু' হায়গদবদু অকিবা ফাওরম্মী। মচিন্দা খোঞ্জেল অমফাও থোবক্লে। কন্না হোৎনরবা মতুংদা খোঞ্জেল পিক্লা, 'খুৎতু অমুক্তা থাদোকপীয়ু য়াম্না নাবে'। হিংচাবা মানবা নুপাদুনা অনম কনশিন্না,

- ঐগী পাউখুম পীদ্রবদি নহাক্কী খুৎ অসি থাদোক্লরোই।

-- মসিবু নহাক্লা অনৌবা ব্বা অমুক ওইহন্দুনা ঐবু পাউখুম অমুক হন্না পীবা তাবিব্রা . ?

অনিমক ফন্না কুইনা ব্বা ঙাংনদে। নুংশা শ্বর ফুইনা হোনবগী মখোলদমক তায়। মদুদগী বিজয়না নলিনীবু মখুৎ পাইদুনা মপান থোরক্লম্মী।

নলিনী নোং ঙাল্লমদাইগী অইংবদু মশাদা খজিক খজিক ফাওরকপগুম তৌরে। খজিক্তং কাথোকপা থোংনাউ অহোবদা চীংখৈ হুনবগী মঙালনা লিথশিল্লকপা হৌরে। শাগৎলম্বা হকচাংসু তপ্পা তপ্পা ঈংথরক্লে। ঙৈহাক লৈরগদি মৌ অনৌবী য়াহৌ থেংঙিশোয়দনা হায়রগনি। মপুরোইববু অমুক্তং নুংশিনা য়েংলম্লগা কাংখল হাইদোক্কুনা মপান থোরক্লে। ✍

১৪/৯/১৯৯২

# মমি অমসুং বিন্দু

নলিনী ফম্মুং মথক্তা তুমিন্না ফম্লমবদগী খঙহৌদনা হায়ফম খঙদবা ৱাখলগী পরিং অমা মাগী মকোক্তা হাইজিল্লক্তুনা লৈতাফম খঙলকত্রদুনা মাগী ময়াই ওইনা চাউবা তুমফম কাগা অতৈগসু ইপুন পুনবা কাদুগী মনুংদা হনগৎ হন্দা চৎলি। কাদুগী মনুংদা অকে অমৌগী পোৎ ময়াম অমা লৈ। অদুবু ঙসিদি নলিনীগী মমিত্তা হকচাং চনবা মিংশেল অমা কাচিন ওইরপ্লা লৈরিবদু অতৈদগী তোঙান্না তাদুনা লৈবগুম তৌই। করিমুক খল্লক্রবনো খঙদে মিংশেলদুগী মমাংদা চংশিল্লক্তুনা মশামক্কী মমিদু কুইনা য়েংজৈ। ঙসিদি মশামক্কী মশক মতৌ চুং ফীরাল চারবা শবান মূর্তিদুদা মশা মতোমতা ফাওবা কল্লকপা ফাওজরক্লে। মতম কুইনা মশামক্কী মশক খঙজরুদ্রে হায়বগুম মশা মতোমতা নুংঙাইতবা ফাওজরকই। থোংনাউ হাংদোক্তুনা মখোয়গী অপিকপা ইংখোলদুদা য়েংশিল্লুবদা মতম খরগী মমাঙদা থাখিবা দালিয়া পাম্বীদু মপুং মরৈ ফানা শাৎকাইরল্লে। মদুদগী করিমুক খল্লক্রবনো খঙদে মাগী অলমারীদগী ফজবা ফীজোলশিংদু অমুক পুথোক্তুনা শেৎচিল্লে। মিংশেল মমাংদা অমুক লেপ্তুনা মশাগী ফজরবা মশক্তু অমুক য়েংজরে। মদুদসু হান্নদগী হেন্না ফজখৎনা উরে। মশাদা ময়াই হেন্না কারক্লে। মশা মতোমতা মুরুম মুরুম শোঞ্জে 'নলিনী নহাকসি অসুক ফজৈদকো'। ফজরবা ফিরোলনা য়োমশিল্লবা মহাক্কী মশক্তু য়েংবদা পেনবা অমুক ফাওজরকত্রে। তশেং তশেংবা মহৌশাগী ওইফম থোকপা ফজবদু য়েংনিঙবা অমুক ফাওরক্লে। ফিজেৎনা কুপশিন্দবা অপোম্বা থম্বালগুম্না নিংথিরবা নুপী অমগী কল্লক্নিংঙাই ওইরবা ফীবম মূর্তি মিকূপ অসিদা খৌরাংবা ফাওরক্লে। মিকূপ অসিদা মশামক নুপীনি হায়বা কাউথোকচদুনা অতোপ্পা জীব অমগুম খঞ্জরক্লে। তপ্না তপ্না মশাদা পক্লম্বা শিল্পকী ফিরোলশিংদু অমমমতা ওইনা লৌথোকপা হৌরক্লে। হৌজিক্তি মশাদা ফিজেৎনা তাংজদ্রবা মীওইবগী মূর্তি অমা মীংশেল মমাংদা লেপ্তুনা লৈরে। হন্দকমুকসু কয়াদা ফজরবা! পুন্নমক্তগী পুমহেন হেন্না ফজরেদনা। নুপীগী চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবা ফজরবা মূর্তিসিগা কনাগা চাংদমন্নগদৌরি?

খংহৌদনা নলিনী অমুক কপ্পিংবা ফাওবক্লে। মশা মতোমতা মশাগী ফজববা ফীবম মূর্তিদুবু অমুক চৈজবক্লে। 'নঙনা মবম ওইদুনা ঐবু অসুক অৱা-অনা তাহল্লবা? নঙদি মিনুংশি হৈত্তবা, মীবু খুদোংথীবা তাহনদবনি হৈবিবা'। ইখং খঙহৌদনা মিংশেলদা তাবিবা মশামক্কী মমিদুনা কবেম্লনা,

— নহাক্কী ফজববা, নশামক্কা চৈজবিবা ফীবম মূর্তি, কুচু, কুমেন অদুমক লৈবমদ্রবদি নহাক্তি নহান্না লম্বীগী চাক্লিবী ওইনা চৎলম্লগনি। নহাক্তি নবাইবক যাম্লা ফববনি। নঙগুম্বী কযা অমা নহাক্কী অদুগুম্বা ফীবম মূর্তি অদু ফংজহৌদদুনা নহান্না লম্বীগী চাক্লিবী ওইদুনা চৎনখ্রবনি। নঙনা অপংবী ওইদুনা ৱাজবনি।

নলিনী মহাক মশামক্কী মমিদুনা অদুক কবেম্লনা ঙাংলকপদু খাংবা ঙমলমদে। শার্উনিংবনা মচিনবান অনিদু থক খা খ্রক খ্রক চীংলম্মী, মমায মমিৎতু অমুনবা খামেন অশিনবদৌনা ঙাংশিল্লক্লম্মী।

নঙনা কবম্লা অদুক থৌনা ফনা হাযবিবনো? নঙদি ঐগী মমিনি। ঐনা খনবা, ঙাংবা পুম্নমক নহাক যাবা তাবনি। ঐনা খনবা, ঙাংবা ঐগী মমিনা যানিংদ্রবা মসিদবু ঐনা কবিমুক তৌকখিনি    ঐ অঙাওবীগুম নোক্লিংলক্লে    ।

নলিনী অঙাওবীগুম হৌনা নোকথোবকই।

— কবিগীনো? অঙাওবীগুম নোক্লিবদি। চৌক্রি অমা পুবক্কুনা মিংশেলসিগী মমাঙদা ফম্লো লাউ। ঙসিদি ইবানি ৱাবি কুইনা শান্নবা তাবি।

মমিদুনা যাথং যাওনা হাযবকপনি। মীকুপ অদুদা নলিনী খংশোন শোষ্ঠখিবগুম তৌবম্মী। মশাগী ওইবা ৱাফম অমা ফাওবা ফোঙদোকচবা ঙম্লমদে। মমিদুগী যাথং যাওনা হাযবকপদু হিকতোকপসু ঙম্লমদে। অঙাওবীগুম্লা হৌনা নোক্লম্বদু খংতোক তোকই। হাযবা ইল্লবা মী অমগুম তুমিন্না চৎতুনা ফম্মুং মযাদগী চৌক্রিদু পুবক্কুনা মিংশেল মমাঙদা ফম্মী।

— যেংউ, ঐ নহাক্কী মমিনি। অদুবু নহাক্কী পাংদবা, অযম্বা মতৌ অদুবুদি ঐ কবিগুম্বদা যানিঙবা পোক্তে। ঐসু ঐনা যানিঙবা ফাওদ্রবদি ঐগী অশেঙবা মশকমক ওইববসু যানিঙদবা ফোঙদোক্কনি। ঐ নহাক্কা মবি কবিসু থোক্লদে হাযগনি।

— ফৈ নহাক্না অদুম্না খল্লবদি। অদুবু নহাক ঐগী মমিনি। নহাক্না য়ানিঙবা ফাওদ্রবদি ঐবু থাদোক্কুনা চৎখিবা য়াদ্রা ? নলিনীগী ৱাদুদা মমিদু খজিক্তং নোক্লকই। নলিনীনা মমিদুদা অঙকপা অমগা লোয়ননা য়েংই। মমিদুনা অমুকসু করেম্ননা হায়রকই,

— ঐদি নহাক্কা অদুম পুন্সি চুপ্পা লোয়নদুনা লৈগনি। নহাক্না শিবা মতমদা ঐসু য়াওগদৌরিবনি। নঙগা ঐগা অমৎতনি। নহাক্না শিদ্রিফ'ওবা নহাক্কী পুন্সিগী খোঙথাং কয়াবু নোক্না নোক্না য়েংখিগদৌরিবনি ঐদি।

— নহাক অদুক পুকচেল পীকপা, অদুক চাউথোকপা ঐগী ৱাসু খিৎতসু তাউদনা।

ৱাশিংদু নলিনীনা থম্মোই শোক্না খোঞ্জেল পীক্না হায়রকপনি। হন্দকমুক্তি মমিদু হান্নগী থৌৱা ইশা শাদবা, নোক্কেম হাইঙ্গেম্নবগী মওং মতৌদু উৎত্রে। মহাক্না তপ্পা নলিনীগী থোৎ-নৌরবা, ফজরবা হকচাংগী শরুকশিংদু অমমমতা ওইনা পায়দুনা য়েঙবা হৌরক্লে। থোৎ-নৌনা মনম নুংশিনা ৱাই ৱাই তারিবা অমুবা শম্লাঙশিংদু কল্লকপা অমা য়াওনা য়েঙই অদুগা শাৎকাইরকপদা ঙায়রিবা ঈয়াই থক্কী থম্বালগুম্না থোৎ-নৌনা, ইঙনা তপ্পা তনিক তনিক শাৎচরিবা হকচাংগী থক খা পুন্নমক অমমমতা ওইনা য়েঙবা হৌরকই। 'কয়াদা ফজখ্রবা মূর্ত্তিনো ! মসিদা অৱাবা, পাপ পুন্নমক্কী হৌরকফম ওই হায়রিবা, তশেংনমক মদু অরানবা ওইগনি'

-- নহাক্না করম্না নশামক্কী অসুক ফজরবা হকচাং পোলাংসিবু নহাক্কী অৱাবা পুন্নমক্কী হৌরকফম্নি হায়রিবনো ? ঐনা খনবদদি মসিদি নহাক্কী খ্বায়দগী ফরবা নশাবু কঞ্জনবা খুৎলায় অমনি হায়না খল্লি।

-- নহাক্না অদুম্না হেক হায়বদদি ইরায় হেক লায়বা অদুবু থবক ওইনা হেক পাংথোকপদদি হায়রিবা অদুম্নদি হেক লায়দবনি খনবগা অশেংবা থৌদোক্কদি খেন্নবা খরা অদুম মরৈবনি।

-- অদুদি নহাক নশামক্কী ৱারিনা, থৌদোক্না খুদম ওইনা পীদুনা ঐবু ভাব তানবা অমুক্তং তাহল্লুদনা।

নলিনীনা নাক য়েত্তা পাইরিবা অমুবা মৈখু মরক্তা মাগী মশাদগী পাইথোক্কুনা তিনখিবা অমুবা মৈখুশিংদু ফাগদবগী কোইতান তান্নে। অমুকসু মহাক্কী খুবাম মনুংদা খজিক লৈহৌই, খরা অমনা নাম্থোক্কুনা চৎখি। মতম খরগী মতুংদদি লোইনমক নাম্থোক্কুনা চৎখি। অদুগা মঙোন্দগী নাম্থোক্কুনা চৎখ্রবা মৈখুশিংদুনা মঙোন্দা অমুক ওনশিনদুনা করেম্নলা নোকশিল্লম্মী, অদুগা অমুকসু হায়রম্মী, 'অপংবী, নহাক্কা ঐখোয়গা কৈদৌঙেদসু তিন্নরোই। নহাক্তি মশক ফজরবসু লফু থরোগুম্বনি। নশাগী ফজবা নশক্কুনা মরম ওইদুনা নপুম্সিদু অদুম লোইশিঞ্জবনি।

নলিনী বি এ হেক পাস তৌবগা সেক্রেটরিয়েল প্র্যাকটিশ তম্বা চহিদুদা মখোয়গী মপাদু লৈখিদ্রে। মপাদুনা মখোয়বু ইকোক হেক কোক্লা হুন্দোক্লম্বদি নৎতে। শেল ওইনা লুপা লীশিং তরামুক অমগা লৌ ওইনা পরি অমরোম অমগা থম্বীরম্মী। মপানা থম্বীরম্বা পৈশা খরদুগা লৌ শঙম অনিরোম অমগা কায়থোক্লগা ফংলকপা শেনফমদু পায়দুনা কোইচেন চেন্নদুনা থবক মচা অমদি ফংহৌজহৌরে। মখুরা থোকপা অমনা কন্না হোৎনখ্রবনি মদুমক নৎলমদ্রবদি খরা ৱারমগদবা জাৎনি। মানে, মমানে, মচননুপীনে মনাওনুপা অমগা মখোয় মরিদমক হীংবগীদি মানা থোকপা পৈশা খরদুনা ইরাই লায়না হিংবা য়ারম্মী।

নলিনীনা তৌরিবা থবক্তু মমিং চৎপা সরকারগী দিপার্টমেন্ট অমগী অচৌবা ওফিসার লৈবাক্লা শক-খংলবা, চীং-লেম্লবা, ভদ্রালোক অমথক্কী পরসনেল এসিস্টেন্টনি অশম্বীদা পী. এ. । অহানবদা নলিনীবু মবুধি মরৌশিং লৈবী, মশক মতৌ ফজবী নুপীমচা অমনি হায়না য়াম্না থাগৎপীরম্মী। মহাকপু মমৌনুপীমক ওইনিঙই হায়ফাও হায়রম্মী। থা মরি মঙারোম লৈরগদি নিংথিজনা হৈজিং ফারবা লফোয়দা তিল চংবা হৌরক্লে। পাপ চেল্লবা মীগুম নুংতিগী অমাঙবা কোমদা চোংথদুনা শান্নবা হৌরকই। নলিনীনা খ্বায়দগী থৱায় শোকলিবদি মাবু অহানবদা মচানুপী অমগুম লুনা তৌবীরম্বা ভদ্রালোক্কুনা অকোনবদদি মাবু 'মাগা ফমুংদা তুমিন্নবা য়াবা মীনি' হায়রকপদুনি।

মাবু ওফিসতা থবক লৈ হায়দুনা ময়ামদগী থেংথনা থম্বা, নোংমাইজিং নুমিৎতসু কৌখৎতুনা থবকসু লৈতনা ৱাথি ৱারেম ময়াম অমা ঙাংনবা কৌখৎপা। নোংমা নোংমগী নলিনী শাউনিঙবা, কপ্লিঙবা অসুম অসুম হেনলক্লম্মী। হৌজিক্তি মহাক্কী লৌশিং লন থুম মতিক চানা লৈরবনি অদুবু মথম্মোইদা চনৈনবা ৱাহং অমখক্তি

অদুম লৈরি। 'করিগীনো, ঐনা মাগী তৌহন্নিংবা মওংদা তৌহনবা য়াবা লাই ফদবী অমা ওইনা লৈরিবা?' কাইনথঙদা খাংবা ঙম্বগি ৱাঙ লাল্লক্লদুনা মহাক চহি অহুমগী মতুংদা থবক্তগী তোকলে। লাইবক ফবা অমা খক্তি মহাক্কী নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ অদুদি কনবা ঙমজহৌই করাম চাউবা হীংচাবদুদগী।

মতুংদা কমদৌই! তলব য়ামদ্রবসু মীশন স্কুল অর্মাগ ওজা ওই। ওফিসকি হাবি জাবি ময়াম অমগা তোকখ্রগা অঙাং ময়াম অমা লাইথিক তম্বীবা, কয়াদা কল্লক্লিংঙাই ওইরিবা। লাইবক থিবদি স্কুলদুগী বাষ্টর প্রীন্সিপালদুসু মমাঙগী ভদ্রালোক্তুগা করিসু খেৎনরমদে। ফাখ্রবা ঈশৈ অমুক ঙংলকপগুম হান্নগি পুন্নমক্ত অমৎতা চিৎথদনা হল্লকই। লাইরবী অমসু বাষ্টরদুগী ভিকতিম ওইদুনা এবোর্সনগী থাক ফাওবা য়ৌখ্রবনি। ঙসিনা ঐ, ঐগী থবক থাদোকপগী চে পীশিনগদৌরি। নঙসু খল্লু, মসিদা ঐনা তৌগদবশিবো করিনো?

মমিদু নলিনীগী অৱাবা ৱারিদুদা অৱাবা ইফাও ফাওদবগুম উই। মাগী মপুক্লিং নুংশিনা লিজরুবগী ফল ইফং ফংদবগুম তৌই।

-- নহাক হৌজিক ভারজিনিটি মাঙলব্রা, মাঙদ্রিব্রা?

-- মাঙদ্রি।

মমিদু মখোল হৌদবা মী উশিৎতবা মীনোক অমখক মচিনবান্দুদা হাইফেৎতং নোকখি। মমিদুগী উশিৎতবা, করেম্নবা মওংদু নলিনীনা তৌফম খঙদনা মথম্মোই চাক্লা য়েংই। মমিদুনা মখা তারকই,

-- হয়েং নঙগী নপুরোইবা ওইগদৌরিবা নুপাদুনা নুপী কয়াগী ভরজিনিটি মাংহনখ্রবা মীশক অমা ওইরম্লবদি কমদৌবা। পাপীদুদা নহাক্না চেৎনা ঙাক্তুনা থমজরিবা ভরজিনিটি অদুগী মমল খজিক্তা ফাওবা লৈখিগদরা?

— মদুদি মাগি ধর্ম্মনি।

— মী অতৈনা পাল্লিবদি নহাক্কী চেৎনা ঙাক-শেন্দুনা থল্লিবা ভরজিনিটি অদুবু মাঙহনবনি। নঙনা পঙদুনা তৌরিবনি। নঙগী ভরজিনিটি দুনা লাং-থাক্তুনা অনৌইবা মশক ফজবা শা ময়াম ফারগা নঙগী পুন্সিগী মায় পাক্নবা তৌবা যজ্ঞদা বলি তৌথোক্লবদি নহাক শোয়দনা মায় পাকনবগী বর ফংগনি।

নলিনী করি খুমগদবনো হায়বা ফাউ খংজরকত্রে মমিদুগী অঙকপা ফংনা উশিংতবা, করেম্নকগী মওং মতৌনা মহাকপু শাউনিংবগী মহুৎতা কপ্নিংবদুম পোকহল্লে। মখা তাথরকই,

— নঙদি নুমিদাংদদা শাংপা থাবল্লেগুম্বনি। থাবল্লেনা কমদৌই, অহিং থেংনা হল্লকনবা, লমহেনবা নুপা কয়াগী মনাতোন্দা নুংশিবা লৈনম য়েল্লুই। নুপাদুনা নুংশিবা লৈনমদু থম্মোইনুঙদা পুদুনা চৎখি। অদুগা নোংঙাল্লগদি চুরি তাফমদা শাংপা গুলাপশিং হেক্তুনা সুর্য্য পুজা তৌই। মথংগী নুমিদাংদা থাবল্লেদু অমুক নিঙশিংলক্তুনা থিবা লাকই। নুমিদাংদা শাংপা থাবল্লেদুবু হেক্তুনা সূর্য্য পুজা তৌবগী ৱাদি নোংমা ফাওবা নিংশিঙলুদে। অহিংগী লৈরাং ওইদুনা অহিংদমক লৈনম শন্দোক্তুনা মপুক্তি লোইশিনখি। থাবল্লেগী ফজবা শক-চু, লৈনম ঈশ্বরগী খুয়া য়ৌহৌদদুনা লম হেনব নুপা কয়াগী থৎকে হায়না হোৎনরম্বগী খুৎফমদমক তাদুনা লৈহৌই।

হন্দক্তি নলিনীদু থৌনা খজিক ফগাৎলকপদৌনা তৌই। হায়নিংবা, ফোঙদোক্লিংব রা-অমা অনিসু ফোঙদোক্লবগী শক্তি লাকপগুম তৌই।

— নহাক্না হায়রিবা পুম্নমক্তু অচুম্বা ঙাক্তনি। ঐবু নুপী অমা ওইনা লৌশিনবিব ঙম্লবা অদু ওইরবদি ওক্তবী নুপী অমদগী ঐনা শাথীবা লিচৎ চৎপা ঙমগনি। ঐ মখোয় মখোয়গী মনাতোন ময়াদা পুশিন্দুনা নুংশিবা মনম নম্বা পাম্মী। অদুগা নুংশিব লৈনম য়াওরকত্রবা মতমদা লঙথোক্তুনা থনম্বনি। ঐনা সুপ্নদগী অমুক শীজিন্নব য়াদ্রবা লুখাকলা ওইদুনা লুখাক-কোমদা পুন্সিসি লোইশিন্দুনা মথংগী অনৌবা মপোব অমুক ঙাইবা তাই।

মমিদুনা নলিনীদা মুন্না কুইনা য়েংই। তপ্না নলিনীগী থম্বৌ হেরাগুম্না ফজরবী মখুৎতু চেৎনা পাইরগা,

— ঐ ৱা অমা হায়গে। নহাক মুন্না খল্লগা খুম্লকউ।

— করিনো?

— করিগুম্বা মীওইবা হায়বা জীবসিনা সুম পীকশল্লক্তুনা অপিকপা বিন্দু অ ওইরক্লবদি নহাক মতমদুদা করি তৌগদগে।

নুংশা শ্বর অশাংবা অমতং শাঙনা কামথোক্লগা, নলিনীনা মমিদুদা মুন্না য়েঙলগা হায়রকই,

— মুক মুথৎনবা ইরাজরদুনা মশক হন্না উদনবা য়াম শেংনা মুথৎকনি। ✍

১৩/১০/১৯৯০

# ঈপাক্তা তিল্লকখিদ্রবা ঈচেল অমা

— কমদৌরি আনন্দিনী, নুংঙাইরিদনা ?

ইখং খঙহৌদনা তুংলোমদগী চহি কয়াগী মমাংদগী মাইথীদুনা চেনখ্রবা মীওই অমখক্কী খোঞ্জেলনা মমিং পন্দুনা কৌরকপদুদা আনন্দিনী খংপ্রেক খংই, শেম শাহৌদবা অয়ুক অমদা পাইরকপা নোংলৈ নুংশিৎকুম্মি। তুংলোমদা হন্না অমুক্তং য়েংথোকলুবদা নহানরাইগী মতৌগুম প্রেমচান্দদু ইরাং রাংনা লেপ্তুনা লৈরম্মী অদুবু শকফমদি ফন্না নিংথিজনা হোংলম্লে, নহানরাইদি পারপ তৌরম্বনি অদুবু ঙসি উবসিদদি ফনা নিংথিজনা নোইথোক্লম্লে। ইচম চম্না উরম্বা প্রেমচান্দগী মায়থোংদু ঙসিদি পুন্সিগী থৌদোক কয়ানা ফন্না নিংথিনা হোংহল্লম্লে, নহানরাইগুম থোৎ নৌদ্রে। মমাংঙৈগী মতৌগুম্না ঈং তপ্পা মওংদুদি অদুম লৈবল্লি। আনন্দিনী তুংলোমদা য়েংথোকলুবদগী অমুক হন্না লৈথোকপা ঙমদ্রে। মাগী থম্মোইদু করিনো খঙদবা লীচিং অমনা ফাখিবগুম তৌরক্লে।

— অং, নুংঙাইরি

আনন্দিনী শুপ্নগী রাহৈ অনিদুদমক খুল্লকই, মখা তারকত্রে। মতম অমদা তুমিন্না লৈবা হৈনজদবী আনন্দিনী ঙসিদি লম্বা লৈতনা চীং লেমখ্রে। মাগী সুপ্নগী রাহৈ অনিখক্তু ফাওবা অসুক্কী মতিক মমল য়ামখ্রে মদুদি পোৎশক অমৎতনা মদুগী মমল লেপ্পা য়ারোইদৌরি। মমাংঙৈগী মতৌগুম ঙসিসু আনন্দিনী রা কয়া ঙাংদুনা মশাগী অনিংবদু ফোংদোকচনিংবনি অদুবু ঙসিদি মহাক মথৌ হল্লবা থাংগুম মশাদু হৈনিংবা অদুক কন্না ফাওদ্রে। আনন্দিনী মশামক খঙজে মদুদি ঙসিগী নুমিৎ অসিগুম্না তান চাবা অমমুক মতুংদা কৈদসু লাক্লরোই, মদুনা মহাক মশাগী করিগুম্বা খরা ফোংদোকচনবা মশাগী পূক্লিং হকচাং শেম শাজরে।

— কদোমদগীনো, থাজদনা ... ?

— ঐদি সুরাইদা সুম লৈরবা জাৎনি

— হায়বদি ... আনন্দিনী ব্রাদু হায়গে তৌরম্মগা মপূক্লিংদা করিমুক খল্লক্লবনো খঙদে মপুং ফাদনা তোকথোকখ্রে। অতোপ্পা অমমুক ওহ্লোক্লগা হায়রকই,

— থবক ইনখাংদি করম করম তৌরি?

হন্দক্কি হায়দোকখ্রিবা ব্রা অসিসু মহাক হায়নিঙদবনি অদুগা হায়গে হায়নসু মপূক্লিংদা শুখন খঞ্জখিদবনি অদুবু করম হায়খ্রিবনো মফম খংহৌদনা মহাক্কী মচিন্দগী ব্রা অসিসু পম্থোকখ্রে। ব্রাফম অসিদগী ব্রাহৌ ওইদুনা মখোয় অনিগী পুন্সিসু মশক উবা ফংদনা থৈনদুনা শাংনা চৎনখ্রবনি। পুন্সিবু অসুক তমথীনা নৈহৎলম্লবা ব্রাফমদু ঙসিসু মাগী মচিন্দগী চেকশিনজহৌদ্রবা মীকুপ অসিদা অমুক পম্থোকখ্রে। ব্রা খরসি মাগী মচিন্দগী হায়দোকখ্রবা মতুংসিদা মা অমুক নীংঙম্লকত্রে।

— হোটেল তৌদুনা লাইবক য়েংলি, সরকারগী থবক ইনখাংদি থোইদোকপা থীরু খোৎলুবা তৌরুদ্রে।

— ফৈদা মদুসু হৌজিক্কী মতমসিদি কারবার তৌবনবু হেন্না ফরবা জাৎনি। শেল পাইরিবশিংসিসু কারবার তৌবা ঙাক্তনি কনানবু হৌজিক্কী মতমসিদা সরকারগী থবক থীদুনা লৈবা ঙম্বা জাৎ নত্তে।

প্রেমচান্দদু ঙসাই মখৈ ইকাউ কাউরুবদৌনা,

— সিদদি কমদৌনা? ... ঐগী হোটেলসু পংলাপ লাপত্রে, লম্বীদা সুম লেপ্পসি য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইজদ্রে, ঙাইহাক্তং হোটেলদা লেংশল্লুখিসি।

হৌজিক্তদদা নীঙশিংলকই আনন্দিনী পার্কিং ময়াগী শোরোক অচৌবদুদা মহাক লেপ্লি হায়বদু। জ্ঞান তারক্লবা কানসিদা ঈকায়বা খজিক ফাওরকই। নীংথম থা লোইশিল্লকপগী লুম্বু লুম্বু শাবা নুংশাগী অশাবদু ফনা কুইনা কাউথোক্লুরমাল্লে অইংবা নুংশিৎনা নারুম ময়াদা হাইফেৎতং শীৎখিবদু অইংবা ফাওরকই। মহাকসু ভাব তাই ঙসি মাগী মমাংদা লেপ্লিবা প্রেমচান্দু নহানব্রাইগী মপূক্লিং নুংশিগনবা প্রেমচান্দু নত্রে হায়বা। পুন্সিগী থৌদোক কয়ানা মাগী থম্মোইদু শোয়দনা মওং অমদা নৎত্রগা অমদা শোয়দনা ওলহল্লম্বা য়াই।

আনন্দিনী অহানবগী পাউখুম পীবা নংহৌদ্রে, প্রেমচান্দনা মহাক্কী পাউখুম অমুক ঙাইরুবা তৌদনা মখা তানা,

— কদোমদা লেঙবীগদবনো ...?

হন্দক্তি আনন্দিনী প্রেমচান্দনা হংলক্লিবদুগী মরি লৈননা মপূক্লিংগী ৱা খরদি হায়হৌরগে হায়না মশা মতোমতা ৱারেপচরে।

— ঐখোয় তামো টুর চৎপদা ঐসু য়াওহৌগে হায়দুনা থোরকপনি। ওফিসতা চেঅমা কাউহৌরে হায়দুনা ওফিসতা অমুক হনখ্রি। ঐবু মফমসিদা ঙাইহাক্তং মী অতৈ লাকপা ঙায়রম্মু হায়দুনা লৈরল্লিবনি। মমান্নবা অতৈ খরাসু য়াওগদৌরি মাল্লে। সুম নুংঙাইগদরা হায়দুনা পয়েং য়েংলিবা জাৎনি।

অকোনবগী আনন্দিনীগী ৱাদুদা প্রেমচান্দবু ৱারৌবগী মমি হায়ফেং তাখিবদৌনা তৌরে। ৱারৌবগী ৱা হায়রুরবদি আনন্দিনীপ্রেমচান্দবু হায়ফম খঙদনা ৱারৌবা য়ারবা জাৎনি। করিনো হায়ববু মতম অমদা মাগী অসুক নুংশিরবী আনন্দিনীগী ৱা অমা ফাওবা তারমদনা লাপ্না মনাক্তগী চেনখ্রিবনি।

প্রেমচান্দনা মখুৎ থিন্দুনা মাগী হোটেলদু তাক্লকই অদুগা মখা তারকই,

-- তু ! আদগীসি ঐগী হোটেলনি, ঐগী হোটেল মমাংদগী য়েঙলবসু অদুম উগনিদা, মিনিট অনিখক্তং ওইরবসু ফল্লুখিসি,

আনন্দিনী মীকুপ অমা অনিদি মপূক্লিংগী ৱা লেপচবা ৱানা থোকই। মতম অমগী থৌদোক কয়ানা মাগী পূক্লিং হকচাংবু প্রেমচান্দগী মনাক্তগী লাপ্না চেলহনখ্রবসু ঙসিদি করিনো খংদবা থম্মোইগী ঈহৌ অমা হৌরক্তুনা মাগী থম্মোইদু পল্লেপফম খংহনদ্রে। চংলুদ্রগনা মহাক্কী মপূক্লিংদা খজিক্তং ওইরবসু ৱারৌখিগদরা হায়দুনা নুংঙাইজদবসু ফাওই। অদুগা অমুকসু য়ুম-কৈ পাল্লবা মতুংসিদা কবিগুম্বা মীনা উরগা ফজদনা লৌখিগদরা হায়দুনা চীংনজদবসু ঙমদে। মিকূপ অমগী থম্মোইগী ঈহৌ ফাথবা ঙমহৌদদুনা তুংগী লেমহৌরিবা পুন্সিসিমা মশক ফজদনা লেনবসু মহাক পামজদে। অদুবু মথম্মোইদা সিমদি ৱারেপচরে মদুদি ঙসিগী অসিগুম্বা মীকুপ মতুংদা কৈদসু অমুক লাক্লরোই। পুন্সিসিদা অমুক ফংলরোইদবা মীকুপ অমবু করিগী থম্মোইগী অশোনবা উৎতুনা নানথোকহনগদগে। মহাক মতম অমগী মরুপ মপাংনি। কুইনা উন্নদ্রবা মরুপ অমনা সুপ্নগী চা কপ অমখক থকমিন্নদুনা পুন্সিগী অৱা-নুংঙাইগী ৱারি মতেক অমা শাবসি করিসু কাইদমাল্লে। 'হোয়, মদুনা ফগদরা' হায়দুনা আনন্দিনী প্রেমচান্দগী হোটেললোমদা চংলক্লে।

প্রেমচান্দগী হোটেল মনাক য়ৌরে। মাগী হোটেলদু ফজনা চাউবমক নংত্রবসু খরমখৈদি চৎনবা য়ানা চাউই। মখাদু চান-থক্লবা পোৎ-চৈ য়োল্লি। মথক থংবা

কাশিংদুনা লৈনবা ভারা শান্দোকই। মখা থংবা শরুক্তু চেক্লা শাই, অদুগা মথক থংবা শরুক্তুনা উনা ফক্লাংসু করিসু য়ৈশিন্দুনা শাই। আনন্দিনী মাসু খঙই প্রেমচান্দগী কারবারসি পংপিক পীকপদি নংতে। মীকুপ অমসু মপুক্লিংদা প্রেমচান্দবু পেঞ্জদবা ফাওই মদুদি মতম অদু ঙসিগী অসিগুম্না মহাক্কী থৌনা লীংজেল পুথোক্তুনা শীজিন্নখিবা ঙমখিদে। অমুক্সু ঐগী লাইববক অসিসু অসুক থীনা তম্লম্লিবনো হায়দুনা মরাইববকপু মথন্তা নিন্দা তৌজে।

মী লাকপা উনবা হায়দুনা হোটেলগী মমাঙ ইথং থঙনা থারিবা চীয়ার অমদা আনন্দিনীবু ফমহল্লে, প্রেমচান্দসু অতোপ্পা চীয়ার অমা চীংশিন্দুনা ফম্লে। প্রেমচান্দনা অঙাং অমদা হায়খিদুনা কোফি স্পীসিয়েল অনিখক শেমদুনা পুরক্লে। কোফিদু থক্লা থক্লা আনন্দিনীনা,

-- হোটেলসি ফনা নিংথিজনা উই, পৈশা নিংথিজনা চঙলমগদবা মাল্লি।

- পঙয়াম য়াম্না চঙপোৎ নংতেদা, লাখ মরি মখাই মুক্তনি।

আনন্দিনী ঙসাইমখৈদি প্রেমচান্দগা ৱারি ৱাতাই শাবদু কা-হেনবা থম্মোইগী ওইবা ঈথক ইপোম অমত্তা হৌখিদবনি। অদুবু হৌজিক্তি মপুক্লিংদা নোক্লিংবা অমসু ফাওরক্লে। মদুদি মতম অমদা মহাক্লা ৱারি ৱাতাই শাবা মতমদদি মহাক্লা ঙাংবদং তাদুনতা লাকখিবনি প্রেমচান্দু। ঙসিদি মহাকপুসু নমহৎতুনা ফাগি অমা অনিগসু তৌদুনা মহাকপুসু নুংঙাইনবা ঙমহল্লম্লে। মহাক্লা লাখ মরিখাইদমক হায়রকপদুদা মহাক্কী পুন্সি কয়া য়াম্না হোংলবগে হায়বদু ভাব তাখ্রবনি। ঙসিদি আনন্দিনীসু মপুক্লিংদা নুংঙাইজবা খজিকসু ফাওজরে মদুদি মতম অমদদি প্রেমচান্দবু 'নুপা মান্দে, পাঙমন্দে' হায়দুনা ৱারৌদুনতা লাকপনি। মপুক্লিংদা নুংঙাইজবা ফাওরক্লদুনা আনন্দিনী হায়নিংবা ৱা অমা অনিসু লৈতোন্দা ফাওরকই,

-- হোটেল ফম্বসি নুংঙাইরমগদবা মাল্লি।

প্রেমচান্দ আনন্দিনীগী হায়দোরব্রিবা ৱাদুদা খজিক্তং ঙকচান্নে, মদুদি আনন্দিনীনা অদুম্না হায়দোরক্কনি হায়বা মপুক্লিংদা মচেৎ অমফাওবা খল্লুদে। অহানবা উবমক্তদা প্রেমচান্দগী মপুক্লিংদা ফাওই, থাযনগী আনন্দিনীদু নত্রে, ঙসিদি পুন্সিগী থৌদোক কয়া, বাহং কয়ানা আনন্দিনীগী পুন্সি মশক পুঙওন ওলহনখ্রে।

-- নুংঙাইরমগদৌবা মানব্রা, মী অতৈদি নুংঙাইরমগদরা থংদে, ঐদি য়াম্না ৱায়। নুমিৎ চুপ্পা মী ময়ামগী অৱা-নুংঙাইগী শকফম ময়াম উবসি ঐদি য়াম্না ৱায়, অইংবা ফংদে।

— ঐদি মী ময়াম অমা উবসি ইশাগী অৱা-অনা কাউবা ঙমগদবা মাল্লি।

— অতোপ্পা কন্নাদদি নুংঙাইবা ফাওরম্বা য়াই, ঐদি মী ময়ামগী তোঙান-তোঙানবা শকফমশিং উবসি ঐদি ইশাদা লৈতাহন্দবা অমা ফাওই।

আনন্দিনী মপূক্লিংদা করিনোমা খঙনিংবা কন্না ফাওরক্লে। করিগুম্বদা হংলুবা থোক্লবা, মানা করি করা খনখিবা হায়দুনা মপূক্লিংদা চয়েৎনবা অমসু ফাওদবা নত্তে। হঙলুদ্রগনা করি কায়বা, করিসু কায়দে মদুনবু হেন্না ফৈ, অদুবু পূক্লিংগী ঈথক ইপোন্না থম্মোইগী ঈচেল ঈমাই পান্না চেল্লক্লি। হৌজিক্তি মখোয় অনিমক পুন্সিগী লম্বেলদা নাকন নাকন চৎনখিদুনা মশক উনবা ৱানা থোক্লে। অদুবু পুন্সিগী লম্বেলদা থেংনবা মীশক অমনি হায়না খন্দুনা ৱা অমা অনি হংবা করি কাই, করিসু কায়দে। মীওইবা অমনা মীওইবা অমদা পুন্সিগী ওইবা ৱাফম খরা হঙবা করিসু কায়দে : কুইনা চীংলুদ্রবা কোফিদু অমুক খজিক্তং চীংই,

— য়ুম-কৈ পানবীরব্রা? করম করম পাল্লি?

— পাঞ্জদ্রি, তনবু তল্লেদা চহি য়ামশিল্লক্রবসিদদি, হৈনিংবগা ইফাও ফাওদ্রেদা।

আনন্দিনী প্রেমচান্দগী পাওখুমসিনা মশা মতোমতা করিনো খংদনা ইকাইবা অমসু ফাওরক্লে। বাফম খরসি কাঙথোক্লুরগা করি নঙগী হংজরুরিবা হায়দুনা মশা মতোমতা নীংঙমজদবসু ফাওরক্লে। মাবু মীওইবা অমনা অসুক্কী মতিক ৱাংনা থাঙগৎপীথ্রে মদুদি মাগীদমক মীওই অদুনা মাগী পুন্সিগী খ্বাইদগী তাংলবা পোৎশক খরবু থাদোকলম্লে। মদুগী ওন্না তৈনবদা আনন্দিনী মহাক মশামক মশাগী ৱাখলগী লাঙদা থুদুনা পুন্সিসি মৈশা মরক্তা হিংলি। হে মীওইবা! নঙগী অসুক মমল য়াল্লবা নঙগী মপোকসিবু অসিগুম্বা অৱাবা মৈশা লাংদুনা হিংনবগীরা? নত্রে মৈশা লাংদ্রে হায়রগনা পুন্সিসি মশক মচু থোকপা ফজবা ৱাৎলি হায়রগদ্রা? ঙসি ঐনা ফংলিবা পুন্নমক অসিবু ঐনা হোৎনজরুবা পুন্নমক্তুগী মহৈদুরা?

মতম অমদা প্রেমচান্দ আনন্দিনী আশা চাউনা নুংশিননা হৌরকখিবনি পুন্সিগী অঙনবা শরক্তু। প্রেমচান্দনা মপান লম চৎতুনা বিএসি এগ্রি ফাষ্ট ক্লাস দীগ্রি পায়দুনা মণিপুরদা আশা চাউনা হল্লকখিবনি। আনন্দিনীনা মনিপুরদা জে এন ইউ ষ্টদি সেন্টরদা হিষ্টরিদা মাষ্টর তৌখি। মতমদুদা নুংঙাই নুংঙাইবা মঙ ঙাক্তা মঙখি। অদুবু অৱাবদি প্রেমচান্দনা মণিপুরদা হল্লকপা মতমদদি বি এ সি এগ্রি না পীক থন্না লৈরম্লে। বি এ সি এগ্রি গী মতিক চাবা থবক ফঙবা হায়বসি অরুবা সমুদ্রদা কুমদুনা মণি মুক্তা

থীবগুমখ্রে। চহি য়ামশিল্লক্রবনিনা আনন্দিনীসু মমা মপানা ময়ুম মকৈ পান্নবা ব হায়বা হৌরক্রম্মী। আনন্দিনীনসু ৱাফমসি প্রেমচান্দগা উনবা মতমদা কাংথোক্রম্মী অদুবু প্রেমচান্দনা মহাক মশামক্কী থবক ফংদবগী ফিবম ফত্তবদু হেক্তা হায়রক্রম্মী মদুদা নৎতনা আনন্দিনীগী মমান্নবী পুন্নমকসু মতিক চাবা নুপাশিংদা ময়ুম মবৈ পান্নখ্রবনি। প্রেমচান্দনা আনন্দিনীবু থবক ফঙদবা নুপা অমদা ময়ুম পানখিবগী ময়ুমগী অমসুং অতোপ্পা মীওইশিংনা ঙাংনবীগদবু মহাক মিকুপ অমা ফাওবা তাদুন লৈবা ঙম্লোই। মদুদি মাগী থৱায়দগী হেন্না নুংশিজরবী আনন্দিনীবু মাগীদমক করিগী মীনা অদুমনা ঙাংনহনগদগে। অমারোমদা আনন্দিনীনসু অসুন্না হেক হেক হায় থবক ফংদবনা মরম ওইদুনা পূন্সিবু করিগী অসুক লান্না লৌগদগে। পৃথিবীসিদ পোক্লিবা মীওই খুদিংমক মাগী মাগী অপাম্বা পূন্সি মরেলদা হিংনবা হোৎনবা ঙাক্তনি মদুগী মরক্তা থবক ফংদবা হায়বসিদি সুপ্নগী পীকখ্রবা পোৎশক অমনি হিংবগীদমক্তদি করি করিনো তৌদুনা হিংবা য়াই।

চহি মরি মঙা শুজিল্লক্রবা ফাওবা প্রেমচান্দ থবক ফংবগী আশা উখিদে, থবক ফংদে হায়দুনা লৈকংলাদা হৌবা পাম্বীনা নুংতিগী অসুম অসুম কঙশিল্লকপগুম পূন্সিসিনা অসুম কঙশিল্লকপদু য়েঙদুনা লৈবা তারিব্রনে? থবক ফংদবশিবু ঐগী নহান মপোক্কী তৌজরুবা কর্ম্মগী ফল্লনে? প্রেমচান্দগী ৱাখলদু মফম খঙদবা চনৈনব ময়াম অমনা য়োমশিন্দুনা থমখি। করি করিগুম্বা মিকুপ্তা শেরান তুরান মরিং মরাংব ৱাখল খঞ্জিল্লকপসু য়াওরে। মীকুপ কয়া অশাওবদৌনা তৌবসু য়াওখি। করি করিগুম্বদা মাগা য়াম্না লুনা তীন্নবা মমান্নবশিংদা অসুন্না হেক হেক হায়রম্মী, "ভায় ঐ হন্দক মরকসি হকচাংশি মী হাৎনিঙবগী নিশা অমা হেক হেক ফাওই"। মহাক্ন অসুন্না হেক হেক হায়রকপসিদা লুনা তিনরম্বা মমান্নবশিংনসু মহাকপু 'ঙাওরে হায়দুনা তিন্নবিরমদে। ৱাখলগী লায়না লৈবা মীগুম মানা থোকপা তৌদুনা মীন হায়বা অমা ফাওবা তাদনা লৈরম্মী। আনন্দিনীনা লুহোংলমদাইদা আনন্দিনীনা হায়জব অমা ফাওবা তারমদনা কদাইদনো মফম খংদনা চহি অনি মাঙলুই। মদুগী মতুংদ অমুক হল্লক্তুনা ময়ুমগী মান চাং খরা কাইথোক বেঙ্কতগী লোন খরা লৌদুনা হোটেল ফম্বগী কারবারসি তৌরিবনি। প্রেমচান্দগী মরাইবক তমজরুবা বি এ সি এগ্রি গী মহৈ অদু শীজিন্নদদুনা হোটেল ফমদুনা হীংউ তমখ্রবা জাৎলা? অদুগা ঙসিনা পূন্সি তংখাই চনশিল্লক্রবা মতমসিদা মাগী হকচাং তংখাই অমা ওইরম্বী আনন্দিনী অমুক থেঙনদুনা করিনো খঙদনা অমুক শোঙ্গরক্তুনা কনশিল্লুরবা থম্মোইদু অমুক পেৎথরক্তুনা কপ্পিংবা ফাওরক্লি।

মনাক অদুৱাইদা জীপ অমা খামখিবগী অহৌবা খোঞ্জেলনা আনন্দিনীবু জ্ঞান খংতা তাহল্লি। কয়াম কুইনা অদুমনা লৈরুবনো খংদে, খরা থকপা হৌগৎলম্লবা কোফিদু পুঙইং ইঙলম্লে। প্রেমচান্দসু করি তৌরুরবনো খঙদে মাসু অঙাওবদৌনা আনন্দিনীবু তুমিন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। আনন্দিনী করি তৌগদবনো, হায়গদবনো মফম খঙদনা ফম্লম্বা চিয়ারদুদগী ফুক হৌগৎলকই অদুগা মফম ইখং খঙদনা,

-- ঐখোয় তামোসু লাক্লে, ঐ অমুক থোকখ্রগে। মতুংদা তান চাবা অমমুক লাকপদা অমুক থেংনববা হায়বদুনি।

প্রেমচান্দ য়েংথোকখিবদা খামখিবা জীপ্তুদগী মঙোন্দগী চহি অনিমুক হল্লমগদবা মানবা মশক মতৌ ফজবা, মশা নাল্লবা নুপা অমা কুমথরক্লি। মহাকসু খঙই, 'কুমথরক্লিবা নুপাসি আনন্দিনীগী ...' প্রেমচান্দনা করি হায়গদবনো মফম খঙদনা য়ুংদুনা লৈরিঙৈদা আনন্দিনীদু 'ঐ অমুক থোকখ্রগে' হায়রগা তুমিন্না অদুম থোকখ্রে।

প্রেমচান্দ মশা মতোমতা করি খল্লিবনো খনবদা ঙকচরম্মী। আনন্দিনীনা চৎখিবা মায়কৈ অদোমদা মুন্না অমুক যেঙলুই অদুগা অমুক মানা থকপা লোইশিল্লমদ্রবা কোফিদুদা অমুক য়েঙই, মশা মতোমতা অমুক শোঞ্জরকই,

-- কোফিসিসু থকপা লোইশিল্লমদ্রেদো। ✍

৮-২-১৯৮৯

# মখোল থোক্লবা ঈশৈগী সুর

ইম্ফালদগী গুৱাহাটি ফাওবা শাংলবা লমশাং অমা ঐখোয় অহুম পুন্না লাকমিন্নরগা ঐবু ইথন্তা তরক তরক হুন্দোকপিরম্লগা মখোয় অনিনা দিল্লি য়ৌখিনবা চৎখ্রে। হৌজিক্তদা খঙলকই, লমশাং চৎমিন্নবা মরুপ মপাং কায়নবগী ইহাং হাঙবা মওং মতৌদু। তৌবগীবুদি মখোয় অনিনা ঐবু রাজবাড়ি, মণিপুর বস্তিদা মখোয়গী খঙনবা ইমুং অমদা শিন্নরম্লগা মখোয়না দিল্লিদা মখোয় মখোয়গী রিছার্চ লোইশিল্লুনবা চৎখিবনি। ঐনা ইন্দিয়ান য়ুঠ ডেলিগেসনগী কানাদা চৎনবা পাসপোর্ট তান্নবা লাকপনি। হৌজিক্তি মখোয়সু চৎখ্রবনিনা ঐসু ইশাগী থবক্তা মায় ওনশিনবা হৌরে।

-- ইবুংঙো গোপাল নঙগী থবক্কুবু করি তৌবনি হায়বা ...। শুমাংদা ফমদুনা নুংশা য়াইদুনা মশম হাৎলিবা য়ুম্বুরেনবীনা ঐঙোন্দা য়েংলগা হায়রকপনি।

-- অবোক মপান চৎনবা চে-চাং খরা তান্নবা লাকপনি।

-- মদুনা করি তৌনদোইনো? ইবুংঙো পঙগনু, হৌজিক্কী মতমসিদি থবক অমা, করি অমা তৌদ্রবদি মীনা বাখান তৌবা য়াম্না ৱাৎলবনি।

তৌফম খঙদনা খুম্লুই,

-- অং ... অবোকবেম্মা।

-- পোৎ-চৈনগা তাঙলিবা, মীনগা ফৎনদ্রিবা ... হিংগদবসি লুখ্রেদা, কিবু কিশল্লক্লে ...।

মদুগী মতুংদা করি করি হায়খিবা ঐ অমৎতা খঙহৌদ্রে। অহানবা মথোলগী দলানগী থোংনাউদু খজিক্তং থক হাংদোক্লগা, লোন্না ফীজং মরুমদগী ফজবী মায়থোং অমখক্লা হায়ফেৎতং য়েংলম্লগা অমুক লোৎখ্রে। হাংদোক্লম্বা থোংনাউদু থিংজিন্নবা হোৎনবদা থাংগৎলকপা খুৎতা শিবা খুজিশিংগী তরুবা মখোল ঐগী নাকোং মনুংদা ময়েক শেঙনা চঙলকখি। নোংথাঙগুম মিকুপ খরদং উৎলম্লগা মাঙখিবা ফজবী মায়থোংদুগী শক্তম অমা ময়েক শেংনা থম্মোই মনুংশিদা লৈহৌরে। য়ুম্বুরেনবীদুনা করি করি হায়খিবনো ঐ তুম্লুবদৌনা অমত্তসু ভাব তাহৌদ্রে।

ঐনা মফমসিদা লৈরক্লিবসি নুমিৎ নিনিদি শুরক্লে। অদুবু ফজবী মায়থোংদুদি অমুক ফাওবা নিংথিজনা উজনবগী খুদোংচাবদু ফংদ্রি। থম্মোইসিদা করিনো খঙদবা ঈহৌ অমা হৌরক্তুনা নিংথিনা লৈতাহন্দ্রি। পুন্সিসিদা নুপী কয়া উরক্লুবনি অদুবু হন্দক্কী অসুম্নদি খক তৌখিদ্রি। অসুক য়াম্না চাউথোকপা থম্মোই মমাংঙৈদসু অমুক ফাওবা থেংনখিদ্রি। করিগী লোন্না হুরানবদৌনা য়েংলম্লগা অদুগা মীগী থম্মোইসু হুরান্দুনা পুথ্রগা তুমিন্না ইয়াইদা লংথখিবা লৈতুন্না খজিক্তুং ঈথক ইপোম হৌহল্লম্লগা ইরোনুংদা তুমিন্না লৈখিবগুম লৈশিনখিবা থম্মোইসিদা খাংঙমদবা অমা ফাওরকখি। হোম মিনিষ্টিগী থবক্তু থুনা হেক লোইশিনবদু য়াদদুনা নুমিৎ মরিনি মঙানি অমগসু লৈথখিবা তারি। মখা তানা লৈথবদু পূক্লিংদসু নুংঙাইতবা খজিক্তসু ফাওদ্রে মদুদি অশেংবা অমদি খংখিবসু পাল্লি। থবক চৎথোকলুবগী হুমাং হন্দোকপা ওইনা ইম্ফালদগী ওংখিবা ইচেদুগী মনাক্তা চৌক্রি অমদা ফম্মী। ইচেদুনা ৱারি শাবা হৌরকই,

-- নঙগী থবক্তুদি লোশিল্লব্রা?

-- লোইশিন্দ্রি ইচে ... নুমিৎ নিনি, হুমনি লৈরগদি লোইশিনবা য়ারগনি হায়না খল্লি।

-- নঙবু থবক ইনখাং তৌরব্রা? ... নৎত্রগনা লাইরিক মখা তমথরিব্রা?

-- থবক ইনখাংদি থোইদোকপা থি-খোৎপা তৌদ্রি। রিছার্স তৌরিবসি হান্না অমুক্তা লোইশিনখিবা হায়না কন্না হোৎনরি। হৌজিক কানসিদা নাতৈ চাবা থবক অমা ফংবা হায়বসি ... মরাইবক ফবা অমা অনিগী ৱানি। ইচে, ঈশিং কল্লুনবা অঙাংশিংগা লৈগদ্রা? নুংশা মরক্তা চৎলুবসি ঈশিং খৌরাংই।

-- য়ানি, ঐখোয় মেম্মা লৈবনি। মানা মরাইনা কঞ্জরক্কনি।

মাগী মমিংদু অহলশিং, মবুংশিংনা মেম্মদং কৌই। অতৈ মমিং লৈরমগদ্রা হায়বদি খঙদে। মাগী মমিং পল্লকপদু পূক্লিংসিদা খজিক্তুং নুংঙাইবা পোকচৈ। ঙসিদি নুমিৎ কয়ানি লোৎশিন্দুনা লৈরক্লবী নিংথিবী মায়থোংদু ইমাংসিদা খুৎতা ঈশিং গ্রাস অমা পায়রদুনা নহানখৈ চাউথোক্তুনা, পৈথোক্তুনা লৈরুবগী মরাল য়াজদুনা লেপ্লরগনি। ইচেদুনা 'মেম্মা' ঈশিং কল্লকউ, হায়দুনা ইমুংলোমদা লাউখি। ৱারি মখা শমথৈ,

— ইচে, ইম্ফালগা গুৱাহাটিগা কনানা হেন্না নুংঙাই? ইচেদু ঐগী ৱাহংদুগী পাউখুম পাকহেক খুমলক্তে, অকোয়বদা কনা কনা লৈবগে হায়দুনা হায়ফেৎতং য়েংলুই। ঐগী ৱাহংদু খজিক্তং শোইথ্রামনে।

— ইম্ফালসু নুংঙাই, গুৱাহাটিসু অদুম নুংঙাই। ঐসু মফমসি হান্নদি খজিক্তং হৈনবা ৱাৎলম্মী, অদুবু কুইরক্লবনিনা পুন্নমক হৈনরক্লে, নুংঙাইরক্লে।

তশেংনমক ঐগী ৱাহংদু তশেংনমক লান্দি লাল্লবনি, 'মণিপুরগী ৱাংমা লান্না ময়ুম পাল্লক্লবী অমদা মণিপুরগা মফমসিগা কনানা হেন্না নুংঙাইবগে' হায়বা ৱাহং। ৱাখল অমদা লুপ্লিনৈদা কদোমগীনো খঙদৌদনা শকহেনবীদু ঈশিং গ্লাস অমা পায়বগা লেপ্পুনা লৈরম্মী। ফৈরুরবা ৱাখলদু থুনা মীকপ থোক্লকপগুম মমীৎ মনা শীংগৎলকই। মখুৎতগী ঈশিং গ্লাসতু লৌনা লৌনা হাইফেৎতং মমায়দা য়েংখৎলুই, কয়াদা শুমহৎনিংঙাই ওইরবা মাইথোং! শিমক্লনি অসুক চাউথোক্লিবা, ঐমক ওইরম্লবসু অসুক চাউথোক্লমগনি। মিকুপ অমা অনিদং চোনথনা য়েংনিঙলুই, অদুবু ফিবমসিদা মদু শুংওই ওইথোক্তে। শকহেনবীদু ঈশিং পীরম্লগা হাফেৎতং ফাওবা য়েংলমদনা তূমিন্না ইমুংদা চংখ্রে। তংশেংনমক মাবু থম্মোই পান্দ্রবা জাৎলা? নৎত্রগনা ঐগী ৱাখলসিনা হেঞ্জিন্না খল্লুরবা জাৎলা? থম্মোই পান্দ্রগনা করিগী হুরানবদৌনা লোন্না য়েংলল্লিবা ...? মিকুপসিদা ঐনা করি, মানা করি, ঐ ইশা ইতোমতা বারেপচবা ঙমখিদে।

হোম মিনিষ্ট্রগী থবক্তু লোইশিল্লক্লে। নুমিৎ হুমনি মরিনি মুক লৈরগদি য়ুমদা থোক্লগনি। অদুবু থম্মোইগী অৱাবা প্রোৎলুমদি য়ুমদা থোক্কদবা নুমিৎ নকশিল্লক্লিবা মখৈ অসুম অসুম হেনগৎলকই। ঐবু অশেংবা অমদি খংখিবা ফৈদা ...। নৎত্রগদি পূন্সিসিমা নিংঙমদবা অমদি অসুম লৈহৌরগনি। অদুবু মাগা ওনশিন্নদুনা ৱারি শাবা, বা হায়নবগী খুদোংচাবদি অমুক ফাওবা ফংদ্রি। ফনা কন্না হোৎনবনি অদুবু শকহেনবীদু মীৎমাঙসিদা অমুক হন্না লেপ্লদ্রে। ঐবু য়ুমদগী অসুম্না অঙকপা থৌদোক অমা থোক্কনি হায়বা হায়ফেৎতং ফাওবা খল্লুরনে? অসিগুম্বা ফিবমসিদা ঐ খাংবা ঙম্বগী থৌনা লৈতে, পূক্লিং ৱাখলসু হকচাংদগী মপাল থোক্কদৌরম্মী।

অপসারা হোলদা সেনিমা য়েংলুবদগী হল্লকপদা ঙাইরি। ইলেকত্রিক খংমুৎ মুৎখি। তৌফম খংদনা মখাদগী কেন্দল হঙলুসিরা হায়না খল্লিনৈদা, কনানোমনা থাউমৈ পুদুনা কাখৎলকপগী মখোল তাই। মখোলদু নকশিল্লক্লে, ইমুং য়ৌশিল্লক্লে।

অমম্বদুদা ময়েক শেঙনা উদ্রবসু থাউমৈ পুরক্লিবা মীশকতু কনানো হায়বা ময়েক শেঙনা খঙই। থাউমৈ মঙাল খজিক্তং নৎতনা অতে অমা লৈত্রবা কাসিগী মনুংদা ঐগা মাগদং নৎতনা অতে কনাসু লৈত্রবা ... খঙহৌদনা থম্মোয়সিদা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎকুম মপাঙ্গল কল্লবা ঈথক ইপোম অমা হৌরকই। থম্মোই মনুংসিদা কনানোমনা মখোল হৈনা লাউরকপগুম তৌরকই, 'মিকুপসিগী খুদোংচাবা অসিগুম্বা মতুংদা অমুক হন্না লাক্লরোই, মসিনা অরোইবনি। পূন্সিসিদা মসিনা অরোইবা ওইরবা য়াই। থৌনা ফগৎলু, নুপামচা ওইবগী নথৌনাদু পুথোকউ। মতাং চপ চারবা মতমনি।" ছাত্রগী থবক থনানি হায়দুনা ঙাং শক্তুনা কোইচেন চেল্লিবনি অদুবু মফমসিদা, থৌদোকসিদা ইপঙ পঙশিনবগুম তৌরম্মী। ঐগী ফীবম, ইশামকসু ঙকচবা ফাওরম্মী। মমাঙগী থৌদোকশিংগুম পালং থাউমৈদু থোংনাউ ময়াদা লৈরিবা টেবলদুদা থনম্লগা চৎখিগে তৌই। অরৈবা থৌনা পুন্নমক তাশিন্দুনা,

-- রা অমতা ...।

ঐগী রাদুদা শকহেনবীদু খংলেপ লেপই। মনাক নক্না চংশিল্লে, শকহেনবীদু কা ময়াইদুদা তুমিন্না লেপ্লি, রা অমফাওবা ঙাংলকতে।

-- ঐ নঙোন্দা রা খরা হায়নিংলি।

অদু ফাওবা শকহেনবীদু রা ঙাংলকতে, তুমিন্না অদুম লৈ।

-- তু! (খুদোনবী থীন্দুনা) অসিদগী চৌক্রিসিদা মিকুপ অমতং ওইরবসু ফমখো।

শকহেনবীদু নুংগী মূর্তিগুম রা-নুং অমত্তা ঙাংদনা লেপ্তুনা অদুম লৈ। মাগী মওং মতৌদুদা ইশা ইতোমতা খাংঙমদবা মওং অমা ফাওরক্লম্মী। অফ ফত্তা খলহৌদনা মাগী ওই থংবা খুৎকী খুৎশাশিংদু পায়দুনা থোংনাউ ময়াগী চৌক্রি মনাক তান্না চিংদুনা পুই। অদু ফাওবা শক-হেনবীদু রা-নুং অমা ফাওবা ঙাংলকতে। তৌরিবা পুন্নমক তুমিন্না অদুম য়াবগুম তৌই। ঐসু মিকুপ্তুগী থোক্লিবা থৌদোক পুন্নমক মঙ-হাগুম থোক্লম্মী। রা-ঙাংদবা মূর্তিদু চৌক্রিদুদা তুমিন্না ফম্মী।

-- ঐ নংবু তশেংনমক নুংশি ... অদুবু নঙোন্দগী রা অমা অনিদি তাবা পাম্মী।

অদু ফাওবা রা ঙাংলক্তে অদুবু হন্দক্তি নোঙ্গদুনা লৈরম্বা মায়থোংদু হায়গৎলক্তুনা ঐঙোনলোমদা মুন্না য়েংদুনা মিকুপ খরদং লৈ। অমম্বদুদা মাগী মীৎ অনিদু মনি-মুক্তাগুম ইরং লংলম্মী। ঐসু মাগী মমিৎ অনিদুদা মুন্না য়েংলুই। মনি-মুক্তাগুম

লংলবা মমিৎশিংদুদগী ইঙাগী নোংগুম অরংবা পিরাংশিং শীন্থরক্লস্মী। মনাঙ্গলদা পোপ পোপ ফুন্দুনা থেমজিন্নবা হোৎনৈ। খঙহৌদনা জ্ঞান ইতা তাহৌদনা শকহেনবীদুনা ঐবু চেৎনা কোনশিল্লক্লস্মী। মিকূপসিদা ঐ করি খনখিবা ঐ অমফাওবা খংহৌদে। পিরাংনা চোৎলবা মায়থোংদু ঐগী ইথানুংদা লোৎলগা মপূক্লিং নুংশিনা হীক হীক কপলস্মী। ঐসু খঙহৌদনা কপ্নিংবা ফাওরক্লস্মী, মঙোন্দা ফাওরিবা অৱাবগী ইহুল পুন্নমক ঐঙোন্দসু ফাওরকপগুম তৌরস্মী। ঐসু মাবু চেৎনা কোনশিল্লুই। মহাকসু ঐবু হান্নদগী কন্না নানথোকখিগদবগুম চেৎনা কোনশিল্লক্লস্মী। অসুক নুংশিরবী মাবু থাদোক্তুনা চৎলগনি খল্লুবদা থম্মোইসে মশুং তরেৎ থোক্লা কাইখ্রে। খজিক্তুং হাংদোকপা থোংনাউগী অহোবদুদা থোক্লকপদা ঙাইরিবা থাবলগী মঙালনা য়েবদা মাগী অমুবা শন্নাংশিংদু লুপাগী শন্নাংশিংগুম ইরং লংনা উরস্মী। মিকূপ খরাগী মতুংদা ইখঙ খঙহৌদনা শকহেনবীদুনা ঐবু ইম্থোক্লমল্লগা নোংলৈ নুংশিৎকুম থুনা য়াংনা কাদুদগী মপান থোকখ্রে, ৱাহৈ অমত্তসু হায়রমদ্রে। পুন্নমক মঙগুল্লস্মী। ঐ করি খল্লিবগে, খল্লুবদা নোক্লিংবা ফাওরস্মী অমুকসু থম্মোইগী পাথোক্তুনা লৈরিবা অবাবগী ঈপাক্তুদা খজিক খজিক লুপথবা হৌরক্লস্মী।

ঙসি নুমিদাংগী নাইট সুপরদদি ঐ শোয়দনা গুৱাহাটি থাদোক্তুনা ইম্ফালগীদমক খোংশাল্লগনি। অদুবু থম্মোইদদি মফমসিদা মতম খরদংগা লৈথনিংবা ফাওরি করিগীনো হায়ববু লৈচিল থাংলবা অতিয়াদা মতম কুইনা লোৎতুনা লৈখ্রবা নিংথিবী থাজগী মায়থোং করিগুম্বদসু শংব্রান্নবা অতিয়াদা অমুক উবা ফংলোইদৌরি। ওইনা চাউবীদুনা সুপ্নগী ৱাহৈ অমফাওবা হায়রমদনা তুমিন্না ঐবু ইম্থোক্লমলগা করিগী চৎখ্রিবা! ৱাহং কয়ানা থম্মোইগী কাচিন কোয়া শিন থুংনা নিন্দুনা লৈহৌরি। ইম্ফালদগী ওংখিবা ইচেদুনা চৎকদৌরবনিনা কামাখ্য লাইরেনবী খুরুম্লুসি হায়দুনা ঐনে, ইচেনে, অঙাং অনিমনে, মেম্মাগা ঐখোয় মরি কামাখ্য খুরুম্বা চৎলি।

লম্বীদা বস তোংবদসু ৱা অমফাও ঙাংলক্তে অদুদগী হেনদোক্তুনা হন্না য়েংবফাও য়েংলক্তে। ঐ তশেংনা অঙকপা ফাওরস্মী। নুমিৎ নিনিগী মমাঙদা ইথানুংদা হীক হীক কপ্লস্বী মহাক্লা কয়া লাইনা কাউথোকপা ঙল্লিবা। সুপ্নদংগী লাইমাংদা শিন্দুর নম্লমদাইদা হাইফেৎ মিকূপ অমা অনিদং য়েংলক্লস্মী। চীংথক্তগী কুমথরকপদদি ৱাখল খজিক খনবগুম উই। ঐসু তৌফম খঙদনা মঙোনলোমদা ফল্লপ ফল্লপ য়েংলুই। মরক মরক্তা পি তৈথোকপদৌনা রুমালনা মমায়দু য়াম্না তোইনা নাম্থোক্লস্মী।

ঐসু মাগী মওংদুদা মফম মরাং খঙদনা কপ্পিংবা ফাওরম্মী। খুদক্তা মচিং মশোল নাইবা ব্রাখল অমা অনিসু হেক হেক খল্লকই, "থরাইসি অসুক পেল্লোইদৌ শরুক মাবু পুদুনা চৎখ্রসিরা'।

হন্দক হল্লকপদদি বসসু খরা চীল্লে। মরি পুন্না ফম্মিনবসু য়াদ্রে। অঙাং অনিগা মেম্মগনা মমাংদা খরা চখৎলগা ফমখ্রে, ইচেগা ঐগনা মনিংদা ফমহৌরে। ইচেগা ঐগদং লৈরবদুদি থম্মোয়সি মপাঙ্গল খজিক কনখৎলকই, খংনিঙবা ব্রা অমা অনিসু হংহৌবা পাল্লি।

— ইচে, নখোয় মেম্মাসি ব্রা অমফাও ঙাংদে, করিগীনো?

— করিনো, মাদি ব্রা ঙাংবসু ঙমদনা ...।

করিনো, মাবু ব্রা ঙাংবা ঙমদবা ... খংহৌদনা থম্মোইসি মশুং তরেৎথোক্লা কাইখিবদৌনা তৌরম্মী। কোক মচাসিদা পৃথিবী পৃলয় হৌরক্লবগুম তৌরম্মী। নিংশা শ্বর হোল্লিবরা হায়বা ফাওবা কাউথোকচরম্মী। ইচেনা মথং মথং হায়থরক্লম্মী, "পুরা ওইনা ঙাংবা ঙমদবদি নৎতে। অঙাং ওইরিঁঙেদা মশেল মরাং ওইনা খজিক খজিক ঙম্লম্মী। মরোল থোক্তবগী স্কুলদসু চহি অহুম মরি লাইরিক তম্লম্মী ... মদুদগী মবুংশিঙনা মরোল থোক্তবা মচন নুপীদু মীয়াম মমাঙদা কোইথোক থোকপদু নুংঙাইতে হায়দুনা স্কুল তম্বদু তোকহল্লম্মী। অদুদগী শাউখিদুনা খজিক খজিক ঙাংলম্বদুসু অমুক হন্না ঙাংউ য়াখিদ্রে। মরাইবক থীখ্রবা নুপীমচানি ... খঙদেদা হৌজিক্তি লৈশাবী ফারক্লবনি ...। অদুবু মরাইবক ফবা অমনা মীনা হায়বা পুন্নমক লোইনা খঙই, ভাব তাই। ঐখোয়সু মাগীদমক খনবদা নিংদোন পোল্লবনি।" ঐদি মাবু ওহ্লোক্লা লান্না খল্লুরেদা, মানা অসুন্না তৌরমগনি হায়বসিবু ঐবু মঙদা ফাওবা খল্লুব্রনে? খনখিদে, শুংখন খনখিদে। পুন্নমক ঐনা লান্না খনখিবনি। মহাক ব্রা ঙংবা ঙমদ্রবসু চুম্নগী মীওইবা অমদা ফাওবা ঈথক ইপোম খুদিংমক ফাওই, খঙই। মাসু মীওইবনি ... নুংশিবা মশক খঙলমগনি। অসুক মরাইবক থিনা ঈশ্বর নংনা মাবু করিগী শেম্লম্লিবা? মাগী করি মরাল ...? মরাল লৈতবা মীবু সংসারসিদা লৈব্রনে? মীবু অসুন্না ব্রাহনগদৌবগী শরুক নহাক্লা নহান্না ঙন্তানা লৌশিল্লম্বা য়াদ্রা? ঈশ্বর নহাক্লা মীওইবা ওইরম্লবা নহাক্লা শোইদবমক্কী খঙলগনি পুন্নমকসি অদুগা নঙ নশামকসু অসিগুম্বা থৌওংসি য়ানিংবা খজিক্তসু ফাওরম্লোই।

নুংথিল পুং মঙারোম তারে। থম্মোইসি কায়নিং কায়নিং তৌনা 'ময়াম ঐ মুক য়ৌজরগে' হায়দুনা বিদায় পীদুনা থোরক্লে। অরোইবা ওইনা নহান ইহান হান্না উখিবা অহানবা মখোলগী দলানগী থোংনাউদুদা য়েংশল্লুই। মমাংগী মতৌগুম খজিক্তং হাংদোক্লবা থোংনাউদুগী মরুমদা ঐবু মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। ঙসিদি নহানগী মতৌগুম থোংনাওদু থুনা হেক থিংজিনখিবদু থিংজিনদ্রে। মশাদা অমুক হন্না থিংজিন্নিংবগী আশা লৈত্রবগুম তৌই। খজিক্তং লাপ্পরবসু মাগী পিরাংনা চোংলবা মাইথোংদু ময়েক শেংনা উই। নিংথিবী মাইথোংদা ইঙা থাগী কপচেৎপা নোংঠৌগুম পি মরিকশিংনা নিংঙাইবা লৈতনা মনিং তম্না শীম্বরক্লি, কনানসু থিংবীনবা য়াওদ্রবগুম তৌই। নহানগীগুম তনৌবী খুৎতা শিবা খুজিশিংগী তরুবা মখোলসু তাখিদ্রে। ঐসু পুন্নমকসি মংলানলা? তাইবংলা? খন্দোকপা ঙম্লমদে। করিনো থম্মোইসিদা মখোল থোকত্রবা ঈশৈগী সুর অমখক্তা নিন্দুনা লৈবগুম তৌরম্মী। মখোল থোক্কবা ঈশৈগী সুরদুনা ঐবু ৱাহল্লিবা নৎত্রগা নোকহল্লিব্রা ভাব তাবা ঙমদে, অদুবু থম্মোইসিদি মচেৎ কয়া থোক্লা কাইখিবদৌনা তৌরম্মী। ✍

২৯-১-১৯৯১

# কবরেট জগোই শাবী

-- বিক্রম ভাই, নুংঙাইথোকপা তম্মু। পুন্সি হায়বসিদি নুংঙাইথোকপবু হৈত্রবদি লন থুমনা চীংদৌনা পৈরবসু কৈদৌঙৈদসু নুংঙাইবা ঙম্লরোই। (খুদোনবী থিন্দুনা) তু ! মাঙদা জগোই শারিবীশিং অসিসু পৈশাগী ঙাক নৎতে। মখোয়সু জগোই শাবা হায়বসি মখল অমগী নুংঙাইবনি হায়দুনা তৌরিবনি।

জীবন্না ঙাংল-ঙাংলদুনা বিক্রমবু মপুক্লিং নুংঙাইহন্নবা হোৎনরি। ভাব তাদনা বিক্রম মাঙদা জগোই শারিবীশিংদুদা অমুক য়েংই অদুবু মদুনা করিসু নুংঙাইবা পীবা ঙমদে। মপুক্লিংদা অমুক খল্লি, "ফি মচেৎ শেৎপী, হকচাংগী শরুক অয়াম্বা ঙমজবী থাদুনা উৎথোকলিবীশিংসিনা করিবু পাল্লিবা ... ? য়েংলিবা ভাবোক ঐখোয় মযামবু জ্ঞান তাদনা মথুম মরাং হৌহ্নবদুরা ... ? নৎত্রগনা মসিবু মহাক্না পামজবা সিনফম অমনি হায়দুনা তৌরিব্রা ... ?" রাখল খজিক অমুক খঞ্জিল্লুবদগী মকোক্তু অমুক চীকখৎলক্লে। হীদাক বাউন্দ অনিখক চৎশিল্লুবদগী খজিক খজিক নুংঙাইবা ফাউরম্বদু অবাবা অমুক ফাওরকপগুম তৌরে। অবানবুদি মহাক খাঙবা য়াম্না হৈনরে মদুদি মহাক্কী মশক মতৌ ফজবী, ইনাক কৈরাক খুল্লবী, চাওখৎপা পাম্বী, মহাক্কী নুপীদুনা মহাক্না খঞ্জরম্বা পুন্নমক ওন্না তৈনহল্লম্বা মতুংদা মহাকপু অমুক থাদোক্তুনা চৎখিবা, মদুগী মতুংদগীদি মহাক্কী পুন্সি করিসু মওং মরিল তারকখিদ্রে। অশেংবদু হায়রবদি মসিনি, বিক্রম অহোংবা, চাওখৎপা পাল্লবসু, অহোংবা চাওখৎপবু অর্থ লান্না হন্দুনা নুপা-নুপীশিংনা কা-হেন্না নিংতম্বা ফংবা, মদুবুদি য়ানিংবা মীতা নৎতে। নুপীনা য়ুমগী নুপী অমা ওইনা জ্ঞান তানা লৈদুনা চাওখৎনবা হোৎনবা নৎত্রদুনা সমাজগী থবক থৌরম কয়াদা শরুক য়াবা, ক্লবতা করিদা চৎতুনা রিক্রেসন লৌবা, মসি নুপীশিংনা মখোয়গী নিংতম্ববু লান্না শীজিন্নবনি হায়না খনবা মীতানি। মহাকসু মথন্তা খল্লুবদা ঙকচবা ফাওরকই মদুদি করিগুম্বদসু মহাক অসিগুম্বা মফমদা যৌদুনা পোথারুগনি হায়বা নোংমফাওবা খনখিবা লৈতে। অদুবু ঙসিদি নুংঙাইবা থিবা, পোথাবদা মফম অসি য়ৌরক্তুনা মীৎ থক্লবা জগোইশিং য়েংলি। মসিবু মাগী

অশোনবা নৎত্রনে ... অশোনবা নৎলবসু নৎত্রবসু করিবু কাইবগে ... ? মফম অমদা মসি হায়বগী অরেপ্পা লৈত্রবা সংসারসিদা মফম খুদিং চংদুনা অপাম্বদু থীবদা করিসু অকাইবা লৈতে।

— তু! তু! (খুদোনবী থীন্দুনা) য়েংউ, ঙসাইগী ময়ামদুদগী হন্দক্কীসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফজে।

জীবন্না বিক্রমবু অনৌবা থোরকপা জগোই শাবী নুপীদুবু য়েংনবা হায়দুনা মমিৎ মনা শিংহন্নবা হোৎনৈ। ঙসাই মখৈ মঙ মংলুবা বিক্রমদু হন্দক্তি মঙফাওনবগুম তৌই। জীবন্না হায়গুম্লদনা অনৌবা থোরকপা নুপীদুনা মমাংগী ময়ামদগী ইহেন হেন্না ফজগুম তৌই অদুগা হকচাংগী শরুকশিং উৎথোকপসু মহাক্না ইহেন হেনবগুম তৌই। ময়াম পুন্নমক জগোইদুদা মীৎ কুপ্তুনা য়েংনৈ। বিক্রমসু মথুম মরাং হৌরকপগুম তৌরক্লে। ইংলবা মেরা থাগী অহিংদা থাবলগী ফজবা য়েংববুদি ইথক ইপোম হৌরবা ময়াই কারবা হকচাংগী জগোই য়েংবনা হেন্না নুংঙাইবা ফাওবগুম তৌরক্লে। খেন্নখ্রবা পুন্সিগী ঈচেলশিং ...। রাইটরদা হায়খিদুনা চাউরপ তৌবা হীদাক রাউন্দ অনি অমগা অমুক চৎশিল্লে। হৌজিক্তি মপুং ফানা নুংঙাইরে ...। জগোইসু লোইশিল্লক্লে। ময়াম পুন্নমক থোক্লবা হৌখ্রে।

-- জীবন ভাই, ঙসাইগী মীৎ থকপিদু অমুক্তং উনরুসিদনা, কমদৌই ... ?

জীবন্না নোক্লগা বিক্রমগী মরেংজুমদা পোপ পোপ ফুরগা,

-- কমদৌই ঐনা হায়বসিসু খরা অদুম চুম্বনি। অসুম চৎলবদি তান চাবসু অদুম লাকপনি। মরুপ্পা পাম্লবদি হেক্তা উনরগা লোইরেদনা।

অশেংবদু হায়রবসু জীবন্না বিক্রমবু মফম অসিদা চীঙদুনা লাকপনি। মহাক্কী চাউখৎপা পাম্বি নুপীদুনা মহাকপু থাদোক্তুনা চৎখ্রবা মতুংদা ঙসিনা ইহান হানবা নুমিৎনি থম্মোই মথুম মরাঙ হৌনা নুংঙাইবা ফংবদু। হৌখিবা চহি অনিমখাই মুকসি মফম ইখঙ খঙদনা লৈতাফম খঙদনা লৈরক্লবনি।

কাউন্টরদা চংশিন্দুনা নুপীদু উনবা য়াগদরা হঙলুই। হঙবা চৎখিবা মীদুনা অমুক হল্লক্তুনা পাউ পীরৈ, মহাক ঙসিদি য়াম্না চোকথরে, উনবা নুংঙাইগদৌবা মান্দ্রে। হয়েং ওইনা লাকপীরো। হয়েংদি প্রোগ্রাম লৈতে। হোয়, মদুসু কাইদে। অসুক রারবা মী অমবু অমুক উনদুনা অরাবা পীবা মহাক পামদে। উনববু য়ারবদি হয়েং

ওইরবসু করিসু কাইদে। থেংলবা অহিংদুদা থাবক্লেগী লৈনম ফাওরক্তুনা মফম খঙদনা নুংঙাইবা ফাওরক্লম্মী। মচিন্দা লাকপা ঈশৈ অমা ঙংলদুনা ময়ুম লোমদা হল্লক্লম্মী।

বিক্রম্না য়াম্না ঙকপা অমা লৈবে, ঙরাংগী কবরেট জগোইদা হকচাংগী শরুক অয়াম্বা উৎথোক্তুনা লাক্লিবা মীয়াম পুন্নমকপু মীৎ থকহনখিবী শকহেনবীদু ঙসিদি করিসু ইতৌ তৌখিদবদৌনা মশা পুন্নমকপু ফজরবা শিল্পকী ফিজোলশিংনা য়োমশিল্লদুনা চীঙলেম্না লাক্লি। মহাকসু ঙরাং লোইনরকপা জীবন্দু ঙসিদি লোইনরক্তে, মথন্তা লাক্লে। কবরেট মফমদু নংতবা অতোপ্পা খরা চীকপা কেবীন য়াওবা রেস্টোরা অমদা লাক্লে। লম্বীদা চৎনা-চৎনা বিক্রম মপুক্লিংদা অঙকপা ফাওরম্মী মদুদি শকলোন কয়া পুবী শকহেনবী অসিনা পুন্সিসিবু করম্না উরিবা জাৎনো? ঙরাংনা ইকাইবা হায়বদু লাপ্না নাথৈদুনা থমখ্রগা মীয়াম মমাঙদা উৎখিবা ঈথক-ঈপোম হৌরবা হকচাং কয়াৎ, পুক্লিংবু মথুম-মরাঙ হৌহনখিবা মীৎ থক্লবা জগোই, অদুগা ঙসিনা চীঙলেম্লবা নিংথীবী অমগুম হকচাংগী শরুক মচেৎ অমফাওবা উদবমখৈ ফজরবা ফিজোলশিংনা য়োমশিল্লিবা, মসিনা করম্বা পাউখোং অমমুকনো ...? কোল্ড ড্রিংক্স অমমম পাইদুনা থকপা হৌরে। বিক্রম্না তপ্পা ৱারি শাবা হৌরকই,

— নহাকসি অঙকপা মীনি। তেনখ্রবা নুমিৎ নিনিগী মনুংদা নহাক্কী পুমখেন খেন্নখ্রবা শক্তমশিং উবা ফংই।

শকলোন পুবীদু মিকূপ অমা অনিদি পাউখুম পীরক্তে মদুগী মহুত্তা বিক্রমগী মমিৎ অনিদুদা মুন্না য়েংলকই। তপ্পা পাউখুম পীরকই,

— ঙকফম থোকই। অদুবু ফীবমসি ওইরক্লবা হোৎনবদা য়াম্না ৱানা হোৎনখ্রবনি।

মদুগী তুংদা মিকূপ খরদং তুমিন তুমিন লৈনৈ।

— নহাক চহি কয়া শুরে?

-- কুনতরেৎ।

— য়ুম পানগে হায়নদি খনখিবা লৈত্রা ...? হন্দক্তি শকহেনবীদু নোকথোরকই।

-- নহাক্লা অদুমনা হংলিবা করিগীনো ...? নহাক্লা ঐবু করম হায়না উবগে?

— হংবসি ইয়ামক য়াদবা জাৎলা ...? ঐদি নহাকসি ঐগী ইমাংদা ফল্লিবা নহাক অসি অদুম ওইনা উই।

— য়াই। নহাক্কী বাহংসি ঐঙোন্দা অনৌবা ওইনা থোকই। কনাগুম্বনা অসিগুম্বা বাহংসি মমাঙদা ঐঙোন্দা খক হংখিদ্রি।

ঙৈহাক অমুক ভুমিন লৈনৈ।

-- মীং করি কৌই?

— মোনিকা।

- নহাক্না তৌরিবা শিনফম অসিদগী পৈশা কয়া কয়াদি ফংই?

হন্দক্তি মোনিকা রাখল খজিক্তং খনবগুম উই।

-- প্রোগ্রাম অমমমদা লুপা চামঙা চামঙাদি ফংই। হাপ্তা অমদা প্রোগ্রাম অহুমলক্তি ফঙই।

-- অদুদি থা অমদা লিশিং তরুক কুম্বদি তাল্লি। নহাক্না ফংলিবা শেনফমসি কনাগুম্বা অমনা পীরবদি নহাক জগোই শাবসি তোকপা ঙমগদ্রা ...?

ঙক্লপ্পা,

-- অং ... অদু ওইরবদি তোকপা ঙম্বসু য়াই।

-- নহাক্কী পৈশাদু ঐ পীরগে। নহাক ঙসিদগী জগোই শাবা তোকপা তারে। মসিদা নহাক করি খল্লিবা ...?

মোনিকা পাউখুম পীরক্তে। মতম অমদা পৈশাগীদমক হায়দুনা কয়া রানা হোৎনখিবা, অদুগা ঙসিনা শক খঙদবা নুপা অমনা ইরাই লাইনা হায়দোরকপা, ঙকখিবনা খম থেংখ্রে। মহাক হরাউবা ফোংদোক্কদরা নৎত্রগা অরাবা ফোংদোক্কদরা হায়ফম খংদনা চঙক্লদুনা লৈরম্মী। অদুগা অমুকসু মমাঙদা চাউথোক্লা ফল্লিবা নুপা অসিনা মাগী হক খরা লৈবদৌনা ঙাংলক্লিবদু মহাক মশা ঙাকথোকচবা ঙম্লমদে। ইশোন শোম্বুবগুম তৌরম্মী, করিগুম্বদনা মপুক্লিং নুংশিরক্তুনা কপ্লিংবা ফাওরম্মী। ঙসাইদগী থরুক্লিবা কোল্ড ড্রিংক্সতু লোইশিল্লক্লে। মোনিকানা বিক্রমদগী মমায়দা অঙকপা, শুমহৎপা অমগা লোয়ননা য়েংই। অদুবু বিক্রমদি থোইদোকপা অহোংবা উদে, অনম কনবা মী কয়া উশিৎতবা মওংদু অদুম লেংদনা লৈ। চৎলসি হায়দুনা থোরক্লে। চাম্মা চৎপী নোট বন্দল অমা পুথোরকই। 'তু! নহাক্কী হন্দক থাগী ফংগদবদু, সে লৌশিল্লু! (মোনিকাগী মখুৎতু পায়দুনা নোট মপুলদু পীশল্লকই) অদুগা নহাক নুংতিগী ঐগা ফমিন্নদুনা কোল্ড ড্রিংক্স অমুক অমুক্তি থকমিন্নবা তাই।'

মোনিকা লাইনা চেল্লবা মীগুম ঈপং পংশিল্লস্মী। মঙোন্দা পীরক্লিবা চাম্মা চৎপী নোট মপুলদুদা শোক্কদবা অকিবা ফাওরস্মী।

বিক্রম মশাগী চহি নিফুমঙারোম শুরবা মশক মতৌ ফজবা নুপা অমনি। লমচৎ ফজৈ, জ্ঞান তাই, শুবা নোম্বা কল্লি। মপা-মমানা লন-থুম চীংদৌনা পৈদুনা থম্বীরম্মী। মশামকসু লাইরিক লাইশু নিংথিনা হৈ লোয়ননা মশামকসু কারবার চাউনা তৌই। হৌখিবা ইমুং অসিগী মীওই অমতনা লমহেনবা, ওক্কবা, ইমংগী মিংচৎ থিগদবা, থবক অমফাও তৌখিদ্রি। ময়ুম মকৈ পানবগী মতাংদসু অহল-লমন্না হাইনা শিংনদুনা অফবা শাগৈ জাৎকী নিংঙোল লৌদুনা নিংথিনা ময়ুম মকৈ পাল্লি। বিক্রম মমা মপানা মথন্তা পোকই, লুনা চান্না তৌরকই। ইমুং মনুংগী মওং মতৌ লৌদুনা মশাগী চহি কুন্থামঙারোম শুবা মতমদা অফবা শাগৈগী নিংঙোল সঙ্গিতাবু মাগী নুপী ওইনা য়ুম পাল্লি। অদুবু বিক্রমগী মরাইবক্তি অসিনি। মহাক্কী নুপী মপান লৈবাক্তা চৎতুনা মহৈ মশিং তম্লকই। মশা খিংই, মমিৎ মনা শিংই, মশক ফজৈ, নুপীনা অঙাং মরি মঙা পোক্তুনা লৈবা য়াম্না তনবা, থাক হন্থবা মওংগী য়ুম্বালনি খনবা মীতানি। মদুগী মহুত্তা ক্লবতা চৎতুনা রিক্রেসন লৌবা, পার্টিনচিংবা চৎতুনা মীয়াম উন্নবা, চাবা থকপা, পার্কতা চৎতুনা হৱা চাবা। অদুবু মতাংসিদদি বিক্রমদি কনর্জর্বেটিব ওইজবা মীওইনি। নুপীনা কা-হেন্না লিবর্টি লৌবা পাম্বা মীতাসু নংতে। মাগা মাগী নুপীগা লৈমিন্নবদি নুঙ অতেকপা শম্মগুম্বনি। ইকুই কুইদনা চহি অনিরোম লৈমিন্নরম্লগা খায়দোক্লরে। মচা অমফাও য়াওহৌদে। মমা মপানা য়ুম অমুক পাল্লসি হায়দুনা ফন্না থেল্লে অদুবু মহাক্না য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে মতুং ইকুই কুইদনা চহি অমা মখাইরোমগী মতুংদা মমা মপা অনিমক অমুক লৈখিদ্রে। মরক মরক্তা নিশা শিজিন্নবসু হৈরক্লে। ঙসিদি মপুন্সিগী য়ৌরুগনি থাজদ্রবা কবরেট জগোই শাফমদা চংদুনা জগোই য়েংদুনা নুংঙাইথোকপসু হৈরক্লে।

মোনিকানা জগোই শাবদগী ফংলক্কদবা পৈশা পুন্নমক বিক্রম্না পী মদুগী মথক্তা সুপর মার্কেটতা চৎতুনা মমল য়াম্লবা ফিরোল, সনা-লুপা লিক কোলনচিংবসু লৈবীবম্মী। বিক্রম্না মোনিকাবু জগোই শাবা পুরা তোকহল্লে। ইখঙ খঙহৌদনা হোংলক্লিবা মওং মতৌসিদা মোনিকা ঙকপনা খম থেংলম্মী লোয়ননা মাগী থম্মোইসু হায়ফম খংদনা ঈথক ইপোম হৌরকপগুম তৌরম্মী। মশা মতোমতা খনবদা ভাব তাজবা ঙম্লমদে। মদুদি মশক মতৌ ফজখ্রবা, ইনাক খুনখ্রবা, শাগৈ জাৎ ফখ্রবা নুপা

অসিনা করিগিদমক মাগী অসুক তৌবীরিবসিনা ... ? মাগা করিসু থোক্লবসু নৎতে। অদুগা মাবু পামজবগী মওং মতৌসু করিসু উবা ফংদে। অদুবু ইনাক খুনবা বিক্রমগুম্বা নুপা অমদদি অসিগুম্বা খরচ অসিদি করিসু লৈবা জাৎ নৎতে। নুংথিলগী কোল্ড ড্রিংক্স থকপা মতমদা মোনিকানা বিক্রমগী মায়থোংদা শুমহৎখিদুনা কুইনা য়েংলম্মী। মদুগী ওন্না তৈনবদা বীক্রম্না মাগী কারবারগী, কোইবা চৎলুবা লমগী ৱারি শাই, চুরুপ থকই। করিগুম্বা কান্দনা মানা পুরকপা মপাঙ্গন কন্দবা য়ু থকই। নোংমনা হোলদা পীকচর য়েংবা চৎলম্মী। ক্লবতা, পার্কতা চৎপগী ৱাদি পনফাও পল্লকখিদ্রে।

মোনিকানা মাগী চৎনিঙবা থবক ইনখাং খরা চৎলুরবসু অয়াম্বা মতমদি শঙলম্মী। মানা লৈরিবা ভারাগী য়ুমদুসু পংচাউ চাউবা নৎতে অদুবু লৈমিন্নরিবা মখোয় অমা অনিদু মশক ইখং খংনদে। অদুনা মহাক্তি অয়াম্বা মতমদা ইমুংদা মতম লেল্লম্মী। করিগুম্বদা ফমুংদা লোং হিপ্তুনা মমিৎ উইশিন্দুনা ৱাখল খল্লবদি বিক্রমগী শুমহৎনিংঙাই ওইরবা মায়থোংদু হেক্তা উরকই। মতমদুদদি মহাক খাংফম খংদনা অৱাবা ফাওবগুম তৌরম্মী। অশেংবা হায়রবসু বিক্রমবু মাগী ওইজনিংলম্মী। মাগী মতম্বাক্তা হিপ্তুনা পুন্সিগী মঙ মংবসু পামজরম্মী। অদুবু মহাক্না করন্না ফোংদোক্লুগনি। করিগুম্বদা ফোঙদোক্লুরগা হাইঙম তৌঙমদবী অফাওবী জগোই শাবী অমা ওইনা লান্না লৌখিবা থোকলবদি পুন্নমক লৌখৎপা য়াদনা পুংমাঙ মাঙজরে। মদুনা হেন্না অকিবা ফাওরক্লে। অমরোমদনা মাগী মফমদদি ঈশ্বরমক শক্লবা কনাগুম্বা অমবু অসিগুম্বা অপিকপা ৱাখল অমা খঞ্জিল্লুবা য়ান্নমক লাল্লবনি, দোষ লংজনিংঙাইনি। অদুবু থম্মোইগী ঈথক ইপোমদি জ্বার কাবগুম নুংতিগী জ্বর জ্বর হেনগৎলক্লি।

— মোনিকা নহাক হান্নদগী ফজখৎলকপগুম তৌরে। মোনিকা অসিগুম্বা ৱাসি বিক্রমগী মফমদগী তাগনি হায়বা মঙ ফাওবা মঙজরমদে। ইকাই নুংশি য়ান্নরম্মী।

— তামোনা ঐবু থাগৎপিবগী ৱানি। ঐ ... দি ...।

ৱা মখা তাখিদ্রে, ৱাহৈ মপুং ফাখিদ্রে। লৈমায় মখারোমদা মমায় লুকথখ্রে।

— ঐদি কৈদৌরবা ... মখা তাদ্রবদি।

— কৈসু তৌদে মখাদি ঐ খংদ্রে।

— মোনিকা নহাক ঙসিদি ৱা অমা হায়গে। ঐনা হায়গদৌরিবা ৱাসি নহাক্না নুংঙাইখিরোইদ্রা হায়দুনা হংদদুনা লৈবা কুইরবনি।

চীংনরপ তৌনা,

— করিনো? তামোনা অপাম্বদু হেক্তা হায়বীয়ু। করিগুম্বা নচলনা অখঙবা ওইরবদি শোয়দনা হায়জগনি।

— ঐ ... ঐ ... নহাক্কী হৌখিবা পুন্সিগী ৱারি তাবা পাম্মী। মসিদা নহাক করি খল্লি।

বিক্রমগী ৱাহৈশিংদুনা মোনিকাগী হকচাংদা চৈনা পী...ম তৌরম্মী। হবাও নুংঙাইবগী মিকুপশিংদুগী মতুত্তা হৌখ্রবা পুন্সিগী অৱাবা ৱারিগী ইচেলদুনা ইনগংনা চেল্লকপগুম তৌবম্মী। সেনিমাগী মতৌগুম হৌখ্রবা পুন্সিগী বারি, থৌদোকশিংদুনা মুর্তি পান্দুনা থোরকপগুম তৌরম্মী।

তামোস্ অমুক্তং খন্দুনা য়েংবীয়ু। মদুদি কবরেট জগোই শাবী অমগী হৌরকপগী পুন্সি ৱারি কয়া য়াম্না ফজরমগনি। ঐসু অহানবদদি ইসাগী ৱারিসি লীথোকচবা খজিক্তংদি ইকাইবা ফাওরম্মী অদুবু হৌজিক্তি মদুমনদি তৌদ্রে। করিনা হায়ববু শিনফম অসি তৌদুনা পুন্সিসি হীংগনি হায়না খল্লরবি অমনা মশাগী অশেংবা মশক্ত লোৎতুনা অফবা, ফজবনা পিক থন্না য়াওরবা পুন্সি ৱারি অমা লীবা, মদু কনানসু তানিংলোয়। মীয়াম্না পাম্লিবসু মদু নৎতে। মদুগী মতুত্তা মখোয়না পাম্লিবদি তাবদা তু-চুংলবা, থম্মোই কায়নিংঙাই ওইববা কয়াগি ৱারিদুনি। ঐসু সহর অসিদা অসুম চাউরকপদি নত্তে। মসিদি লাইরিক তম্বা লাকপদা অসুম লৈখিবগী বানি। ঐনা লৈরিবসিসু ভারাগী য়ুমনি। সংসারসিদা ঐগি কনাসু লৈত্রে। করিগুম্বদনা লৈরগনা মখোয়না ঐগি খোঙ্গুল লিরকখিদ্রে। ঐগি পোকফম খুঙ্গংদুগী মমিংদি পল্লরোই। সুপ্পগী সহর অসিদগী খবা লাপ্পা খুঙ্গং অমদনি হায়নদং পল্লগগে। কাবক কাবক চৎনবা যাবা ইমুংনি ঐখোযগিদু। ইচিল ইনাও মরিগী মনুংদা ঐনা অহলনি। অহলনি হায়দুনা লুনা চান্না তৌরকই। ইশাগী চহি তরাহুমদোই শুরকপা মতমদা সহর অসিদা লাইরিক তম্বা লাকখিবনি। নোংমা ইশাগী চহি তরামাপল শুরকপা মতমদুদা বী. এ গী অনিশুবা চহি পরিক্ষা ময়াদনি ঐনা কলেজদা লৈরিঙৈদা ঐগী পোকফম খুঙ্গংদুদা অচৌবা সাইক্লোন, নোং নুংশিৎ অকনবা অমা লাক্তুনা মী লীশিং কয়াগী থবাই মাংহনখ্রে হায়না রেডিও, খবরনচিংবদগী তাই। অদুগা মীওই কয়া অমনা অশোক অপন নংহনখ্রে। ঐগী থম্মোইসি তপথনা লৈবা ঙমখিদে। থম্মোইসিদা ঈশ্বরবু চেৎনা কোনশিঞ্জদুনা কবি থোক্লগবা হায়না চিংনা চিংননা খুঙ্গংদু য়ৌখিবদদি,

অৱাবনি! নুংশিরবা ইয়ুমদুগী মহুত্তা হাপু মপৈ মপৈ, শংবাননরবা লবুক লমহাংগী মহুত্তা অচৌবা ঈশিংনা পুশিল্লকপা লৈঙোইগী ৱাউথাংনরবা হাবুং মচা মচা। দৃশ্য অসি উরুবদগী থম্মোইগী ইচেলসি থম্মোই মনুংদগী মপান থোরকপগুম তৌখি। পুম্নিসিদা মসিদগী হেন্না অৱাবা থেংনগদৌবা মান্দ্রে। অৱাবনা পীক থল্লবা লমদুদা ঐগী মরি মতা কনাসু লৈরমদ্রে। অদুগা ঐবু নুংশিবিবা মীসু অমফাও লৈরমদ্রে। সংসারসিদা ঐ ইথম্ভ হুন্দোকপীরম্লে। সুপ্নগী কপ্পতনা ওইবা য়ারক্ত্রুদুনা ঐ সহরসিদা অনৌবা মপোক অমমুক থীননবা হল্লক্লে। হিংনবগী লানফমদা করিসু খংদ্রবী, উপায় লৈজদ্রবী ঐনা ঐগী থোং নৌরবী খুৎশাশিংনা করিসু পায়দনা লান থেংনগদৌরি। মতাংসিদা খংলকই, পৃথিবীসি পুকচেল পীকপা মীনা কৃক কৃক ইন্ননা লৈ হায়বসি। শেল থোকপা থবক অমতং ফংনবা হোৎনবদা ঐগী নুপী ওইবীগী ঈজ্জৎকা শীংনবা তারকই। তাবদা তু চুঙনিংঙাইনি, কয়াদা তুকৎচখ্রবনো! কাইনথংদা থম্মোইসিদা অশাউবা অমা ফাওরক্কুনা কবরেট জগোই শাবী ওইরগে খনখি। কবরেট জগোই শাফম অমা অনি চঙদুনা হংলে অদুবু মাই পাকত্রে। মদুদি করিগীনো হায়ববু মমিৎ মনা শিংদ্রবী, কুচু কুমেন চংখোনদ্রবী, মীৎ থকপা য়াবা হকচাংগী ফীবম মুর্তি লৈত্রবি খুঙ্গংগী নুপী অমবু অসুক লুরবা শিনফম অসিদা কনানা পামগদৌরিবা ...? অদুবু ঐগী থম্মোইদি হম্বা খক তৌখিদে। জিমদা চৎতুনা হকচাং শাজেল তৌরে, এরোবিক এক্সর্সাইজ তৌদুনা হকচাংগী মশলশিং ফজহল্লে, হায় হুমবদা নুংঙাইহল্লে। মদুদগি মায় পাকপা কবরেট জগোই শাবী অমা ওইরে। করি করিগুম্বা মতমদা নুপাশিংগী হকচাংবু করম্না মথুম মরাং হৌহনগদগে হায়বগী পাড়াসু ফারে। করিগুম্বা মতমদা শেল থুম পাইবা নুপাশিংনা বার্তন তৌদুনা নুংঙাইরবা পার্টি কয়া য়াওরুই। অহিং অমা অনিসু ফাইভ ষ্টার হোটেলগী নুংঙাইরবা মোল্লবা ফমুংদা য়াতমিন্নরুই। অদুবু হৌজিক্তি মসি পুন্নমকসি তৌদনবা হোৎনরে। করিগীনো হায়ববু মসিনা ঐগী হকচাং মাংহল্লি, ডান্সকি পরফোমেন্স হম্বহল্লি। ঐবু অহিং অমগী নুপী ওইহনবা, অসিগুম্বা অপংবা হম্বা থবকসি ঐ অমুক হন্না তৌগে হায়না খন্দ্রে। কাইনথংদা তামো নহাক্কা থেংনরিবসিনি।

বিক্রম্না মোনিকাগী ৱারিদু অঙকপা অমগা লোয়ননা তাই। করিগুম্বা কান্দা মোনিকাগী মমায়দা বিক্রম্না সুমহৎপা অমা য়াওনা য়েংই। করম্বা কান্দা তৌখিবনো, মহাক মশামকসু খংজহৌদ্রে মদুদি বিক্রম্না মোনিকাগী মখুৎতু চেৎনা পাইশিন্দুনা লৈরম্মী। ৱারিসু লোইশিনখ্রে, বিক্রম্না মোনিকাগী মখুৎতু থাদোকত্রে। অনিমক

ফনা কুইনা ৱা ঙংনদে। মোনিকাসু মহাক্কী মখুৎতু বিক্রমগী মখুৎতগী চীংথোকপসু তৌরমদে। বিক্রম্না মহাক্কী মখুৎতু পুন্সিগী ওইনা পাইহন্নিংলম্মী।

থেংলে, চৎলসি হায়দুনা ফুক হৌগৎলি বিক্রমদু মিকুপসিদদা খংলক্ই মহাক্না মোনিকাগী মখুৎতু পায়রি হায়বা। ইকাইনা তপ্না থাদোকই, অনিমক মমায় ঙাংনৈ। খজিক থেংলবা অহিংসিদা মফম খংদনা থম্মোইদা ঈথক ইপোম হৌরক্তুনা পুন্সিগী তোবর্বান অমা তম্না লাক্লি।

বিক্রম ঙকপনসু খম থেংলে অদুগা মথম্মোইদুসু মফম ইখঙ খঙদনা ইশাউ শাউগৎলে মদুদি ঙসি মানা মোনিকা উনবা চৎলুবদদি মহাক কনাদসু হায়রমদনা নুমিৎ নিনিগী মমাংদগী মাগী ভারাগী য়ুমদু থাদোক্তুনা চৎখ্রে। কনামতদসু কদাইদা, করিদা চৎকনি অমফাও হায়রমদে। মপুক্লিংদা অমুকসু নোক্লিংবা ফাওরকই, পৈশা, সনা লুপা, ফিরোল পুন্নমক লৈবীদুনা অসুক নুংঙাইনা থম্বীরবা অসিদা পেল্লক্তুদুনা কদাইদনো মহাক্না অমুক চৎলিবসিনা? শজি অমোম মহাক্না পাল্লিববু চরান্নরবা কৈশালশিংগী মমাংদা নুংশা থীনা চেকশিন্না চৎপদুরা? অমুকসু বিক্রম মথন্তা ঙকচরম্মী মদুদি মোনিকানা মহাকপু থাদোক্তুনা চৎখিবদু মঙোন্দগী করিগুম্বা পোৎ অমা মাংখিবদৌনা ইহাং হাংগুম তৌরম্মী। তাইনফম খঙদনা মপুক্লিংদু ইশাউ শাউগৎলম্মী। ঙসিতা খঙলকই মদুদি থম্মোইগী মনুং ফাওজিন্দুনা চংখ্রবা তীল অমনা থম্মোইগী মনুং থংবা শরুক পুন্নমক চীকখাইরম্লগা অমুক মপান থোকখ্রবদা ফংহৌবা থম্মোইগী খাংঙমদবা মতৌদু। অমুকসু মথন্তা ঙকচৈ, মোনিকানা মাগী থম্মোই মনুংদা শরুক চাউনা কন্দুনা লৈরম্দু, খঞ্জিল্লুরগা মপুক্লিংদা ইকাইবসু পোক্লকই, কন-থৌরবা নুপাগী থম্মোই লৈদগী হেন্না থোৎলি হায়নবিবা নুপী অমগী খুৎনা শোকপদা মচেৎ মচেৎ তানা কেল্লক্লবা ... মশানা হোল্লিবা নুংশা শর ফাওবা থাজবা ফাওরক্লে। অদুবু মপুক্লিংদা সিমতং থাজরি মদুদি মাগী মোনিকা সহর অসিগী মফম কদাইদনো অমা লোৎতুনা লৈরমখিগনি। তান চাববদি অতোপ্পা কবরেট জগোই শাফম অমদা অমুক লৈরম্বা য়াই।

বিক্রম্না নুমিৎ কয়ানিমুক চঙনা সহরগী মফম শিনবা থুংনা মোনিকাবু থীরে। অদুবু ইরাই হেক লায়বদি ওইদ্রে। নুমিৎ কুননিমুক মাই পাকপগী মশাক উদনা থিরবা মতুংদা সহরগী মতাই অমদা, নৌনা হাংদোকপদা ঙাইরিবা মীনা মশক ইখং খংনদ্রিবা কবরেট জগোই শাফম অমদা অমুক থেংনরে। অহানবদা মোনিকানা

বিক্রম উবা মতমদা খণ্ডশিন্নদনা লোৎকদবগী হোৎনরম্মী অদুবু মাই পাক্তে। বিক্রমন্না মাঙদা চংশিল্লক্কুনা লেপ্পরবদুদদি চেনবদি য়াখিদ্রে। মদু ফাওবা মশক খংশিন্নদনা চৎখিগে তৌরম্মী। মোনিকাগী মওং মতৌদু উবদা বিক্রম শাউনিংবনা ব্রা ঙাংবদা মখোল থোক্লকউ য়াখিদ্রে, মশাদু থক থক নিক্রম্মী। মমিৎ অনিদু অচাকপা মৈরিগুম্না ঙাংশঙ ঙাংলম্মী। মোনিকাসু অঙাংবা মীৎশিঙদু উবদা অকিবা ফাওরম্মী। অহানবা উনবা নুমিৎতা নুপা অসিগী মশক মুন্না খংখ্রবনি। বিক্রমন্না চংশিল্লক্কুনা শাউনা মোনিকাগী মখজাইদা খুপাক্লা থারম্মী। মোনিকা নুপা অসিগী মমাঙদা তশেংনা মাইথিরম্মী। মখা তারুবগী মহুৎতা খুপাক্লা থাখিবা মফমদুদা মখুৎ অনিনা পাইশিন্দুনা কপ্পম্মী। বিক্রমন্না মোনিকাবু মফম অদুদগী মপান্দা চীঙদুনা পুথোরক্লম্মী অদুগা অনকপা কোল্ড ড্রিংক্স থকফম অমদা পুরক্লম্মী। মোনিকাসু মখা তানা অমুক য়েৎলুবা তৌদনা ইয়াং য়াংনা মতুং ইন্নদুনা লাক্লম্মী। মহাক তশেংনমক অকিবা ফাওরম্মী মদুদি মহাক্লা ওৎলৈ পালৈ তৌরুবগা মঙক কনবা নুপাসিনা মখা করিমুক তৌরক্কদগে হায়দুনা?

রাইটরদা হায়খিদুনা থম্পস অপ অনিখক পুরকই। মোনিকানা ভাব তাদনা অমা লৌদুনা চীংবা হৌই। বিক্রমন্না গ্লাস অমা লৌদুনা ফুরিৎখাউদগী হুইসকি বোতল অমা পুথোরক্লগা থম্পস অপকা হুইসকীদুগা য়ানশিন্নরগা থকপা হৌই। মোনিকানা বিক্রমন্না তৌরিবদু অঙকপা অমা য়াওনা য়েংই। ঙসিদি মহাক বিক্রমগী অনম কনবা, মঙক কনবা মতৌদুদা মপুক্লিং ব্রারৌরুবগী মহুত্তা শুমহৎপা অমা ফাওবগুম তৌরম্মী। খংহৌদনা মোনিকাগী টেবল মথক্তা লৈরিবা ওইগী খুৎতু বিক্রমন্না মাগী খুৎ য়েৎনা কন্না পাইশিল্লক্রম্মী, অদুগা হায়রক্লম্মী।

-- নহাক্লা কন্নাদসু তাক্লমদনা চৎলিবসি করিগীনো ...? মোনিকা পাউখুম পীরক্তে মদুগী মহুত্তা মমিৎতগী অশাবা পিরাংশিঙ শীন্থরক্লম্মী। বিক্রমন্না মখুৎতু অমুক্কসু হেন্না চেৎনা পাইশিল্লক্রম্মী,

-- নং ঐবুদি নুংশিববা ...?

হন্দক্তি মখোল পীক্লা, নুংশা থীনা পাওখুম পীরকই,

-- মীয়াম অদুগী মমাঙদগী নহাক্কী নতুং ইন্দুনা লাক্লিবী ঐসিবু অমুক হন্না মদুগী পাওখুম পীবা তারিব্রা ...?

-- অদু ওইরবদি নহাক্লা ঐবু থাদোক্কুনা তুমিন্না চৎখ্রিবা করিগীনো ...?

হন্দকসু মোনিকা হান্নগিগুম্না পাওখুম পিরক্তে মদুগী মহুত্তা নুংঙাইবগী অশাবা পিরাংশিংনা হেন্না শিন্থরকপগুম তৌরম্মী। তঙাংলবী খজাই অনিদা নাম্থরক্লিবা শম্লাংশিঙগা পিরাংশিংগা য়েৎশিন্নবগুম তৌরম্মী। রুমাল পুথোক্তুনা তৈথোকপা হৌই। লোয়ননা নাম্থরক্লিবা শম্লাংশিংদু খোমগৎনবা হোৎনৈ। নিংশা শ্বর অমতং শাংনা ফুইনা হোল্লগা বিক্রম্না হায়রকই,

— নহাক্না অদুম্না পি শিন্থরবদি ঐ খাঙবা ঙমদনা অৱাবা ফাওই। নহাক্না তৌনিংবদা তৌদুনা ঐবু অৱাবা ফাওহনবসি ঐ মখা তানা য়াবা ঙম্লরোই। নহাক্কি ঐগী লৈজবিবা পুন্নমক্তগী পুংহেন হেল্লবীনি। অদুগা ঙসিদগী নহাক ঐগী ইতুং ইল্লকপা তারে। নহাকপু নথন্তা লৈহন্দুনা ঐ ইশানা নুংশা থিবা পোকহনবসি মখা তানা অচুম্বা ওইররোই।

— অদুবু ঐদি কবরেট জগোই শাবীনি। নহাক্কী য়ুম অদুদা ঐনা লৈরবা মতমদা ... অতোপ্পা মীনা ... করিগুম্বদা ... ৰাদু মখা তানা লোইশিনবা ঙমহনখিদ্রে। মাগী ৰাদু বিক্রমগী কোরিগুম ঙাংলবা অঙাংবা মমিৎতুনা খুদক্তা থদৎখ্রে, মখা তাহনখিদ্রে।

পুং অনিমুক ফম্লবা তুংদা বিক্রম মোনিকাগা কোল্ড ড্রিংক্স থকফমদুদগী থোরক্লে। কার মনুংদা নিংথিজনা ফম্লে, গাড়ী ষ্টার্ট তৌরমদাইদা হুইসকীনা ফোং ফোং শাগৎহল্লবা বিক্রমগী চানবান্দুনা মোনিকাগী খজাইদুদা নুংশিনা চুপ্পীরম্মী। ইকাই নুংশি য়ান্ননা মোনিকা চহি কয়াগী মতুংদা মোমোন নোকচরম্মী। ✍

৬-৭-১৯৯২

# খুটি পোষ্ট

— করিনো মাইদা অসুক কন্না থেংজিল্লক্লিবদি, ঐবু কবিমত্তা উশিৎপীদবগী রানিনে।

— নৎতে, মদু শুকনৎ নৎতে। ঐবু থৌরক্লিবা মপুদুনা শাফু কন্না থৌরক্লগা মাবুনা চোংথোকহৌরগা ঐবুনা নঙগী নমাই মপারোমদা ঙকশম পায়দুনা লাক্তুনা ইনশল্লক্লিবনি।

— অদুমক ওইরবদি নহাক নরাইবক য়াম্না ফরে ...।

খজিক্তং ঙক্লা,

— সোরোক্তা চৎপী মশক মতৌ ফজবী লৈশাবী মচা অমদা থেংজল্লুবা ওইরম্লবদি লম্জাওদা চৎলম্বা পাখংমচাশিংনা নহাকপু ঙসাইনা নমায় নমিৎ খঙদমখৈ থাজল্লক্লমগদবনি। মদুদা নহাক করিসু খুৎ হনবা ঙম্লোই।

— ঐদি করিসু শোক্লোই।

ঙক্লা,

— অদুদি করম্না ...?

অমদু পাউখুম পীরকপগী মহুত্তা নাক য়েত্তা অমুরক অনিরক কোইরুপ কোইরুপ য়েংলুই অদুগা অমুক ওনশিল্লক্তুনা,

— ঐদি করিসু শোক্লোই। মদুদি অসুক মোৎলবা অমসুং মল্লবা ঐঙোন্দা কনানসু খুৎ থানিংলোই। চৈ চাগদৌবিবদি ঐগী মপু য়ুথকপদুনি। মখোয় অনিমক মিকূপ অমা অনি রা-লাং অমফাওবা ঙাংনদে, অচিকপদু থুগাইরদুনা,

— মহাক্তি কদাই চৎখ্রে?

— মহাক হায়বদি ... ঐগী মপুদ্রা ...?

— হোয় মাবুনি।

-- ঐবুনা নঙগী নমায়দা লংশল্লম্লগা মানা সিদগী খরদং চৎলগা লৈবা লৈরক মচিনগী য়ু য়োনফমদুদা চংখ্রে। অদুদগী থোরক্লগা ঐবু মানা ফু ফুদুনা হায়রং তুরং মানা পাস্বা মফমদুদা চৎহনগনি। করিগুম্বা কান্দা অহিং চুপ্পা ঐবু খোংবান মনুংদা ইম্থদুনা থনম্বসু য়াওই। মী হায়বসি মশাগীদা খনবা কয়াদা ফৎখিদ্রবা জীবনো ... ?

অমদুগী অরাবা ৱারিদুদা মহাকসু হায়ফেৎ শরুক য়াবগুম উই। অমনা অমগী মমায়দা মুন্না মুন্না য়েংনৈ অদুগা নুংশা শ্বর শাংনা শংনা হোন্দোক্লে।

-- বা অমতা হায়গেনা ... ?

-- হায়য়ু, করিনো ?

-- নহাক্কী নমিংদুবু ...।

-- ঐগীরা ? ... ঐখোয়গুম্বা কয়া অমা লৈ। ঐখোয় পুম্নমক মীং চপ মান্নে।

-- মান্নববসু, হৌজিকপু করি হায়না ...।

-- খুটি পোম্ট। নহাক্কীদি ... ?

-- সাইকল চীদেকপী।

অনিদু মীং হায়নরগা হৌনা নোকই। হৌনা নোকথোক্লুরগা নাক য়েত্তো কনা কনা লৈবগে হায়দুনা অমুক কোইরুপ কোইরুপ য়েংই।

-- ঐ তুম্নিংলক্লে, নহাক্কী নাকনশিদা ঙৈহাক্তা পোথাগে।

-- পোথাউনা, করিসু কাইদে, ঐ নঙবু শঙবীগে। নাকনগী অকুৎপদুদা সাইকল চিদেকপীদু ফৈরেং তুরেং তাশিনখি। থুনমক তুমথখি। কয়া কুইনা তুম্লুরবনো খংদে অয়াকপা খোঞ্জেল অমখক্লা তুম্বদু কাইহল্লি। মমিৎ ফাক্লি ফাক্লি কৈদৌরিবনো হায়দুনা মুন্না য়েংই। লম্বী চৎপা নুপা অমখক্লা খুটিদুদা মপান থোকচিল্লি। খুটিদুনা য়ানিংদনা ফোংদোক্লুনা মখনাও তৎপমখৈ লাও খোংলি। নুপাদুনা লাও খোঙলিবদু ইতা তাদবদৌনা তৌই। ঙৈহাক লৈরগা নুপাদু চৎখ্রে। খুটিদু হক্কী ঈশিংনা পুঙচোং চোংহৌরে।

-- কৈদৌরে অদুক কন্না লাউ খোংলিবদি ?

-- চৎখ্রিবা নুপা অসি তশেংনমক থম্মোই পান্দবনি।

-- করম্না ?

— য়েংউ, ঐ অমা ইচাউ চাউনা লৈরিবনি। কন্না লাউ খোংদুনা য়ানিংদবসু ফোঙদোক্লিবনি। অদুবু করিমতা তাশিন্নদনা, মনা পঙবা মীদৌনা ঐগী মায়দা মপান থোকচল্লম্লিবনি। মাগী থম্মোইদু অকিবগী মশক্লি।

থত্তই ৱাওইদনা,

— মদুদি নঙগী নরাইবক্তা তম্লক্লবনি।

— ঐসু মদুদি খংবা য়াম্না কুইরে।

— অদু ওইরগনা নশাবু কষ্টোক্লবা হোৎনদ্রিবা করিগীনো?

— করিবু কান্নরুখিনি, কনবা ঙম্লরোইদবা পোৎশক অমখক হন্না হন্না হোৎনরুদনা।

— মদুদি নশানা নশাবু হম্বনা য়েংজবগী ৱানি।

— চৎনবীসি কুইমন্দুনা লূদা তোংদা য়াওখিবগুম তৌরে। অশেংবা মশক করম তৌবগে হায়বফাউ কাউশিল্লক্লে।

— মখোয়দি তশেংনমক মরাইবক ফৈ।

— মখোয়না নোংমা থুংলগদৌ লৈরবা মোংফমগী লম্বীদু থুনা য়ৌনবা চেনশিল্লি। অদুবু মখোয় মসাদি খংজদে। মমিৎ তাংলবগুম তৌই।

— ঐ কপ্পিংলক্লে।

— কৈদৌনবা ...?

— মীঙোন্দগী লন থুম মুনবা য়ানবা।

— ঐ নঙসি অসুম কীশল্লক্লে।

— কীরুনু, মতাং চানা পাড়া ফানবা মুন্না য়েঙশিলহৌ।

— মতম অসুক কুইবসি নথন্তা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈবসি করিমত্তা অতনবা ফাওদ্রা?

— ফাওদে, য়াম্না নুংঙাই।

ঙক্লা,

— করম্না ...?

— পরলোয় অমা ঙাইরিবা ...।

অনিদু রা মখা অমুক তানদে। রাখলদা কন্না উংনবগুম তৌই। মচিন্দা থক্লিং চানিংবগুম ফাওবগুম তৌই। রাদি ইহায হাযনদে, অদুবু ইখণ্ড খণ্ডনবগুম তৌই।

- ঐ অমুক তুম্নিংলক্লেবো।

- নিংতম্বা লৈবাক্লি, নশাগী অপাম্বদু তৌবদা কনানসু থিংগদবা লৈতে।

নঙবু নিশা খবা খরা শীজিন্নব্রা?

-- শীজিন্নৈ। নহাক্তি

অনৌবা রা অমুক ওইহন্দুনা ঐবু যাম্না শাউহল্লে।

শাউবনা ফী ফী কামই, মমিৎতু কোবি চফু মুক ঙাংই। খুটিদুনা কিনা কোইকুপ ।কাইকুপ যেংই।

নহাক্না শাউবসি যাম্না পকচৈ।

- মসিনা ঐগী লাইবকসু পুবক্লিবনি।

কবম্না ?

-- মতাং চানা শীজিন্নববদি সংসাবসিদা কান্নদবা পোৎ অমফাও লৈতে। নহাক যাম্না পঙই। অদুনা ঐবু রা যাম্না ঙাংহল্লি।

নহাক তুম্নিংবা অমুক ফাওদ্রব্রা?

কন্না তুম্নিংবা ফাওবক্লে।

থুনমক তুমথখি। খুটি পোষ্টতুনা মাগী নাকন্দা ফৈবেং তুবেং তুম্লিবা সাইকল চিদেকপীদুদা অশিবা মীদা যেংবগুম যেংই। কযাম কুইনা তুম্লুববনো খণ্ডদে, কন্না যুহাব হাবগুম নিক্লকই। মমিৎতু পাঙথোক্লিংদনা পাঙথোবকই। মশা মউ ফববা ষণ লাবা অমনা খুটিদুদা মবেংজুম অথাবদু তক্তুনা শান্নবি। ষণ লাবদু খুটি পোষ্টতুনা কন্না লাউ খোঙলিবদু ইতা তাদবদৌনা তৌই। ওশেঙনমক ষণ লাবদু মনা পংলে। থবাই মচেৎ অমা যাওবিবদু পাইথোক্কদবগুম তৌনা খুটিদু ফেবে ফেবে হাযনা খাংই। ঙৈহাক লৈবগদি ষন লাবদু অপেনবা ফংলগুম তুমিন্না অমুক চৎখ্রে। সাইকল চিদেকপীদুনা মীনুংশি পোকপগী মহুত্তা কবেম্ননা,

নহাক্কী পবলোয হাযবদু হৌবক্লব্রা?

ঐখোয মশেল অসুক্কি মতিক লিংজেল মান্নদে। অদুনা ঐখোযগী ফীবমসি ঙসি ফাওবা অসুন্না লৈবিবনি।

-- মীওইবা হায়বসি ওইদবা ঙাংবা জীব মখল অমনি।

-- মীওইবা খরনা ওইদবা ঙাংবা হৈহৌদদুনা মপুন্সিদু কপ্পা কপ্পা লেল্লি। মসিমদি নহাক কাউথোক্লমানে।

-- পৃথিবীসিদা মশিং য়ামদবা হায়বসি মরাইবক থীবা মখল অমনি। মতম চুপ্পদা মখোয়গী ব্রা কন্নানসু তাবীদে।

-- চীন্না ঙাংবগা অশেংবা হায়বদুগদি য়াম্না খেৎন্নে।

-- মীওইবশিংগী খ্বাইদগী চাউবা মরাল অমখক্তি করিগুম্বদা মখোয় মশাগী মরালদু য়ানিংবা পোক্তে। মদুনা মখোয়বু মতম পুন্নমক্তা মাইথিদুনতা লৈহল্লি।

-- নহাক অচৌবা পণ্ডিত অমনি।

-- থাজবা পোক্তে...থাজদে।

-- করম্না ?

-- নহাক্ নৎতনা অতোপ্পা কন্নানসু ঐবু পাণ্ডিত অমনি হায়বীখিদ্রি। অদুনা ঐ নঙগী ব্রাসি থাজবা পোক্তি।

-- অদুদি নহাক করি ঙাইরিবনো ?

-- অতোপ্পশিংনা ঐবু পণ্ডিত অমনি হায়বীবা...। মী উশিৎফাৎতবা মীনোক অমা নোকখি। অনিমক ইখঙ খঙনবগুম তৌই। অমনা অমগী মমায়দা নুংশিদনা য়েংনৈ।

-- ঐ অমুক তুম্নিংলক্লেবো।

-- নহাকসি য়াম্না তুম্নিংগল্লি। অঙকপা জীব অমা ওইরম্বা তাই নহাকসি

-- অদু নৎলমদ্রবদি পুন্সিসি অসুক মরাইবক থীরম্লোই।

-- তুম্নিংগনবসি পোকপদগী অসুমক য়াওরক্লব্রা ?

-- অমুকখক কন্না নাদুনা লারুখি। অদুদগীদি কোকপা ঙমদবা লায়না ওইহৌরে।

-- কন্না তুম্নিংলক্লে।

-- তুম্মু, ঐ শংবীগে।

সাইকল চিদেকপীদু অশিবগুম তুম্মী। খুটিদুনা কল্লকপা অমা য়াওনা তুম্লিবদুদা

মুন্না যেংই। কযা কুইনা পংথক্তবনো খংদে, মমাযদা ফোং ফোং শাবা অনঙবা মহী অমনা শাফু কন্না থেংজল্লকপদু খঙপ্রেক খঙই। হন্দক্তি হান্নগুম্না লাও খোঙদ্রে। তাবিমন্দ্রবদুদা ব্লাকৎকদবা তল্লামানে। তশেংনমক কপ্নিংলক্লে। অশাবা পিশিংনা সাইকলদুগী মথক্তা পোপ পোপ তাই। ইখঙ খঙনা,

কৈদৌবে কপ্লবদি, কবি কবিনো নমাইদগী অঙাংবা মহীদুদি ?

তু। চৎখ্রিবা নুপাসিনা চখোম চাউনা ক্বা চাশিন্দুনা লাক্লগা মফম ইবৈ লেএ্রবদৌনা ঐগী মাযদা ক্বাগী কোদাং মহৌসি কামশিল্লম্লিবনি। হঞ্জিন হঞ্জিন লাও খাঙদুনা হোৎনৈ, অদুবু ইকান কান্নদে। হন্দক্তি অমুক কপ্তুনা যেংলিবনি।

কপ্লগী ওইববদি ঐসু যাওবীগে।

অনিমক হীক হীক কপমীন্নে।

নহা'ক বা অমা হংগে ?

কবিনো ? হংঙু।

— নহাক হিংবা পান্না নৎত্রগনা শীবা পান্না ?

হিংবা পাম্মী।

অদুদি নহাক কবিনোমা তৌগেবা ?

তৌগেনে, কবিনো ?

নহাক্কী নশা পুম্বসি এলেকত্রিক করেন যাওহল্লু। অদু ওইববদি নহাক্কী নশাসি কন্নানসু শোকপা ঙম্লবোই, শোক্লিংবসু ফাওববোই। অদুদগী মতম কুইনগী নহাক তেক্তা কাইদনা পাল্লগনি।

অনিমক মিকুপ খবদং ব্লা লান অমফাও ঙাংনদে। বাখলদা কবি কবিনো খনবগুম তৌই। নুংশিদনা যেংনবম্বদু খঙহৌদনা নুংশিনবকপগুম তৌই। ঙসাই যু থকপা চঙখিবা সাইকল থৌবকপা নুপাদু হাযবং হাযবং লৈবক অখুববোমদগী থোবকই। অনিমক মমায মমাযদা থম্মোই কাযনা যেংনৈ। মমিত্তা অশাবা পিবাংশিং শিম্থনৈ।

কাযনবা তাবেনে।

হোয অদুদা তাবে।

অমুক ঙাইহৌবা তাবেনে।

— অং, কনানো অমখক ...।

— কনানো অমখক হায়বদি ...।

— ঐবু ফুক্তোক্তুনা লংথোকপা ঙম্বা নুপা অমখক।

অনিমক ৱা মখা তান্নদ্রে, তুমিন তুমিন লৈনখ্রে। ✍

২৪-১১-১৯৯০

# অখুইবা উনশা অমসুং লৈনম

সুরেশবাবু হৌজিক্তা মথন্তা মপুক্লিংদা নুংঙাইজদবা অমুক ফাওরক্লে। মতমদুদা মহাক্না করিসু ইখন খন্থহৌদনা নাতে ইচা চাদনা থবক অসি হেক্তা তৌশিনখিবনি। হৌজিক্তি মদুনা থাংথবদা ৱারবা অচৌবা পোৎলুম অমা ওইররে। থবক্তগী পোথাবা কুইট্রিঙৈ মরক অদুদা তৌফম খঙদদুনা খবর খরা পা, মেগাজিন খরা পা, নুংথিলগী মতমদনা পার্কতা ফম্বা চৎপা নৎত্রগনা নুংঙাইবা, নুংঙাইতবা থিদনা হোলদা পীকচর য়েংবা চৎপা সুমাইনা মতম হেক হেক লেনবনি। করিগুম্বা কানদনা মাসলা য়াম্না য়াওবা নহারোলশিংনা য়াম্না পাম্নবা গ্লেমর মেগাজিন পাবা অদুগা ঈনখৎলক্লিবা নহারোলশিংনা মপুক্লিংগী অপাম পামদা ফোংদোক্লুনা মরুপ-মপাং ওইবগী অপাম্বা ফোংদোক্লিবা পেন-পালগী কলমদা পুঙ কয়া পুক্লিং চঙনা পারম্মী। ফীবম অসিদনি মেগাজিন অমগী পেন-পাল কলম অমদা প্রিয়া কৌবী চহি তরামঙাদা ঙাইরিবা নুপীমচা অমগীসু য়াওরকখিবা। মহাক্কী হোবীসু য়াম্না নুংঙাইবা মওংনি মদুদি ট্রেবেলিং, ওন স্পোর্ট পেন্টিং, রোক মুজিক, পেনপাল লোয়ননা দে ড্রিমিং অসিনচিংবা। মসিদা মশা মথন্তা মপুক্লিংদা নুংঙাইবা পোক্লদুনা, ফাগি তৌনিংলক্লদুনা মশাগী অশেংবা মশক্কু লোৎশিল্লগা দীপক কৌবা নহা অমগী মমিংদা পেন-পালগী থবক অসি তৌশিল্লুবনি। মতমদুদা অসিগুম্বা কাইদা অমা তৌরক্কনি হায়বা মহাক মঙ ফাওবা মঙজরমদে। ইচম চম্না থবক্তগী পোথারবা মতুংদা তৌফম খঙদনা, ঙাওচৎনদুনা লৈবদুদা সুম নুংঙাইবোই করিবোই, ইখন খন্থহৌদনা হেক্তা থবকসি তৌশিনখিবনি। মহাক্না ইহান হান্না ইখিবা চিঠিগী পাউখুম ওইনা নুপীমচাসিনা হাইফেৎ শাংবা চিঠি অমা হল্লকখি। লোয়ননা কলরগী পাসপোর্ট সাইজ ফোটো অমসু য়াওরকই। মহাক্না য়াম্না হরাওনা করি-করিনো য়াম্না ইরকখি ... ... ঐনা পেন-পালগী কলমদা ঐগী মীং ফোংখ্রবা মতুংদা ঐঙোন্দা চিঠি ইহান হান্না ইরকখিবসি নহাক্লি। থাপ্লবা, শক খঙদবা কনাগুম্বা মরুপ অমনা

ঐঙোন্দা মকুপ মপাং ওইবগী চি ঠি ইবকপসি থম্মোইসিদা হাইঙমদনা নুংঙাইবা পোকই। নুংশিববা মকুপ নহাকসি কমদৌবা মীওই ওইবগদগে নৎত্রগনা মশক যাম ফজবমন্দ্রা হাযবনচিংবসু যাম্না খ.নিঙই অদোম্না কলব ফোটো অমতং থাবীবক্রবদি ওহোক্লা নুংঙাইজগনি। মকুপ্না হাযজবা অসিদা হবাও হবাও যাবিবক্রন্দি অদোমগী লমন অমা তোনশিঞ্জবে হাযনা খঞ্জগনি । পুন্সিগী থৌদোব অমগী নোংলৈ অমতসু নংদ্রিবী ইচম চমজবী, ইঙাও ঙাওজবী চহি ৩বামঙাগী। নুপীমচা অমগী লৌথুপ লৌকোই লৈত্রবা থম্মোইগী ওইবা ৱাফম খবা । খল্লুবগসু মপূক্লিংদা মিনূংশিং ফাওবকই মদুদি অসিগুম্বা ইতিং তিংবা মতৌসি কনাগুম্বা নৎত্রগা কনাগুম্বী অমগী মফমদগী তাখিদবা কুইববনি। অমুকসু মপূক্লিংদা মথন্তা ইকাইজবা পোক্লকই। মদুদি মানা জ্ঞান তাবকঙৈদগী কবিগুম্বদা নখোং গুণবা থবক অমতা তৌবকত্রবনি। মতম শাংনা থবক তৌবকপগী জ্ঞান, লৌশিংনা লুমথববা ইকাই খুম্ননিংঙাই ওইববা, চীংলেম্লবা ভদ্রলোক অমনা অসিগুম্বা তহা ৩হাবা মওং অমগী অসিগুম্বা থবক অমা নাতৈ ইচাহেক চাদনা নৌশিল্লুবা খল্লুবদা নোক্লিংবসু ফাওবকই মদুদি মাগী চহি মতাং অসিদা কানগুম্বি ইনখৎলক্লিবী নুপীমচা অমগা পেন পালগী চিঠি ইনবা। কনাগুম্বনা খঙদুনা 'মসিবু অচুম্ববা ' হাযদুনা হংলকপা থোক্লবদি মহাক ইকাইখিবনা মপান থোকপা ঙম্লবোই। নুপীমচাদুনা ইবকপা চিঠিগী পাওখুম পীববোই হাযনা চপ যুংনা লেপ্পুনা নুমিৎ মঙা ৩বা লৈকনবনি অদুবু মপূক্লিংদু বাবকচবা ঙমদদুনা পাউখুমদু ইখি। অমুকসু মথন্তা ঙকচবম্মী, 'চহি মতাংসিদসু পূক্লিং বাবকচবা ঙমদবা '। বাবোল খবসু অসুম্ন পনখি ঐনা ইখিবা পেন পালগী চীঠিদুগী পাউখুম ওইনা নহাক্লা অশাংবা চিঠি অমগা লোযননা নহাক্কী কলবগী ফোটো অমা থাবকখিবা মকপ্পু হাযনি ঙাই লৈতনা থাগৎচবি নহাক্কী চিঠিদা ঐহাক্কী ফোটো অমা থাবকউ হাযবদুদি ঐবু ঙাকপীযু নহাক্কী অপাম্বদু ঐনা থুংহনবা ঙম্লবোই মদুদি ঐহাক্কী শব অদুব ফজে অদুনা ইশাগী শক্তম মীমাংদা উৎপা ইকাইজৈ। ঐনা নহাক্কী শক্তম অদুবু শৈজবম্লদবু কবিগী চাউথোকচবোইদবনো? ঐগী অশেংবা শক্তমদু উববদি নহাক্লা ঐবু মকুপ মপাং ওইনিংলক্তবসু যাই। ফোটোগী বাফমসি মতুংদা অমুক হৌদোক্লগনু । মদুগী পাউখুমসু থুনা লাকই। ফোটোগী মতাংদা পেন্দবা ফোংদাক্লদুনা অসুম্না ইববখি । নহাক অসুক ফজবা মী ওইবমগনি

মদুদি নহাক্লা নহাক্কী ফজবা শক-চুদুদা ঐনা কল্লকপা ফাউরকপা য়াই খন্দুনা নহাক্লা চেকশিঞ্জরম্বা য়াই। নুমিৎ নিনিগী মমাঙদা ঐগী মঙদা নহাকপু উরম্মী মদুদা নহাক্কী মী খুদিংনা কল্লক্লফম ওইরবা শক-চু লৈরম্মী। নহাক অদুক শীংবা মীনি ...। ফাগি ফাগিদগী চিঠিসু অমগী মথংদা অমা, মথং মথং য়ামখৎখিরম্মী। মথংদদি চিঠিসি অমুক ইররোই হায়না অমুক লেপ্পি অদুবু মপুক্লিং ৱারকপা ঙমদদুনা মঙানি, তরানিগী মতুংদা হেক্তা ইখি।

সুরেশ বাবু থবক্তগী পোখারবা চহি হুমফুহুমদোইরোম শুরবা ভদ্রলোক অমনি। মমিং চৎপা কম্পানি অমগী এজিক্যুটিব ভাইস প্রসিদেন্ট ওইরম্মী। চহি শাংনা, শিং থাবা থবক কয়া তৌরমদুনা অফবা মীংচৎ কয়া থনল্লবা মীওই অমনি। শাংলবা চহি হুমফুহুমদোইগী পুন্সিগী খোংচৎতা মীনা থীনা ঙাংনগদবা, মশাগী ইজৎ শোক্কদবা থবক অমতসু তৌরকখিদ্রবনি। মশাগী ইজ্জৎ ময়েং তাগদবা লৈরবদি থম্মোইগী অপাম্বা কয়াবু থিংগৎতুনা স্বর ফুন্দুনা লেনবা ঙম্বা মীতানি। অখাং কনবা ভদ্রলোক অসিগী কনানসু ইখং খংনখিদ্রবা ৱারি অমদি লৈখি। মদুদি মশাগী চহি কুনমরি কুনমঙা শুরকপা অদুৱাইদা, মহৈ মশিং তম্বা লোইশিল্লক্তুনা অহানবা ওইনা থবক পায়বা তঞ্জা অদুৱাইদনি থোকখিবদু। মহাক্লা তৌরিবা থবক মফমদুগী কান্টিনগী থবক ইনখাং খরা খরা য়াউরম্বী, মশক মতৌ ফজবী, তিং-য়াং ফজবী চহি তরানিপালরোম শুরবী লৈশাবী অমা লৈরম্মী। কান্টিন্দা কোফিনচিংবা থকপা চংবদা লৈশাবীদুনা হরাও হরাও 'দাদাগীদি ঐনা স্পিশিয়েল শেল্লগা পুরকপনি'। সুরেশ বাবুসু মহাক্লা অদুম্না তৌরবদি মথৱাইদু নুংঙাইজৈ। করিগুম্বা নুমিত্তা মহাক লৈরমদ্রবদি করিনোমা ইৱাৎ-ৱাৎপদৌনা তৌরম্মী। পিক অৱারদা থোকপবুদি খজিক্তং থেংথরগা পুং অনিমখায়গা তারগা থোকপা মদুনা হেন্না খুদোংচারম্মী। অসুম্না খজিক খজিক নকশিন্নরকখি। অশেংবদু হায়রবদি সিনি সুরেশ বাবুবু নুপা-নুপীগী থুপ্লবা থম্মোইগী মরিদা লৈশাৎ তমহনখিবদি নুপীসি খক্তনি হায়বা য়াই। অদুবু মশাগী ওইজ-থিবা মথম্মোই অদু খক্তনা থম্মোইগী অশেংবা মপাওখোলদু শেংনা তমথোকখিদে। অতৈ কনাদসু মমাংদসু, মতুংদসু অসুম্না খক থোকখিদ্রবনি। নুপীদু সুরেশ বাবুগী অশেংবা মপাওদু তাগদবগী ফনা কুইনা ঙাইজরম্মী। অশেংবদি সুরেশ বাবুনা মশক-মতৌ ফজরবসু মশাগী ষ্টেটস অমা লৈজদবী নুপী অমবু মাগী লোইনবী ওইবা পাল্লমদে। মদুগী মথক্তা

হন্থবা থাক্কী থবক ইনখাং তৌবী অমবু মাগী নুপীনি হায়দুনা খংন-চান্নবা কয়াগী মমাংদা পুথোকপসু পান্নমদে। মদুম্না তৌরবদি মহাক মশাগী মীংচৎ হন্থবনি হায়না লৌরম্মী। কাইনথংদা থাজবা মাঙলক্লদুনা নুপীদু মফমদুদা মতম খরদংগী থবক তৌরম্বা নুপা অমদা ময়ুম পানখ্রে। ফিবমদুদা সুরেশ বাবু মাগী থম্মোইদা হাইফম খঙদনা অন্নাবা ফাউখি অদুবু ঈকাইদুনা কনামতদা হায়দোকখিদে। মতুংদা অফবা, ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী নুপী লৌদুনা য়ুম পানখি। মচা নুপা অমগা মচানুপী অনিগা অহুম পোকই। নুপাদুগা নুপী অমগদি ময়ুম মকৈ পানখ্রে। মচানুপাদুদি নুপী অঙাং পুদুনা লংফৈদা থবক তৌদুনা লৈখ্রে। নুপীমচা অতোম্বীদুদং ঙাইরে মনাক্তা লৈহৌরিবা হায়ববু। শাংলবা চহি কয়াসি থেক খোইবা লৈত্রবা, মরিল তিংবা, ম পূক তপ্পী তুরেলগী ঈচেলগুম পুন্সি লেল্লক্লবনি।

ঙসিদি জ্ঞান, লৌশিংনা লুমথরবা ভদ্রলোক অসি মপূক্লিং ন্নারকপা ঙমদবা মওংগী থবকসি মথং মথং তৌশিনখ্রে। অচুম-অরান তৌনবা ন্নাখল, বুদ্ধি পুন্নমক থম্মোইগী অশোনবা অমনা ঙম ঙমদুনা চৎলম্মী। নুপীমচাদুনা করিগুম্বা মরুপ-মপাং ওইবগী ন্নাফমদগী হেন্দোরক্তুনা থম্মোইগী মশেক মঙাল য়াউবা ন্নাফম য়াউনা হেঞ্জিন্না ইশল্লকপসু য়াউরকই। চহি হৌরকপা মতমদসু কার্ড গিপসনচিংবা কয়া থারকই। মহাকসু মপূক্লিং বারকপা ঙমদদুনা কার্ড অমসুং খুদোলপোৎ কয়াগা লোইননা অমুক হনখি। করিগুম্বদা অমুকসু অশেংবদু হায়দোক্লসিরা খনবা কয়ারক য়াউখ্রবনি অদুবু হন্না হন্না মাইথিদুনা তোকখ্রবনি। চহি মতাংসিদা চিঠি থাদোক-থাজিন খুদোলপোৎ পীথোক পীশিন তৌবা, ইমুং-মনুং অমসুং খংন-চান্নবা মরুপ-মপাংনা খংলবা অদু ওইরবদি 'মহাকপু ঙাওরে' শোয়দনা হায়গনি। নহালমখৈ মহাক্লা তানশিঞ্জরকপা ইজ্জৎ, সনমান পুন্নমক উৎতা ঘী হৈবগা চপ মান্নরগনি।

সুরেশ বাবু মমাংদা চিঠি কয়া, খুদোলপোৎ কয়া ফংলবসু ঙসিগী চিঠিসিগুম্না মথা শাহনবদি মমাংদা অমুক্তসু য়াউখিদ্রি। মদুদি প্রিয়ানা অসুন্না ইরক্লি ... ইশাগী লনাই থবক অমগীদমক ঐহাক নহাক্লা লৈরিবা স হরদুদা কোইরক্কদৌরি। মদুদা নহাক্লা ঐহাক্কা শোইদনা উন্নগনি হায়না খল্লি। ঐগী থবক্তুদি ইচম চম্বনি নুমিৎ নিনিদা লোইগনি। মদুগী মতুংদা নুমিৎ তরানিমুক্তি ইবানি নখোয়গী সহর কোইবা চৎকনি। পার্কতা ফমদুনা আইস ক্রিম চাবা, হোলদা চৎতুনা পীকচর য়েংবা,

অতোপ্পা নুপা অমগা চৎখিবা করিগুম্বদসু অরাইবা সুকনৎ নৎতে অদুবু পাঙদ্রবা নিশাগী মঙলান্দা তাউদুনা লৈরবা মহাক্কী মফমদদি মসিমক লমন ওইনা শিংবদা করিসু লৈবা নৎতে। অমুকসু শেমদোক শাদোকপা য়াদ্রবা ইপুরোইবা অদুবু নুংশিবসু পোক্লম্মী, মহাক কমদৌরি, চারিব্রা, থব্রিব্রা? নৎত্রগনা হীর্গলিব্রা হায়না য়েংশিল্লিবদি মতমদুদা মহাক্কীদি ঐথক্তমক ওইরম্মী অদুবু পাঙদ্রবা মীথিবোং অমগীদমক ঐগী পুন্সিসু মফম খঙদনা লেনবসু পাম্লমদে। অদুবু মহাক্কদি নুংতিগী মহাক্কা লোয়ননা চৎলসি হায়না কন্না তকশিল্লকখি। নোংমা নুংথিল, নুমিদাংঃাইরম অমা মহাক্কা লোয়ননা মফম ইথং খঙহৌদনা ইম্ফালদা অনৌবা পুন্সিগী অনৌবা নুমিৎ অমমুক থোক্লকদৌরিব্রা হায়দুনা লাকখি। মতমদুদা পুক্লিংসু ইরাং লাঙখি, পোংশক অমফাও মমুৎ তানা য়েংবা ঙমখিদে।

থা অমরোম হৌজিক লৈরিবা ভারাগী য়ুমশিদা নুংঙাইনা মচু মচুগী মঙ মঙখি। পুন্সিসিদা হরাও নুংঙাইবগী মীকুপশিং হুন্দোক্তুনা মফম খঙদনা চৎলুরবগুম পুক্লিংসিদা খনলকখি। মথংগী মীকুপ্তা পুন্সিগী নুংঙাইববা মীকুপশিংদু অরাবগী লোইবা নাইদ্রবা ফীজংশিংনা কুপশিন্দুনা থমখিনি হায়না নোংমা ফাও খনখিবা লৌখিদে। ঙসি ওইরিবা লুখাক কোমগী লুখাকলাগুম লৌখৎপা য়াদনা মাঙলক্কনি হায়না নোংমা ফাও নিংশিংলুদে।

নোংমা অয়ুক অমা, যাহৌবদা ঙাইরিঙৈদা পুন্সিসিদা তাখিবা খোঞ্জেলশিংগী। মনুংদা খাইদগী মপাঙ্গল কল্লবা থম্মোইবু লিশিংলক হন্না থুগাইবা ঙম্লবা খোঞ্জেল অমখক্তা ঐবু তূম্বা হৌদোক্লকখি। থোং হাংদোকলুবদা ঐগী মীৎকী মপা চানা মহাক লেপ্লমখি। মহাক ঐগী শিরাজগী নুপীনি, অদুগা ঐনা মরুম্বী। ঐনা মহাক্কী মমিৎ অনিদুদা মুন্না য়েংলম্মী। মহাক্কী মমিৎ অনিদুনা ঐবু তমথীনা, চাথোক্কদবদৌনা মুন্না য়েংলক্লম্মী। মমিৎ অনিদুদা কুইনা, মুন্না য়েংশল্লবদি অঙাংবা মৈরিকশিং কাপথোরক্কদৌবগুম তৌরম্মী। খঙহৌদনা পুক্লিংদা অকিবা পোক্লকখি। 'নঙলা কুসুম হায়বদু' হায়না হংলকখি। ঐ মাগী পাউখুম পীবা নংহৌদে, চেনশিল্লক্তুনা কোক্কী শম পায়দুনা খকচিং চিংখি। মানা ঐগী শম হেক পায়খিবা মীকুপ্তুদা ঐ জ্ঞান মাঙলম্মী। জ্ঞান খরা খরা লাকপা মতমদুদা মশেন মরাং ওইনা তাহৌবা হায়ববু মানা ঐবু কয়ারক হন্না শীরাপ তৌখি। মতমদুদা ঐ অসুক্কী মতিক শোয়ুখিবগুম তৌরম্মী মদুদি মানা ঙাংলিবা তৌরিবা পুন্নমক তুমিন্না তারম্মী, করিসু তৌরুবা ঙমলমদে। মদু পূন্নক্তগী পুমহেন হেল্লবা ঐগী সিরাজবু মহাক্কা পুদুনা চৎখি। মতুংদা সিরাজ ঐগীসিদা খোঙ্গুল অমুক হন্না তারকখিদ্রে। মতমদুদা ঐ করি তৌগদবনো

খঙখিদে। য়ুমলোমদা অমুক হনগে হাযববসু ঐনা সিবাজগা য়ুমদগী থোক্লকপা মতমদা ঐবু মখোয়গী য়ুমদা চঙহনবদি লায়বদনা শিরবসু করিগুম্বদা মৈ ফাওবা থাববোই, হাযহৌরবনি। মফম খঙদনা নুমিৎ মঙানি তরুকনি লেল্লবা মতুংদা নোংমা য়ুম্বুবেনবসিনা ঐবু রা অমা তান্নসি হাযনা মাগী কাদা কৌশিল্লগা ঐবু নুমিৎ চুপ্পা অমা মাগী লাইফদীবী ওইহনখি। মতুংদা মানা পুরকপা অহাওবা চাবা পাম্বা মযাম অমা, মথং মথং . . । মতমদুদা ঐ থবকসি তৌবা মতমদা ইশানা য়ানিংনা তৌখিব্রা নৎত্রগনা যানিংদনা তৌখিব্রা, ঐ অমফাওবা ভাব তাবা ঙমখিদে। শুপ্নগী ঐনা খঙবা হাযববু মতমদুদা মসি নত্তনা অতোপ্পা উপায অমা লৈতবদৌনা তৌবন্মী। মতুং চাহি অমা মখাই লৈরগনি, ঙসি দাদাগা ঐগা অমুক থেংনবিবসি।

কুসুম্না মাগী শাংলবা পুন্সিগী ইতিহাসতু লীবন্নগা তুমিন্না লুকথদুনা লৈ, মখা তাবকতে। মাগী থম্মোইদু কবম তৌবমগদগে, রাবমগদ্রা, নৎত্রগনা নুংঙাইবমগদ্রা ? ঐ খল্লুবদা অকিবা পোকই। ঐসু তৌফম খঙদনা অঙকপা অমগা লোযননা মাগী মমাযদা মুন্না যেংদুনা লৈখি। ইখং খঙহৌদনা

তাদা, বা অমতা হায়জগেনা ।

ইঙক ঙক্লা,

– কবিনো ? হাযু, নঙগী রা খুদিংমক তাগে হাযদুনা লাক্লিবনি।

কুসুম্না থুনা পাক হেক হাযবক্তে, ঙাইহাক্তং উংদুনা লৈ। কবি হাযবকদগে হাযদুনা ঐসু খৌবাংনা ঙাই,

- তাদনা ঐঙোন্দা পীবিবিবা, মীনুংশি, পৈশা অসিগুম্না কন্নানসু মমাঙদা পীবিখিবা লৈত্রি। তাদদা নচননা চাম্মবক হন্না লমন তোল্লবনি। নচলগী মফমদগী অপাম্না অমতংদি হায়বীয়ু নৎত্রগদি কবিগুম্বদা নচলনা নুংঙাইনিংঙাই মওং কবিসু ওইদ্রে।

- ঐ নঙগী নফমদগী অপাম্বা কবিসু লৈতে।

কুসুমদু ঐগী রাদু তাবদগী হান্না লুকথদুনা লৈবম্বদু হেন্না অমুক্কা লুকথখ্রে। মমিৎ অনিদা অশাবা পিবাং অমা অনি ঈহৌবকপা উখি। জ্ঞান তাদনা হাযদোকখি,

– নঙগী ফি অমফাও পকতবা হকচাংদু অমুক্তং যেংগে। মদুগী মতুংদা থাজবা পোকত্রবা দৃশ্যশিং মীৎমাঙদা মথং মথং উবকখি। কুসুম্না মশাদা পক্লম্বা ফীজোলশিং অমমমতা ওইনা লৌথোকখিদুনা ফিৎ মচেৎ অমা পক্তুবা অশাবা মূর্তিগুম ইমাংদা লেপখি। ঐনা জ্ঞান তাদনা অঙাওবগুম ফি মচেৎ অমফাও পক্তুবা হকচাংদুদা মীৎ কুপ্তনা যেংখি।

খঙহৌদনা গাড়ীদু ব্রেক ফারমদাইগী মাঙলোমদা খজিক্তং হকচাং ঈনবা মতমদুদা জ্ঞান খঙতা তারকই। ফনা কুইনা মঙ মঙলুরবা জাৎনি, গাড়ী খাল্লিবদু পলেনগী চাক চানবা খাম্বা ওইরম্লে। সীত থংননা ফল্লিবা অতোপ্পা পেশেঞ্জরদুদা হাইফেৎ য়েংলুবদা ঐগী মওংদুদা ঙকলপ্পা য়েংলকই। অদুবু রা মচেৎ অমফাওবা ঙাংনদে। মমাঙগী সীৎতা ফল্লিবা কুসুমদু লৈরিব্রা নৎত্রগনা মখাদা চাক চাননবা কুমথখ্রবা হায়দুনা য়েংলুই। কুমদি কুমথরমদ্রি, কুমথগদবগী কন্না হোৎনরি ঐসু পরপ পরপ হোৎনদুনা মহাক্কী মতুং ওইরপ্পা লেপ্তুনা কুমথনবা ঙাই। মরি মরি কুমথখিদুনা ঐসু মখা য়ৌরে। কুসুমদু অনকপা হোটেল অমদা চঙখি। ঐসু মাগী মতুং অদুম ইন্নরে। ঐনা হোটেলে মনুং য়ৌবদা কুসুমদু নাতৈ চাবা ফমফম য়েংদুনা লৈরম্মী। বস তোংলকপা মীশিংদু চাক চাগদবগী মরাং মরাং তৌদুনা লৈ, নাতৈ চাবা মফম থোইদোকপা লৈতে। ফমফম খুদিংমক মী অনি অনি, অহুম অহুম লোইনা লৈ। মখোয়শিংদুগী নাকন্দা অমমম অনি লেশ্বদু কুসুম্না ফম্নিংলমদবসু য়াই। মতুং ওইরপ্পা নক্না চঙশিল্লগা,

— কুসুম, নঙবু কুসুম, নৎত্রো ... ?

ইখং খঙবদৌনা, মমাই ওস্থোরক্লগা ঐ উবদুদা,

— এ ! তাদা, উদবা কুইরেদা ... । হৌজিক্কী বসতুদা য়াওরকপরা ... ?

— হোয়। নঙসু চাক চাগদৌরিবা নৎত্রা ... ? ফরে ঐগা চামিন্নবা য়াবা নৎত্রো।

অহানবদা মহাক হঙ্গোইরপ তৌই অদুবু ঐনা মরি মরি ঙাংবদগী মহাক্না কোইনা তৌবদুদি তৌদ্রে। কাচিন ওইরপ্পা মী অহুম ফম্বা য়াবা সীত অমদা অমখক্তমক চাদুনা ফম্লম্বা সীত অমদা ঐখোয় অনিসু চংশিন্দুনা ফম্লে। হোটেলগী অঙাং অমদা চাক শেম্লক্লবা হায়খ্রে। ঙৈহাক লৈরগা হান্না চারম্বা মীদুসু লোইদুনা হৌগৎখ্রে।

ঐসু খনবদা ঙকই মদুদি 'কুসুম্না মোরেদা কদৌবা চৎলিবা ?' নৎত্রগনা 'নহানবাইগী মহাক্কী কারবারদু ইম্ফালদা চৎথবা য়ারক্তদুনা মোরেদা অমুক চৎথনবা চৎলিবা জাৎলা ?' 'মসি পূম্নমক অসি নৎত্রগনা লালোন ইতিক তৌবা, শেল থুম তানবা চৎলিবা জাৎলা ?' রাহং কয়ানা থম্মোইসি পীক থনখি। ঐবু মঙোন্দা হেক্তা হংলসিরা ? মপুক্লিং মাংদুনা মাদুদা মানা করিগুম্বা লান্না লৌখিবা থোক্লবদি কমদৌবা ? করিগুম্বদা মপুক্লিং নুংঙাইখিরোইদরা ? অদুবু ইহংমক হংদৌদ্রবদি পুক্লিংসি ইশেং শেংলোইদৌরি।

— কুসুম, নঙ রা অমা হংগে ... ?

লুকথখিবা মমাইদু হাইগৎলক্তে, চারিবা চাক্তু ঙাইহাক্তং লেপ্লগা,

— করি রানো তাদা। নচলনা অখঙবা ওইরবদি অদুম খুমজগে।

– নহাক্কা মোবেদা চৎলিবসি ঐদি যাম্না ঙক্কা থোকই .?

ঐগী ব্রাদু খজিক কনখিবগুম তৌই অদুবু কুসুমদি মপূক্কিংদা কবিসু ফাওদবগুম তৌই। হাইফেৎতং নোক্লগা,

- মোবেদা কাববাব তৌবা চৎলিবা। নুং (লকি ষ্টোন) কাববাব তৌবি। কুসুমগী মমাইদা হাইফেৎতং যেংলুই, ফনা যাম্না হোংলম্লে। নহানবাইগী থোং-নৌবা, ঈবাং পুবা মওং মতৌদুদি অমফাও যাওবমদ্রে. মদুগী মহুত্তা কংশিল্লক্লবা চাইকং, কুৎশিল্লক্লবা মীং আন, পুন্না যেংবদা অবাবা পুবা মাইথোং। মুন্না অসুম যেংশল্লক্লগা মঙাক মী মাল্লক্লমদে মী নৎতবা অতোপ্পা ভীব অমা মাল্লক্লম্মী। ফল তাদ্রবা, মযেক শেংদ্রবা বাহং কযানা ঐগী কোব মনুংদা কেকু লোৎপী শান্নবগুম তৌবি ঙ্গান তাদনা মাগী মমাইদুদা কুইনা যেংলুই। ঐঙোন্দা ফাওবিবা ব্রাখলগী শকক খবদং মঙোন্দসু ফাওবগুম উবম্মী, মহাক হাইফেৎতং নোক্লকই। মহাক্কী মমাযদু ঐঙোন্দা পুবা ওইনা ওনশিল্লক্লগা,

তাদা ঐনা ফীবমসি কবম্না ওইবক্লিবনো হাযনা খনবদা ঙক্লমগনি, খঙসু খঙানঙলমগনি মহৌশাদি তাদদি অসিগুম্বসি যাম্না খঙনিংবদাই।

বা ডাংবা ঙাইহাক্তং লেপ্লি। ইন্দক্তি মোমোন নোকপা মাইথোংদুদগী পুন্সিগী অবাবা বাবি কযানা নৈশিন্দুনা মোৎহল্লবা পীবাংশিঙনা তম্পাক মথক্তা তপ তপ তাবকই। ঐগী থম্মোইস মীকুপ অমা অনিগী মনুংদা মচেৎ মচেৎ তানা কাইখিগদ্রা হাযনা নুংশা শ্বব পীক্লা হোল্লি। কবিনো খঙদনা ইপং পংশিনবগুম তৌবম্মী, বা মচেৎ অমফাও ডাংবা ঙম্বগী থৌনা লৈতবদৌনা তৌবম্মী।

তাদা, ঐদি তাদদা লমন চাউনা তোল্লবনি। মী কযাগী মফমদা ঐগী হঙ্গোইনিংঙাই ওইব্বা বাবিসি লীথোকপদা ইকাইবা ফাওববসু তাদগী মফমদদি ইকাইবা কবিসু ফাওদে। মবমদি তাদদি ঐগী পুন্সিবু যেংশিন খোৎচিনবীবিবা মীওই অমনি। তাদনা ব্রা মচেৎ অমফাও হাযদ্রবসু ঐগী অঙকপা ব্রাবিসি তানিংলমগনি হাযনা খল্লি।

- এইদস লাযননা মীওই কযাগী মফমদা এনজিও তৌদুনা অচৌবা শেন্দান লম্বী ওইখ্রগসু ঐগী ইফমদদি লাযনা অসিনা ঐগী চাকখাওগী লম্বী অদু ককথৎপীখি। ঐগুম্বা মবাইবক থীববা নুপী কযা অমদনা অশিবগী থোঙ হাযবদু হিংলিঙৈ পুন্সিদা মমিৎনা শঙ-শঙ উহল্লি। হৌজিক্তি বেদিওদা, টি ভিদা, খববদা, মীযাম তিনবা মফম পুন্নমক্তা এইদসনা পুংচাই চাইখ্রেদনা। লমদমসিগী মীযাম্না অকিবা ফংলবা এইদসকী ব্রাবি খবা খবা তাননবা হৌবকপা মতমদুদা ঐগী মমল

লৈচিল মপাক অমনা খঞ্জিন্দুনা খল্লম্বদু হায়দোকখিদুনা ইহাং হাংবা শংবান্নবা অতিয়াগুম ঙানথোক্লম্মী। অসিগুম্বা নুমিৎ অসিবু মহাক্না ঙাইরকপসু কুইরবনি। ✍

২১/৩/১৯৯২

# নাথৈরুরবা ঈচেল

- শিলপা, শিলপা, ইমুংসিবু কনামত্তা লৈতবা জাংলে'য় কমলানা চুরি তাফমদগী মাঙ্গোলগী সিরিদু কাখৎ কাখৎনা শিলপাগী মীং পন্দুনা। কৌরকপনি। মিনিট অমা অনি মী-নুং থোরকপগী মওং উদে। থোংজিন ময়াদা থেৎলিবা কোলিং বেলদু অমুক নমই। মিকূপ খরগী মতুংদা চহি কুম্থ্রা নিপান মাপনগী মশক মতৌ ফজবী নুপী অমা থোরকই। কমলাবু উবদা 'এ! ইচেম্মা থাজদনা, কদোমদগীনো?' কমলা শিলপাবু উবদা খঙহৌদনা থম্মোইদা মথুম মরাং হৌরকপগুম তৌই। মিকূপ অমা অনি শিলপাগী পুক্সিদুবু কল্লকপা ফাওরুই, অদুবু থুনা অমুক মশা মতোমতা অমুক ফাংগৈজে। শিলপাগী মনঙ্গলদা পোপ পোপ ফদুনা, নুংশিনা.

-- নঙ উনবা লাক্লিবনিদনা।

শিলপাদু থাজফাৎতে। শাংলবা চহি তরামাথোই নিথোই অসি য়ুম অসিদা নোংমা ফাওবা খোঙদারকখিদ্রবনি। করিগুম্বদা বাজারদা, লম্বীদা নত্রগনা মীয়াম তিনবা ফংসনগুম্বা নত্রবদি খক থেৎনদ্রবা ইচেম্মা কমলা নি। অদুবু নহাবাইগী পুকচেল ইতিং-তিংবা মতৌদুদি লেঙদনা লৈরম্লি।

-- অশেংব্রনে, ইচেম্মা.....?

-- ঐনাবু নংঙোন্দা হৌজিক ফাগি অমুক তৌখিদ্রনে'য় ঙসাইমখৈ তহা তহারম্বা শিলপাগী থম্মোইদু অকনবা নোং-নুংশিৎ হৌরম্মা সমুদ্রগী ইমায়দা নোং-নুংশিৎ লোইখ্রবদা তুমিন্না মোং-হাদনা লৈখিবগুম খরা খরা নেমথরক্লে।

-- এ! মদুদি ঐখোয়গী লাইবক য়াম্না ফবগী বানি। তামোনা করিগুম্বা মী নুং লাক্লবসু হায়দুনা কা অমদি মতম চুপ্পদা শীজিন্নদনা লৈ। মদুগী কাদু ইচেম্মনা শোয়দনা পামগনি হায়না খল্লি।

কমলা শিলপাগী ৱাদুদা ও খোংনা কপনিংবা ফাওই। অমুকসু মশা মতোমতা হংজৈ, 'ঐবু মঙোন্দা নত্রনে, ঐগী লৈজবা পুন্নমক, মদু পুন্নমক অদুদগী পুংহেন

হেনখ্রবা পুন্সিগী খ্বাইদগী তাঙলবা খুদোল্ ইপুরোইবা অদু ফাওবা মখুত্তা শিন্নরম্লগা থনল্লিবনি অদুগা ঙসিনা মাবু মীতোপ অমনা য়ুম অসিদা থুংলবদৌনা তৌরবা'। অদুবু পুন্নমক হৌখ্রবা, লোইখ্রবা অমনবা ৱারী ঙাক্তনি। অকনবা তুরেলগী ঈচেলদা করিগুম্বা মফম অমগী হিদেন তাফম অমৎতসু পলহৌদ্রবা লুপথখ্রবা কাওশিংগুম্বনি। কমলাগী থম্মোইদু খাংঙমদবা অমসু ফাওরক্লম্মী অদুবু মাগী মতম শাঙনা তপ তৌদুনা লাক্লবা পুকচেল চেৎপগী সাধনা অদুনা পুন্নমক অদু মকা ফোংহনদনা নমথদুনা থম্লম্মী। ৱারি শা-শাদুনা ৱাইটিং রুমলোমদা চংলক্লে। মখোয় অনি সোফা অমমমদা মায় মায় ওনশিন্নদুনা ফম্মী।

— ইচেম্মনা কুইরবা মতুংদা য়ুম অসিদা লেঙবীরকপসি ঐনা খনবদা থোইদোকপা মরম লৈরমগনি হায়না খঞ্জে। মরমদু খঙজবা য়ারোইদ্রা ?

— থোইদোকপা লৈতে। নঙসু খঙঙিদনা ঐগী থবকময়ামদু (খংঙি হায়দুনা মঙক নোম্মী, মখা তাথরকই) ডাক্তরনা ছুটি লৌদুনা থা অনিরোম পোথাদ্রবদি হেন্না শোকচিল্লক্লগনি হায়। ঐসু ছুটি লৌবা নুমিৎ তরানিরোম শুরে। মথং মথং কোইরকপদা নখোয়গীসিদা ঙসি য়ৌরক্লিবনি। মসিনি ঐগী পোথাবা হায়ববু।

শিলপাসু মচেম্মবু অহানবা উবদা অদুম খঙলবনি মদুদি মহাক্কী মচেম্মাদু থাইনদগী হেন্না মশা পাশিল্লে। থবক কনমনখিদুনা ওইরম্বসু য়াই। শাংলবা চহি কয়াসি পোথাবা হায়বসি নোংমতসু খংলকত্রবনি।

— শিলপা, অঙাংশিংদি.... ?

— স্কুলদা লোয়না চৎখি। অতোনবদুদি ফমুংদা তুম্লি। ঙৈহাক লৈরগদি হল্লক্লগনি।

মফম্ খংদবা ৱাখলগী পরীং অমনা শাফু কন্না ইল্লকপগুম তৌরম্মী। অমুকসু কমলা শিলপাগী পুন্সিদু কল্লকপা ফাওরকই। শাফু কন্না পলেপফম খঙদনা অহাংবা অতিয়াদা কোইপাই পাইদুনা শান্নরুই। অমুকসু ম পুক্লিংদা নুংঙাইজবা পোকই মদুদি 'ঙসিদি মহেশ মপা হায়বদু ওইরে।' মতম অমদা মঙোন্দা মহেশনা ৱাফম অসিগীদমক কয়ারক হায়খ্রবনি অদুবু মহাক্কদি মহেশপু মপা অমা ওইহনবা ঙমখিদে। অদুবু ঙসিদি মহাকসু মহাক্না নিঙবদু থুংজরে, মহাকসু মানা নিঙবা মাইকৈ অদুদা অপনবা লৈতনা চংশিনজবা ঙমজরে। 'সিমক নত্রনে মতমদুদা ঐনা পামখিবদুবু.... ?

-- তামোদি ওফিসতগী হল্লকত্রিবরা ? কদোমদা চৎখি।

-- ঙসিদি ওফিসরোমদা চৎখিদ্রে, বাজাররোমদা হায়গৎখ্রে. ঙরাংতা দিল্লি চৎলুবদগী হল্লকপদা ঙাইরি। আদগী অঙাংগী শান্নপোৎ লৈরকপদা অঙাং অতোম্বদুগী হেক য়াওহৌদ্রে। অদুদা অতোম্বদুনা নিংঙাই তৌমন্দুনা খাঙবা ঙমদদুনা বজারদগী অমুক লৈবা চৎখি।

ফাগি তৌনিংলক্লদুনা,

-- মচিং ফৎতবসু য়াওরবনিনে....।

-- খংদে ময়াম পোক্লবদি অমা য়াওই হায়বদুনি ইচেম্মা। খংদে, ময়ামসিবু করম থোক্লগদৌরিবনো।

-- অঙাংদি কয়া শুরে ?

-- মরিনি। অহল নুপীমচাদুনা চহি তরামাথোই, অনিশুবদুনা চহি মাপল, অহুমশুবদুনা চহি তরেৎ, ইতোন তোনবদুনা চহি অহুমদং শুরি। অহুম অমদি স্কুলদা চৎখি। অতোম্বদুনা ফমুংদা তুমলি। মাগীদি মপানা অঙাং ওইমনলি হায়দুনা হেক লৈবীরক্তে। অদুগী কপ্পা লাউনদুনা ৱা-থোক্লবনি।

ঙৈহাক ৱারি ৱাতাই শান্নরবা মতুংদা কমলা শিলপানা লৈননবা তাকপা কাদুদা চংলক্লে। মতম অমদা মানা য়ুম অসিদা লৈরিঙৈদদি কা অসি মাগী লাইরিক তৌফম কা ওইনা শীজিন্নরম্বনি। নিংশিঙলুরগা মতমদু মপূক্লিংদু করিনো খংদনা ঈথক ইপোম অমদা ইতাও তাওবগুম তৌই। কাউথোক্লুরবা মতম অমগী থৌদোক ৱাথোক্লা মঙ হাগুম্ মুর্তি পান্দুনা থোরকপগুম তৌরম্মী। মতম অমদা কা অসি লাইরিক থম্নবা রেক্লা চগুংননা লোয়ননা মমল য়াম্লবা থারবা লাইরিকশিংনা পিক থন্না লৈরম্মী। ঙসিদি কা অসিগী মনুংদা শীজিন্নদ্রবা ফমুং অমা, টেবল অমা, চৌক্রি অমা, মসি নৎতনা অতৈদি করিসু লৈত্রে। তপ্পা তপ্পা মানা পুরকপা পোৎ-চৈদু মফম চানা কাচিন অমদা লোইশিঞ্জরে। মফি মরোল হোংদোক্তুনা ফমুং মথক্তা পোথাগে হায়না ফমথবদা ঙাইরি মপান্দা মহেশ লার্কখিবগী জীপকী মখোল তায়। ঙৈহাক্কী মতুংদা শোম্থাংনবা ৱারি ৱাতাই শান্নবগী খোঞ্জেলশিং ইন্নরকই।

-- কৈদৌরে থেংবীরক্লবদি..... ?

-- লম্বীদা ইমান্নবা অমমুক থেংনরে অদুদা কোক হেক হল্লকপা য়াদ্রবা। অঙাংশিঙবু স্কুলদগী হল্লক্লব্রনে...?

— হল্লকত্রি. অদো... ইচেবেম্মা লাকইয়ে।

-- ইচেবেম্মা হায়বদি....।

-- ইচেম্মা কমলা...।

— ও! কমলা...। মহাক লাকপোইরে।

মহেশনা কমলাগী মমিং পনখিবদু কমলাগী থম্মোইদা চীং লাউবা অমা ফাওখি। মহাক মসা ফাওবা মসি কমদৌনা তৌখিবনো হায়বফাও খংজরমদে। মতম শাংনা ঋষিগুম তপ তৌদুনা লাক্লবা মপুক্লিংদু ফাজিনবা ঙমহৌদনা মপান থোক্কদৌ তৌরম্মী থম্মোই মনুংদা ওকটোপস কুম মশা মরেং পান্দুনা মপাঙ্গল কন্না হৌগৎলক্লিবা থম্মোইগী ঈথক ইপোমশিংদু নমথনবা হোৎনবদা য়াম্না ৱানা থোক্লম্মী।

নুংথিলগী চা থকপা মতমদদি ময়াম পুন্নমক উন্নরে। ৱারি ৱাতাই শাদুনা ফনা কুইনা লৈ স্কুলদগী হল্লক্লবা মচা অহুমদুনা মপাগী মনাক্তা শুরু নৈশিন্দুনা লৈ। ঙসাইমখৈ তুমদুনা লৈরম্বা অঙাং অতোম্বদুনা মমাগী মনাক্তা কোইইন ইন্নদুনা লৈ। মহেশ হান্নদগী মশা খরা নোইথোক্লম্মে মায়থোংসু ফনা নিংথিনা হোংলম্লে, অহল খজিক ওইশিল্লম্মে। নহাৱাইগী মশা য়াম্না নানজবা মতৌদুসু খরদি হন্থরম্লে থবক চিনমন্দুনা ওইরম্বসু য়াই নত্রগনা অহল ওইশিল্লক্লবনিনা কান্নবা লৈত্রে হায়দুনা খনবসু ওইরন্বসু য়াই শিলপাদি হান্নদগী কা-হেন্না অহল ওইশিল্লমদ্রি। করিগুম্বদা শিলপানা হরাওদুনা নত্রগনা নুংঙাইদুনা নোক্লপদা মহাক্কী মায়থোংদু অসুক নিংথিরম্মী মদুদি কমলা মশামক নুপী ওইজরবসু শিলপাগী মায়থোংদু কল্লকপা ফাওরম্মী। মসিমক্তা মহেশপু চেৎনা পাইন্দুনা থম্বা ঙম্বা ওইহল্লম্বসু য়াই। হৌজিক্তি মখোয় অনিমক অশেঙবা মমা মপা হায়বদু মাল্লম্মী। অদুগা পকসু য়াম্না পকচরম্মী। ৱারি ৱাতাই শান্নবা লোইশিল্লকপা অদুৱাইদা মহেশনা কমলাদা,

-- কমদৌরি কমলা, নঙগী থবক ইনখাংদু নিংথিনা চৎথরিদনা? নোংমতসু লাক্কুনা হংলবসু ঙমদে।

— অদুম নিংথিনা চৎথজরি তামো। থোইদোকপা নুংঙাইতবা লৈজদ্রি।

— নহাক্কী অনাথ আশ্রমদুবু অঙাং কয়ামুক্তি লৈ?

— মরিফুতরামুক লৈ।

— নুপীমচা ঙাক্তরা...?

— অং, নুপীমচা ঙাক্তনি। ঐনা অসুক কন্না হোৎনরিবা ময়ামসিসু মখোয়গী ঙাক্তনি। ঙসিগী পৃথিবীসিদা মরাইবক থীরবী নুপীমচাশিংবু করিসু মীনুংশি উৎপীদ্রি। মখোয়বু মীওইবা অমা ওইনা উবিবগী মহুৎতা অপাম্বা মওংদা শীজিন্নবা য়াবা চাগী লাইথীবী ওইনা উবী  অদুবু নুপীমচাশিংং অসিসু অঙকপনি মখোয়সু মীনা হায়নবা অদুমক থোক্লবা অদুম তৌই।

— অং মসিগী ৱাফমসি ঐখোয়সু খন্নবা চুম্লবনি।

নুমিদাংগী চাক ঈশিং চানবা লোইরদুনা তুম্না হিপ্লবা মতম ওইরে। কমলা ফমুংদা তুম্বদি চংলে অদুবু লৈতাদ্রবা থম্মোইগী ঈরাওখোলনা মাগী থম্মোইদু নিংথিনা লৈতাহনবা করিসু ঙমদ্রি। মহাকসু খল্লুবদা অঙকপা ফাওই মদুদি ঙসি করম্না মাগী থম্মোইনা অসুক শোক্লহরক্লিবা...! চহি কয়া চংনা শেমগৎলক্লবা মাগী কনশিল্লুরবা থম্মোইদু অমুক নৌহৌননা সন্নজিং নিংখাইরকপদৌনা নিকপা হৌরক্লম্মী। মতম অমদা মাগী থম্মোই অসুক চেৎখি মদুদি মাগী মপুক মপাও ফরবা, মতিক চারবা মপুরোইবা মহেশতু মরাইবক থীরবী শিলপাগী মফমদা শিন্নরম্লগা য়ুমশিদগী থোরকখিবনি। অদুবু মতমদুদা থম্মোইদা করিসু খনখিদে মদুগী মহুতা মাগী অনিংবদুদা হেন্নাদুম চেৎশিনখি। অদুগা ঙসিনা করি... শিলপাগী পুন্সিবু অসুক য়াম্না কল্লকপা ফাওরক্লিবা। করিগুম্বা কান্দা 'শিলপাগী মফমদগী মহেশপু মুন্দুনা পুখ্রসিরা' অসিগুম্বা মাঙ-তাক্লিংঙাই ওইরবা ৱাখলসিনা করম অমুক খল্লক্লিবা...?' খনবদা তশেংনমক অঙকপা ফাওই।

কমলাগা শিলপাগা খংনবসু শিলপানা মাষ্টর দিগ্রি লোইরগা এম.ফিল তম্বা মতমদুদনি। মদুসু এম ফিলগী কোর্স লোইশিনবগী দিছার্টেসন ইবগী সুপরভাইজর খন্নবা মতমদুদনি। মাষ্টর তম্লিঙৈদা খঙনখিবদি কাবক কাবক মশক হাইফেৎ খঙনবদনি। দিছার্টেসন ইবা মতমদুদনি নকশিন্ননা খংনখিবদু। মতমদুদা কমলা এসিষ্টেন্ট প্রোফেসার ওইরি। কমলানা শিলপাদগী চহি ৭/৮ রোমদং হল্লি ওজা

ওই জবনসু। খব। লৈবগাদি ইমু, মনুংসু যাওনা ইখ খংনবে। মচন নুপী লৈজদে, 'ওজা, ওজা' কৌবদু নুংঙাইইতে হাযদুনা শিলপাবু কমলাদা 'ইচেম্মা' হাযদুনা কৌহল্লি। শিলপাদি ইচম চম্মী সংসাবগী নুপা নুপীগী ইবাংদগী থাপ্না লৈজবা পাম্মী। মসিগী অচৌবা মবম অমখক লৈ মদুদি মহাক্না চহি খবা ওল্লিঙৈ, ক্লাস টেন থাখ্রবা মতুংদা মহাক্কী পুন্সিগী অহানবা নুংশিজনবা নুপা অমগী মতুং ইল্লুবে। অদুদগী লুহোংঙনি লুহোংঙনি হাযদুনা যৈথোক্তুনা থল্লগা খবা লৈবগাদি অদুম তুমিন লৈশিনখ্রে। মহাকপু নুপা মযুম্না পামদবগী মবম অমা অনিসু লৈ মদুদি নুপা মথন্তা যাওবা ইনাক খুনবা ইমুংগী মমা মপানা শেল থুম ইপায পাযদবা ইমুংগী মবাইবক থিববী অমবু মখোযগী মমৌ ওইনিংলমদবসু যাই। অদুগী মথক্তা মচানুপা অদুগী মখা তানা মহৈ মশিং তম্নদা অকাযবা, অপনবা থোকপা যাই হাযনা খল্লম্বসু যাই। ইকাই নুংশি যান্ননা তৌফম খংদনা অসুম লৈবদু নুংঙাইবক্ত্রদুনা মখা অমুক মহৈ তমথদুনা এম এ, এম ফিল মথং মথং যৌবক্লিবনি। **অপোম্বদগী শাংতোবকপদা ঙাইবিবা লৈবাং অমাখক লৈখোক্তগী থংলগা মনম ফাওবা নম্বীবমদনা সুপ্নদংগী মীযাম্না চংনবিবা সনা সোবোক্তা লংথোক্লমখি। সুপ্নদংগী মহাক কুচু ওল্লবী লৈবাং ওইখি।** পাক চাউববা পৃথিবীগী লৈমাইথক মিকুপ্তা শুক্না মল্লবা পৃলযগী অহিং ওনখি। পুন্সিসি অসুক পিকথনা হীংলুরে। কাযনথংদা মচেম্মা কমলা অমুক থেংনদুনা পুন্সিগী পীকশল্লুববা লম্বীদু অমুক চাউথোবকখি।

কমলা অফবা স্কুল কলেজদা মহৈ মশিং তম্লকই। লাইবিক লাইশু ফববকপদা নংতনা মীযামগী সমাজগী ওইবা থবক থৌবম কযাদসু শবক যাবকই। য়ুনির্ভসিটিদগী পী এইচ ডিগ্রি লৌবা ইকুই কুইদনা য়ুনির্ভসিটিদা অদুম এসিষ্টেন্ট প্রোফেসাব ওইনা থবক তৌবা হৌবে। মহাক্তি নুপী সংস্থান কযাগী লুচিংবীনি, লমজিংবীনি। মনুং মতম চানা মহৈ মশিং নিংথিনা হৈববা, ইনাক কৈবাক খুল্লবা, মপুক মপাউ ফববা মহেশপু মপুবোইবা ওইনা অমুক ফংজবে। মযুম মকৈ পাল্লবা মতুংদসু মহেশনা মহাক্কী অনিংবদু মখা তানা চংথবদা অকাযবা, অথিঙবা কবিসু পীদে। নুপীগী চাউখং থৌবাং কযাগী থবক ইনখাং চেনথোক চেনশিন তৌবদা মশাদু ঙৈহাক্তা ফাওবা বাই শংজদে। অদুবু কমলা মহেশনা বা ঙাংদ্রবসু থম্মোইদা মখোল থোক্তনা তংতনা হংলিবা বাহং, তাল্লিবা দাবী মপুবোইবা অমনা মাগী নুপীদগী ফংফম থোকপা পুম্নমক খঙই, উই অদুবু মাদি মীযাম্না মপানথোংদা লাইবক ফবী ওইনা উবগসু মনুংদদি অঙাং অমগী মমা ওইবা ঙম্লবোইদবী

শোইনাইরবী অমনি। মহাক্লা কৈদৌঙৈদসু মহেশপু মপা অমা হায়বদু ওইহনবা ঙম্লরোই অদুগা মাগী লেমহৌরিবা পুন্সিসি মরাইবক থিরবী মপী-মপা লৈত্রবী নুপীমচা শিংগীদমক্তা কৎথোক্কে খনখ্রবনি। কমলাসু নোং ফাদোক মহেশকী মরমদা হায়ফেৎ খল্লুবদা নুংঙাইজদবা পোকই অদুগা অমুক মহাক মসাসু নুপী ওইনা পোক্লস্বগী মসা মতোমতা পেঞ্জদবা ফাওই। অদুবু মাগী থম্মোইদি নোংম নোংমগী চেৎশিনবা হ্নেখি। কাইনথংদা শিলপানা এম.ফিলগী দিছার্টেসন ইবগী মতাংদা থেংনদুনা মাগী পুন্সিগী ইতিহাসতা অনৌবা শরুক অম, হাপচিনখি। মরাইবক থিরবী শিলপাবুসু কনবীরম্বা অদুগা মহাক্কী পুন্সিগী পান্দম অদু য়ৌনবা চংশিনবা য়ানবা শিলপাবু মহেশকী মফমদা শিন্নম্লগা য়ুমদুদগী থোরকখিবনি।

কমলা ফমুংদা তুম্বদু ওম্থোক্লা অৱাবা অমা ফাওরম্মী। মশাদু চনিং তানা করিসু পোথাবা ঙমদ্রে। নিংথম থা খজিক খজিক চংলকপা হৌরবনি অদুবু মশাদু হুমাং শৌবগুম ওমচাক্লবা ফাওরম্মী। মপান থোক্লগা ভেরান্দদা ফম্লবদি অঙৈংবা খজিক্তসু ফাওবা য়াই হায়দুনা থোঙ হাংদোক্লগা মপান থোরক্লে। দারি মপান্দা মখোং য়াম্থদুনা ফম্মী। লৈচিল থাংলবা অতিয়াদা শিথরকপগী থানা মমি শান্না অমুক লোৎ অমুক ফোং তৌদুনা শান্নরি। থানা অমুক ঙাম্থোক অমুক মমশিন তৌবদু কমলাদা খাংঙমদবা অমা ফাওরম্মী। তশেংনমক মঙোন্দা করেম্লবগুম থোক্লম্মী। মপুক্লিং ৱারক্লদুনা নাকনগী অকোইবগী হৈ-লৈ, ঊ-ৱা থংনবগী য়ুমলোমদা অমুক য়েংই মদুদসু করিসু নুংঙাইবা ফাওরমদে। **মুশি মুশিবা থাবলগী মঙালদা পোৎ খুদিংমক থৱাই পান্দবা মুর্তি ঙাক্তা ওইনা উরম্মী**। মমৈথংদা উপাই লৈত্রদুনা লৈচিল মরক্তা থানা অমুক লোৎ অমুক ফোং তৌদুনা শান্নরিবা কে-কু লোৎপীদু অমুক য়েংই। মফম মরাঙ খঙদনা কপ্পিংবা পাওরক্লম্মী। মমায়দা হাইফেৎ নাল্লুবদসু করম্বা মতমদা শিন্থরকপা পিরাংনো... খজাই ময়াদা অশাবা পিরাং অমা অনিসু নাম্থরক্তুনা লৈরম্মী।

কদোমদগীনো অমুক লাক্লিবা খোঞ্জেলসিনা অমুক..

— করিনো, তঞ্জখ্রে... অঙাং অমুক হৌগৎলক্লবদি ইচোপ চোপ্নরনি।

— ঙসাইনা তুমখ্রবনি করিসু হৌগৎলক্রোই। দিল্লিদা লৈরিঙৈদসু অহিং খুদিং নঙবু নিংশিঙবদা তুম্বা হেক্তা থেংখি। নোংঙাল্লগনা ইমান্নবা ময়াম্না য়াহৌ থেংই হায়দুনা হেক হেক চৈ। মদুদা ঐনা মখোয়দা করি করি হায় খংব্রা...?

- খঙদে ঐদি কমাই খঙদোইবা। উসু উদনা, তাসু তাদনা

— বোসনহোয মমানা শকপা নাউগুম ঈশৈদু তাদ্রবা অদুদা তুম্বা য়াদ্রবা অদুনা থেংলিবা।

— হৈমা। কযাদা ইকাই খংদ্রিবনো? মসিবু হাযনে হাযবিবসিবু ইকাইদমাল্লে।

— কৈদৌ ইকাইদৌরিবা, অশেংবা হাযববু

— নঙসিমা তঞ্জখ্রে ।

মদুগী মতুংদা অনিদু পুন্না নোকমিন্নখিবগী খোঞ্জেল শোম্থাংননা তাবকই। খোঞ্জেলশিংদু অনকপা বা অদুবাইদগী লাকপনি। কমলা খোঞ্জেলশিংদু তাকবদগী মপৃক্লিংদা মণ্ডল মণ্ডল খনবা অমুক হৌবক্লে। অমুকসু মহেশপু 'নঙসে ঐগীনি' হাযনা চেৎনা কোনশিন্নিংবা ফাওবকই। মহেশকী মথাদুদা ইংনা চীক্লা পোথাদুনা 'ঐসে নঙগী লোযনবীনি, নঙনা চৎপা মফম খুদিংদা ঐবুসু পুবীয' হাযদুনা হাযনিংবা ফাওখি। ঐবু মতমদুদা মহেশকা শিনপাগা মবৈ লৈনবে হাযনা খংবা মতমদুদা অববা কবি ফাওখিবগেনে ? নোংমা মহেশকা শিলপাগা বাইটিং কমদা মখুৎ মখুৎ পাযশিন্নদুনা লৈবম্বদুদা পুক্লিংদা নুংঙাইতবা কবিসু ফাওখিদে। মদুগী মতুৎতা হবাও হবাও মপুক্লিং থৌগৎপীখি। অদুগা নোংমনা মহেশনা শিলপাবু চেজেৎ কোনশিন্দুনা লৈবম্বদুদা কবিসু নুংঙাইতবা ফাওখিদে, মদুগী মতুৎতা মাগী পম্বুং নকশিল্লক্লে হাযনা নুংঙাইবদুম পোকখি। নোংমা নিংথম থাগী ইংলবা নুংথিল অমদা শিলপাবু মহেশকী মফমদা শীন্নবম্বনি। মতমদুদা শিলপানা মপি তাবদুনা হাযখিবদু হৌজিকফাও নিংশিঙলি, 'ইচেম্মা ঐবু অদুমনা তৌহনবীগনু, ঐবু ইচেম্মাদা পুন্সিচুপ্পা শিংবা ঙম্লবোইদবা ঈবাল লংজহনবীনু।' মতমদুদা হাযখিবা বাশিংদু পীক্লিবা ঞ্জান তাদ্রিবা অঙাং অমনা হাযবদৌনা মিনুংশি পোকখি অদুগা কবিগীনো ঙসিনা শিলপাবু পুন্সিগী লম্বেলদা লৈবম্বা তিংখঙগুম উবক্লিবা . ? মতমদুদনা থম্মোই অদুক চাউথোকপা ঙম্লগা ঙসিনা অসুক পীক্লিবা। মসি কবিগুম্বদসু শুংওই ওইথোকপা যাবোই। চহি অসুকচংনা হোৎনবক্লিবা পুন্সিগী পান্দমবু শুপ্পগী নুপী অমগী থোৎ-নৌববা খুৎ-শানা শোকপদা কবিগী কাযগদগে। কবিগুম্বদসু থম্মোই পিকথরোইদবনি।

ফনা কুইনা দাবি মপান্দা ফম্বদু অইংবা ফাওবমদবনি অদুবু হৌজিক্তি খজিক খজিক অইংবা ফাওবকপগুম তৌবক্লে। লৈচিল মপৈ মপৈনা কুপশিল্লম্বা থাসু

ময়েক শেংনা অমকপা য়াওদনা মঙাল শন্দোকপা হৌরক্লে। মতমসু ফনা থেংজিল্লম্লে। থম্মোইবু মচেৎ মচেৎ তানা থুগাইরম্বা খোঞ্জেলশিংসু তাখিদ্রে। পুন্নমক নিদ্রা দেবীগী মতম্পাক্তা য়াতখ্রমানে। সুপ্নগী তারিবা খোঞ্জেল হায়ববু মশা মতোমতগী নিংশা শূর হৌনবগী মখোল অদুতমক ঙাইহৌরে। কমলা মশাগী লম-হেল্লবা মথম্মোই অদুবু চেৎনা ফাজিনজরে। তুমিন্না মাগী কাদা তুম্বা চং লক্লে, অদুবু মপুক্লিংদা সিমতং ৱারেপচৈ, 'করিগুম্বদা ঐ মফম অসিদা কুইনা লৈথবা য়াদ্রে'।

নোংঙাক্লে, কমলানা মহাক চৎলগে হায়রুবদা শিলপাগা মহেশকা মখোয় অনিমক ইণ্ডক ঙক্লে। নুমিৎ নিনিদং হুমনিদংদি লৈবীনবা হায়জরে। অদুবু কমলাগী থম্মোইদু ঙসি অয়ুক্তি মপাঙ্গল য়ান্না কনখৎপগুম তৌরে ঙরাং নুমিদাংগী শোহ্থরুবা অদুগী মওং খজিক্তসু উবা ফংদ্রে। মহাক কনামতগী ৱা মখাতানা তাবা পামদ্রে। 'শিলপা ইবেম্মা, নহাক পুন্সি চুপ্পা নুংঙাইনা পানবা ওইয়ু' হায়না বর পীরম্লগা য়ুমদুদগী থোরক্লে। মপুক্লিংদা সিমতং খল্লি 'ঐসু মচানুপী মরিফুতারাগী মমানি. মচানুপী মরিফুতারাদুনা মখোয়গী মমা অদুবু হল্লকপা খৌরাংনা হাইরম্লগনি। ঐ করিগুম্বদসু অমুক পন্থরোইদবনি। ✍

১৩-০৩-১৯৯১

# অউনপোৎ

বীরু মখুরা, মদোমচানা বিদায় পীরদুনা থিন্দোরকই। ৱাহৈ অমফাও হায়বা থোক্তনা বস মথক্তা কাখৎতুনা তুমিন্না ফম্লে। মপুক্নিংদদি হায়নীংবা ৱাহৈ কয়ানা মহাসাগরগী মতৌগুম্না লোইবা নাইদনা লৈখ্রে, অদুবু সুপ্নগী ৱাহৈ অমফাও হায়রমদনা অমুক হন্না চঙলরোই হায়না মপুক্নিংদা নীংখ্রবা মফমদুদা মায়থিবা ফংলদুনা হল্লক্লি। পাক চাউখ্রবা পৃথিবীগী লৈমায়থক অসি মঙোন্দদি পিশক পিকপগুম তৌখ্রে, মাগী পিকখ্রবা হকচাং, থৱায় মঙাদুগী চঙজফম মচেৎ অমা ফাওবা লৈত্রে। মপুক্নিংদা কপ্নিংবা ফাওরকই অদুবু অশাবা পিরাং অমফাও তারককউ য়াদ্রে। মহাক হৌজিক করি তৌসিগে নত্রগনা কদাইদা চৎসিগে হায়বা ফাও খঞ্জবা ঙমদ্রে। মাগী থম্মোইদু পিশক পিকশনখ্রে।

বসনা খজিক খজিক চেনবা হৌগৎলকপদা মখুরা অমসুং মদোমচাগী নং হৌররোই হায়বগী মতাগুম নুংশিবীবা অমসুং থৌজানবীবগী ৱাহৈ ময়াম অমা হায়রকখিবনি। অদুবু মখোয়গী ৱাহৈশিংদু তাননবা মহাক্কী মনাকোং পাল্লমদ্রে মদুদি ঙসি মহাক্কী থম্মোইদু অসুক্কী মতিক তমথিখ্রে। কনামক্তগী থৌজালগী ৱাহৈশিং তানিংবগী হৈনিংবা পুন্নমক মাঙখিবগুম তৌরে। বসনা খোংজেল য়াংখৎলকপগী মতুং ইন্না মাগী অৱাবগী পোৎলুমসু হেন্না লুমখৎলকপগুম তৌরে। মমিৎতা মমা মপা, ময়াম্বা, মচিল মনাও পুন্নমক অমমমতা ওইনা মঙ-হাগুম মূর্তি ওইনা থোরকই। মখোয়গী মপানা লৈখিদবা মতম খরা লৈরগা অতোপ্পা নুপা অমদা ময়ুম পানখ্রবা মখোয়গী মমা, সুপ্নগী মমা অমা ওইবগী খুভম লৌবদা মতিক চাদ্রবী অমা, নিংশিঙলুরগা কপ্নিংবা ফাওরকই। পুন্সিগী লানফমদগী কীদুনা চেনখ্রবা, অতোপ্পা ধর্ম্ম অমা লৌদুনা মশাগী মশক ওন্থোকখ্রবা ময়াম্বা অহল, মথৌনা ফরবা অদুবু মতমগী নোংলৈ নুংশিৎনা মাইকৈ খঙদনা হুমদোকপীখ্রবা ময়াম্বা য়াইমা, মশা মশাদগী হেন্না উজবা ঙমদ্রবা মখুরা মদোমচা পুন্নমক মমিত্তা মথং মথং উরকই। মহাক্কী মমিত্তা পৃথিবীসিদা লৈরিবা লেঙলি পাল্লিবা মীওইবা

পুন্নমক মতু পানবা শাগুম উরক্লে। খোঞ্জেল অমখক্লা মহাক্কী মঙলান্দু খংকাই কাইহল্লি,

— ইবুংঙো নঙদি কৈদৌরে। মী পুন্নমক চাক ঈশিং চাননবা কুমথনখ্রে। মীয়াই চল্লবা ড্রাইভরদুনা বীরুদা য়েংলগা হায়রকপনি।

বীরু জ্ঞান তারক্লে। মখোয়গী গাড়ীদু খামখিবা ঙৈহাক ওইরবা জাৎনি। মখোয়গী খুলদগী গাড়ী তোংলকপা খুদিংমক মফমসিদা চাক ঈশিং চানৈ। মফমসিদা কৈথেল মচা অমসু লৈ। মহাক্না গাড়ী তোংদুনা চৎপসি হন্দক্কীসিনা অহানবা নৎতে। মহাকসু চাক ঈশিং চাননবা গাড়ীদগী কুমথরক্লে। মনাক অদুরাইদুদা মী য়াম্না চংনবা হোটেলদুদা মহাকসু চংলক্লে। চাক অমা পুরকনবা হায়খ্রে।

— চাক হায়বদু স্নাইদরা?

— অং মানি, সিদনি। লুকথদুনা লৈরম্বা মমায়দু তপ্না হায়গৎলকই, সিবু তাইবংনিকো, মঙদি নৎতেকো, ঙকপনা খম থেংখি।

— হায়! জীম কমদৌনা সিদদি..........

— কমদৌনি লাইবক্তা তমদুনা লৈরল্লিবা সিনি। ৱারি মখা তানা শান্নিংবনি অদুবু মরাইবক্তা তন্নমদ্রে। অতোপ্পা মফম অমদা চাক ৱাৎলে হায়দুনা কৌরক্তুনা জীমদু মনাক্তগী চৎখ্রে। ঐখোয়দৌনা লাইবক থীবসু নক্তনা জীমদুনা কমদৌনা মফমসিদা, খনবদা অঙকপা ফাওই। অমরোমদা অঙকপা ফাওদবসু য়াই মদুদি পুন্সিগী ঈচেল লৈতেম মান্নবা তম্পাক্তা চেনবা মপুক তপ্পি তুরেলগী ঈচেল নৎতে। চাক ঈশিং চাবা লোইশিল্লে, অতাবা পৈশা নুংশানচিংবসু পীথোক্লম্লে। বীরু চৎলমদাইদা জীমদু অমুক্তংদি উননিংবনি অদুবু অতোপ্প বস অমমুক থুংলদুনা মী ময়াম অমমুক হায়জিল্লক্তুনা মিকূপ অমা ফাওবা লীৎথোক্লবা মফম লৈখিদ্রে।

— কৈদৌরে হায়বা! গাড়ী টয়ার য়াদ্রে হায়বা। অতোপ্পা শিন্নবসু য়াওদ্রে হায়বা। কৈনো ঐখোয়বু মফমসিদা ঙসি লেকপা তারিব্রা। লমশাং চৎলগবু স্পিয়ার টয়ার পুদ্রিবা করিগীনো? ড্রাইভরদু ঙাওই হায়ব্রো! গাড়ীদুদা তোংলকপা অহল অমখক্লা শাউনা হায়খিবনি। বীরু হৌজিক্তি মহাকসু খঙলে মদুদি অতোপ্পা গাড়ী

অতৈসু লৈতে। ঙসি চৎপা ঙম্বগী ফীবম উদে। মহাক্তি শাউনিংববু পোকত্রে, ঈশ্বরনা মহাক্কা জীমগা উন্নৌ হায়দুনা তম্লবনি হায়দুনা নুংঙাইবদুম পোকলে।

— কৈদৌরে অমুক হল্লক্লবদি? জীমনা হংলকপনি।

— গাড়ী টয়ার য়াদ্রে, অতোপ্পা শীন্নবসু য়াওদ্রে হায়রে।

— ফরে অদুদি ফনাদুম তান চারে। উন্নদবসু কুইরে। ইবান্নি ঙসি পুন্না ঐগী ফমুংদা তুমিন্নবা হায়বদুনি।

বীরু পাউখুম পীরক্তে, য়ারে হায়বগী ঈঙ্গিতমক পীখি।

থেঙজিল্লক্লে, অতোপ্পা বসনা চীংবসু থুংলদ্রে। চাকশংগা থংনবা কাদুদা জীমগী তুমফম কা ওই। মখোয় অনি পুন্না তুমিন্নরে। চহি মরিগী মতুংদা অমুক্তং উন্নবনি, মখোয় অনিমক মপুক্লিং ইনুং নুংশি, তুম্বা য়াদে।

— জীম ঐ কপ্পিংবা ফাওই।

— করিগী......?

— পুন্সিসিদা অমুক হন্না চঙলরোই হায়না খনখ্রবা মফমদুদা ঙসি মফমদুদা অমুক মায়থিদুনা হল্লক্লি। ৱাহৈশিং হায়রগা বীরুগী মমিৎতা অশাবা পিরাং অমা অনি ঈহৌরকই। মমায়দু মোন্দা উপশিন্দুনা খাংই।

— নংবু সহরদা কদাইদনো মফম অমদা য়াম্না নুংঙাইনা লৈ হায়না নখোয়গী খুরাতোনগা ইন্দোমচাগনা নোংমা হায়রম্মী।

— মদুগী নুংঙাইবা মফমদুগীনি ঐনা কপ্পিংবা ফাওরিবসি।

— করিগী কপ্পিংবা ফাওরিবা? ঐবুসু খরা খংহল্লুদনা....। বীরুদু হন্দক্তি ৱা ঙাংলক্তে মদুগী মহুত্তা পী হেন্নদুম শীম্বরকই। তারক্লিবা পিরাংশিঙদুদা জীমনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈ। ঙৈহাক তুমিন লৈরুরগা বীরুনা মশাগী ৱারি মশানা লীথোকচবা হৌরকই,

বীদুর মীয়ামগী থবক্লি হায়দুনা মতম খরগী মমাংদা কোইচেন চেল্লম্মী। হৌজিক্তি হান্নগুম অতে অতে লাং ফাং ময়াম অমা কোইচেন চেনবদু তৌদ্রে। পোৎশক অমখক্তা তং তানা লৈতাদুনা লৈখ্রে। মহাক্লা সেক্রেটরি ওইনা ভোলুন্টরি ওরগানাইজেসন অমা লিংখৎলি। অতোপ্পা মী কয়ামুকসু ওরগানাইজেসন অদুদা য়াওই। মহাক্লা মশামক্কী লমনচিংবা কৎথোক্তুনা বিলদিংনচিংবা শাদুনা মহাক্লা

মাঙ থাদুনা কোইচেন চেল্লম্মী। মহাকপু মীয়াম্না অচৌবা মীনি হায়দুনা থাগৎনৈ। মতম খরগী মতুংদদি ওরগানাইজেসন অদুদা য়াওরম্বা মীশিংদু মশা মশাগী অচিনবা কয়া লৈনবদগী ওরগানাইজেসন অদুগী থবক থৌরম কয়াদা য়াওরবা ঙমদ্রে। ওরগানাইজেসন অদুগী হিংবা অমসুং হিংদবা হায়বা অনিগী ভার পুম্নমক মথক্তা তারে। কন্না হোৎনদুনা হিংবা ফাওদি হিংলে। সরকারদগী অচৌবা শেনথঙনচিংবসু ফংলে। অসুক ফরবা মহাক্কী দোষ অমখক্তি ওরগানাইজেসনগী সম্পতি অমসুং ময়ুমগী সম্পতি অনিগী মরক্তা খেন্নবা করিসু লৈতে। শীজিন্ননিংবা মতমদা মহাক্কীদি অনিমক চপ মানৈ।

ওরগানাইজেসন অসিগী মরুওইবা পান্দমদি জ্ঞান তাদনা, মথোং মরম খংদনা কোইচৎ চৎতুনা লৈরবা অঙাংশিংবু ফাজিনদুনা জ্ঞান তাহনবা, লাইরিক লাইশু তম্বীবনি। মসিদা য়ুমফম ওইরগা চাইল্ড রিহেব্লীটেসন সেন্টর অমা লিংখৎলি। অদুগা সেন্টর অসিদা লাকপা অঙাং অয়াম্বা মকোক বেরা খরা খরা লৈবদৌনা তৌই। অঙাং অয়াম্বা নিংথিজনা ঙাং-শরুবা য়াদে মফম অসি চাইল্ড মেন্টেল রীটাদেট সেন্টর হায়না ময়াম্না খংনৈ। বীদুরনা সেন্টর অসিগীদমক সরকার অমসুং অচৌবা ওরগানাইজেসন কয়াদগী মতেং কয়া ফংই। মতম খরগী মতুংদা ফংলিবা মতেংশিংদু কদাইদা চৎখিবনো, মফম খংদনা মাংখি। নোংমা অয়ুক অমা মখুরা মদোমচানা লাক্লবা ঙমদ্রে হায়দুনা চহি ৭/৮ রোমগী অঙাং অমখক সেন্টর অসিদা লৈহন্নবা পুরকই। তশেংবদি পুরক্লিবা অঙাংদু অঙাং অতৈদৌনা লাক্ল-ফানা য়াদবা অঙাংদি নৎতে। হান্না লৈরম্বা অঙাং অতৈনা মহাকপু লক্লবী,

— ভায়! নমিং করি কৌই।

— বীরু। কীনা খুম্লকই, অঙাং অতৈগী মীকি লায়কিদবা মওংদুদা অনৌবা লাকপা নুপামচাদু ইঙক ঙকই, অকিবসু ফাওই। মখোয় ময়ামদগী লৈথোক্লবা লাক্লে।

— কুচুগা মুশিন মুরদনা নশক য়াম্না ফজৈনা। হন্দকতি অনৌবা লাকপা অঙাংদু খুম্লক্তে মদুগী মহুতা অতোপ্পা অঙাং অতৈদুদা কিনা মমিৎনা কোইরুপ কোইরুপ য়েংই।

— নঙ ঐখোয়গা ঙসিদগী লৈমিন্নবা তারে। হন্দকসু অনৌবা লাকপা অঙাংদু ব্রা অমফাওবা ঙাংলক্তে, তুমিন্না অদুম লৈ।

চাইল্ড রিহেব্লীটেসন সেন্টর অসি অতেক অকাই য়াওদনা চহি মরি মঙা লৈরক্লে। লাক্ল ফানবা য়াদ্রবা অঙাংশিংগী মনুংদা বীরুদি খ্বাইদগী ঞ্জান তাবা হায়বা ইল্লবা অঙাং অমা ওইনা হৌরক্লে। হৌজিক্তি বীরুসু মশাগী চহি ১০/১২ রোম হায়রক্লে। অহানবা লাকপদা খরা হৈনদবা ফাওরম্লবসু হৌজিক্তি মপুং ফানা চুশিন্নবা ঙম্লে।

বীদুরগী মচানুপী অহল, নুপী মথন্তা য়াওবা, সনাহনবীদ্‌ ময়ুম পানখিবা থা মরিরোম হায়রক্লে। সনাহনবীনা ময়ুম পানখিবা ইমুংদু মী য়াম্বা, খুৎ লিঙবা ইমুংনি। য়ুম অদুদা লাকপা মৌশিংদুসু অমগা অমগা হীদান্নবগুম তৌই। অয়াম্বা নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদগী লাকপনা অয়াম্বনি। খিৎতং শোৎথরিবা হায়ববু সনাহনবীদমক ঙাইরে। সনাহনবী নৎতনা অতৈদি ময়ুম ময়ুমদগী থবক নোম্নবা মী অমমম পুরক্লে। ময়ামগী তৌনরিবা মওং মতৌদুদা ইকাইরক্লদুনা নোংমা সনাহনবীনা ময়ুমদা লাক্তুনা মপাদা ৱাকৎলৈ,

— পাবুং, নচাদি য়ুমদুদা হনগদবা ফাওবা ইকাইরে। ময়ামগী তৌন্নরিবা মওং মতৌদুদা য়ুমদুদা মিকূপ অমফাওবা লৈনিংবা ফাওদ্রে। পাবুংনা উপাই অমত্তা তৌবীয়ু।

বীদুর মচানুপীনা হায়রক্লিবা ৱাফমদুদা মপূক্লিংদা নুংঙাইতবা ফাওই মদুদি মচানুপীনা মীগী য়ুমদুদা শোথনা, হম্বনা লৈ হায়বদুদা। খনগৈ খল্লুরগা অরোইবদা বীরুবু নচে সনাহনবীগীদা মতম খরা লৈরু হায়দুনা সেন্টরদগী সনাহনবীগী মনাক্তা থারক্লে। সনাহনবী মপাবুংগী হৈ-শিংবদুগী মপুক্লিংদা চাওথোকপা পোকচৈ। বীরু অনৌবা পুন্সি অমা লেল্লুনবা মচে সনাহনবীগী য়ুম য়ৌরক্লে।

বীরু য়ুমদুদা লৈবদু মরাইবক ফবগী নুমিৎ থোক্লকপগুম তৌখ্রে। থবকসু কন্না শিজিন্নদে, খরা খরা তৌরিবা, লৈরিবদুসু অৱাবা করিসু য়াওদে। সেন্টরদদি ময়াম য়াম্বনিনা চাবা থকপসু পুক থনবা, মরাং কাইবসু ঙমদে। মফম অসিদদি পুক থন্না চাবা থকপসু ফংলে, ইনশাং অহাওবসু করিনো মশক খঙদনা লৈরম্বসু কুইরবনি। মওং অমদা মফম অসিদা লৈবসি নুংঙাইবদুম পোক্লে। মফম অসিগী নুংঙাইতবা, অৱাৎপা হায়ববু করিগুম্বা কান্দা ৱারি ৱাতায় শান্নিংলকপদা মহাক্কা ৱারি ৱাতায় শান্নবা মমান্নবা কনামতা লৈতে, অদুনা থবক শঙবা মতমদা সেন্টরদা মমান্নবা ময়াম উন্নবা হেক হেক লাকই।

— 'অউনপোৎ', 'অউনপোৎ', লাক্লে।

বীরুনা সেন্টরগী থোঙ্গাল হেক কানশিল্লকপদা মঙোন্দগী চহি খরা হনবা অঙাং অমখক্লা মঙোন্দা য়েংলগা করেম্ননা হায়রকখিবনি। ৱাহৈ অদুগী মনুংগী অর্থ ময়েক শেংনা খংদ্রবসু মপাঙ্গল অসুক কল্লি মদুদি মহাকপু মখোং থাংবা থোক্তনা চপ লেপহল্লি। মনুঙ হেন্না হেন্না চংশিল্লক্লগা ময়াম্না 'অউনপোৎ', 'অউনপোৎ' হায়দুনা লক্লবা, করেম্নবা হেল্লক্লে। বীরু মথৱাই শোক্লে, কম্পিংবা ফাওরক্লে। ৱাহৈ অমত্তসু মখানাওদা খৎপা থোকত্রে। মপুক্লিং নুংশিনা কম্পিং কম্পিং তৌনা হল্লক্লে। ৱাহৈসিগী চপ চাবা অর্থ খংদ্রবসু ৱাহৈসি হেক তাবগা মহাক্কী থম্মোইদু মশুং কয়া থোক্লা কায়খ্রে।

বীরু হৌজিক্তি সেন্টরদা চৎকদবসু ঈকাইবা পোক্লে মদুদি মহাক হেক থুং লুবগা মফম অদুগী অতোপ্পা অঙাংশিংনা মহাকপু 'অউনপোৎ', 'অউনপোৎ' হায়দুনা হেক্তা লক্লবী, করেম্নবী। মহাক্লা লৈরিবা ইমুংদুদসু মহাক্কা ৱারি ৱাতায় শান্নমিনগদবা কনাসু লৈতে, মহাক অসুক্কী মতিক নাইতোম তানা হীংলে। মথন্তা লৈরবসু ময়াম্না মঙোন্দা লক্লবীরিবদুগী মরমদা হেক্তা খল্লকই মদুদগী মশা মতোমতা অৱাবা ফাওরক্তুনা খাঙফম খঙদনা কোইঙাও ঙাওই। নোংমসু মশা মতোমতা খল্লকই, "ঐসিবু মখোয়না হায়নরিবা 'অউনপোৎ' হায়বদুবু তশেংনা চুম্লবা জাৎলা?" কুইর কুইরগা মওল মওল খল্লক্তুনা য়ুমদুদা মিকুপ অমা ফাওবা লৈনিংবা ফাওরকত্রে।

খনগৈ খল্লুরগা নোংমা সনাহনবীদা বীরুনা,

— ইচেমসি ঐ য়ুমদা চৎতবসু কুইরে, য়ুমদা অমুক্তা চৎলুগে। সনাহনবীনা চৎলুচো হায়দুনা হরাও হরাও য়াবীরকই। থুনদি হল্লকউ, হায়দুনা হায়বীরকই। চৎলমদাইদা পৈশা নুংশা খরসু পীরকই, ফিরোল অহনবা অমা অনিসু মাগীনি হায়দুনা লৈবী। নোংমা ঈরাই নুমিৎ অমা বীরু সনাহনবীগী য়ুমদুদগী 'য়ুমসিদা অমুক হল্লক্লরোই' হায়না মপুক্লিংদা চপ য়ুঙনা খল্লগা থোক্লক্লে।

জীম, অদুদগী ঐনা য়ুম য়ৌখিবদা ইখুরা, ইদোমচানা 'বীরু নহাক্তি য়াম্না নুংঙাইনা লৈরমানে, নশক নতৌসু য়াম্না ফজথোক্লে' হায়দুনা ঐবু থাগৎপী. মখোয়না পাবুং বীদুরবু হন্না হন্না থাগৎলি। মখোয়গী মওং মতৌদুদা ফনা কুইনা 'ঐ অমুক হন্না চৎলরোই' হায়বা ঙমদ্রে। ঐবু অমুক চৎননবা হায়রক্লবদা 'ঐ চৎলরোই' হায়না

ফোংদোক্লবদা ঐবু ইখুরা অমসুং ইন্দোমচানা শাথিনা, চৈ-থাংখি ঐবু ফত্তবা অঙাংনি হায়না লৈকাইদা শন্দোকপীখি। মখোয়না ঐবু মফম অদুদা অমুক হন্না চৎননবা হায়দুনা হন্না হন্না তক্লখি। ঐসু মখোয়গী মওং মতৌদুদা য়ুমদা লৈবা কয়া নুংঙাইগদৌবা মাল্লক্তুদুনা ঐ ইশানা মাইথীরে হায়না য়াজদুনা 'অউনপোৎ' হায়বা মীংথোলদু অমুক হন্না লৌরুরগে হায়দুনা ঐ অমুক হল্লক্লে। মসিদনি নঙগা ঐগা অমুক থেংনরিবসি।

ৱাহৈশিংসি হায়রম্মগা বীরু তুমিন্না লৈখ্রে, করি অমুক খল্লক্লবনো খংদে। ৱারি লিবা হৌরকপা অদুৱাইদা অশাবা পিরাং অমা অনি ঈহৌরক্লম্বদু হৌজিক্তি কংশিনবগুম তৌরে। মহাক হৌজিক নোক্লিংবসু ফাওদে কপ্পিংবসু ফাওদে। জীমনা বীরুগী মমিত্তা মুন্না য়েংই, ৱাহৈ অমত্তসু লৈতোন্দা খৎপা থোক্তে। কাইনথঙদা জীমনা, 'নঙ, হয়েং লমশাং চৎপা ৱারগনি তুম্লসি' হায়দুনা ফৈজুপ্পুনা মমায়দু খুমজিনখ্রে। ✍

২-০৭-১৯৯০

# মচানুপীনা মপাদা ইবা চিঠি খরা

— বাজী, ঐ কবিতানে...।

— কবিতা, নঙ ওইরে। ইপাদি নঙবু শক খংলুদ্রে। কুইনা ঙনদ্রবনিনা শক লাকশিনবসু ৱানা থোক্লে।

ৱা খরাসি হায়রম্লগা য়ুগী নিশানা ফুনগৎতুনা লাক্লবা শেখর মপূক্কিং নুং শিরক্কুনা হীক হীক কপলম্মী। কবিতাসু ভাব ফজনা তাই, মাগী শাংলবা চহি মরিরোমসিগী মনুংদা মহাক্কী শকফম, ৱাখল অমসুং ফীবম পুন্নমক হান্নগী মওং মতৌদু অমফাওবা লৈহৌদনা পুংওল ওল্লে মদুননি মপানা মাবু খঙবদা ৱানা থোকলিবসি।

— কয়াম কুইরে য়ৌরকপা সিদদি ?

— পুংকুই কুইদ্রি মিনিট তরামঙা রোমদমক ঙায়রি। য়ুমদগীদি ঙসাই অয়ুক্কগী থোরকপনি, অতৈ অতৈদসু খরা য়ৌরুরে।

— কবিতা, ইপাদি চাক লাম্মী, নঙ খরা থোংঙমগেরা ?

— হোয় বাজী।

ৱা খরসি কবিতাগা ঙাংনরম্লগা মশাদা জ্ঞান মচেৎ অমা পকত্রবা জীব অমগুম্না শেখর মহাক্কী থৱাইমক্তগী হেন্না নুংশিরবী মচানুপীবু করি করম তৌরিবগে হায়দুনা ৱাহৈ অমফাওবা হংল্লমদনা ইমুংদা পরপ পরপ চঙখিদুনা মাগী মোৎলবা উবাক্কী ফমুংদুদা চঙখিদুনা ফৈরেং তুরেং তাশিন্দুনা তুমথখিরম্মী। শেৎলি চারিবা ফীরোল নত্রগা খোংউপনচিংবা লৌথোকপগী জ্ঞান ইফাও ফাওদবগুম্না তৌরম্মী। কবিতা মপাগী মনাক্তা চঙলক্কুনা মপাগী মখোঙদগী খোঙউপ লৌথোক্লে, অদুগা লৈরিবা ফি-অমা অনিদুনা ফৈজুপ শাদুনা নিংথিনা শুপচীনবিরম্মী। চাকশঙদা চঙশিনদুনা য়েংলুবদা থোং-থাকপা য়াবা পোৎ অমত্তসু নিংথিনা লৈরমদে। থংনবা মদোমচা, মনেদগী পোৎ-চৈ খরা লৌরুদুনা থোং-থাকপা হৌগৎলে লৈতবা অতৈদুনা অঙাং

থাদুনা দুকান্দগী লৈহল্লুরে। চাক থোংনা থোংনা চহি মরিরোমগী মমাঙগী ৱারী, থৌদোকশিংদুগী মমিনা কবিতাগী ৱাখলগী, থম্মোইগী কাখল খুদিংমক তপ্না তপ্না শন্দোকপা হৌরকই।

কবিতা নিংশিঙলি লৈরিবা য়ুম অসিগী মখাদা মপা মমা অনিগী অথোইবী, লাইবক ফবী মচানুপী অমা ওইদুনা লৈরম্বনি। অদুবু মদুগী লাইবক্তু ঙসিদি মায়থিরবা লান্মী অমগুম্না মঙোন্দগী লাপ্না চেনখ্রে। য়াম্নমক নুংঙাইবা ইমুং অমা নত্রবসু চৎনবা য়াবা, শান্তি ওইবা ইমুং অমা ওইরম্মী মখোয়গীদু। মখোয়গী মপানা তাল্লকপা খরদুনা মখোয়গী ইমুংদু কোম্না হিংবা য়ারম্মী। অদুবু মফম খংদবা নোংলৈ নুংশিৎ অমা লাক্তুনা পোৎ খুদিংমক মফম খংদনা চৈখায়রম্বগুম মখোয়গী মপাগী লমচৎতা অচৌবা অহোঙবা অমা লাক্তুনা মখোয়গী ইমুংদু মফম খঙদনা চৈখায়রম্মী, নৈখায়রম্মী। করিগুম্বদসু থবক ইনখাংদা পূক্লিং থীংজিনবা তৌদ্রে। য়ু থকপা, অতোপ্পা নুপী নহাদা পুক্লিং চংবা অনৌবা ওইনা থোক্লে। পুম্নমক অদুগী ফল ওইনা মহাক্কী মরাইবক ফবগী নুমিৎতু মশা মতোমতা খুমজিনজরম্মী। নোংমা নুমিদাং অমা মমা অতোম্বীদু ময়ুমদা পুরক্তুনা মকায় মকায় তৌরবা মখোয়গী ইমুংদু অমুক্কা হেন্না মচেৎ তানা থুগায়খি। মদুগী মতুংদা থা অমরোম মপাগা মমাগা ৱা ঙাং নরমদে। খরা লৈরগদি য়ুম অদুদা চান্নবা পোৎ অমফাওবা মশক উবা ফং লক্লমদে। মখোয়গী মমানা কৈথেলদা চৎতুনা মনা মশিং য়োল্লম্মী অদুবু নুপী অমগী হোৎনজমন হৌজিক্কী মতমদদি চৎত্রবা পৈশা ময়েক খরা পুদুনা কৈথেলদা পোৎ লৈরুবগুম থোক্লে। নোংমা নুমিদাং অমা মমানা কবিতাদা হায় "কবিতা, ইমাসু ফনা কন্না হোৎনবনি অদুবু উপায় লৈত্রে। ইমা অনৌবা লাইবক অমমুক লৈরিব্রা থিরুখিগে।" মতমদুদদি মদুগী অর্থ ময়েক শেংনা খঙলমদে অদুবু ঙসিদি মদুগী অর্থ নোংমা নোংমগী ময়েক শেংবা হেনলক্লি। মদুগী মতুংদা অনৌবা মপা অতোম্বা ডাক্তর অসি মহাক্কী মপা ওইনা ফং জখি। মদুগী তুঙদা মমা অতোম্বীদুনা মখোয়বু থাদোক্তুনা চৎখ্রে। মতুংদা মপাগা মার্গা হিংনবা লান কন্না থেংনরম্মী। খরা লৈরগা মমানা মাবুসু লৌবা লাক্তুনা অনৌবা পুন্সি অমা লেল্লুনবা লাক্লম্মী। হৌজিক্তি মহাক অফবা চীঙ্গাক চারে, অফবা ফীরোল শেৎ-চারে, অফবা স্কুলদা তম্লে। শম্না হায়রবদা কবিতা মরাইবক ফবী অমনি হায়বদা থোইদোক্না লাল্লরোই। পুম্নমক অসি

নিংশিঙলুরগা কবিতা মপূক্লিং নুংশিরক্তুনা কপ্লম্মী। থেংজিল্লক্তুনা চৎননবা শেম শারে অদুবু মতম অদুফাওবা শেখরদি অশিবগুন্না তুমদুনা লৈরি। ৱাখল অমা খল্লক্লদুনা কলম পাইখৎতুনা চিঠি অমা ইরম্মী অদুগা মপাগী মোনগী নাকন্দা থম্লম্মী। কবিতা মপাবু খুরুম্লগা য়ুম অদুদগী মপান থোরক্লম্মী।

শেখর অয়ুক ঙন্না মিকপ থোক্লম্মী। কবিতানা থোংলম্বা চাক ইনশাংদু পুঙইং ইঙলগ্লে, অদুবু হরাওনা চাথোক্লম্মী। ফমুংগী মোন ময়াদা কবিতানা ইরম্বা চিঠিদু উরক্লম্মী, পাইখৎতুনা পাবা হৌরম্মী,

নুংশিরবা বাবা,

বাবাগী মফমদা নচানুপী কবিতানা তমজনিংবা ৱাফম কয়ামুক লৈ অদুবু বাবাগী নাক য়ৌরক্লবা কানসিদা বাবাগী মিনুংশিগী চৈ-না শোকপদা পুন্নমক খুদক্তা মপঙ ফাখিবগুম তৌরে। ঐ অমসুং বাবাগী লাইবকসিদা পুন্না হিংমিন্নবগী হরাও নুংঙাইবগী ইরিক অমতং থকচবা ফংদুনা ইরাইবক ফবা শকচবা ফংদ্রবসু ঐগী থম্মোইদদি বাবাবু নুংশিজবগী ঈনিলনা পিক থন্না লৈরি। বাবাগী থম্মোইদসু নচানুপী কবিতাবু নুংশিবীবগী ঈনিল পিক থন্না য়াওরমগনি হায়না খল্লি। মদুমনা তৌরবদি ঐ অসি কয়াদা লাইবক ফরবনো? লেংলি পাল্লিবা জগৎ অসিনা ঐবু বাবাগী নচানুপী নত্তে কনানা হায়রগদগে? সমুদ্রা ৱাংমা অমদা লৈথ্রবসু ঐদি বাবাগী নচানুপী কবিতা অদুম ওইদুনা লৈখিগনি। বাবা নহাকসু ইমানা চৎলিবা ধর্ম্ম অসিগী মরমদা মিকূপ অমত্তা ওইরবসু খল্লমগনি হায়না খল্লি। লাইবক থীবদি ঐখোয় ইমাগুম্বী লাইরিক লাইশু হৈজহৌদ্রবী অমদদি অসুক লুবা মীওইবগী অচুম অরানগী ৱাফম অসি করমনবু বীচার তৌবা ঙমগদগে। মঙোন্দদি হিংবা হায়বা পোৎশকসিনা পুল্লমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না লুনা লৌই। ঐখোয় ইমাগী ৱাফমসিনা খজিক্তং নাকোইননা থল্লগা ঐগী হৌজিক ওইরিবা ৱাফম অমা অনিসু তমজগে। নুপীমচা অমফাওবা য়াওজদনা তাংনা লৈরম্লবা ইমুংদুদা ঐনা য়ৌখিবদা হৌজিক লৈমিন্নরিবা ইপা, ইখুরা ময়ামদুনা ঐবু য়াম্না লুনা তৌবীরি, অৱাৎপা অমফাওবা লৈহন্দ্রি। অদুবু বাবা ঐগী থম্মোইদদি কৈদৌঙৈদসু অৱাৎপা লৈতবা থম্মোই হায়বদু কৈদৌঙৈদসু ওইদ্রি। মচানুপী অমদা মপা অমগী মিনূংশি অমসুং থৌজালগী মীৎয়েং পুন্নমক অদুমদি মেনশিনবা য়াদনা অদুম ৱাৎতুনা লৈরগনি। বাবাগী লাইবক ফবগী নুমিৎতু অমুক হন্না থোরক্তুনা ঐবু বাবাগী নাক্তা অমুক

লৈহল্লরোইদ্রা? ঐদি নুমিৎতু থম্মোইদা কল্লকপা ফাওজে অদুগা খৌরাংনসু ঙাইজরি।

নহাক্কী নচানুপী
কবিতা

শেখর মচানুপীগী চিঠিদু পারুরগা কপলম্মী, ঙরাংতা পিশক পিক্কুনা মুশিন মুহৌবী কবিতা ঙসিদি কুচু কুমেন পাম্থোক্কুনা ফজথোক্লম্মী। নহানৱাইদি অঙাং মচাদৌনা চাগে, থক্কে হায়দুনা নিংঙাই তৌরম্বী কবিতাদু ঙসিদি মপুং মরৈ ফারদুনা জ্ঞান তানা মপাদা মশাগী অনিংবা খজিক্তুংদসু ফোংদোক্লম্মীবা। পুম্নমক অসি খঞ্জিল্লুরগা ভাব তাশিল্লক্ত্রদুনা মহাক্না হেক হেক হিদাক থকপা তা কামনিগী পোৎফম অদোমদা থোক্লক্কে।

শেখর হৌজিক্তি মহাক্কী মাংবগী অরোইবী থাক্তা য়ৌশিল্লক্লম্মী। মাগীনি হায়বদা কনামতা মনাক্তা লৈত্রে, লৈমিন্নরিবা মনাওনুপা, মনাওনুপী, মমাফাওবনা মহাকপু মীওইবা অমনি হায়না লৌবদগী য়ুগী কোমদা লুপ্লবা য়ুগী মহিক অমা ওইনা লৌরক্লম্মী। য়ু থকপা মীদদি য়ুনা অনিশুবা ঈশ্বরনি। মরাইবক থীরবা শেখর শুপ্নগী মহাক্কী পামজবা হিদাক থকচবদগী হেন্দোক্কুনা খুৎকন পাঙ্গনবা অঙোমগী ইমুংগী মচিন মনাওদুনা মচিন থী হায়দুনা ফুবীবগী দষাসু হেক হেক ফংলম্মী। অদুবু হন্দক্তি মখোয় মচিন মনাওগী অয়েকপা লাই অমা শেগাইরুই হায়ব্রা করিনো তৌরুবদগী থীনা ফুবীদুনা শোক্কুনা হোসপিটালদা লৈরে। অদুবু শেখরনা অরানবা নত্রগা অকাইবা তৌই হায়বদুদি ঈশ্বর মাতনা খংলমগনি। মচানুপী কবিতা হোসপিটালদা লাক্কুনা মপাগী সেবা তৌরৈ।

— বাজি, খরা ফরব্রা?

শেখর উইশিল্লম্বা মমিৎতু কবিতাগী খোঞ্জেল তাবদা পাঙথোক্লম্মী। কবিতা লৈরম্বদুদা ইঙক ঙকই, ৱাখলদা করি অমুক খল্লক্লবনো খংদে তুমিন্না কুইনা লৈরম্মী। তপ্না খুল্লক্লম্মী,

— অং, খরা ফরে, কবিতা নঙ লাক্লিব্রা?

— হোয় বাজী।

শেখর মচানুপীবু শক খংদবা মী অমগুম মুন্না কুইনা য়েংলম্মী, মপুক্লিংগী লেপ্লুরবা ঈথক ইপোমদু অমুক নৌহৌননা হৌরকপগুম তৌই। হৌজিক্তি মশাগী

অনাবসু মপুং ফানা ফরে হায়বমক য়ারে। হয়েংদগীদি ময়ুমদা চৎলগনি। কবিতানা মপাবু নিংথিনা পোথানবা হায়দুনা ফৈজুপ শুপচিল্লম্মী। শেখরনা মপূক্লিং নুংঙাইনা তুমথখিরম্মী। মতম থেংজল্লক্রম্মী, কবিতা চিঠি অমা ইরম্মী অদুগা তুল্লিবা মপাবু হৌদোকপা তৌদনা ইরল্লিবা চিঠিদু মোন ময়াদা থম্লম্মী। মপাগী অৱাৎ অপা হায়ফেৎ য়েংশিল্লম্মী অদুগা মপাগী খোংয়াগী উফুল লৌদুনা মকোক্তা হাপলম্মী। তুল্লি া অদুবু থুগায়বা তৌদনা হোসপিটাল অদগী মপাল থোরক্লম্মী।

শেখরনা মীকপ থোরকপদা পুঙমম মল্লল্লে, কবিতাসু চৎখির..ে। খজিক্তং লেংথোক লেংশিন তৌবদা কবিতানা ইরম্বা চিঠিদু অমুক থেংনরে, চিঠিদুগী খুৎইদু উবদা চিঠিদু কনানা ইবনো মহাক ভাব তাই। মাগী সেবা তৌনবা লৈবা মচল নুপীদুসু ঈশিং শোকপা চৎখিরম্বা য়াই, মনাক্তা লৈত্রে। চিঠিদু ফাকতোক্তুনা পাবা হৌই,

ঐগী নুংশিরবা বাবা,

বাবাগী খুদোংথিরবা মতমসিদা নচানুপী কবিতানা বাবাগী খোংশোক্লা সেবা তৌবা ফংজবসি মচানুপী অমগী পুন্সিদা খ্বাইদগী ফরবা মিকূপশিংগী মনুংদা অমা ওইরবনি। অদুবু অচৎ চত্তা পুন্নমক্কী মপু ওইরিবা ঈশ্বর মহাক্কী মফমদা হংলি, অসিগুম্বা পুংফম অসিদা বাবাগী নাক য়ৌহনবীরকপগী মহুত্তা বাবানা ঐবু নিংঙোল চাক্কৌবগী নুংথিলদা নচানুপী কবিতাবু মপা-মমাগী মরাইবক ফবী মচানুপীনি হায়দুনা মাঙ থাদুনা পুদুনা চৎপগী লাইবক অদু ফংহন্দ্রিবা করিগীনো? ঐগীসিবু কয়া য়াম্না ওইজবা থীরবনো? নত্রগনা পুন্নমক অসিবু নহান মপোক অদুগী তৌজরম্বা কর্ম্মগী ফল্লা? অদু ওইব্রগনা নহান মপোক অদুদা নচানুপী কবিতানা বাবাগী মফমদা কয়া য়াম্না অরানবা, অকাইবা তৌখ্রে? মসি পুন্নমক অসি ওইদুনসু বাবানা নচানুপী কবিতাবু নুংশিবীরি হায়না খল্লুবদা ঐ মিকুপ অমদি নুংঙাইবগী ইরোলনুংসিদা লুপ্লুরি, অমুকসু খল্লুরি, মপানা মচানুপীবু খ্বাইদগী লুনা তৌবীবা, নুংশিবীবশিংগী মনুংদা মচানুপী অমখক্তং খল্লু হায়বদি মচানুপিদু ঐনি। অরোইবসিদা বাবাদা সিমতং হায়জরি। বাবানা ঐবু মরাইবক ফবী মচানুপীনি হায়না হায়বিগদবা নুমিৎতু কয়াম ৱাৎলি, ঐদি নুমিৎতু খৌরাংনা ঙাইরি।

নহাক্কী নচানুপী
কবিতা

শেখরগী ফিবম অমসুং ৱাখলগী মরমদা খজিক্তং হায়রবদি মহাক্তি য়ুগী মহিক অমসুং মদুগী অকোয়বদা লৈবা য়ুগী ঈনিলশিং হায়বনা হেন্না পকচরগনি মীওইবা অমগী ৱাখলদগী অসুম অসুম লাপথোক্লকপগুম তৌরে। অমরোমদা মচানুপী কবিতাদি ৱাখল অমসুং পাঙ্গল নোংম নোংমগী মপুং ফাগৎলক্লি। শেখরগী পুন্সি অমুক হন্না ময়োল চোংলকদবা মান্দ্রে, য়ুনা মাগী পুন্সিগী ময়োল পুন্নমক ফুকতোক্তুনা লংথোকখিবগুম তৌখ্রে। মাগী নুপী অমসুং মচানুপীবু থওইরুদবগী পাপকী ফল অদু হৌজিক্তি পুবা থাংবা ঙমদবমখৈ মথক্তা মপুন মপুন তাবা হৌরক্লম্মী।

থাইনগী কবিতাদু হৌজিক্তি সনা ওন্থেক্লব্বী কবিতা ওইরে। মশক ফজরে, ৱাখল হেংলে, শেৎপা চাবা নিংথিনা মওং চুম্লে। নুপীমচা তাঙদুনা লৈজরম্বা ইমুংদুদা মহাক হেক থুঙলবগা মহাক্কী মরাইবক ফৰগী নুমিৎ থোকপা হৌরম্মী। হৌজিক্তি কবিতা কলেজগী অনিশুবা চহিগী ক্লাসতা তম্লে। লৈমিন্নরিবা মপা, মখুরা মতোন ময়ামদুনা কবিতাবু য়াম্না ফরবী, হায়বা ইল্লবী মপুং ফারবী মচানুপী অমগুম লুনা চান্না তৌরম্মী। মহাক্কী মপা শেখরনা হৌজিক অমুক উরবদি শকখঙদবসু য়াই। নহালৱাই অঙাং ওইরিঙৈদা অমুক উখিবা কনাগুম্বা অমনা হৌজিক অমুকপু উরবদি কৈদৌঙৈদসু থাজবা ঙম্লরোই মদুদি নহানৱাইগী কবিতাগী শক-চু পুন্নমক অমফাওবা লেমহৌদনা পুঙওন ওনখ্রে। নহানৱাই খরা খরা লাক্লম্বদুসু হন্দক্তি কুইরে লাকখিদবা। নোংমা বজারদা কবিতাগা মপাগা থেঙনবদা, কবিতানা মপাবু হরাও হরাও কৌজরুই। মদুগী ওন্না তৈন্নবদা থম্মোই কাইনিংঙাই ওইবা ৱাহৈ, পাওখুম, "নুপীমচা নহাক্তি কনানো? ইপাদি নংবু শক লাকশিনবদা ৱানা থোক্লে। নঙদি ইপাবু মুন্না খংবগুম তৌই।" কবিতা মপাগী পাওখুমদু তাবদা অকনবা চৈনা ফংবদা খোঞ্জেল থোক্লা কপনিংবগুম কপনিংখি। অদুবু কোন্না "ঐনে বাজি, কবিতানে" হায়রক্লবা কান্দা খংনরক্তুনা মপা মচা লম্বীগী মচিদা কপমিন্নখি। নোংমা শেখরদা মচানুপী কবিতানা চীঠি অমা ইরক্লম্মী,

ঐগী নুংশিরবা বাবা,

বাবাদা মচানুপী অমা ওইনা কবিতানা তমজনিংবা কয়া লৈ। মসিনা লিচিং ওইদুনা ঙসিসু বাবাগী মফমদা নচানুপী কবিতানা চিঠি ইরক্লিবনি। বাবা, ঐ কলেজগী অনিশুবা চহিগী ক্লাসতা তম্লে অদুগা ঐগী ৱাখল অমসুং শকফমসু ফনা নিংথিনা ওল্লে হায়বা য়ারে। মরম অদুনা বাবানা ঐবু শক খংবদা ৱানা থোক্লিবনি। অদুবু বাবা, মীওইবগী নুংশিবা হায়বা পোৎতুদি করিগুম্বা পোৎশক অমত্তগী মখা পোন্দে

অদুনা বাবানা ঐবু হৌজিক ফাওবা নিঙশিংবীরমগনি, নুংশিবীরমগনি হায়না খল্লি। মদু ওইরবদি ঐ অসি কয়াদা লাইবক ফরবা মচানুপীনো? নুংঙাইবা পাও অমনা, ঐদি মসি নুংঙাইবা পাউ ওইনা লৌই, বাবা, ঐ হন্দক কলেজগী এক্সকর্সন চৎপদা য়াওদুনা গোৱা, মুম্বাই য়ৌরুরে। মপানগী নুংশিৎ নুংশা খরাসু থেংনরুরে, মদু পুম্নমক্তগী পুমহেন হেনখ্রবা অমনা, পাক চাউখ্রবা মহাসাগরগী ঈশিংনসু হকচাংদা য়ৈরুরে, মসি কয়াদা নুংঙাইখ্রবা, হকচাংদা মথুম মরাং হৌরিবা! মীওইবা ঐখোয়না করিগীনো অপিকপা সংসার অমদা লৈননবা অসুক ৺ন্না হোৎনরিবসিবু! মী অয়াম্বনা অপিকপা সংসারবু নুংঙাইবা সংসার ওইনা লৌনৈ। ঐদি বাবা, পুক্সিসিদা অচৌবা সংসার অমসুং অপিকপা সংসার অনিসিগী অর্থ থীরকপনি অদুবু খোংচৎ অদুদগী মসিমদি খংহৌরে। মদুদি মী ময়াম্বনা মসাগী অপিকপা কুয়োমদুদগী নাম্ণোক্তুনা অচৌবা সংসারদা হিঙনিংদ্রি। মশিনি ঙসিগী ঐখোয়গী চৎনবী অদুগা মসিনসু অশিংবা ওইনা খন্নে। বাবা, নহাক কমদৌরি হায়দুনা লাক্লিংলম্বনি অদুবু ঐদি ঙসিতা খঙলি নুপী ওইবীশিংগীদি মফম খুদিং অথিঙবনা পিক থল্লি হায়বসি। নুপীওইবীশিংগী অথোইবা ধর্ম্মদি মশাগী ফংফম থোক্লবা অধিকার পুম্নমক য়ারিমখৈ শীজিন্নদবনি। বাবা নুপীসিবু অতোপ্পা জীব অমরা নত্রগা মহাকসি মীওইবা অমরনে? ঙসি ফাওবা ইশা ইতোমতা পাউখুম পুথোকপা ঙমজদ্রি। ঐ অসি কয়াদা পাংদ্রিবনো? নোংম নোংমগী অথিঙবনা মায়কৈ খুদিংদগী লাও খোংদুনা চেনশিল্লকই। মসিগী হায়রুবদি বাবা, নুপী হায়বসি ঈশ্বরনা শেম্বা মতমদা কয়াদা মীচঙ মীখায় নাইরম্লিবনো? অদুবু বাবাগী মফমদা নচানুপীনা পুক্লিংগী ওইবা ৱাফম খরাদং ফোংদোকচবা ফংলিবসি পুক্সিসিগী শরুক খরদংদি মায় পাকচরে হায়না খঞ্জে। অরোইবসিদা নচানুপী কবিতানা বাবাগী খোং শোক্লা মঙ্গলগী অশীর্ব্বাদ তৌবীয়ু হায়না নিজরি।

নহাক্কী নচানুপী

কবিতা

য়ুনা শেখরগী হকচাংদগী হকচাংগী মতোংশিঙ লৌথোকখিবদগী হেন্দোকখিদুনা থৱাই ফাওবা লৌথোকখিবা য়াবগী ফিবম য়ৌশিল্লক্লে। হৌজিক্তি মাগী অরোইবা নুমিৎতু নকশিল্লক্লম্মী। মাগী অফবা অমখক্তং হায়ু হায়রবদি নহা ওইরিঙৈদা অফবা লাইরিক লাইশু পাবা পামজরম্মী। অদুনা হৌজিক ফাওবা মচানুপী কবিতানা ইরকপা চীঠিশিংবুদি থৱাই য়াওনা হেক হেক পারম্মী, অদুগা মতোমতা হায়জে, 'ঐখোয় কবিতাসি নোংম নোংমগী মপুং ফারক্লি।'

কবিতা হৌজিক্তি এম.এ পাস তৌরবী মশাগী চহি ২৫ রোম শুরবী মপুং ফারবী লৈশাবী অমা হায়বদু ওইরে। সরকারগী কলেজ অমদা ওজা ওইদুনা মাগী মপুং ফাবদু অমুক্কসু হেনগৎহল্লে। ইমুং মনুং, শাগৈ নাতৈ পুন্নমক্কী মায় ওইরে। শেখরগীসু মচানুপী কবিতানা পুন্সিগী লোইরমদাই পৃঙফমসিদা মাই পাকপদু পুরক্লে। হৌজিক্তি ময়ুম মকৈ পানবগী ৱাফমনা মরুওইবা ৱাফম ওইরক্লে। মপা - মমা, মখুরা মতোনগী হায়বা ইল্লবী কবিতা মপা-মমাগী য়াথং ইল্লদুনা মতিক চারবা বর অমদা লুহোংনবা ৱা লোইশিল্লে। অরোইবা ওইনা কবিতানা মপা শেখরদা মাগী মপুক্লিংগী ৱাফম ফোংদোক্লদুনা চিঠি ইরক্লম্মী। মরোলদি...

ঐগী নুংশিরবা বাবা,

বাবা, হন্দক ইরক্লিবা চিঠিসিনা অরোইবা ওইরবসু য়াই। মরমদি হয়েংদগীদি, ঐ, অতোপ্পা য়ুম্নাক শাগৈ ওনদুনা অতোপ্পা শাগৈদুগী য়ুমগী মৌ ওইখ্রগনি। মতম অদুদদি বাবাগা ঐগী লৈনবা মরিসু থাপ্নরক্লগনি। মপাগা মচানুপীগা লৈনবা মরিদু থাদোক্লমদুনা অতোপ্পা নুপা অমসুং নুপী ওইনা লৌনরক্লগনি। ঐসু হোংলক্লিবা ফীবম অদুদা হিংনবা য়ানবা হোৎনবদা অতোপ্পা ৱাফম খরদি শোয়দনা য়াংতক লৌরকলগনি। মসি ঐনা অতোপ্পবু ইকাই খুম্নদবগী ৱাফমদি নৎতে। মীওইবগী হিংবা অমসুং চৎনবীগী ৱাফমনি। পুন্নমক অসি হায় হায়দুনা বাবাবু ঐগী থম্মোইদগী লাপ্পা থমখিবগী ৱাফমদি নৎতে। মরমদি বাবা অমসুং ঐ মশা মশাগী ওইবা তোঙান তোঙানবা লম্বী অমমম লৈজে অমসুং মদু ঐখোয়না থুগাইবা ঙমদে। মসিদি সংসারগী নিয়ম নিতিনি। ঐখোয়দা মহৌশা লাইরেম্বীনা অশোনবা কয়ামরুম পীবীরম্মী অদুগা অমুকসু ওন্না তৈনবদা ফজরবা পোৎশক কয়াসু পিবিরম্মী। অদুগা বাবা, ঐদি য়াম্না মচঙ ওইবা মীওইবা অমসু নৎতে, শুপ্নগী অচম্বা নুপী অমদা চেনবা গুন অদুদমক চেনবা মীওইবা অমনি। অদুনা ঐগী পুন্সিসিদি অককনবা কয়া লৈ, মদু পুন্নমকসু নানথোক্তুনা চৎপসু ঙমদে। হয়েংদগীদি অনৌবা সংসার অমদা লৈরুগনি খল্লুবদা ইশাদা কপনিংবা অমসুং নুংঙাইবা অনিমক ফাওই। মসি করিগীনো হায়বা ঐ হৌজিকসু খংদ্রি। বাবানা ঐগী চিঠিসি শুম পারকপদা বাবা, নহাক নহাক্কী মচানুপীগী বর ওইগদৌরিবা নয়ানুপা অদুবু শোয়দনা উনিংলমগনি হায়ন খল্লি, বাবানা চুখৎপীরম্বা মৈরাদু পাইদুনা শাংলবা পুন্সিগী লম্বেল অসি মায়পাকনা চৎপা ঙম্বা ওইজগে। করিগুম্বা

মীকুপ্তা বাবাগী মঙ্গলগী মশক ওইরবা অশীর্ব্বাদ অদু ফংজদুনা মরৈবাক অশিবু সেবা তৌবা ঙম্বা, ঙম্বী মচানুপা মচানুপী পোকচবা মমা অমা হায়বদু ওইজগে। অরোইবসিদা ঐগী ইফমদদি ঈশ্বরমক শক্লবা বাবা, নহাক্কী খোঙ শোক্লা নচানুপীনা অরোইবা ওইনা খুরুমজরি।

নহাক্কী নচানুপী
কবিতা ✍

# ফক্লাংদা থেংলিবা অয়েকপা লাই

থোকচোমগী ইমুংদা থবক তৌনবা, চাক ঈশিং থোংনবা থল্লিবা নুপীমচা অসিগী মমিং থোনখিবগী নুংঙাইবা ৱারী অমা লৈ। নুপীমচা অসিবু পোকপা মপাদুনা ইস্কালদা সেনিমা নুংঙাইবা ইংলিস ফিল্ম অমা য়েংলুরগানা মাগী খুঙ্গংগী ময়ুমদা হল্লকপা মতমদা মাগী মীরোলহৌবী নুপীদু মচানুপী অমা পোকলে হায়দুনা লৈরম্মী। মানা য়েংলুবা ফিল্মদুদা সীনা কৌবী মশক মতৌ ফজবী, মথৌনা মরিংজেল ফবী নুপী অমা য়াওই। মদুদগী মপা মপা চাদুনা মপাদুনা নুংঙাইশ্রদুনা নুপীমচাদুগী মমিং সীনা থোল্লি হায়। ৱারীসি নোংমা মহাকপু পোকপা মপা ইবুংঙোদুনা থোকচোমগী ইমুংদা লাকতুনা লীরম্বনি।

সীনানা লৈরিবা খুঙ্গংদুগী ফজদবা চৎনবী অমখক লৈ মদুদি মখোয় মখোয়না পোকচবা মচানুপীশিংবু সহরদা ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংদা থবক ইনখাং নোম্লবা মী ওইনা লৈহনবসি চৎনবী ওইরম্মী। মসিবু মখোয়না অচৌবা ইমুংগী মওং মতৌ কমদৌবগে, মহৈ মশিং, লমচৎ বব্যহার য়েং জরুনবা থারিবনি হায়। অদুবু মতমনা খরা খরা হোংলকপগী মতুংইন্না ফজদবা চৎনবী অসি অয়াম্বনা থাদোক্লখ্রে। লমদমদুগী লাইরিক লাইশু হৈরবা নহারোলশিংনসু অসিগুম্বা চৎনবী অসি মুথৎনবা কন্না হোৎনখ্রবনি। অদুমকপু চৎনবী অসি খরা লাইরবা ইমুংদদি হৌজিক ফাওবা নিংথিজনা লৈরি হায়বা য়ারি। অকোনবগী ইমুং মখল অসিগী মনুং চল্লি সীনাহোয়গী ইমুংদু।

সীনাগী মপাদু হৱাগাড়ী দ্রাইভরনি। অহানবগী নুপীদু শিখিদুনা অকোনবদা নুপী অমমুক লৌদুনা লুহোংই। অহানবগী নুপীদুনা পোক্লম্বনি মহাকসি। অকোনবগী নুপীদুগীসু মচা মশু লৈ অদুবু অয়াম্বনা অঙাং পিশক ঙাক্তা ওইরি। অকোনবগী নুপীদু নহানি হায়বদনি মশক ফজদে, শৌ শৌ

লাউই। মাগী মপাদু অকোনবগী নুপীদুনা তৌনিংবদা তৌবদা করিসু ঙাং শকপা ঙমজদে। মমা অতোনবীদুনা সীনাবু কবিগুম্বদসু নুংশিবা পোকতে। মশাগী চহি ১০/১১ রোম শুরকপা অদুরাইদা অতৈ লাইববা ইমুংদা পোকপা নুপীমচাগুম সহরসিদা থবক ইনখাং নোম্নবা নুপীমচা ওইরুনবা লাকখিবনি। লাইরিক লাইশু নিংথিনা হৈরবা ইনাক কৈবাক খুল্লবা থোকচোমগী ইমুংগী থবক ইনখাং নোম্নবা মী থিনরকপদা সীনাবু থেংনদুনা ইমুং অসিদা থবক ইনখাং নোম্নবা মী ওইনা থমখিবনি। মহাক্না থবক ইনখাং নোম্লুবদগী ফং জবকপা পৈশা খরাদু মহাক্কী মমা অতোম্বীদুনা থা হেক ফাবকপগা তনলাক লাক্কুনা লৌখিগনি। করিগুম্বদসু মহাক্কী খুশুমলদু মহাক মশামক্না কৈদৌঙেদসু শীজিন্নবা ফংজদে। মপানা পামজনা থোনখিবা 'সীনা' ইংলিস ফিল্মগী মশক ফজবী, থৌনা ফবী সীনাদুদি নৎত্রে মহাক্তি। মহাক্তি মথৌনা মবিংজেলসু করিমতা য়াওদে, মশকসু ফজদে অদুবু মশক থীবী নুপীমচা অমদি নৎতে।

"সীনা অযেকপা লাইসি নহাক্কী কাদা থেৎচল্লু" ইমুং অদুগী যুম্বুবেনবীদুনা ওইল পেন্টিংগী অচৌবা লাই অমা পীবকই। সীনানা লাইদু পুবক্কুনা মহাক্কী কাগী খুয়া ওইরপ্লা থেৎচিল্লি। লাইদু কবিদা ফজবিবনো হায়বা মহাক ভাব তাবা ঙমদে। অতৈ অতৈ লাইগুম্না ফজবা মীগী শক্তম নত্রগনা ফজববা দৃশ্য অমসু নৎতে। লাইদু অহিংনি নুংথিলনি মফম খঙদবা মতম অমখক্তা ফিবম কায়ববা নুপী অমগী শক্তমনি। নুপীদুগী মশকসু ফজনা যেক্তে মদুগী মহৎতা মচু মচুগী কলবনা থোম থোমদুনা পংতৈদা তৈশিল্লি। লাইসি হৌজিক্তি ময়ুম পানখ্রবা মপান লমদা চৎতুনা মহৈ মশিং তম্লুবী মচানুপী অহলনা কলিকতাদগী মমল যাম পীদুনা লৈরকপনি।

ফমুং মথক্তা লোংনা হিপ্তুনা খুযাদা থেৎলিবা লাইদ্রদা মুন্না হেক হেক যেং ই সীনা। অমুকসু মপুক্লিংদা মওল মওল খল্লকই, 'মসিগী লাইসিনা ফজবিবসিনা কদাইদনো? মতম অমদা ইচেমসিদুনা লাইসি ওথোক্না লুনা তৌজবমখ্রবনিদা। হৌজিক্তি মপুসু লৈত্রবনিনা কন্নানসু থৌশাবীদ্রদুনা ঙসিদি ঐগী খুযাসিদা অমুক থেৎলু তমখ্রবোইবে।' সীনা মচেমসিবু খঙ্নুং নুংশিরকই,

মচেমসিদু লৈরিঙৈদদি মহাকপু নোং ফাদোকসু কোইবা, সেনিমা য়েংবা পুবীরম্বনি। করিগুম্বা কান্দা মহাক্না পুং কয়ামরুম ৱারি ৱাতাই শান্নে। ইমুংসিগী মী অমত্তনা মঙোন্দা মচেমসিগুন্না ৱারি ৱাতাই শাবীদে, নুংশিবীবা উৎপীদে। মিকুপ অসিদা পীকখ্রবা মাগী তুন্নবা কা মচাসি ইহাং হাংবগুম নিংলকই। পাক চাউখ্রবা পৃথিবীগী লৈমাইথক অসি মাগীদমক কনামতা লৈত্রবোই নিংলকই। সীনানা অয়েকপা লাইদুদা মুন্না য়েংশিল্লগা ফীবম কায়রবা নুপীদুগী মহুৎতা মশক মতৌ ফজরবী নুপী অমগুম উরকই। করিগুম্বা কান্দা মঙোন্দা ৱা ঙাং লকপগুমসু তৌই, খঙনবা মীশক অমগুম মোমোন নোক্লকপগুমসু তৌই।

সীনাগী কাদা লাই অসি পুশিল্লকপগী মরম অনিমক লৈ। অহানবা মরমনা য়ুমসিগী মচানুপা অহল লুহোংগদবা নুমিৎ খরানিদমক ঙাইরে। য়ুমসিগী অহানবা মৌদু থুংলনবা শেম শাবগী থবক ইনখাং কন্না চৎথরি। হান্না লৈরম্বা মওংদু চৎনদ্রে, পামদ্রে হায়দুনা নৌনা অমুক শেমদোক শাদোকপনি। নৌনা শেম শাদোক্লবা য়ুমসিদা লাইসিগী থেৎফম করিসু ফংদ্রে। অনিশুবা মরমনা অৱাবগী শকফম পুবা লাইসি ইমুং অসিগী মীওই অমত্তনা মাগী মাগী কাদা থেৎনিঙদে। য়ুম্বুরেনবীনা মচানুপীনা পামজনা থেৎচরম্বদুদা নুং ঙাইতদদুনা লাইদু সীনাগী কাদা থেৎনবা কনাসু থেৎনিংদ্রবদুদা পীরকপনি। ইমুং সিগী মীপুম খুদিংমক লাইরিক লাইশু হৈরবা, সরকারগী অচৌ অচৌবা থবক পায়বা মীমক্তনি। মখোয় মখোয়গী তোঙান তোঙানবা পুন্সি মরেল অমমম লৈজে। সীনাগা খিৎতং নক্না লোইনরম্বা হায়ববু ময়ুম পানখ্রবা মচেমসিদুদমক ঙাইরে। অতৈদি মহাক মহাক্কী দরকার ওইরকপা মতমদা সীনাবু থৌদারবা, ঙাংলবা ঙাক্তনি।

থোকচোমগী ইমুংদা অনৌবা মৌদু থুংলবা নুমিৎ নিনি শুরে। মৌ অনৌবীদুনা য়ুমদুদা থুংলবদু হরাও নুংঙাইবগী ঈথক ইপোম লোইনরকপগুম তৌখ্রে। নুমিৎ নিনিদু চা থক্তুনা, ৱারি ৱাতাই শাদুনা লেপ্লে। ইনাক খুনবগী ইমুংনা পাংথোকপা থবক থৌরমদি লৈবাক কুমহৈনি। অউবা মীপুম খুদিংমক্লা থোকচোমগী ইমুংবু লমসিগী খ্বাইদগী মরাইবক ফবা ইমুংনি হায়দুনা থাগৎনৈ।

নুংঙাইরবা মতম অসিদা সীনাগী মরাইবক্তা অনৌবা মৌদুনা থুংলবা মতুং নোংমা কোনবদা মশাদা ছিদ্র অমত্তা পাকত্রবা অহল ওইরবা য়ুম্বরেনবদুনা অহিংদা লোন্না কাংখদা লিন চংলকপগুম চংলক্তুনা পুন্সিসিগী মনুংদা অমুকখক্তং শাৎচবা নৎতনা, অনিরক শুনা শাৎলরোইদবা, লৈশাৎ তম্লক্লিবী লৈদুগী লৈখোক্তা চীকথৎলম্লগা লৈমাইথক্তা হুন্দোক্তুনা থম্বীরম্লে। কয়াদা মীনুংশি হৈত্রিবা! পুন্সিসিবু অর্থ কয়া লান্না লৌরিবা। পুন্সিসিমা তাল্লক্লিবা মহৈ, লন থুম পুন্নমক অসিবু পুন্সিসিবু অর্থ লান্না লৌনবা, লান্না লমজিংনবা মপাঙ্গল কল্লবা, মহু চেল্লবা পোৎশক অমরানে?

মথংগী নোংঙানবদা মরাইবক থিরবী সীনাদু ঙরাং নুমিদাংগী হু চেল্লবা লিনজাওদুনা চীক্লম্বগী ঈনিলনা মশাদু করিগুম্বা থবক অমত্তসু হৈনিংবা ফাওহনদ্রে। নুমিদাংদুসু করম্না লেনখিবনো হায়বদু মহাক মশামক ফাওবা খং জহৌদ্রে, হুগী মৈশাদুনা মহাক করিগুম্বদা জ্ঞান তাহনবগী ফীবম লৈহনখিদে। অয়ুক্কী থবক ইনখাংসু মশা ঙমদ্রে হায়দুনা য়াওদ্রে। ইমুংগী মীওই অমা অনিসু চংলক্তুনা করি করম তৌরিবনো হায়দুনা হংলবসু য়াওই। মহাক হকচাং ঙমদ্রে, তুমিন্না পোথাগে হায়দুনা মাগী কাদু থোং লোনশিন্দুনা মাগী কাদা কনাসু চংহনদ্রে। তুমিন্না ফম্মুংদা পোথাদুনা লৈরে। মপুক্লিংদা পৃথিবীসিদা মীপুম খুদিংমকপু ব্রারৌবা, তুকৎচবা পোক্লে।

মহাকসু মুন্না খংই মদুদি মাগী ব্রাকৎ কনানসু তাবীরোই, লৌবীরোই অদুমকপু মহাক মশামক্কী পুন্সিগীদমক য়াম্না ব্রাকৎনিংই কনাগুম্বা তাবীগদবা অমদা। অচুম্বদু মহাক মশামক নৎতনা মীশক অমত্তনা খংবীদ্রবা ব্রাফম অমগীদমক মহাক মীপুম খুদিংমকপু ব্রারোই। অচুম্বা হায়বসিবু মীৎনা উবা, ঐনা য়ানিংবা অদুদমক অচুম্বা ওইবা তারিব্রা? মীপুম খুদিংমক্কী মমীৎতা পুন্সিসিগী মনুংদা ছিদ্র অমফাওবা লৈত্রবা, লাইরিক নিংথিনা হৈরবা, অহল্ ওইরবা মীশক অসিনা মঙোন্দা অরানবা অসি তৌখ্রে হায়দুনা ব্রাকৎলুবদা মীপুম খুদিংমক্না মহাকপু লমচৎ ফজদবী, তীল্লাইখোম্বী অমগুম উবিগনি। ব্রাফম অসি হেক ফোংদোকলুবদা মহাকপু ইমুং অদুদগী মশম ফোইদুনা লমজাউদা লঙথোরক্কনি। ময়ুম খুঙ্গংদুদা হন্দুনা মমা মপাদা ব্রাকৎলুরবসু

মহাকপু লমচৎ ফজদবী, শাগৈগী মৈতান অশিবীগুম লৌবীগনি। পোকতবা মমাগী খুদোনবীগী মতোন্দা লৈখ্রবা মপা অদু ফাওবনা মহাকপু লৌশিনবীররোই। মহাকপু অফবা ইমুং অমবু বদনাম পীবা পাম্বী, মীহৌ চাউবী ক্বাক অমোমগুম উবীগনি। মদুদগী পাক্লবা পৃথিবীগী লৈমায়থক অসি মহাক্কী চংজফম লৌনবা সুপ্নগী খুবী মচেৎ অমগী লম ফাওবা লৈরক্লরোই। ইরোই লোইখ্রদা পৃথিবীসিগী মনুংদা খৃইদগী মরাইবক থীবী নুপীমচা ওইরক্লগনি। পুন্নমক অসি খল্লুরগা সীনা খাঙফম খঙদনা পুঙ কয়ামরুম কপ্পুনা লেপ্লে। হৌজিক্তি মহাক মখা তানা অমুক কপ্লিংবা ফাওরক্ত্রে মদুগী মহুৎতা নোক্লিংবদুম ফাওরক্লে। অদুবু মিকুপ অসিদা মহাক্কী মশাদা থোৎলবা খুৎ অমখক্লা শোকলকপদু খঙপ্রেক খংই। যেঙথোক্লুবদা মশক মতৌ ফজরবী নহা ওইরিবী নুপী অমখক তুমিন্না মঙোন্দা য়েংদুনা লৈরম্মী। সীনা ইখং খংনা,

—নহাক কনানো? থোঙ চেৎনা লোনশিল্লবা কা মনুংসিদা নহাক মতৌ করম্না চংলক্লিবনো?

—ঐ নঙগী থেৎলিবা লাইসিদা য়াওরিবা নুপী অসিনি। নহাক য়াম্না ৱারে। কনাসু নহাক্না ৱারি শান্নবা মীওই অমফাওবা লৈতবা উবদুদা ঐ নহাক্কী ননাক্তা কুমথরক্লিবনি।

থেৎলিবা লাইসিদা য়াওরিবা নুপী অসিদি মশক ফজবী অমদি নৎতে। অদুগা মহাক মশামকনি হায়রক্লিবা নুপী অসিদি চাঙদমনিংঙাই লৈতনা ফজৈ। খঙনিংবা অমসু পোক্লক্লে,

—লাই অসিদা য়াওরিবা নুপী অসিদি ফজবা মচেৎ অমফাওবা য়াওবা উদে। অদুবু নহাক্তি চাঙদমনিংঙাই লৈতনা ফজৈ। মসিবু করমনা ওইরিবনো?

নুপীদু ফজৈ হায়দুনা থাগৎপদু মশাদা হরাওবা নত্রগা নুংঙাইতবগী মমি মচেৎ অমফাওবা তাবা উদে। অসুক্কী মতিক ঈং তপ্না উই।

—অথিবা, ফজদবা লাইসিনা ঐগী মাইখুম ওইদুনা ঐনা চহি কয়া লোৎতুনা লৈরক্লি। নৎত্রবদি ঐসু নোংমদি নহাক্না তারিবা দযা অদুমনা তারক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। ঐসু ঙসিদি তাইবংপান অসি অকিবা ফাওরক্লে।

করিগুম্বাদসু ঐগী ইশকসি কনামতদসু উৎনিংবা ফাওদ্রে। অদুবু নহাক্কী অৱাবসি উবদা ঐহাক ঙায়হাক্তসু নুংঙাইনা লৈবা ঙমদ্রে। নহাক্কা ৱারি ৱাতাই শাদুনা মিকুপ অমত্তসু নহাকপু পোথাবা ঙমহল্লবা অদু ওইরবদি ঐহাক্না নহাক্কী খুয়াদা লৈজবগী খরদি মায় পাক্লে হায়না লৌজগনি।

সীনা মহাক্কী ৱা তাবীগনি হায়বদুদা মপূক্লিং খিৎতা ওইরবসু নুংঙাইজবা পোক্লে। মহাক্কী অৱাবা ৱারি ময়ামদু মথং মথং অমত্তা চীৎথদনা লীবে। মহাক্কী অনিংবা খরতা ওইরবসু ফোংদোকচরে। মশক ফজবী নুপীদুনা মহাক্কী ৱারি পুন্নমক্তু তারবা মতুংদা মহাক্না সীনাগী মনাঙ্গলদা তপ্না নুংশিনা পোপ পোপ ফু রক্লম্মী, তারক্লিবা পিরাংশিদুসু তৈথোকপীরম্মী, তপ্না নুংশিনা হায়রক্লম্মী,

-- তাও, সীনা নহাক্তি ঙসিগী তাইবংপান অসিবু মশক মুন্না খংদ্রীবী ইচম চম্বী খুঙ্গংগী নুপীমচা অমনি। অদুবু নহাক্না মসিমদি খঙলমগনি মদুদি ঙসি ফাওবা মীওইবনা হেক লৈরকঙৈ, চহি লীশিং কয়া চুপ্না তাল্লক্লিবা মহৈ-মশিং, লন থুম পুন্নমক অসি মীওইবনা অরানবা মাইকৈদা শীজিন্নদুনা লাক্লি। মখোয়না চহি লীশিং কয়া চুপ্না তাল্লক্লিবা মহৈ অসিবু সুপ্নগী অতোপ্পা মীওইশিংবু নমথনবা হোৎনবদা শীজিন্নদুনা লাক্লি। মখোয়শিং অসি কয়াদা তমথীখ্রবা! অফবা মহৈ, লন থুম পুন্নমক অসিবু অতোপ্পা মীওইশিংবু নমথনবা হোৎনবদা শীজিন্ননবা খ্বাইদগী অফবা খুৎলাই ওইরে। সীনা অসিগুম্বা মরক অসিদা ঐ করিগুম্বদসু ঐগী মাইখুম অসি লৌথোক্কুনা মীয়াম মরক অসিদা ঐ অমুক হন্না থোরক্লরোই। ঐসু হৌজিক্তি ঐশাগীদমক খনবী ওইজবা থীবী অমা হায়বদু ওইরক্লে মদুদি ঐগী পুক্সিসিনা লোইদ্রিফাওবা মাইখুমসি উপ্তুনা পুক্সিসি তেকতা কাইদনা তুমিন্না শান্তি ওইনা লেনখ্রেগে।

য়াম্না শাংনা ঙাংলম্লগা মশক মতৌ ফজবী নুপীদু মিকুপ খরা তুমিন্না লৈরম্মী। সীনাসু তুমিন্না নুপীদুগী মমায়দা মুন্না য়েংলম্মী। মিকুপ খরাদি মখোয় অনিমক ৱা-লান অমফাও ঙাংনদে, তুমিন্ তুমিন লৈনৈ। করি খল্লক্লবনো খংদে সীনানা মশক ফজবী নুপীদুবু চেৎনা কোনশিল্লগা, মপূক্লিং নুংশিনা,

"ইচেবেম্মা, ঐবু নহাক্নুম্না অথিবা ফজদবা মাইখুম অমা উপ্তুনা ঈংনা মিকুপ অমত্তা ওইরবসু শান্তি লৈনা হিংহল্লুবা।" ✍

৭-০৭-১৯৯০

# অতোম্বী

দ্রোয়িং রুমদা মপুরোইবনা মমান্নবা অহুম-মরিগা পার্টি তৌনা তৌনা ঙাংন-শক্লরিবদু হৌনা তাদ্রগসু চাকখুমদা ঙা তাউনা তাউনা তম্ফানা খরা খরদি অদুম তায়। ঙসিগী পার্টি তৌমিন্নরিবা মমান্নবশিংদু অনৌবা ঙাক ওইনা তৌই, মমাংদা খক উখিদ্রি। মপান লমদা থবক তৌনরুরগা পেন্সন ফংলক্লদুনা ময়ুমদা হল্লক্লম্বা য়াই। অদুদগী থাইনগী পার্টিদু নীংশিংনরক্লুনা পুন্দুনা অমুক ঙসিগী পার্টিসি তৌরম্বা য়াই। মানা তাউরিবা ঙাদুসু মখোয়না হিদাক থকপদা মারিনবনি। মাসু খঙই মপুরোইবগা চহি মঙা/তরুক লৈমিন্নরকপসিদা মাগী মপুরোইবা নীলমনিনা মমান্নবা অহুম-মরিগা নুমিদাংৱাইরমদা উকাবী খুবাকমুক পাকপদু ফজনা লেক-লেক লাউনা তাউরগা ৱারি শা-শাদুনা হিদাক থকপদু পামজৈ। মপুরোইবগী মওংসি তম্ফা অহানবদদি কয়া হৈনরমদবনি অদুবু কৈদৌরুনো হায়দুনা করিসু খল্লক্লে, চহি মতাংসিদা ঙাং শক্লুনা করিসু অর্থ থোক্লরোইদবনিনা লমদা চৎলগা হিদাক থক্লগা জ্ঞান তাদনা হল্লককদৌ শরুক য়ুমদা ইরেনজনা জ্ঞান তানা তৌবসিনবু হেন্না ফরে খল্লক্লে। নুংতিগী তৌবসু নত্তে থা অমগী মনুংদা অনিরক অহুমলক খক্তনি। করিগুম্বা কান্দনা টিভি য়েংনা য়েংনা মথন্তা থকপসু য়াওই।

— ঐগী নুপী অতোম্বীনি

তম্ফান। থৱাই য়াওনা ঙা তাউরিবদু মনাকোং ময়াদা শেংফাৎতনা চঙলকপা ৱাহৈ খরদুনা ব্রেক খংফা ফাহল্লি। ৱাহৈশিংদু মখোল হৌদ্রগসু মাগী থম্মোই মনুংদদি অসুক্কী মতিক মখোল হৌরম্মী। মাগী থম্মোইদু খুদক্তা অনিথোক্লা চিং খাইবগুম তৌরম্মী। মাগী মপুরোইবদি ৱাহৈশিংদু মাগী মমান্নবশিংগা ৱারি শাবদা করিসু খঙ্হদনা লৈদগী নাঙ্থোকখিরম্বা য়াই। অদুবু মঙোন্দদি অদুক্কী মতিক চৈনা ফাওহল্লি, অঙম্বা চীংমাইদা লাউশিল্লুরগা খোঞ্জেলনা অমুক হন্না থক্তোরক্লুনা ঙংদুনা লৈবগুম থম্মোই মনুংদা ঙংদুনা লৈরম্মী।

ৱাহৈ অহুমদুগী মনুংদা থম্মোইদা তাশোন্না থীল্লিবা ৱাহৈ অমখক্তি 'অতোম্বী' হায়বসিনি। ৱাহৈসি মশাগী মচিন্না পনবদি লায়রদনা ৱাহৈসিগী মমি থম্মোইদা খজিক্তা ফাওরকপদা তু খ্যাও চুংজরিবনি। মাগী মপুরোইবনসু মাগী মফমদা করিগুম্বা মতমদা অমুক্তসু পনখিদ্রিবনি। লমদা মহৈ তম্বা চৎখিবা মচানুপাদুনসু 'ইমা অতোম্বীনি' হায়দুনসু কনাদসু ৱারি শাখিদ্রিবনি। হেক লাকপগা ইমা, ইমা হায়দুনা হেক পোকপা মমাদৌনা নাওথী শাজরিবনি। মতম কুইনা নুপী য়াওদনা নুপানা য়ুম্বাল্লকপদুদা য়ুমসিদা মানা মৌ অনৌবী ওইনা খোঙ থাংজিল্লকপা মতমদুদা কংখ্রবা ঈচেল অমা য়ুমসিদা অমুক হন্না চেষ্টরকখিবনি। মৌ অনৌবী ওইনা ইকাই ইকাইনা য়ুমসিদা খোঙ থাংজিল্লকপদা মতমপাক্তা চাওথ্রোক চাওখ্রবা মচানুপা অমা ফংজখিবনি। মতমদুদা করিসু খল্লুবা তৌদনা মচানুপাদুবু মথানুঙদা চেৎনা কোনশিঞ্জখিবনি।

অসুক কুইবা চহি কয়াসি শাউনিংবা পোক্লুদ্রবা মাগী থম্মোইদু সন্নজিং নিংখাইরকপদৌনা খংশাউ শাউনিংবা পোক্লকই। মানা অসুক কুইনা 'লৈশাবী শরি' হায়বা মীংথোলসি ফংবমখৈ য়ুম পান্দনা লৈরুরগা খংলাক খংজিন ওইনা য়ুম পাল্লকপসিবু 'অতোম্বী' হায়বা মীংথোলসি ফংনব্রনে। মাগী শাওনিংবদু ফাথরগা ঙসাইমখৈ তাউরকপা ঙাদু প্লেট অমদা ফজনা হাপ্লগা মপুরোইবনা মমান্নবশিংগা হিদাক থক্লিবা ড্রোয়িং রুমদা পুথোক্লুই। ৱা অমত্তা ঙাংলমদনা টেবল মথক্তা থনম্লগা চাকখুম কারোমদা চংলকই। মাগী মতৌদুদা মপুরোইবনা হায়রকই,

— কৈদৌরে নংবু নহানমখৈ ইমান মান্নদে, ৱা-লানগা অমত্তা ঙাংদ্রিবদুবু। নশা ঙমদ্রবরো?

তম্মা চোংশিন্দুনা মপুরোইবগী মমাংদা 'ঐদি নঙগী নুপী অতোম্বীনি, নুপী অতোম্বীনি ...' হায়দুনা লাওশন্নিংই। অদুবু মী অতৈ য়াওরি, মদুমকসু হেক য়াবা নত্তে। খজিক্তুং ফাথরে, চাকখুম কাদা তুমিন্না মপুরোইবনা হায়রক্লিবদু পাওখুম পীরমদনা চংলক্লে।

— নশা নুংঙাইত্রবদি থবক ইনখাংদু তৌরুরনু। হয়েং অয়ুক ইবেচোনা মরাইনা তৌজনি। চাক চাগে হায়রবসু চাথোক্লুম্মো। ঙসিদি ঐখোয় খজিক্তুং থেংবা য়াই। ঐ অমুক ঙাইরম্মনু। ... নঙ ৱা লান ঙাংদবদু তৌজনু, ঐ থৱাই নুংঙাইতেকো ... মথং-মথং মরি-মরি মপুরোইবনা ঙাংহৌবদু ময়েক শেংনা তাই।

চাকখুমগী দাইনিং টেবল মথক্তা মানা ঙসাই মখৈ থৱাই তানা থোংজবা চাক-ইনশাংদু শন্দোক্তুনা থম্লগা চুবা মেক্তুনা লৈরে। চানিং থক্লিংবা করিসু পোক্ত্রে। মপুরোইবগী মচিন্দগী থোকখিবা ৱাহৈ অমখক্তা মাবু ৱাখলগী সমুদ্রদা লংথরে।

মহাক করিগুম্বা মতমদসু কনাগুম্বগী নুপী অতোম্বী ওইবা হায়বদু সুকপাম পামখিদে। অতোম্বীগী খারবা মহাওদু মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈ পুন্সিদা কয়ারক হন্না তঙদুনা লাকখ্রবনি। মহাক্কী মপানা মমা অতোম্বীদু পুশিল্লকপা নুমিত্তুগী মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈ পুন্সিগী নুংঙাইজবা পুন্নমক্কী নুমিৎতু তাখিবনি। অহিং কয়া অমনা মখোয়গী মপানা মমাবু তমথীনা ফুবীবগী চৈনাখোল মরক্তা মীৎ কক্লা অমত্তসু উইশিন্দনা লেনখিবসু কয়ানি। কুমহৈ য়েংবা পুবীনি হায়না হরাও-হরাও ঙাইজরুরগা মমা অতোম্বীগীদা চৎখ্রগা থা কয়া হল্লকখিদবা থেনখাং কয়ারকসু থেঙনখ্রবনি। পরিক্ষাগী ফোর্ম ফিল-অপ তৌনবা পৈশা লৈতদুনা মমানা লৈকাইদা য়ুমথোং খুদিঙ চঙদুনা হঙখিবা। অদুবু কনানসু মীনুংশি উৎপিরকখিদে, লাইরবা মপুরোইবনা মীরাইবীরবী উপাই লৈত্রবী মাগীদমক। মতমদুদা মখোয়গীদমক মিনুংশি খজিক্তং উৎপীরকখিবা হায়ববু শামু মমা-মচাদনি। শামুসু লুখ্রাবী মচানি, অৱাবা লৈতবা মশেল মান্নরুদুনা মীনুংশি খজিক্তং পোকপীরকখিব্রা হায়বদুদি খঙদ্রে। তম্ফানা মাগী পুন্সিগী তাঙ্কক অমদা খজিক্তং নুংশিজখিবা মীশক অমা হায়রগদি শামুখক্তনি। শামুনসু মহাকপু মাগী থম্মোইনুংদা খজিক ফাওবদি খনখিবা জাৎনি হায়বসি মাগী মীৎয়েং-নায়েং, ৱাঙাং-শঙাং অদুনা মকা ফোঙদ্রবসু ময়েক শেংনা তাকই। অদুবু মপোক ফৎতবনরা নৎত্রগা মতমসিগী শিৎলক্লিবা নুংশিৎসিনা শাউম কন্না থেংউবনরা মাগী থম্মোইনুংদা লাৎচরিবা শামুসু নোংমা য়ুমদগী থোকখ্রগা চহি অমা-অনি ঈ পাউ অমত্তা তাদনা লৈরবা কান্দা নোংমা ইখং-খংহৌদনা বাঙ্গলাদেশ বোর্দরদা নোংমৈ কাপ্নবদা শীখিবগী পাউ খবরদা য়াওরকখিবনি।

নুমিৎতুদগী থম্মোইদা ফাওরকখিবা ঈহুল পুন্নমক নমথদুনা লেল্লকখিবনি। মতুংদা লৈজবা সম্পত্তি খরা কাইথোক্তুনা ৱানা হোৎনজরদুনা এল দি সি গী পোষ্ট মচা অসি ফংলবা মতুংদগীদি কনাদসু হায়জরুবা তৌদনা অরৈবা খরা চা-থক্তুনা ঈংনা পুন্সি লেল্লকখ্রে। য়ুম-কৈ পানবগী আশা থাদোক্তুনা মৌপ্পানুপাবু লাইরিক-লাইশু তমহন্দুনা, থবক তৌহন্দুনা, ময়ুম-মকৈ পালহন্দুনা, মৌপ্পাগী মচাশিংদু য়োক্তুনা শাংলবা পুন্সিসি লেল্লকখ্রবনি। মমানসু মানা হীংলিঙৈ, কল্লিঙৈদা

মফম চাবা অমদা ময়ুম-মকৈ পানবগী ৱা কয়ারক হায়খ্রবনি অদুবু মানা অমা নৎত্রগা অমা হায়জিন্দুনা য়ৈথৎতুনা থমখি। মাগী মরাইবকসিসু অঙকপনি মপা-মপা চাবা, মশুং-মমান্নবা কয়াদি হেক থেংনদে, নুপী শীখ্রবা পাখ্রাগুম্বা নৎত্রগা নুপী লৈরবা নুপাগুম্বা হেক্তা তাই। মাসু তশেংনা হায়রগদি য়ুম পান্নিঙদবা নত্তে, করিগুম্বা শামুনা তাইবংসিদা হল্লক্কুনা 'তম্ফা নংবু হৌজিক ফাওবা করি খল্লিবগে?' হেক হায়রক্রগদি মাগী নুঙদৌনা কল্লম্বা থম্মোইদু সন্নজিং নিঙখাইরকপদৌনা নিঙখাইরকপসু য়াই। নৎত্রগা কনাগুম্বা সমান-লেংমান্নবা ৱাখল-পুক্নিং মান্নবা, নুপীবু ইকাই খুম্ননা য়েংবা ঙম্বা কনাগুম্বা অমা থেংনরবদি মাগী মফমদা মাগী পুন্সি কৎথোকপা ঙমগনি। অদুবু ঙসি ফাওবদি অদুগুম্বা মীশক অদুদি থেংনখিদ্রি। মঙোন্দা চংলক্লম্বা অয়াম্বসু অমদা নৎত্রগা অমদা খুদোংচাবা লৌবা লাক্লম্বনা অয়াম্বনি। য়ুম পান্দবা য়াদে হায়দুনা নুপীবু হন্থনা য়েংবীগদবা নুপা অমদা য়ুম পানগদৌ শরুক য়ুম পান্দনা লৈবদা কয়াম কায় হায়বা ৱাহংসি মাগী থম্মোইনুংদা কয়ারক হংজখিবনি।

'তম্ফা সি মশক ইফ-ফজনা ময়ুম হেক পান্দনা তোকই' হায়বসি মাবু খংবা অয়াম্বনা মতমদুদা হায়নখিবনি। মখোয়গী ৱাশিংদু তম্ফা তারবসু তাশিন্নরুদ্রে মরমদি মদুনা মাগী পুন্সিবু কয়ারক হন্না ইরাক্লহনগদৌরি। কুইনা লৈশারবা মতুং 'লৈশাবী শরি' হায়বা মীংথোলদু ফংজরবা মতুংদা নোংমা খংলাক-খংজিন ওইনা, ফাবোই-চীংবোই তৌদুনা মানা ঙসি 'অতোম্বী' হায়বা মীংসি পামজদা পামজদা ফংখিবনি। নুমিত্তু মাগী মরাল শুংলৈমক লৈতবসু নত্তে। মীনা খজিক ঙাংনদুনা লৈরিঙৈ তঞ্জাদুদা 'থীনবীরম্মাগে জিপ্তা কাখৎলকও' হায়বদুদা হৱাও-হৱাও কাখৎতুনা গাড়ী তোংলুবগী দষাদুনি মানা ঙসি ফংলিবা খারবা অতোম্বীগী মীংথোলসি।

তম্ফাসু করম্না পঙথরুরিবনো হায়বদুসু মশাসু খংজখিদে। মপুরোইবা নীলমনিগী অহানবা নুপী সুরোধোনীদু লৈখিদ্রবা মতুং ওফিস মনুংদা নীলমনিগী মতাংদা ৱা য়াম্না ঙাংনৈ। মৌ নহা মচিন খরা য়াওবনা অসুম্না হায়নবসু য়াওই, 'তামো নীলমনিসে অহল খজিক্তং ওইজবগী ৱানি। মশক্লা ফজরিবা, মশানা নাল্লিবা, মপুক মপাউনা ফরিবা। নহানি হায়দুনা নিশা চাবা, ওক্তবা নুপাদা য়ুম পান্দৌ শরুক, তামো নীলমনিহোয়গুম্বা থাঙ্গৈশেংনা নুপী লৈত্রবা পাখ্রা অসিগুম্বদা ওইনা লৈজগে। মদুনা হেন্না ঈংনা তপ্না পানবা ঙমগনি।' নুপী খরবু লৈরবদি ওফিস ওইরবসু ৱারিদি কৈথেল পোৎলক্কুম্বনি। হায়নিং হায়নিংবা হায়বদা বন্দ লৈতে,

মখোয়না খজিক্তং ফরিবা হায়ববু সরকারগী থবক মচা অমা তৌরিবনি হায়দুনা য়ুমদগী কেনা থোরক্তুনা ওফিসতা লাক্লবনিনা খরা-খরা ব্রেক ফাবগী ৱানি। সরকারগী থবক মচা অমমমদুগা তৌরমদদুনা কৈথেল থোরক্তুনা লুকমাইগা পাল্লম্লগদি মচিন কল্লি হায়নরিবা কৈথেল ফম্বীশিংদুদগী মখোয়না হেল্লম্বসু য়াই। অমনা অমুক হায়রকখি,

— করিনো তম্ফানা হৌজিক ফাওবা খল্লিবসিনা? লাই নিংলগে হায়রিবা জাৎলা?

— খঙদে, খঙদে, ইবেম্মা। লাই নিংলগে হায়রগদি নহান্না নিংবা য়ারবনি। লাইদি নিঙদি নিনিংদ্রিমানে, ফজ-ফজবা শারি য়াম্না শেৎলি। কন্নানা খংবনো, নোংমা ইথা-থাজদনা কোক হেক ... অদুদগী চীনগনবী ময়ামদু য়া লাওনা নোকখি। নোকপগী হম্বরকপদা ঙসাইগী চীনফেন ফবী মৌ নহাদুনা মখা শমথরকখি

— হায়গুম্নদনা তম্ফা সি তামো নীলমনিগী ওইনা শেম্বীরসি। লিরবনিনা মশুং মমান্নবসু ফংলরোই। খজিক্তং অহল ওইজরবসু নাখৈ শেংনা নুপী লৈত্রবা, মপুক-মপাও ফবা নুপাসিদা লৈবনা হেন্না ফরনি। পাখংনি হায়দুনা য়ু থকপা, ওক্তবা এইদস পকপা নুপা অমদা লৈদৌ শরুক ...

— য়ারদি অদুনবু ফৈনে ... ময়াম য়ৌ-য়ৌ তৌদুনা মতেং পাংশিল্লকখি।

অসুন্না ওফিসকী নুপী ময়াম্না ৱারি-ৱাতাই শান্নবসি তম্ফাদি খক য়াওরুদে। মরমদি মখোয়শিং অদুগা মায়য়োক্লবা মহাক কীজে, করিগুম্বদসু ৱাহৈগী লান্দা মখোয়বু মাইথীবা পীবা হায়বসি ওইথোক্তবনি। লৈশাবী শরিগা ওইশল্লে, মখোয়না ঙাংন্নিংবা মীগা ওইশল্লে, মানা হেক য়াওরুবদা থম্মোইবু থুন্না লেংবা ঙম্বা ৱাহৈ ময়াম অমা মরি-মরি কাপশিল্লকপসু য়াই। মাগী হায়ববু মঙোন্দা শীন্নরকপা থবক খরদু পরপ-পরপ তৌথোক্লম্লগা ময়ুমদা হল্লকপা, থবক অতৈ লৈরগনা থবক চৎলুবা অসিনি। ময়ুমদা থুন্না য়ৌরগা মৌপ্পানুপাগী নুপী অদুগা পুন্না য়ুমগী থবক-ইনখাং লোইশিনমিন্নবা থবক লৈত্রগা টিভি থাদুনা সেনিমা য়েংবা, সেরিয়েল মথং-মথং য়েংথবা অসিনি মাগী থবক হায়ববু।

ময়াম্না অসুম তোইনা ঙাংনরকপদবগী করিগুম্বা কান্দা নীলমনিগী মরমদা খল্লকপসু য়াওই। 'নুপী অমা য়াওদনা য়ুম পানবসি ৱাদি ৱারমগনি। পুংকক চাওরবা মচানুপাদু কনাদা নাওথী শারমগনি ... ইনখৎলকপগী যঙ-য়ঙ লাওরিবা মচানুপাদু

শেন্নবদা তামোসি ওঙ্থোক্লা ৱারমগনি ... চহি খজিক্তং লৈশিনখিবগী ৱানি, য়াম্না অহল ওইবসু নৎত্রি। নোংচুপলোমদদি নুপী নহা মথং-মথং কোইবসু য়ারিবা মতম্নি ... ইনম্মাদু লৈখিদবসু ফনা কুইরবনি, নুপী অমমুক থীনবা হোৎনদ্রিবসিনা করিগী ... কনা ঙাইরিবা জাৎনো?' অসুম্না মরক মরক্তা খল্লুবসু য়াওই। অদুবু থংনবা মিকুপ্তা 'কান্নদবা ৱানি' হায়দুনা অমুকসু কাউথোক্লবা হোৎনখি।

ওফিসকী থবক্কী য়াদদুনা ফাইল পুদুনা মাগী কাদা চঙলুবদসু হরাও-হরাও তাথোক-তাশিন অদুম তৌমিন্নে, থোইদোকপা মীৎয়েং-নায়েং অহেনবা করিসু তৌরক্তে অদুবু করিগুম্বা কান্দা মা উদ্রিঙৈদা লোন্না য়েংলম্বদি য়াওই। মদুসু মানা হেক খংলকপগা য়েংদবা শাশিন্নদুনা হান্নগুম হরাও-হরাও অদুম ঙাং শক্লকই। ওঙ্থোক্লা লেম্মী, চহি অহল ওইরকপনা থম্মোইবু চেৎনা ৱারক্তুনা থম্লম্বা য়াই। মচিন-মরৈ ব্রেক ফাদনা দোং দোং ঙাংগল্লিবসি মাগী ড্রাইভর হৈনুদু খক্তনি। মানা মী খজিক্তং লনবা খুদোংচাববু ফংলবদি ইকাই-ইকি খংদনা হেক্তা হায়জল্লক্কনি,

— ভাবী, ঐখোয় সাহেবনা নঙঙোন্দা ৱা অমা হায়গদৌ লৈ হায়বনি। কৈদৌঙৈনো অশঙবা নুমিৎ অমা হায়রকউ হায়বনি।

মদুদসু তম্ফা খুল্লুদে। লম কয়াগী ঈশিং থক্লক্লবা, হৈ-শিংখ্রবা হৈনুদুগা মাগা ওনশিন্নদুনা অওক-অথোম তৌনদুনা ঙাংনবা ঙম্বগী মাগী শক্তি লৈতে। মানা ৱাহৈ অমা-অনিদং কাংথোক্লুবদা হৈনুদুনা মচিন্দা মৈকাপ্পী কাপ্পদৌনা ঙাংলক্কদবা ময়ামদু মা মাইয়োক্লবা ঙম্লোই। অদুবু মাগী লেমখ্রবা সাহেবতুনদি ৱা অমত্তা কাংথোরক্ত্রিবসিনা করিগী? মপুগা মনাইগনিনা মনুংদা লোন্না ফাওদোক্লরম্বসু য়াই।

মানা পংথখিবা নুমিত্তু মৌপ্পানুপাগী নুপীদুনা মানা ওফিস কাবদা তোংজবা লুনাদু থবক অমত্তা চৎলুগে হায়দুনা পুখিবদগী নংনদদুনা রিক্সো তোংদুনা ওফিস কারকখিবনি। মদুগী খুদোংচাবদু হৈনু ড্রাইভরদুনা ঙস্তানা উখ্রবা জাৎনি। গাড়ী য়াওরক্ত্রে হায়দুনা ঙস্তানা ওফিসতগী য়ুম চৎলগে হায়দুনা থোরকপদা মপু-মনাইদু লম্বীদা মাবু ঙাইদুনা লৈরম্বনি। 'গাড়ী য়াওরক্ত্রবরা ঙসিদি, থীনবীরম্মগে গাড়ী কাখৎলকও' হায়বদুদা ইচম-চম্না করিসু খল্লুদনা গাড়ীদা কাখৎতুনা তোংলুবনি। অচুম্বা লম্বীদা চৎলক্ত্রবদুদা 'কৈনোনেহে ইবোচা, নংগী লম্বীসিবু ... হায়বদুদা 'ইচেম্মা, ইকাওবু কাওই, য়ুমলোমদা চুমদ্রিং চৎলগদবনি। ঐখোয়

সাহেবনা অস্বাইদা মী অমগীদা অথুবা ৱা অমা হায়রমদবা য়াদ্রে চঙলুদবা য়াদ্রে। থুনা ফৎ থোরক্কদবনি।' মদু ফাওবা তম্ফা থোক্লগদবা থৌদোক্তু ভাব তাবা ঙমখিদে। মপু-মনাইদু গাড়ী খামদুনা য়ুমদুদা চংদুনা ফমখি, ঙৈহাক লৈরগা মনাই হৈনুদু থোরক্তুনা 'ৱারি লোইশিনবা য়াদ্রে, ঙৈহাক ফম্মদবা য়াদ্রে' হায়দুনা কৌশিন্দুনা য়ুমদুদা চঙদুনা ফমখি। মদুদগীদি মঙগুম্লবা থৌদোক্তু মরি-মরি থোকপা হৌখি। তম্ফা ওম্থোক্লা থাজদনা থোকখিবা থৌদোক্তু পেনখিদে। ওফিসতা, করিদা ওম্থোক্লা লেমখ্রবা, মপুক ফখ্রবা নুপাদুনা অদুক খুমাং চাওশিনবা ঙম্লক্কনি হায়বা মা থাজবা ঙমখিদে। মানা ফনা থৱাই য়াওনা হায়দুনসু ময়ুমগী মীনা ফাওবা মানা হায়রিবদু করিসু তাবীখিদে, মদুগী মহুৎ থাজদবা থৌদোক্তু থোক্লকপদুদা ময়াম্না হরাওবা ফোংদোক্লখি। মঙ হাগুম নীলমনিবু মাগী মপুরোইবা ওইনা ফংজখি।

মতম অমদা হূ তরেৎকুম খানা লৌজখিবা 'অতোম্বী' হায়বা মীংদু ঙসিদি মানা পামদ্রবসু লৌবা তাখি। অশেংবদু হায়রগদি মাগীসিদি অতোম্বীমক্তি নত্তে। মতু-মচা লৈরবা নুপা অমদা অতোম্বী ওইনা য়েৎশিল্লুবদি নত্তে। নুপী লৈত্রবা পাখ্রা অমদা মাগী নুপী ওইরুবনি। খজিক্তং নুংঙাইতবা হায়ববু নুপী অহলগী মচানুপা অমা লৈরম্বদুনি। মদুসু করিসু কাইবা নত্তে, মাসু লিরবনিনা ডাক্তরনা অঙাং য়াওররোই হায়রবনি। মচানুপাদুনসু মাবু 'ইমা' হায়দুনা অপোকপা মমাগুম নাওথী শাজরিবনি। ঙসিদি মচানুপাদসু মপান লমদা ডাক্তর তম্বা চৎখ্রবনি, মঙোন্দা য়েৎপীনবা কনাসু লৈত্রবনি।

তম্ফানা অতোম্বী ওইরুবসিদি অদুক হন্না ফত্তবা, মীগী মকাদা য়েৎলুবসু নত্তে। মপুরোইবা নীলমনি অমসুং মাগী মচানুপা অনিগী পুন্সিদু অমুক হন্না শেমগৎপীরুবনি। মা মশাগী লৈশাবী শরি ওইদুনা হয়েং শিবদা চুক শাগদবদগীসু কলহৌরবনি। মশুং-মমান্নবা নৎত্রসু তম্ফানা নুপা অসিদা চেনখ্রে তাবদা তম্ফাগী মমাসু মোমোন নোকচখিবনি। মানা ময়ুম পানখিবদু মপামলোমদসু লোইনা হরাওনখি, মপুরোইবগী রোমদসু লক্ষমী লেংশল্লক্লবনি হায়দুনা তরাম্না ওকখি, ওফিসরোমদসু 'ফরে, ফরে অনিমক ইফ ফৱবনি' হায়দুনা ওফিসকী ময়াম লাক্তুনা হরাওবা ফোংদোক্লম্মী। খজিক্তং নুংঙাইজদবা হায়রগদি মতম অমদা মানা 'অতোম্বী' হায়বা মীংসি ওম্থোক্লা তুকৎচখিবদু ঙসিদি মীং অসিমক্লা মাগী ঙমকশমদা লৈপরেংগুম শীরিবা অসিখক্তা ঙাইরে।

- নঙবু চাক্কা অমত্তা চাদ্রবরো, তুমিন্না উংদুনা ফমদুনা লৈরবদি মপুরোইব
মশা শোক্লগা হায়রকপদুদা তম্ফা জ্ঞান খংতা তাই। ফনা কুইনা ৱাখল অম
উংদুনা লৈরুরবা জাৎনি। দ্রোয়িং রুমদা পার্টি তৌহৌবা মপুরোইবগী মমান্নবশিং
লোইনা চৎখিরম্লে। নহানমখৈ উরুদ্রবগুম মপুরোইবদা মুন্না য়েংদুনা লৈ। মাগ
মওংদুদা মপুরোইবা নীলমনিসু মঙোন্দা ইঙক ঙক্লা য়েংদুনা লৈ। 'ঐদি নংগ
অতোম্বীনি' তম্ফাগী মচিন্দগী শোম্বাংননা হায়দোকখি। তম্ফাদা ঙক্লা য়েংদু
লৈরম্বা নীলমনিদু মাগী অকোনবগী ৱাদু তাবদা ইশি শিনা নোক্লকই, অদুগ
হৌরপ্পা হায়রকখি, 'এহু অদুগী ওইরেকো, নংনা ঙসাইদগী হিকথবমখৈ উংদু
লৈরিবদি। ফরে, ফরে অদুগী ওইরদি তম্লুরসি থেংম্লে, ফমুংদা ৱারি শানা শা
হায়রগে' হায়রম্লগা তুম্ফম কারোমদা নীলমনিদু হায়রং-হায়রং চংখি।

পুনিমা মতুংগী থাবলদু থেঙল-থেঙলগা ময়েক-শেংবা, ফজব
হেনগৎলকপগুম তৌরি। থাবলগী মঙালনা ৱাপল মরক্তা লিৎশনগদ
হোৎনরিবদু ওম্থোক্লা য়েংবদা নুংঙাইরবা কুমহৈ ওইরে। অনকপা য়ুমগ
চেকশিলহৌদ্রবা থোংগী কারক্তগী লিৎথোরকপা খোঞ্জেল অমনা অথেংব
অহিংদা থোরকপা থাবলবু অমুক কাইহৌররি ...

-- '... ফরে, ঐনা লাঞ্জরে হায়বা। ঐ অদুম্না অমুক হন্না খঞ্জররোই ... অদুম
তৌরকনুও, নচিন্দু নমথী হায়বা ...'। ✍

২৮-০৩-২০০



